# লাংগোই শগোল থাবা

সম্পাদন তৌবা

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল।

# লাংগোই শগোল থাবা

সম্পাদন তৌবা

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ



# ৱাহৈ অমনিদং

লাইরিক অসিদা মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্ব্বগী মতাং অমা অঙকপা কল্পনাগী শক্তিনা মৈতৈগী পণ্ডিত অমনা পুথোক্লম্বনি। থায়নগী মৈতৈগী লাইনীংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা ঈহৌ চঙলকপগী মশক উৎলি। ইংকুমজা ১৮০২ দা মৈদিংঙু মধুচন্দ্রনা মণিপুরদা পাল্লিঙৈদা অহল ওইরবা পণ্ডিত শ্রীলোংজম (লুরোংজম) প্রশুরামনা মহাক্কী সেবক অহুমগী মতেংনা পেনা লোয়শংগী পণ্ডিতশিংনা স্বর ছন্দ চানবা শেমদোক্লগা পণ্ডিত অনি অমবু ৱাচেৎকী কলম পায়হল্লগা ইথোক-হনখিবনি। ঈশৈ ওইনা লেংলম্বনি। ৱারী মপূংদি বেদব্যাসকী মহাভারতকী মওং লৌদে। ব্যাস দেবগী মহাভারততদি মপা খঙবা বভ্রুবাহননা ধনঞ্জয়দা ভক্তি কৎপদা মমা পোক্তবী নাগকন্যা উলুপীনা ক্ষত্রীয় ধর্ম্মগী মতুংইন্না নপাগা লান তৌ মতুতদা মহাবীর অর্জ্জুননা পেনগনি হায়বদগী লান তৌই। তুখ্রবা মপা হিংগৎহনবস্থু উলুপীনা সঞ্জীবন মণি লৌরুত্থনা (নাগলোকতগীবু মণি মতোমদা পাইরকই) তুম্মুবদগী হৌগৎপদৌনা অর্জ্জুন জ্ঞান তারকই। শিরিবগী মরম্না— শিখণ্ডীগী পাম্বৈনা অর্জ্জুননা ভীষ্মবু হাৎলুবগী পাপ অতু হন্দক মচানা মপাবু হাৎপদা কোকপনি। মৈতৈ পণ্ডিত অসিনা লৌখৎলম্ব ৱারীদি—গঙ্গাদাস সেননা ইবা বাংলাগী মহাভারত-তগীনি হায়না লাইরিক্কী লামায় ৮১ শুবদা ইরি। অতুগা মপামচা তৌনবা লানগী মরমদা অর্জ্জুননা মচাদা চৈথিবা—"নঙগী পলেম মমা পোকমাবী অতুস্থঙ বিত্ত ধরা কন্যা শীংলেন তাইজবী নটীনী হামপোইপীনে" অতুদগীনি। শ্রীকৃষ্ণস্থ মপূং ওইবা থৌদা লৌরি অমস্থং অর্জ্জুনগা লোয়ননা মণিপুর সনা কোম্বুংদা মমৈথংদা লেঙশিল্লি।

ৱাকম অমনিদংদি খন্নবা য়াই। অহল ওইরবা প্রশুরাম পণ্ডিতকী মরমদা ঐখোইনা য়াম্নমক খঙলুপ্রবস্থু (থিজিনবা ৱাৎপদগী) মহাকসি হিন্দু ধর্ম্মদা অচেৎপা থাজবা পোক্লবা অমস্থং তৌরকপা পাপ কয়াবু

লাইরিক অসি ইথোকপনা ক্ষোক্নবগী মশক ওইহুনা অয়ান খুবম ক্ষংলগনি খনখিবা পণ্ডিতনি। সংস্কৃত নত্রগা য়ামদ্রবদা বাংলা লোন খণ্ডদমদি হায়রিবা শ্রদ্ধা অসিসু পোকপদা খরা লুগনি। ফরিগুম্বা বাংলা লোন খণ্ডলম্লগদি গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতপু শ্রীঘনশ্যাম থোকচোমমচাবু মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌহনবগীসু দরকার লৈরমদে। অসিনা লাইরিক অসি মহাক্কী সেবকশিংনা খণ্ডবা ওন্নবগীদমক মণিপুরী লোন্দ অনুবাদ তৌহনবনি। মসিনা তাকপদি লাইরিক অসি মপূং ওইনদি মহাক্কী সেবক অহুম্না ইবনি। মহাক্তি চুন্না উৎসাহ অমসুং তানবগী মতেং মরক মরক্তা পীনবা ওইনত' লৈবগী মওংনি।

অনিগুবা য়াকম অমনা হায়রিবা সেনগী মহাভারত অসি মণি-পুরীদা অনুবাদ তৌহুনা মতম অসিদা মৈতৈ ময়েক্তা লৈরে। লাইবক থীবদগী হৌজিক্তি খুৎই লাইরিক অসি থিবা খণ্ডদবদসু নত্তুনা তাবা ফাওবা তানদ্রে। মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস ইরকপদা মহাভারত অসি য়ামত্রবদা হায়রিবা মতম অসিদা বাংলা লোন্দগী অনুবাদ তৌহুনা লৈরে হায়বসিমদি লাইরিক অসিনা লেঙদ্রবা সাক্ষী ওইরে। অহুগা য়ারী মপূং অসিবু কমদোনা মতম অহুগী পণ্ডিতশিংগী কল্পনাগী শক্তিনা মরীক চুন্না ঈশৈ ওইনা মণিপুরী লোন্দা পাকথোকহন্দুনা শক্লরম্বগে হায়বসিমসু শেংনা ইতিহাস ইবশিংদা খঙহল্লে।

লাইরিক অসি থায়নগী মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু থিবগী মায়কৈদা অথোইবা লময়ানবশিংগী মরক্তা অমা ওইগনি হায়না আশা তৌরি। খুৎই লাইরিক অনিদগী চাশিন্নহুনা মায়কৈ অসোমদা অকনবা শরাক য়ারিবা পণ্ডিত শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা পৌতক্পা সম্পাদন তৌহুনা পুথোকপিরি। মথংগী চৎথগদোরিবা রিসার্চগী মরমদদি লাইরিক অসিবু পাবীরিবা পণ্ডিতশিংদা শিন্নজরে। অসিগুম্বা লাইরিক অসিবু চৎনরিবা বাংলা ময়েক্তা পুথোকপীবদা মত্তুনা খণ্ডবদা রাগদবা য়াহৈ কয়ামুক্কী অনুবাদকী শরাকসু য়াওনা

পূন্নমক্না অর্থদা ওইরবস্মু খঙবদা মুংঙাইনবা শীনবীরিবা অসিগীদমক পণ্ডিত অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অসিগুম্বা লাইরিক অসি ফোঙ্হনবদা মতিক চাব' মতেং পীবিরকপগীদমক মণিপুরী সরকারগী শিক্ষা বিভাগতস্মু পরিষদনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। বানানগী মায়কৈদা য়াবশৈ চেকশিন্না য়ংশীনবিত্না লাইরিক অসিবু ফজনা নম্বীরকপগীদমকস্মু ফ্রেণ্ডস ইয়ুনিয়ন প্রেসকী মেনেজর শ্রীরাসবিহারী সিংহবুস্মু থাগৎচরি।

ইম্ফাল,
তাং ৭। ১১। ৬৮ ইং

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী।

# ৱাহৌদোক

লাংগোই শগোল থাবা হায়বা লাইরিক অসি মহাভারতকী মনুংদা শান্তি পর্ব্বগী মথং অশ্বমেধ পর্ব্বগী ৱারীনি। যুধিষ্ঠির মহারাজনচিংবা পাণ্ডব মচীন মনাউ মণ্ডানা অতুৱৈ কুরুক্ষেত্রদা শোক্লখিবা মহাভারতকী লান্দা শাগৈ নাতৈ মরী-মতা মরূপ মপাং মী ময়াম হাৎখিবা অতুগী পাপ অমদি দোষ কোক্লবা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌখি। হায়ৱিবা যজ্ঞ অসিগী শগোল থারকপদা পাণ্ডবকী অর্জ্জুন্না শগোল মতুং ইন্নুনা লাকপদা মহাক্না মমাঙৈঙদা বন্দ' চহী তরানীথোই চৎপা লাকপদা মণিপুর নিংথৌ চিত্রভানুগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা লৌথুনা পোকলম্বা মচানিপা মনিপুরগী নিংথৌ বভ্রুবাহন্না পাণ্ডবকী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ফাক্লবদগী অর্জ্জুন্না বভ্রুবাহনবু মচানি হায়বা খঙঙ্লবদগী মীয়াম মমাঙদা ইকাইব' পীক্লবদগী মপা মচা লান শোক্লখিবা অমসুং মচানিপা বভ্রুবাহননা মথৃত্তা অর্জ্জুন থরায় থারবদা বভ্রুবাহন্ন' পাতালদা লিন নিংথৌ অনন্তগী লৈবাক্তা চত্তুনা লিনশিংগা লান তৌনথুনা লিনশিংবু ঙমথুন' মণি লৌরুরগা অর্জ্জুনবু অমুক হিংগৎহন্দুনা মপা মচা শাগৈ নাতৈ খঙনখিবগী ৱারীনি। লাইরিক অসি বঙ্গদেশতা খৃষ্টগী তরানীপাল শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা ষষ্ঠীবর সেনগী মচা নিপা গঙ্গাদাস সেন্না ইবা মহাভারতগী বাঙ্গালা (পাঙন) লোন্দগী মৈতৈলোন্দা থোকচোম ঘনশ্যামবু অর্থ হন্দোকহল্লগা লোংজম প্রশুরাম সিংহ কৌবা ওঝা অতুনা মণিপুরদা মধুচন্দ্র মহারাজনা পাল্লিৰৈদা শকাব্দ ১৭২৪ (খৃ: ১৮০২) হিয়াঙৈ থা তরাহুমদোইনি পানবা নিংথৌকাবা তুমিৎতা ইব হৌখিবনি। লাইরিক অসি ইবা মতমদা লাইরিক লেংলিবা লোংজম প্রশুরাম অসি য়ামনা অহল ওইরে। লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা ওঝা অসিগী সেবোক চিরোম অভিমন্যু, ৱাইৱোকপম গঙ্গাচরণ অমসুং ওয়নাম নবশ্যাম অহুমনা মত্তেং য়ামনা পাংখি অতুগা মৈতৈরোন্দা নাতৈ চানা শৈশকপা য়ানবা পেনা লোয়শঙগী মাইবম অভিরাম, হিতমচা মদন, থাংলেনবম অভিরাম অহুম

অসিস্তু লৈশক লৈওং নাতৈ পুতৈ চানবা শৈশেন্বদা য়াওখি। ওঝা প্রশুরাম অসিনা তাকলগা ওঝা অসিগী মচা লোংজম চন্দ্রশ্যামগা কোঞ্জেংবম দয়ারামগা অনীনা কলম পায়দুনা ইখিবনী হায়না লাইরিক অসিদা ইরি। লাইরিক অসিদা ওঝা অসিগী মমাঙদা লৈরম্বা ওঝা খরগী মিংসু য়াওরি। লাইরিক অসিনা খৃষ্টগী তরামাপন শুবা শতা-ব্দীগী মৈতৈ সাহিত্যগী লোন্দা পুদা রাহৈ রাস্তুগী মমি অমা অপাবা মীশিংগী পূকনীংদা পোকহবা ঙমই। লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েক্তগী শিন্দোকপদা অমদি ছাপা নম্বদা রাহৈ রাতা ময়েক অশোয় অঙাম য়াওবা থেংনবিদুনা কনাগুম্বনা চুমথোকপিরকলবসু য়ামনা নুংঙাইজগনি মথং খুৎনমদা চুমথোক্নবা হোৎনজগনি।

ইম্ফাল — শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

তাং ১৬।১০।৬৮ ইং

# লাংগোই শগোল থাবা

## ( অশ্বমেধ )

শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ। হরি হয়া হে। শ্রীগুরু থোইখোইবা, সনা খূয়া থম্বাল্লে, থরায় সুন্না পোনচেংলৈ, লোশিং উপু তূংনলৈ, নুংওনবা, নীংজা খূৎপায় লেঙতফম অচেংপা, প্রেম খোঙহৌ ফম্বীরেন অথুপ্পা, পাদ পদ্ম অনামকপু, তাংজা লুদা থোংনা, চৈরৈ ঙক্তা য়েৎ, ইয়া নাপী চীক, লরায় শমতোং ফোয়, খূৎফাং চাংচৌ চেপ্পলোন, মাল্লেম লৈদা তাবা চৈশূগুম, হকচাং লৈদা পকনা, হন্না হন্না পুরুমজরক্কে। অসুম প্রুমলবগা, গোলোক বৃন্দাবন নুংঙাইবদা, ফম্বা য়ুমওইনবা, যুগল ব্রহ্ম চঞ্জোনবা, থম্মোয় লোকন্নুং ঙান্নলাই, কল্প তরু শায়া-চিংনয়েংনা, পূকনাং হকচাং য়াথং অহুম্মকপু গুংশন্না, স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন খূদিঙবু, ঈরাৎ পুনেম লোইনা থৌখনচরক্কে। খোইয়ম ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর থোইখোইবা অহুম্মকনা চিংলিবা, বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোংম-দোনগী দেব সম্ব লেংনতিনবা পূন্নমকপুসুঙ পুরুমগে। য়োয়বু লক্ষ্মী লাইরেম্মগা, নারদ মহামুনিরেন্নচিংনা মুনি ঋষি লেংনতিনবা খৈবিক-পুসুঙ পুরুমজরক্কে। বিঘ্নি য়ৈখায়-চঙলকপা খৈবিকপু ঙাকপিসুনো হায়বগী য়োয়বু গৌরী লাইরেম্মা সনা লিনকোয়গী গনেশ লাংগোই তাংজা লুরেন হেনবা লাইয়িংথৌবুসুঙ পুরুমলক্কে। মহাভক্ত অথোই-

---

পাদ পদ্ম—( সং ) খুম্না থম্বাল। তাঙজা লুদা থোংনা—কোক্তা হাপ্তুনা। চৈরৈ—ফি। মালেম লৈদা—লৈপাক্তা। প্রুমলবগা—খুরুমলগা। পুনেম্বা—খুরুম্বা। লিনকোয়—পূক, গর্ভ। লাংগোই তাঙজা লুরেন—শামু মকোক।

বনচিংনা গুরু বৈষ্ণব পণ্ডিৎ সভা লেংনত্তিনবা পূন্নমকপুসুঙ উনবী পূকনীং চেৎনা হন্না হন্না পুরুমজরক্কে। অসুম পুরুমলবগা পুণ্য রারম অথোইবদগী সমুদ্র ঈরেন পুংবু ওইরিবা মহাভারত অচৌবদগী চন্দ্রবংশ শাগৈরেন্দা পোকলবা রাজা পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি, অভিমন্যু মনোংয়ায়, জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবগী শমু মহকসাংদা শৃঙ্গ মুনি মীচৈনা, লাইথুং পোৎলুম পুরবদা, ব্যাস মহামুনি মথৌচান, জয়মুনি ময়নকু অথোইবনা নিংথৌ সনা মহকসাংদগী, ব্যাধি লাইথুং কোক্লরা, ময়ু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ মঙামক্কা সতী দ্রৌপদী অচুম্বীগা মাখোয় তরূকমকপু পূকনীং হিংসা তৌনা, শাগৈ লানশোক য়েক্লরা, রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ চামাবু য়াইবী থরায় মাঙনা বংশ শাগৈ হাৎপগী মহাপাপ কোক্লবা লাংগোই শগোন থাবগী অশ্বমেধ যজ্ঞ হায়না কৌবা শান্তি পর্ব্ব মথংগী অশ্বমেধ রারী নুংঙাইথোইবা অসিবু য়াথং পরেং থিনা তেংথাজরক্কে। তৌইগুম রারী নুংঙাই থোইবা অসিবু থৌরম মতৌ করম তৌনা শৈশেম্বনো হায়রবদি লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত জয়সিংহ ময়ামপা রাজা নিংথৌরেন নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা ধর্ম্ম অতিয়া নিংথৌরেনগী লীকলাই মপারি পলেম মমা খয়োইরোন মেতু লোইখোম্বী রাইরং লমনেৎপী সনা লিনকোয়গী লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত অন্জিৎ সিংহ শেনবী তমলেন খোম্বগা য়োয়বু মশানৌ থয়োইরোন য়াংলৈ ঙম্বীগা পোইরৈ সনা লৈপাক ঙাকনা পানফরি-

---

পুরুমলবগা—খুরুমলগা। পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি—পরিক্ষীৎ নিংথৌ-গী মচানিপা। অভিমন্যু মনোংয়ায়—অভিমন্যুগী মশুনিপা। মীচৈ—শাপ। ময়নকু—থৌজান। ময়ু - মবুথৌ। মৈদিংঙু জয়সিংহ - মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র। লীকলাই মপারি—মজা ইবুংঙো: খয়োইরোন—খুমন য়েক ওইবা য়ুম্লাকী নিংঙোন।

তমলেন খোম্বা—মধুচন্দ্র মহারাজ (খৃঃ ১৮০১—১৮০৩।

থৈদা মদাইরেম অহন মতম ওইনা মাল্লে চীংওল্লবা লুরোং মাল্লং অহোঙবা, হংখৈ লোংনা থাবা, ময়ু শীঙনং অতোনবা, সনা ঈদা কাফবা লমলেন খুরোয় লৌ শোইরেন, শোইরেন সাংপীরোক্তা খোমলাং চামা য়ান, মাল্লং চামা য়ান, তরা চাপু চিপূঙ পৈ, রাংলৈ খারি-লৌখোং তৈনা হোঙনেম্বমচা, খোমতুম লম্মহন, পাৎচাউ লাইমাকোন, থোঙলেন অমু পাৎ, য়াংলৌ মৈশেন পন্দা নাউয়িপা শ্রীপ্রশুরাম লুরোংজমচানা মতোম পায়মা উনগোয়নুংদা নীংখঞ্জরুইএ। মালেম তাইবঙপানবা অসিদা পলেম পন্থৌ অনীমকনা নাউনৌরকথৈগী মখবু লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌশিংগী তুবী সনা মখোঙ খাদসুঙ চীংখোঙ-থৌখন তামলকএ। মহাভক্ত অথোইবশিংগী খূয়া-লৈখোঙ খাদসুঙ নোঞ্জ লম্থোই রাৎলকপগী অরা লান্নংলরে। লহান লাংওন অমরক্তা থৌখন ঐগী মহে লৈরমদবনা হৌজিক মতম অসিগী হাক্তক লাংওন অসিগী ভক্ত লাইবু নীংবশিংগী খূয়া লৈখোঙ খাবু য়োয়না থৌখঞ্চসে হায়বসুঙ অহন ইতম ওইনা পুনশি চেংজেন কুইরকলবগী খোঙকাপ অথাং কাইঙমদরে। পাংগন ইয়েং তানা হনু ইয়াই কাবা ঐবু থৌবম মতৌ করম্না য়াইবী থরায় লান্নশিবনো হায়না নীংখঞ্জরুববু মহাভারত অথোইবা অসিগী ধর্ম্ম রারম ম্নংঙাইবা, পাপ লাইজা ঈরেন-পূংগুম্ববু কোক্লরা, পূণ্য মহে অথোইবদগী সমুদ্র ঈরেনপূংবু ওইরিবা মহাভারত মশা তরানীপান মরক্তগী অশ্বমেধ যজ্ঞ অথোইবা অসিবু পোইরৈ

---

পানফম্বিথৈদা—মুংঙাইনা পাল্লিথৈদা। মদাইরেম—মনাই। মাল্লে চীংওল্লবা—অহল ওইরবা। লমলেন—লমদম। তরা চাকপু—চাকপু। রাংলৈ —মু। খারি—অয়াকপা। নাউয়িপা—পোকপা। লুরোংজমচানা—লোংজম মচানা। মতোম মথন্দা। পায়মা উনগোয়নুংদা—মপূকনীংদা। মালেম তাইবংপানবা—সংসার। নাউনৌরকথৈগী—পোকলকপগী। চীংখোঙ থৌখন—সনা থৌগন। তামলকএ—রাৎলকএ। খূয়া লৈখোঙখা—খূয়াখা। পুনশি চেঙজেন কুইরবগী—চহী য়ামনা পুনশিরবগী। লাইজা ঈরেন পূং—সমুদ্র।

মৈতৈরোন্দা তেংথা পরেং ওইনা শৈশেমজরক্কে। খোইয়ম লাইবু নীংবশিংগী সং। মীয়াম মাঙদা ভারত রারী হুংঙাইবা অসিবু অশৈ তেংথা শকলুবা থুদিংদা নোংপান উমু চাকথেক খাক্কুম্বা লৌশিং মিৎথোঙ মম্লবা ঐগী ভক্তি ইথৌগনবু ওইজগে হায়না অসুম নীংখল্লু-রবগী সেবোক মপারি হুংচানবা লোয়ম রাংঙম নাহা শ্রীঅভিমন্যু চীরোম চাগা চেংলৈ রাংগোনলেনবু অশৈনবা চা শ্রীগঙ্গাচরণ রাই-রোকপগা অতোন নোংযায় খূমনবশূ শ্রীনবশ্যাম ওইনামচাগা অহুম্মক্তা রাহমখিয়ে। ইপারি হুংচানবা নখোয় অহুম্মক্তি কোল্লোয় ঐগী ইয়াথংবু পুনা পাউখোন ওনচা চৎপদা অরা হূয়রাং শোন্‌গুনো। মহাভারত অথোইবা অসিবু শৈশেম মতোন লোম্লবা শংলৌ-থৌরাঙ পনগুনো হায়না পাওমেল্লবগী সেবোক মপারি অহুম্মক্তি পম্থৌ কোলোয় ময়াথং হুংশিববু তাঙজা মাখোয়গী লুদা থোংনা রাহমলুয়ে। বৈষ্ণব খোইয়ম লাইবু নীংবশিংগী হৈনা মতুং ইন্না শিনতমজরকপা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌশূ শ্রীঘনশ্যাম থোকচোমচা, পণ্ডিৎ লৌশিংনা ঈল্লকপা নঙদি ভারত রারী হুংঙাইববু পূকনীং লাংপাম-চবগী শাস্ত্র লাইরিক হৈবা বেদ ধর্ম্ম অথোইবদা, সমুদ্র ঈরেন পূংগুম্ব-শিংগী খূয়া লৈখোঙখাদা ভক্তি পূকনীং চৈরোয়ননা শিনতমজরকপনে। মহাভারত অথোইবা অসিবু ময়িম পাংঙন লালোন তৈবদগী পোইরৈ মৈতৈলোন্দা হন্দোকপিও। তুবী চীংখোঙ থৌতাইরেম, নোংঙান

---

অশৈ ঈশৈ। লৌশিং মিৎথোঙ মম্লবা—জ্ঞান মপুং ফাত্রবা। সেবোক মপারি—পকহান। হুংচানবা— অচানবা। চীরোমচাগা—চীরোম মচাগা। অতোন নোংয়ায় —খুমন। কোল্লোয়—য়াথং। অরা হূয়রাং. শোনগুনো— অরাবা থিগনো। শংলৌ থৌরাঙ পনগুনো - থৌরাংঙ তৌবা লেপকন্থ। তাঙজা লুদা থোংনা—মকোক্তা থোংহনা। ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌশূ —থোইরাং অনৌবা য়েক ওইবা য়ুমনাক, কৌক্রুশূ। খূয়া লৈখোঙ খাদা— খূয়া খাদা। চৈরোয়ননা—লোয়ননা।

নোংবান অঙোবচা—অঙোম য়েক ওইবা য়ুমনাক্কী মচা। থাঙরি—

চীংখোঙ য়াকৈরাক্তগী, হৈনা মীতুংইন্না শিনতমজরকপা লোয়ম নোংয়াই নাহা শ্রীঅভিরাম মাইবমচা নঙ্গা ঙাংঙোই কৌবা মপু নিংথৌশূ শ্রীমদন হিত্তমচাগা, নোংবান অঙৌবা চা শ্রীহরিচরণ খাংলেনবগা নঙখোয অহুম্মক্তি শৈওং নাতৈ থি, তেংথা লিওঙ খন্না শৈশেমবীও। পস্থৌ নোংবান মপারি শ্রীচন্দ্রশ্যাম লুরোংজমবা নঙ্গা থাঙয়ি মচেঙ চঙববু তেংথানবমচা, শ্রীদয়ারাম কোঙ্গেংবগা লৌশিং নাতমলকপা নবিঙঙাদি কোঙয়াং রায়িখেৎনা মূকমৈ নারিন শোনবী-ও। পস্থৌ কোল্লোয় মযাথং অসিবু রারম হেনথোকফররোই হায়না পাওমেনববু না তাববদা হোয়দা নাউরা ইখোয়বু পায়মা লৌশিং তামনা উনবী লৈখনলনবা, মাকোই পূকথোঙ হাঙবা মশেন্নে। তৌইগুম পস্থৌ কোল্লোয মযাথং, য়াথং হুংশি চৈরোয়ননা পাওমেল্লকপা অসিনা রাকয়ে ইখোয়গী হিগা ওই ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগী থৌজান ঈরেনপূংগুম্বা অতুনা হীরু তেংমায় লেপ্, কপিয়ত্তিনরাম, নোংবান নূংকাংপমচাগা সেবোক মপারি লৌশিং মপাউতাক্তগী, হাকথক রাবী কাউদনা শন্দোকপিরম্বা, শ্রীমুকুন্দরাম রাংখৈ নাউদা অবেমপা চাগা কোবৌ নোংজা খূদিংবু মূকমৈ নারিন শোন্না শিন্দম্বিরম্বা শ্রীবৃন্দাবন মৈযেংবম চাগা শ্রীমাধবরাম রাহেংবগা গুরু লাইওইনবা মরিমক্কী থৌজান মবনকুনা তোংজেং হিনাউশা, য়োহবু সরস্বতী অচুম্বীনা খুমু নোগা ওইনা ভারত রারী হুংঙাইববু লেপনা শৈশেম মতোন লোম্ববু থৌজান লনকুবীসুনো হায়না পাউমেন্নরবগা লোয়ম

---

চেংলৈ শলাই। মচেঙ—ধারা। লৌশিং নাতমলকপা—মহৈ মশিং তমখৎলকইবা। নবিঙঙা—নখোয় অনী। কোঙয়াং রায়িখেৎনা—রাচেংকী কলমনা। মূকমৈনারিন শোনবীও—লাইরিক ইবিয়ো। নাউরা—অঙাং। পায়মা—লৌশিং। উনবী লৈখন লনবা—রাখন মপূং ফাদবা। মকোইপূকথোঙ হাঙবা—জ্ঞান মতিকচানা লৈত্রিবা, রাখন লনবা। তৌইগুম—তৌইগুমমুং। রাকয়ে—হি। কোবৌ নোংজা খূদিং—নুমিৎ খুদিং, নিংতিগী।

মরনকু—থৌজান। তোংজেং—হি। খুমু—নৌ। সেবোক মপারি

নোংবান হংখে লোংনা থাবা, লুরোং মাল্লং অহোঙবা চাদি সেবোক মপারি লেংনতিনবশিংনা উনবী লিতিন্ননা য়াথং পাওমেন্নববু না তারবগী পূকনীং হরাউ থোইনা থাউমৈ মঙান নাই, তরা চেঙ মচং, লোইবী কোইরেং হাও থোয়দিং, শীঙলেন চন্দন লৈহুংশিগা পান্না লায়াৎ তৈ, শ্বা স্নুংদাই খায়, হৈরাং মথেন তৈ, তাউজীং থেনমাই লাংনা মশানৌ পল্লেম পীথাঙশিনবী শ্রীকুঞ্জবতী য়েল্লাংবীগা পূক্নীং ভক্তি চৈরোয়ননা ঈরাৎ পুরুমজরবদা মহাভারত অথোইববু শক কুমশীং রাচুম্বা শোকচা ১৭২৪ শুরকপা লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থাগী নিম্মাঙ তরাহুম-দোইনি পানবা কোরৌ হুমিৎ নিংথৌকাবদা য়াথং পরেং শিন্না তেংথা শৈহৌজরকএ। লৌশিং পোনমিৎলনবগী কৃথোই চিনয়ামনা রাকমা থোইয়া শম্লবস্নুঙ শমু পাংশোয় নীকপা, খূকলু হংমা তোনবনা থোংলেন পানপৈ লানবগুম, চেংলৌ মঙম শোয়বা মিৎয়েং উয়োন্থীবনা তোংজেং হিনাউ শাবগী লৈকূ খমথেং য়ামনা লৈরাই চূপথৈ হকপা তুগুম্ববু শৈওঙ নাতৈ খঙদনা তেংথাজরকপা অসিবু হে সভা লেংনতিনবা সাধু খোয়ম লাইবু নীংবশিংও নঙখোয়দি তাঙজা নরৈতোন্দা হরি হরি শোন্না না-তাবি-ও ॥

লহান নোং হয়িঙৈদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগী মনোংয়ায়, পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি, জন্মেজয় নিংথৌরেন্না কোরৌ হুমিৎমাদা পূকনীং হরাউ থোইনা জয় মহামুনিরেন্দা য়াথং ভক্তি তৌনা পাউহংরা, ময়ু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ তরাক মকপু ঙাই-রোইননা লাংগোই শগোল থানা যজ্ঞ মঙম অথোইববু তৌরকপা,

---

লেংনতিনবশিংনা—মহাক্কী শরুবা ময়াম তিনবদা। উনবী লিতিন্ননা—পূকনীং অমত্তা ওইনা। তরা—চেঙ। শীংলেন—লৈ। মশানৌ—মতু। পল্লেম পীথাঙশিনবী—মমা শকপী। লোইদাম থা। নিম্মাঙ—পানথৎলকপা থা, শুক্লা পক্ষ। খোয়ম—লাই। নাতাবিও—তাবিও।

লহান নোং হয়িঙৈদা—থান্নলা মমাঙৈঙদা। মনোংয়ায়—মশু। পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি—পরিক্ষীৎ মহারাজগী মচানিপা। ময়ু—মবুথৌ। লাংগোই

ব্যাস মুনি মপাউতাক অশ্বমেধ রারী মুংঙাইবা পূণ্য থৌরম অয়াম্বা খৈবিকপু জয় মহামুনিরেন্না নিংথৌ মমাঙ শংশংবদা পাওমেন রাবু জন্মেজয় উনবী পূকনীং তপনা না তাবা ভদ্রাবতী লৈময়োন্দা রাঙনবা যুবনাশ্ব নিংথৌরেনগী যজ্ঞ মঙম শাবু ভীম বৃষকেতু মেঘবর্ণ অহুম্মকনা লাংগোই শগোল ফারুবা, দ্বারিকা লৈপাক মুংঙাইবদগী বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইববু শীংলেন বার্ত্তন তৌনা পাউ বৌরুবা অনুসান হিংচাববু হুয়েন লানশোক্লবা, লোইদাম রাকচীং থাগী পূর্ণিমা য়াওরা থানিন নোংদা মহাযজ্ঞ অথোইববু তৌনা লাংগোই শগোল থাখিরবগী নীলধ্বজ প্রবীর, হংসধ্বজ সুধন্য সুরথ ভীষণ হিংচাবা পাংগন মখৈ লৈতবা মাখোয় অসি খৈবিকপু অর্জ্জুন প্রত্যুম্ন অনীমকনা হাওশি ঙমগচিংনা হুয়েন লান শোক্লখিবা থৌরাঙ মতৌ অয়াম্বদি পোইরৈ তেংথা লীওঙ খন্না শৈশেমজখিববু অধ্যায় তরাহুমদোই শুখিরে। হৌজিক থৌরম অসিগী মতুংগী পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবা মপারি মণিপুর লৈমাবা বভ্রুবাহন পাংগনবগী লানশোক মতৌ ওন্থোকপা অধ্যায় তরামরি শুরকপগী রারম অথোইববু য়াথং পরেং থিনা তেংথাজরক্কে। অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবদি রাক্ষস হি চাবা মরৈপাক্কী যজ্ঞ মঙমশাবু শমু খূৎথুম চন্না ফারকলবগা পার্থ পূকনীং মরাংকায়না লানমী মীয়াম পুনা মায়গৈ খানা পাংবরম চথখিরে। কোরৌ নোং শগোল অহুসুঙ মফম নুংঙাইবা খৈবিকপু থিনা থিনা য়াংলৌ-লমদাং কুইনা চংখিরবদা মণিপুর হায়না কৌবা দেশ লৈবাকমাদা চঙখিরে। মণিপুর লৈপাক নুংঙাইবহুগী মশক মতিক নিংথি মুংঙাই পূন্নমকপু

---

—শগোল। মঙম—যজ্ঞ। বৃষকেতু—কর্ণগী মচানিপা। মেঘবর্ণ—ভীমগী মচা ঘটোৎকচগী মচা। লৈময়োন্দা—লৈপাক্তা। হুয়েন—লান। য়াওরা থানিন নোংদা—পূর্ণিমা নুমিৎতা। হাওশি ঙমগচিংনা—লুচিংদুনা। মণিপুর লৈমাবা—মণিপুরগী নিংথৌ।

মঙমশাবু শমু খূৎথুম চন্না ফারকলবগা—অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোলবু ফাহনা পুরকলগা। কোরৌ নোং শগোল—শগোল। য়াংলৌ—লম্বী, লমদাং।

লৈপাক মতিক ফংনা কনা হায়ঙমশিবনো। লৈপাক নিংথৌ পানবা খৈবিক্তগী ব্রহ্মা লাইয়িংথৌনা থোইনা করম শানশেমলম্বনো ওম্থোকএ। নীংথি মতৌ হায়ঙমদে। চীংঙু নোংপোক মহাদেবগী সনা মকাই-ফমগুম্মে মতৌ পান্দম অমদি খোইয়ম বিষ্ণু থোইখোইবা মহাক্কী বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোং লৈপাকপু করম মানবনো। লৈপাক মতৌ চঞ্জোনবা অতুদা য়াংগোইরিবা নমু পোংওইবা খৈবিকসুঙ পূণ্য লিংচেন থোইথোকএ। ধর্ম্ম লমচৎ কায়হন্দে। বিষ্ণুভক্তি অথোইবদা উনবী পূকনীং চেংলে। বেদ মরিমানা চিংনা পুরাণ শাস্ত্র আগম নিগম শ্রীভাগবত পূন্নমক্তা হায়রিবা রারম অচেৎপা খেবিকপু লমচৎ মতৌ শোয়হন্দে লৈকাই য়িমপূম খূদিঙবু হুম যজ্ঞ তৌবদা পূকনীং হম্থোক লৈতে। লানফম অথোইবা খৈবিক্তসুঙ নমু মীপূম খূদিঙবু অথৌ-লীচা হেপ্পা, পান্‌কন্‌ মঙান চাউএ। শাস্ত্র লাইরিক হৈবসুঙ মতীক কনা হাযঙমদবা মশেন্নে। থৌরম মতৌ নত্তবা নমু লিংজেন ফত্তবা, তরা চাকনিবা, পুন্সি মতম রাৎনা নোংমনবা, পায়মা লিংজেন চুমদবা, লমচৎ তুঙান ওইখিবা, শচীফূ লৈখুন তৌবা. মীকাই কানা থূরানবা. অধর্ম্ম লমচৎ নত্তবা, ফত্ত লমচৎ ওইখিবা অসি খৈবিকপু নমু কনামতনা চৎপিরুদে। নমু পোংওইবা খৈবিকতো, লাইনীং মতৌ শোয়নদে। উনবী থোইনা পূকনীং চেৎপা মশেন্নে। লৈপাক নুংঙাইথোইবা অতুগী নিংথৌ কোল্লোয় মমিংথোংদি বভ্রুবাহন হায়না

ব্রহ্মা লাইয়িংথৌনা—নোংদমবা লাইনা। শানশেমলম্বনো- শেম্মবনো। মকাইফম—লৈফম, মফম। থোইথোইবা—অথোইবা। কোরৌ নোং লৈপাক—স্বর্গ, লাংরৈবাক। য়াংগোইরিবা—লৈরিবা। নমু পোংওইবা—তাইবং মা। উনবী—পূকনীং। য়িমপূম খূদিং—য়ুমথোঙ খূদিং। নমু মীপূম খূদিঙ—মী খূদিঙ। অথৌ-লীচা হেপ্পা—থৌনা ফবা।

নমু লিংজেন ফত্তবা—মী ফত্তবা। তরা—চাক। পুন্সি মতম রাৎনা নোংমনবা—মতম চাদনা শিবা। থূরানবা—হুরানবা। নমু কনামতনা—মী অমতনা। উনবী—পূকনীং। কোল্লোয় মিংথোংদি—মমিংদি। মিং-থোংএ—মমিং কৌএ। পাংগল মরুমথাদা—মরুমথুপনা। লৈপাক মন্নাং

মিংথোংএ। নিংথৌ মাগী পাংগন মরুমথাদা লৈপাক মরাং কায়না হুংঙাই মনীংতম্না পানহল্লে। নিংথৌ সনা মহকসাংদা ধর্ম্ম লমচাও-রেন্দা বিষ্ণু ভক্তি অথোইবা মরমচৎপু কায়হন্দনা মণিপুর লৈপাক ঙাকএ। চেংলৌ মাগী শকপানথোঙসুঙ নি'থৌ মাগী মতীক অথোইবসুঙ বিদ্যা লাইরিক হৈবসুঙ, থোইনা চঙখোল্লে। নমু পোং-ওইবা খৈবিকপুসুঙ ক্ষমা ঙাকপীথোইনা দয়া থৌজান হৈএ। পুকনীং থোইনা রাচুম শূইয়ে, হকসাং ইন্দ্রি খুৎথুম চল্লে, চরিত্র মতৌ মেঙেঙ। পাংগন মঙান চাউবসুঙ শারেন নোংশা অকনবগী সিংহ মপারিগুম্মে। সমুদ্র লাইজা ঈরেন পুংনা কোয়রিবা খৈবিকপু পাংগন মনীংতমনা লোই চন্নেএ। নিংথৌ লমকেৎপা কনানা লানশোক কদৌ ঙমলদে। নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা খৈবিক্তগী পানক্কন মথক থোংনা চক্রবর্ত্তী নিংথৌরেনবু ওইনা পানফয়ে। খুৎশূ শাশূ লীকাপ তেনকাপ লীশূ তেনশূ মহৈ মশীং পুন্নমরুচিংনা নিংথৌ মঙান চাউনা চীংঙ্ নোংথৌ সোরারেনগুম্মে। মতীক অসুম ওইবা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী মতীক অরুববু রারম হাইহৌঙাইবু লৈতরে। লৈমা মশানৌ রত্নমঞ্জুরী কৌবী অহুসুঙ চেংলৌ মাগী শকপানথোং, চরিত্র মরমচৎ মতীক অরুবা পুন্নমকপু য়োয়বু লক্ষ্মী লাইরেম্মগী মমোম হুংচানপীবু করম মানবনো। নিংথৌ মপুরোইববু তরা চাহেন ওইনৈএ। গুণ মতীক

---

কায়না—প্রজাশিংগী অবাং অপা লৈতনা হুংঙাইনা। চেংলৌ—শক। নমু পোংওইবা খৈবিকপুসুঙ—মী পুন্নমকপুসু। ক্ষমা—(সং) ঙাকপীবা। দয়া —(সং) থৌজান। রাচুম শূইয়ে—অচুম্বা রা ঙাঙেঙ। চরিত্র—(সং) লমচৎ। মেঙেঙ—থোৎলে।

শারেন—শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ। সিংহ—(সং) নোংশা। লাইজা ঈরেন পুংনা—সমুদ্রনা। লমকেৎপা—লমহেনবা। নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা—নিংথৌ অচৌবা। মঙান চাউনা—মগুণ চাউনা। চীংঙ্—লাই। নোংথৌ সোরারেনগুম্মে—লাইনিংথৌ সোরারেনগুম্মে। লৈমা মশানৌ—মহারাণী মহারাণী। চেংলৌ মাগী শকপানথোঙ—মথক মতৌ। য়োয়বু—অথোইবী, অহেনবী। মমোম—মচানূপী। হুংচানপী—নুরা তৌবী।

লৈবী, চেংলৌ শকোয় হেনবী আতুর মথা পোন্না লোন্নবীবু—মণী শ্রীঊমদনা মণিপুর লৈপাক ঙাকমিন্নবদা লৌশিং কনানবু মকিং নাই-হন্দে। লৌশিং পূকমান্ননা পানমন্নয়ে। মণিপুর লৈমাবা মহাক্তি পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী মপারি তা আনে। পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী ঔরস মিচু মরু হুন্না নাউনৌবা মহাকনে। তাংজা লিনগী চনু চেংলৌ শকোয়হেনবী কোল্লোয় মমিংথোংদি উলুপী হায়না কৌবী অমসুঙ পল্লেম লোন্নবীবু ওইনা নাউয়োকএ। চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু অর্জ্জুন তেনহৈবগী ঔরস বীর্য্য মরু হুন্না নাউনৌয়ে হায়না পাওমেনববু না তারবদা জন্মে-জয় নিংথৌরেনদি উনবী পূকনীং ঙরুবগী জয় মুনিরেন্দা য়াথং ভক্তি তৌনা পাউহংজখিয়ে। হে মুনি অথোইবা-ও রারম মতৌ করম ওইনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু—পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী মপারিবু করম ওইরুহিকপনো হায়না পাউহংববু না তারবদা জয় মুনি অথোইবনা মচীন মোমোন নোকনা পাউখুম্বিখিয়ে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও উনবী পূকনীং তপনা নাতা-ও। থাইনা লহান নোং পার্থ তেনহৈবনা তীর্থ যাত্রা তৌনা চৎলুঙে অনন্ত শেষ নিংথৌগী মমোম উলুপী অহেন-বীবু পার্থ তেনহৈবনা নুহোঙ নাক্তা থানা তিন্নরুবগী মপারি ইরাবন্ত

---

চেংলৌ শকোয়হেনবী—মশক মতৌ ফজবী। মকিং নাইহন্দে—মপুক শেংদবা তৌদে। পূকমান্ননা—পূকচেল খোয়জেন তিন্ননা।

পানমন্নয়ে—লৈমিন্নেএ। লৈমাবা—লৈবাক্তী মপু, নিংথৌ। মপারি তা আনে—মচা নিপানে। পল্লেম—মমা। পায়মা লিনকোয়গী—গর্ভদগী। নাউনৌবা—পোকপা। তাংজা—লিন। চনু—নিংঙোন। চেংলৌ শকোয়-হেনবী—মশক-মতৌ-ফজবী। কোল্লোয় মমিংথোংদি—মমিংদি। নাউ-য়োকএ—য়োকএ। ঔরস—বীর্য্য। নাউনৌয়ে—পোকএ। নাতারবদা—নাকোংনা তারবদা। উনবী পূকনীং তপনা—পূকতপ্পা। লহাননোং—[illegible] মথাঙৈঙদা। পার্থ—অর্জ্জুন। অনন্তশেষ নিংথৌগী—লিন নিংথৌ [illegible]। মমোম—মচা নুপী।

অহেনবীবু—অথোইবীবু। মপারি—মচানিপা। নাউনৌরকএ—

কৌবা অমবু নাউনৌরুইএ। ইরাবন্ত অকনবা মহাক্তি কুরুক্ষেত্র লানশোকফমদা লানফম মায়য়োক য়ানাখিরে হায়দবরা? থৌরম অহু মতুংদা গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু বিবাহ মুহোঙলুরবগা মপারি বভ্রুবাহন অকনববু নাউনৌরুইএ। চিত্রাঙ্গদা মহাক অসিসুঙ নাউরা মকারকডৈদা পম্বৌ গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মীচৈ অরাম্বনা লাইরেন গুম্ভীরণী হকচাউববু ওইয়ো হায়না পাওমেনখোনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা রাকচ্ছয়ে। হে পম্বৌ ইপা গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন-ও মীচৈ হনফদবা অসিবু মতম কয়ামরুম্ব কুইনা লাননং ও হায়বনো অসুম য়াথং ভক্তি তৌনা পাউ হংজবদা পম্বৌ গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন্না পাউখুমখিয়ে। হে ইমোম নীংথিবী নঙবু পাণ্ডু পাংগনবা মপারি ধনঞ্জয় তেনহৈবগা মুহোঙ নাক্তা থানা তিন্নববু খোকলবদা মীচৈ ঐগী অরাম্ববু কোকডৈনে। অসুম পাওমেন্নরিডৈদা অর্জ্জুন তেনহৈবসুঙ তীর্থ যাত্রা চৎপদগী গন্ধর্ব্ব মরৈপাক্তা চঙখিববু খোকলু-রবগী তন্না মীচৈ অরাম্ববু কোকনা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু—অর্জ্জুন তেনহৈবদা মরান মুহোঙ-খোঙদোংলে। মতম অসুম ওইবা অতুদা মপারি বভ্রুবাহন অকনববু ঔরস মরা হুল্লম্মে। বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু অর্জ্জুন পাংগনবগী মপারি তা আনে হায়না শংশঙ তাঙনা খঙেজা হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও। থৌরম অসুম তৌনা গর্ভ পীবুকমুংদা থমলমলবগা পার্থ লৌশিংবদি তীর্থ ফম্বীরেন্দা চৎখিরে।

---

পোকলুইএ। গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা—গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন চিত্রভানুগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা কায়না কৌবী। নাউরা মকারকডৈদা—অঙাং মথোক কাথৎলকপদা। পম্বৌ—মপা। মীচৈ—শাপ। হকচাউববু—মখা চাউববু। রাকচ্ছয়ে—হায়জৈএ। পাউহংজবদা—হংজবদা। ইমোম—ইচানুপী। পাণ্ডু পাংগনবা মপারি—মপাংগন কলবা পাণ্ডু নিংথৌগী মচানিপা। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুন। মরান মুহোঙ খোঙদোংলে—লুহোংলে।

মপারি তা আনে—মচানিপানে। শংশঙ তাঙনা খঙেজা—তথেংনা খঙেজা। পীবুকমুংদা—পুকমুংদা। অহেনবু—অথোইববু। নাউনৌরে—

চংথি মতুং অতুদা বভ্রুবাহন অহেনববু নাউনৌরে। মরম অসিগী দমকনা উলুপী—তাংজা লীল্লা চনুসুঙ মচা মানা পোকপবু লৈতরবগী বভ্রুবাহন অহেনবনা পল্লেম চিত্রাঙ্গদা নাক্তা উলুপী লোম্নবীবু য়োকপী-ঙম্বা থোকলুরে। মণিপুর লৈপাক মুংঙাইবা অতুদা রারম তৌরক-পদি অসিনে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও।

অসাইঙৈগী কোরৌ নোং শগোল যজ্ঞ মঙমশা অতুদি বভ্রুবাহন মরৈপাক্তা চঙখিরবদা অর্জ্জুন তেনহৈবনচিংনা লানমী ঙাইরোয়নরিবা খৈবিক্তি লৈপাক মতৌ উনা উনবী পূকনীং ঙক্লবদা অর্জ্জুন মাগা লোয়নরিবা হংস ধ্বজ নিংথৌরেন্দা পাউহংখিয়ে। লৈপাক মুংঙাইবা অসিগী দেশ মমিংথোংবু করি কৌবনো? লৈবাক মতৌ অসিগুম্ববু কদৌনোং উথোক্তরিয়ে। মফম য়েংশিনখিবা খৈবিকপু নীংথি পূকনীং হুয়ে। লৈপাক মুংঙাইবা অসিদা নিংথৌ লৈমাববু ওইরিবসুঙ কনানো হায়না পাউহংলবদা হংস ধ্বজ নিংথৌরেন্না পাউথুমখিয়ে। হে পার্থ অথোইবা-ও লৈপাক মমিংথোংদি মণিপুর-ও হায়না কৌএ। নিংথৌ কোলোয় মমিংথোংদি বভ্রুবাহন-ও হায়না মিংথোংএ। পাংগন মথোকলকপা লৌশিং মকারকপবু ওইরিএ। নিংথৌ মঙান চাউএ। পাংগন মপা লৈতে, পীজা কনা পাম্মুদে। পীনা হনয়েংদনা থরায় লানকোনহৈএ। লীশূ তেনশূ, লীকাপ তেনকাপ খৈবিক্তা পানকনু মীথক থোংএ। লানফম অরাম্বদসুঙ শিব নোংপোক মহাদেবগী চীংঙু মহকসাংগুম্মে। নিংথৌ মমাম্নবা খৈবিকনা লানফম মাগী মায়য়োক য়াঙমদে। লাংহৈ কুমপী থূদিং নিংথৌ মথোঙচৌন্দা সনা কাংপোং

---

পোকলে। তাংজা লিল্লা চনুসুঙ—লিন নিংঙোনম্ব। য়োকপীঙবা—য়োক-লবা। কোয়ৌ নোং শগোল—শগোল। মঙম শা—বজ্রগী শগোল। ঙাইরোয়নরিবা—লোয়নরিবা। পাউহংখিয়ে—বা হংখিয়ে। মমিংথোংবু—কৌনবা মিংবু। কদোনোং—করিঙখা মতমদা। লৈমাববু—নিংথৌবু।

পার্থ—অর্জ্জুন। কোয়োয়—মিং। মিংথোংএ—মমিং থোক্লে। শিব—মহাদেব। চীংঙ্—লাই। লাংহৈ—চহী, কুম। পুক্নমক্লে—থুকায়ে।

লীশিং লীশিং শুনা লোইহা পুরুমনয়ে। মনাইস্থ পশি যজ্ঞ কাৰ্ত্তিং হায়না মিংথোংবা সেনাপতি লানচিংবা অহুমদংবু লৈএ। পাংগল মতীক হায়ঙমদে। রায়ম অসিগী দমকপু অসি কোয়ৌ হুমিংমগী হয়েন লান শোকনগে তৌবা অসিবু পূকনীং চিংনা পোকএ। মালৈ করি ওইবয়ু থোকলগবনো। রায়ম খঙলু ঙমদরে। কোয়ৌ নোং শগোল অহুবু বভ্রুবাহন নিংথৌরেম্না ফাঙমলবদি যজ্ঞ মঙমথৌবু কায়রগবরা খঙদে। যজ্ঞ অমরক হোৌনা লাঙথংঙমলরোইবরা নীংখল্লে। অসুম পাওমেম্নরিঙৈদা মতম খঙলৌ ঙমদনা হেম্বা লোইবী কাক অমগা পোনবী লাঙচ্চামাগা শগন তুফাং ফুনা পাইশিল্লকলবগা অৰ্জ্জুন তেনহৈবগী সনা লুহুপতোন্দা তোংলরে। লানমী মীয়াম চংলিবা খৈবিক্তি মতৌ অহুবু চেংলৌ মিংথিংলবা মতুংদা অৰ্জ্জুন লীরুং মথূংশূ গাণ্ডিব য়াইওইবসুঙ লীরুং মঙান মকএ। লানমী পূম্নমক্কী পায়মা নিংদোন থুকনা চোংএ। থৌরম মতৌ ফত্তবা অমঙ্গল য়াইথী খূংতম অসুম্বা অহুবু চেংলৌ মিংথিংলবদা উনবী পূকনীং ঙকনা নীংখম্নরিঙৈদা বভ্রুবাহন মিংথৌরেনগী খোঙলোয় থৌশী মীনা কোয়ৌ নোং শগোল অহুবু শমু খূত্তা থূমনা ফারবগা নিংথৌ সনা মখোঙখাদা পুশিনখিরে বভ্রুবাহন নিংথৌরেন্দি সভা মীয়াম তিম্না ফমফম ঙম্বদা খোঙলোয় মথূং লোম্না রাকংখিয়ে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও যজ্ঞ মঙমশা কোয়ৌ নোং শগোল নীংথিবা অমত্তংবু নিংথৌ—নথোঙজীন্দা চঙলকএ। শগোল মরাইবক্তা চোইনৌ সনা মপাক তোপএ। সনা মপাক থম্না চীংঙ লাইরিক ইরিবদি হস্তিনা লৈপাক হুংঙাইবদা সনা

---

অসি—ওসি। হয়েন—লান। কোয়ৌ নোং শগোল—শগোল। নীংখল্লে—যাথল খল্লে। হেম্বা লোইবী—কাক। পোনবী—উচেক। লাঙচ্চা—লাঙচ্চা।

চেংলৌ-মিংথিংলবা—উয়বা। পায়মা নিংদোন থুকনা চোংএ—নিংদোন থঙ্ থঙ চোংঙে। য়াইথী খূংতম—অমঙ্গলগী খূদম। উনবী—পূকনীং। খোঙলোয় থৌশী মী—দূত। ফমফম ঙম্বদা—ফমচ্চুনা লৈরম্বদা। মঙমশা—যজ্ঞগী

লৈকোয়কম্বা ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন্না বংশ শাগে হাৎপগী পাপ অন্নাম্বু কোক্লবা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন মহাভক্তি ব্রত তরা চাক্কা হেন্না লৈহৌরে। যজ্ঞ মণ্ডমশা অত্তুদি ধনঞ্জয় অকনববু লাংগোই মতুং ইন্না ঙাকহনখিবনে। পাংগন নথৌ লৈরবদি লাংগোই অরাক তমনা ফাওম্মো। পাংগন নথৌ লৈতববু ওইহিকলবদি লোইহা পুরুমপোৎ মহাকপু পুংবুরেম থেনমায়লাংনা ঙাইখমচণ্ডমও হায়না রাকৎপবু না তারবদা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনদি হরাউ মথোই তোংনা নীংখনখিয়ে। মতম নোংশাং কুইনা চেংলৌ শক উদরিবা পাংগন মরমচৎসুণ্ড তাদরিবা, পনথৌ ঐবু পোকপগী মতীক অরুবা মহাকপু হন্থক মতম অসিদা পনথৌ মাঙদা থান খণ্ডজরঙৈনে। চীংঙু ঐগী লাইবক ফবনা থোকলরে। চীংঙু নোংদম মথৌজান্না পুশিনবিরকপা অত্তুনে হায়না নীংখজরবগা বভ্রু-বাহন নিংথৌরেন্দি হরাউ পুকনীং চৈরোয়ননা মায়থোং মঙান নাইনা সভা লেংনা তিনবদা পাওমেল্লকএ। হে সভা অথোইবা-শিংও। ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী মশানৌ অর্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী পনথৌ শাৎমাবনে, পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগীদি স্বামী মপুরোইবনে। ইম্বু গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগীদি মাকলৌরেম তা আনে হায়ববু ত্রিজগৎ মরোন অহুম্মকনা শংশঙ তাঙনা খঙলিবা নত্তবরা? মরম অসুম ওইবা পম্থৌ ঐবু পোকপা মতম নোংশাং কুইনা উদরববু লারকএ হায়না নাতাবা অসিবু মঙ্গল য়াইফববু লেপনা ওইরে হায়ববু

---

খগোল। চোইনৌ—সনা। সনা লৈকোয় কম্বা—নিংথৌ ওইবা। বংশ—(সং) শাগে। লৈরোরে—লৈহৌরে। লাংগোই—খগোল।

লোইহা পুরুমপোৎ—মায়োক থাফম য়ানবা অথেনপোৎ। পুংবুরেম থেনমায়লাংনা— মপৈ মপৈ পৈহনা। নোংশাংকুইনা—সুমিৎ মশীং য়ামনা। পনথৌ—ইপা। নোংদম—লাইনা তম্বা। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। মায়থোং মঙান নাইনা—মায়থোং মকা লামনা। পনথৌ শাৎমাবা—ইপা অপোকপা। স্বামী—(সং) মপুরোইবা। ইম্বু—ইবুথৌ। মাকলৌরেম—মঙ্গাক নিপা। ত্রিজগৎ—মরোন অহুম। লারকএ—লাকএ।

প্পায়মা ঐগী উনগোম্মংদা চেৎনা নীংখজরে। হে থোইমোম নোংদম্বা-ও দয়া নথৌজান্দগী ইপা ধনঞ্জয় তানফংদরববু নিংথৌ ইরৈপাক্তা মপাম্নি ঐগী থৌজান মাঙদা থানা পুশিনবিরকএ হায়না পিরেম ঈফম তাউ, মিৎকোয় লাইজা মরাঙ হৌনা মপা ম্নুংশি মৈনা থমোয় লকাম্নুংদা ম্নুংশি মৈচাক ফংলবগী পিরেম ঈচেন চৈরোয়ননা পাওমেল্লকএ। হে পাত্র লৈপাক কোইবা-শিংও থৌরম নঙখোয়বু ময়েক ফংনা শানথং-হল্লবনে। থৌরম ইখোয়বু করম ওইনা য়েল্লাংঙমদমশে হায়বনো পনথৌ ঐবু পোকপনে হায়ববু খঙদবগী কোরৌ নোং শগোল্দি লাংগোই অরাক তমনা ফারুরে। রারম মতৌ অসিবু না তাখিরবদি মচা মানা পোকপনে হায়ববু শানখঙদবগী য়াইবী কনহৌ নীকপবু থোকলগনে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবগী লানশোক মায়য়োক রাবু মাঙহল্লিংবগী পাওমেন রাদি নত্তে। পন্থৌ ঐবু পোকপনে হায়ববু শংশঙ খঙলবদা করম হুয়েন লানশোকনশি হায়বনো হায়না পাও-মেনববু না তারবদা সুবুদ্ধি পায়মা লৌশিং থোইবনা পাউখুমলকএ। হে নিংথৌ অথোইবা নঙবু পাণ্ডব শাগৈরেন্দা নাউনৌরকএ হায়রিবা অসিবু রারম অতাঙবা মহাকনে। থৌরম খল্লুঙাইবু লৈতরে। মমাঙ শ.শঙবদা যজ্ঞ মঙমশাবু কৎলুরসে রারম খঙলু ঙমদবনা কোরৌ নোং শগোলবু ফারকলিবা অসিসুঙ তাইবঙ নোংসাপানগী হৌনা লমতাংসাং মহাকনে। হে নিংথৌ লৈমাবা-ও পূকনীং চিংনরাবু লৈরগুনো।

---

পিরেম ঈফম তাউ মিৎকোয় লাইজা মরাঙ হৌনা—মিত্তা মপি ঈরা চেম্না। লকা—থম্মোয়, থজীন। পিরেম ঈচেন চৈরোয়ননা—মপিগা লোয়-ননা, মমিৎতা মপি তানা। লৈপাক কোইবশিংও—লৈবাক্কী অঙবশা। ময়েক ফংনা শান-থংহল্লবনে—তয়ং তয়ংনা খঙহল্লবনি। য়েল্লাং ঙমদমসে হায়বনো—করমনা থৌরাং তৌসি হায়বগে। লাংগোই—শগোল। শান-খঙদবগী—খঙদহুনা। য়াইবী কনহৌনীকপবু—থবায় শোকনা শাউবা। হুয়েন—লান। নাউনৌরকএ—পোকলকএ।

তাইবঙ নোংসাপান—সংসারগী। লৈমাবা—নিংথৌ। লঙজা-থারো-

ধনঞ্জয় অকনবনা লঙজা রারোবিঙমলোই। চীংঙু গোবিন্দ খোইখোইরগী লোয়না মপাতাউনে, নমু মীমচন্দ্র নত্তে। পম্থৌ নপা পোক্রমাবা অসিদি তাইবঙ নমু পোংওইবরক্তগী চীংঙু নারায়ণ মহকসাংগুম্মে হায়না পাওমেন্নরিবা অহুনে। অর্জ্জুন মতীক অরুববু রারম মখৈ ফংনা কনা হায়ঙমশিবনো। ঙাকপি থৌজান হৈবা, পাংগন মপা তামনা ইন্দ্রি খূতুম চনবসুঙ পার্থ মাগা মান্নববু পূমনা লৈতে। খাম্বী মৈতান অরাববু লৈরাং পান্দম্নরিবা অহুনে। শ্রীমধুসূদন লাইমরুগী লোয়না মপাতাউ ভক্ত অর্জ্জুন অথোইবা অহুনা পূকনীং রারোথৌদি তৌবীঙমলোই। ভক্ত মীওই চঙখোনবশিংগীদি ভক্তি বেদ অচীকপবু তৌনা পুরুমজবদা থৌজান লৌবী মহৌশানে। ঈশ্বর মপুরেন মহাক্নবু মনাই ভক্ত লৌশিংবশিংবুদি ফত্তা মায়থী নংহন্দে। মচা মানা পোকপগী লঙজা অয়োনবদি পনথৌ ঈহুনবিবা মপানা ফত্তা রারো লিংচেনসুঙ হৌনদে। যজ্ঞ মঙমশা কোরো নোংশগোল অহুহুম লোইনা চান্না পূমনা খোম্ য়াওরা লনয়াম পু, ব্রাহ্মণ পুরিৎ য়াওনা কৎলুরসে। থৌরম অসি মতুংদা পার্থ অর্জ্জুন অকনববু মণিপুর লৈপাক অসিদা সিংহাসন পোৎলোই কৎনা নিংথৌ লৈকোয় ফম্ববু ওইহল্লম্মো। নিংথৌ নথোকলকপা নঙদি লাংগোই শগোল ঙাকপদা পনথৌ নপা মহুৎশিন্না লৈপাক অতাম্বদা চৎচেমও হায়না পাওমেনববু না তারবদা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন্দি চেংলৌ মায়থোংপান্না মণিপুর সুবুদ্ধি লৈপাক কোইবা অহুবু লৌশিং মতীক থাগৎখিএ।

---

বিঙমলোই—দোষ তৌবিরম্মোই। লোয়না মপাতাউ—মরূপ। নমু মীমচন্দ্র—অচম্বা মীবু। নমু পোংওইবরক্তগী—মী ময়ামগী মরক্তগী। পাংগন মপা তামনা—কনবদা লাম্বা লৈহনা। মধুসূদন—শ্রীকৃষ্ণ। লঙজা—অয়োন অয়ান। পম্থৌ ঈহুনবিবা—মরু হুনবিবা ইপা। য়াওরা—লন, শেন।

লৈকোয় ফম্বা—ময়াম লেপ্পা, নিংথৌ। নথোকলকপা—মথোক কাথৎলকলিবা। অতাম্বদা—অয়াপ্পদা, অথাপ্পদা। চেংলৌ মায়থোং পান্না—মায়থোং মকা লামনা। লৈপাক কোইবা—লৈবাকী অঙবা। মনাউয়োক—

হে পাত্র লৈপাক কোইবা-ও নঙদি সাধু মীওই চঙখোনবা, গুণ মতীক লৈবা মহাকনে। অসুম থৌজান থাগৎপিরগা ব্রাহ্মণ পুরিৎ মনাউয়োকসুঙ চীঙ্গাক থুমখোইবা, তাউজীং হাউখোইবা খৈবিকসুঙ শানশেমলবগা লৈপাক হৌনা মরমচৎকী শামী লান্মী শগোল শাম্ন তুলাই শাকোক তোংবা পূমনা চৎ, পূং পেরে খোঞ্জেন মনিন নাইন, চতুরঙ্গ তেংগোন মঙান চাউনা লারকলবদা পনথৌ-মপা পার্থ তেনহৈবরমগীদি অর্জ্জুন পাংগনবা মহাক্না পদ্মব্যূহ থম্বাল মশক শানা পল্লেন চাউকোই শেম্বা তেংগোন লানশোকফম্বু লিংখৎতম্মে। তেংগোন ফম্বী মাঙদা পানকন্ মথোকলকপা কামদেব, সাইত্যকী কৃতশত্রু, প্রবীর, নীলধ্বজ—হংস ধ্বজ, অনুসান, যৌবনাশ্ব, বৃষকেতু পাণ্ডব যাদব শাগৈ পূমনমক্কী অকন অয়িংচেং অসি খৈবিকনা লানফম মাঙওকয়ানা ঙাইখম ঙম্বদা বভ্রুবাহন লৌশিংবনা লানমী মনিন নাইনা চঙখিববু চেংলৌ মিংথিংলবগী উনবী পূকনীং ঙকনা নীংখনঙম্মে। অর্জ্জুন তেনহৈবগী চেংলৌ শকপানথোং, মতৌ মরমচৎ, মচু মমেন, খোঙথাং খূথাং, ঙকশম লুরেন-তা, থবাক লেংকনলম, ফৈবোম তানপুম লম, পূম্নমা মহাকপু অর্জ্জুন তেনহৈবগা হেন্নদে। লমদম থাপনা লৈরম্বদগী লানফম মায়য়োক নকচিল্লকলে। বভ্রুবাহন অথৌবদো তুলাই মখূনেৎতগী মালেম লৈদা কূমনা পনথৌ মপা পার্থ অকনববু পুরুমলবগা যজ্ঞ মণ্ডমশানচিংনা য়াওরা লনয়াম পূম্নমা চীঙ্গাক হাউখোই থুমখোইবা খৈবিকপু কৎনা পুরুমলে। নিংথৌ মাগা ঙাইরোয়নরকপা পুরোহিত মনাউয়োক্নসুঙ অর্জ্জুন মাঙদা লেপনা আশীর্ব্বাদ

---

—পুরোহিত। তাউজীং—হৈ। শানশেমলকপা—শেমলগা। লারকলবদা—লাকলবদা। পদ্ম—(সং) থম্বাল।

ঙাইখম ঙম্বা—ঙাইহুনা লৈরবা। চেংলৌ মিংথিংলবগী—উরবগী। নীংখনঙম্মে—থন্নম্মে। চেংলৌ শকপানথোং—মথক মতৌ। লুরেন-তা—কৌকতা লাকতা। হেন্নদে—মাইনে। মালেম লৈদা—লৈপাকতা। পুরুমলবগা—পুরুমলগা। ঙাইরোয়নরকপা—লোয়নরকপা।

য়াথং লৈশি লৈথোম্নরে। বভ্রুবাহন মথোকলকপনা অনৌবা চৈরৈ ঙক্তা য়েং, মুংশি মতৌ উৎ দণ্ডবৎ প্রণাম তৌনা পুরুমলবগা পনথৌ মাবু পোকপগী খুয়া উৎফুন লৌনা তাংজা লুরেন তোন্দা হাপ চেংলৌ মমিৎ অনীমক্তা পিরেম ঈচেন্ননা মতম নোংশাং কুইনা চেংলৌ শক উদরবা পার্থ অকনবদা মুংশি হীকহাই সংনা য়েং, য়াথং মচেৎ থি, কোল্লোয় অমেঙখন্ ভক্তি মুংওন চৈরোয়ননা রা কচ্চয়ে। হে পম্বৌ ইপা ইবুংঙো লাইজা ঈহুনবিবা-ও বভ্রুবাহন কৌবা ঐবু নচা নঙনা পোকপা নপারি তা আনে। পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগী গর্ভ ইমুংশিনয়োমমুংগী নাউনৌএ। তাংজা লিল্লা চমু উলুপী লৌশিংবীগা পলেম ইমা অনীমানা নপারি ঐবু নাউয়োকপিরিবা অদুনে। পনথৌ নঙগী মজ্ঞ মঙম শানে হায়ববু খঙদবগী খোঙলোয় ঐগী থৌশী মীনা লাংগোই খুৎথুম চন্না ফাজিল্লুরে। লাংগোই মরাইবক্কী চীংঙু লাইরিক য়েংবদা পনথৌ নমিংথোং অথোইবগা রারম ঙমফদবা খৈবিকপু চীংঙু লাইরিক মুংদা লৈঙম্ববু না তারবগী রারম শংশঙ খঙজরবনীগিনা য়াওরা মনয়াম পু—চীঙ্গাক মরোন য়ামনা কোরৌ নোং শগোল মহাক্কা পনথৌ নখোঙ খাদা কচ্চরবা অদুনে। হৌজিক মতম অসিদদি হে পনথৌ ইপা ইবুংঙো য়াইফা মিংচৎ থোইবা-ও নঙনা নিংথৌ নপারি ঐগী সিংহাসন ইফমলেন অসিদা ফমনা সনা লৈপাক ঙাকপীঙম্মো বভ্রুবাহন নপারি ঐদি পনথৌ নহুৎ শিন্না লাংগোই শগোল ঙাকপদা চৎচরুগে হায়না হন্না হন্না পুরুমজরে। অমুম পুরুমজরবা মহাকতুবু মনশ্লয় পাংগনবদি কোলোয় ময়াথংবু না তারবদা মুংশি পুকনীং চঙববু

---

চৈরৈ ঙক্তা য়েং—মঙক্তা মফি য়েত্তনা। তাঙজা লুরেনতোন্দা--মকোক মথক্তা। পিরেম ঈচেন্ননা—মমিত্তা মপি ঈরা চেন্না। নোংশাং কুইনা—মুমিৎ য়ায়া।

মুংওন চৈরোয়ননা—মপুকনীং মুংশিনা। লাইজা ঈহুনবীবা—মক হুনবিবা, গর্ভ পীবিবা। নপারি—নচা নিপা। পলেম—ইমা। অহেনবী—অথোইবী। ইমুংশিনয়োমমুংগী—গর্ভদগী, মপুকুগী। নাউনৌএ—পোকএ। তাংজা লিল্লা—লিন। চমু—বিঙোন। নাউয়োকপিবা—য়োকপিবা। মঙম-

হায়দবসুঙ চেংলৌ মিংচিত্তোন্নসুঙ য়েংবীরুদে। অসুম অর্জ্জুন মতৌ অকনববু মিংয়েং শানখৈরবগী নমু পোং ওইবা পূমনমক্তি উনবী পুকনীং ভকনা মুংপঙইরৈচন্নরে। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবনা অসুম খৌজাক লৌবিত্রবা মহাক্কুবু মপারি পাংগন মখোকলকপদদি পনথৌ মাবু পোকপনে হায়ববু শংশঙ তাঙনা খঙজরবগী ভক্তি মরমচৎপু থাদোক্কনা মতৌজরবগী নমু মীয়ামপানখৈবিকনা অর্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু মতৌ করিগীনো ওস্থোকএ। চেংলৌ মাগী শকপানথোং মতৌ মরমচৎপু পূমনা মানবা বভ্রুবাহন কৌবা অসুম্ববু করিগী খৈজ্ঞান লৌবিত্রবনো তাইবঙ নমু পোংওইবরক্তগী থোইথোকপা মীওই কনাগা মান্নদবা অসিবু থোয়মা নম্মুক্কনা য়েংবিদে। ভক্তি মরমচৎ অসিসুঙ খোইমোম লেংনতিনবা মহাক্কবু মুংঙাই পূকনীং পেনবিরিঙৈনে হায়না অসুম পাউশোন্নয়ে। অর্জ্জুন মপারি বভ্রুবাহন লৌশিংবদি অনৌ অনৌ কোল্লোয় অমেঙ থিনা হায়জখিয়ে। হে পনথৌ ইপা ইবুংঙো মাইজা ঈছনবিবা-ও নিংথৌ নপারি ঐবু পলেম ইমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা পায়মা উনগোয়নুংগী নাউনৌবা অর্জ্জুন নপারি তা আনে। মখান নোং পনথৌ শাৎমাবা নঙনা তীর্থ যাত্রা চৎঙৈদা পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু মুহোঙনাক্তা থারিঙৈ বীর্য্য মরু হুন্না পলেম ইমুংশিনয়োম-মুংদা থমলম্ববু পুকনীং করম থোকাউরবনো হায়না হুন্না হুন্না য়াহমজবা বভ্রুবাহন অথোইবগী ভক্তি য়াথং অমেঙবা মতৌ অহেনবা অত্থবু মুংশি য়েংঙমদরবগী শ্রীকৃষ্ণ মপারি কামদেব লৌশিংবনা য়াথং চৈরৎ লৈতনা

---

খা—যজ্ঞগী খগোন। ফাংগোই—খগোন। লৈঙম্বা—লৈরবা। য়াওজ্ঞ—মন। ইকমলেন—ঐহাক্কী কমকম, ঐগী সিংহাসন। পুক্রমজয়ে—থুক্রমতয়ে। মিৎয়েং শানখৈরবগী—ঊয়বগী।

নমু পোং ওইবা—মীওইবা। মুংপঙ ইরৈচন্নয়ে—তৌফম থঙদবা লৈনয়ে। পাংগন মখোকলকপদি—নাহা উ থেগৎলকলিবদি, মখোক কাথৎ-লকপদি। চেংলৌ মাগী শকপানথোং—মখক মতৌ। নমু পোং ওইবরক্তগী—মী ময়ক্তগী। খোইমোম লেংনতিনবা—লাইয়াম সতা। পায়মা উনগোই-

পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অর্জ্জুন তেমহৈবা-ও নঙগী নতৌ মরমচৎপু শংশঙ লেপনা মানবা থমোয় থোইনা পূকনীং কনবা পূন্য হকসাং ওই-রবা অসুম্ববু কনা উথোকতরিয়ে। ধর্ম্ম শাস্ত্র পূন্নমকপু শুনা খঙলিবা নঙনদি য়াওব্রা লোন খঙদরিবা অঙাং মরমচৎকুম তৌরিবা অসিবু মতৌ করিগীনো ? শ্রীমন্ত লন মরু মহাকনা তিল্লবা পুত্র হকসাং ওইনা মতৌ মরমচৎপু থোইনা মেঙবা অসিবু অর্জ্জুন নপারিবু ওইরবদি চীংঙু নঙগী লাইবক ফববু লেপনা ওইরে। পূকনীং করি নীংলিবগী নচা নঙনা পোকপা মহাকপু থৌচান লৌবীদনা লৈরিবা অসিবু মরম করিগীদমক-নো হায়না পাওমেনববু অর্জ্জুন তেনহৈবনা না তারবগী পূকনীং কঞ্জাউ থোইনা পাউথুমলকএ। হে কামদেব কৌবা-ও নঙনা রারম খঙফাৎ-মন্দনা অর্জ্জুন ঐবু য়াথং ঙংহংননা পাওমেল্লিবা অসিবু করিহিকনো হায়না কঞ্জাউ মখৈ ফংনা হৌথংলবগা বভ্রুবাহন লৌশিংবগী তাংজা লুরেনতোন্দা কস্থী মখৈ ফংনা অর্জ্জুন শমু খোঙনা কাওরে। থৌরম অসুম ওইরবা মহাক্তবু কঞ্জাউ মৈবা তেম্বীদনা পার্থ মহকসাংবু পূমনা নীকএ। মমিৎ কোরী হৌ, মুখ মথা চীকনা পাওমেল্লকএ। বভ্রুবাহন নঙবু অর্জ্জুন ঐগী ইপারি তা আনে হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু রারম করিদগীনো ? নঙগী পলেম নমা পোকমাবী অতুসুঙ বিদ্যাধরী বেশ্যা-শীংলেন তাইজবী নটীনী হামপোইপীনে। অর্জ্জুন ঐগী ইপারিদি অভিমন্যু কৌএ হায়ববু ত্রিভূবন মরোন অহুম্মকনা তাঙনা শংশঙ খঙলিবা অহনে। শ্রীকৃষ্ণ লাই মরুগী মাকলৌরেম তা আনে। সুভদ্রা

---

মুংদগী—মপুক্তুগী, গর্ভদগী। নহান নোং—অহুঙৈ, মমাঙৈঙদা। শাৎমাবা—অপোকপা। থৌকাউরবনো—নীংশিংব্রবনো, কাউরবনো। ঘাহমজবা—বা হায়জবা। শ্রীকৃষ্ণ মপারি—শ্রীকৃষ্ণগী মচা নিপা।

রাওরা—খোঞ্জেন। চীংঙু লাইবক ফবা—লাইবক ফবা। পাওমেনবা—হায়বা। রারম খঙফাৎ মান্দনা—মরোন মুন্না খঙদনা। করিহিকনো—করি মরমগীনো। তাংজা লুরেনতোন্দা—মকোক্তা। মুখ (সং) মচীন। পলেম নমা পোকমাবী—নঙবু পোকপা নমা। শীংলেন তাইজবী নটীনী—ওক্তবী মুপী।

পায়মা লিনকোয়গী অভিমন্যু ইপারি অহুদি অর্জ্জুন ঐগী পাঙ্গল ইতীক হেনথোইএ। লানফম অরাম্বদা পাঙ্গন মপা লৈতে, লানশোক মরম-চৎপু থোইনা চঞ্খোল্লে। পল্লেম পম্থৌ অনীমক্তা ভক্তি থৌখন হৈএ। হকসাং পাঙ্গন কনথোইবা অহুব পাণ্ডব পূন্নমক্কা যুবরাজ অহনবনে। শাখৈ লেংনা তিনবরক্তা প্রদীপ থাউমৈ ওইনৈএ, মায়থোং মঙান নাইএ। পাংগন মপাতাম্বম্বুঙ পূমনা লৈতে। লানফম তমথীবদা কালমূর্ত্তি শংশঙবা মওইরবা ইপারি অভিমন্যু অকনবা অহুবু দুর্য্যোধন ফত্তবা থৌইনশিনগী ভরদ্বাজ মুনিরেনগী মপারি দ্রোণ গুরু মথৌরাঙনা চক্রব্যূহ তেংগোন অকোযববু শেমগলবদা জয়দ্রথ অকনববু তেংগোন পনজীন থংনা ঙাকহল্লে। অন্যায় ৱাযেল নত্তবনা তেংগোন ফম্বীমুং অহদা রথ হলাই তোংবা তবাকতংনা প্রাণ থরায় হাৎনা নোংমনহল্লে। ইপারি অভিমন্যু কৌবা অহুবু নুংশি কাউঙমদবগী থমোয় মৈচাক থোইবহুম ইনুংশোয়বা কাউঙমদা নোংথিনচুপ্পা রানিন্দবগী নুংশি মৈচাক মুৎঙমদনা মবৈরিবা অহুনে। অভিমন্যু ইপারি অহুবু লৈতরবগী বেশ্যা শীংলেন তাইজবীগী মপারি নঙনা রারম মপা থোক্তনা পাওমেল্লিবা অসিবু মরম করিদগীনো? অর্জ্জুন ঐগা হুয়েন লান শোক্লগে তৌববু পূকনীং শোংকি চঙলবগী তৌশীক রাবু মাল্লে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অচেৎপদা খোয়মা নম্মুকননা পূকনীং অকি চঙবনা ঙমজরবগী অর্জ্জুন পাংগনবা ঐঙোন্দা স্মরণ নীংশিংজববু ওইরবরা হায়না সব্যসাচী অর্জ্জুন তেন-হৈবনা বভ্রুবাহন পাংগন মথোকলকপবু থৌজান নম্মুকননা ইম্থোকলবদা নমু মীওইবা খৈবিকনা হা হা মতৌ করিগীনো হায়না য়াওরা খোঞ্জেন ৱাংনা শোনমোইনখিএ। অসুম কোল্লোয় পাওমেনবা অর্জ্জুন য়াথং

---

মাকলোয়েম - মক্সাক নিপা। শাখৈ লেংনা তিনবরক্তা—শাখৈ ময়াম-গী মহুংদা। প্রদীপ—(সং) থাউমৈ। পাংগন মপা তাম্বা—মপাংগন কনবদা পাবিনবা লৈতবা। পনজীং থংনা—মথাঙ ওইনা। অন্যায়—চুমদবা। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। ইনুংশোয়বা—অহিং নোংশোয়বা।

স্মরণ—(সং) নীংশিংবা। শোনমোইনখিএ—মুরুম মুরুম শোয়খি।

ইস্থোক ব্রা অরেপ্প অত্থবু না তারবদা বভ্রুবাহন মথোক লকপদি কঞ্জাউ ময়াই কা য়াথং চৈরৎ লৈতনা পাওমেল্লকলে। হে অর্জ্জুন তেনহৈবা-ও নঙবু পনথৌ ঐগী পোকমাবনে হায়না শংশঙ তাঙনা খঙলবগী বভ্রুবাহন কৌবা ঐনা রারম ময়েক ফংনা হায়জববু হোয় য়াবিদে। সভা মীয়াম মাঙদত্থম অপমান মায়থী রাবু নমু মীমাঙ শেমনা পাওমেনঙম্মে। হে পন্থৌ লাইজা ঈহুনবা কোল্লোয মিংচৎ থোইবা-ও নঙনা য়াথং চৈহৎপা কোল্লোয় য়াকহৎপা, থৌজান লৌবিদনা ঈনথোকপা তাংজা ঐগী লুরেন তোন্দা শমু খোঙনা কাওরবস্থঙ পূকনীং অরা লৈরুদে। পন্থৌ লাইজ' ঈহুনবগী পাদ শমু মখোঙফাংবু ফংজরবদি মচা মানা পোকপ-শিংগীদি চীংঙু থোইনা লাইবকফব৷ অত্থনে। পনথৌ মপা শাৎমাবদা য়াথং ভক্তি তৌনা নোঞ্জবস্থঙ হৌনা লমতাংশাং অরেপ্পনে। পন্থৌ মপা শাৎমাবগী খূয়া উংফুনলেনবু হেন্না মচা মানা পোকপগী ওইজা লন মরুদি অমা তৈনা লৈরিরোঈ যমুনা উফুন্নলেন মহাকপু হেনথোইবনে হায়না নীংখঞ্জরে। রারম মতৌ অমদি গঙ্গা লাইজা ঈরিকলাই মহাকপু শ্রীগুরু পরমাত্মা মশক অরেপ্পগী চরণামৃত অথুম্বনা হেনথোইবা নত্তবরা ' রারম অসিগী দমকনা পনথৌ নঙগী খোঙকাও উৎফুনলেনবু তানফংলবা অসিদা, নিংথৌ ঐগী চীংঙু লাইবক ফবনা থোকলরে। তৌইগুম নপারি নঙনা পোকপা ঐবু বেশ্যা হামবোইবীগী মপারিনে হায়না হন্না হন্না পাওমেল্লকপবু না তারবা অসিদা ঐগী পায়মা উনকোয়ন্থংদা পূকনীং অরা চঙববু খাঙচা-ঙমতরকলে। বভ্রুবাহন নপারি ঐনদি নপারি তা আনে মহায়জৈএ। পনথৌ নঙনা বেশ্যা হামবোইবীগী মপারিনে হায়না পাউ য়াবিদে। নচা নঙনা পোকপনে

---

কঞ্জাও -মিংথৌবা। চৈরৎ লৈতনা—অরেপ্পা লৈতনা। অপমান—ঈকাইবা নংবা। কোল্লোয় মিংচৎ থোইবা—মিং চাউনা চৎপা। পাদ—(সং) খোঙ। পন্থৌ—মপা। শাৎমাবা—মপা অপোকপা। নীংখঞ্জরে—খঞ্জরে। লাইজা ঈরিকলাই—ঈশিং মরিক।

তানফংলবা - ফংলরবা। তৌইগুম—তৌইগুমস্থঙ। হামবোইবী—

হায়না হোয় য়াবিদবা অসিনা বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী দোষ অয়োনববু পূমনা লৈতরে। হৌজিক মতম অসিদদি হে গোষায় অথোইবা অর্জ্জুন তেনহৈবা-ও পানকন নঙগী নথৌ লৈবা মখৈবু তৌজরো। যজ্ঞ মণ্ডম শা অসিসুঙ শমু নঙগী নখুৎপাক্তা পীররোই নমাঙ শংশঙবদগী লাংগোই খুৎতা থুমনা পুরগে। নিংথৌ ইখুৎপাক্তগী কোরৌনোং শগোনবু মুনখিনবা পাঙ্গন নথৌ লৈরবদি শমু খুৎঙমথিনা লৌখিরো। বভ্রুবাহন ঐগী পাঙ্গন ইতীক য়েং, খূৎশূ অথৌ খন্না য়েল্লাং ঙমতমচরো। কোরৌ অসি হু মৎমাদি বেশ্যা হামবোইবী মপারি ঐগী ইতীক পাংগন পম্বেং-খোন লানশোক মৈশা অরাম্ববু অর্জ্জুন তেনহৈবা নঙগী চেংলৌ নমিৎ থীৎনা খঙহল্লগে, থৌনা মখৈ ফংনা মতৌজরো। হৌজিক লানশোক অসিদা অর্জ্জুন চেংলৌ নমিৎ থীৎনা পূকনীং চিংনা রাপু উহল্লগে হায়না কোরৌ নোং শগোন অর্জ্জুন মাঙদা থানা কৎলবা মহাকপু লানমী মীয়ামলক্তগী খারঙহাইহু চেকনা পোনবী হামপোইচেক অপিশাশিংবু চেকলা চঙনা লাকখিবগুম পাংগল অরাক তমনা মুনখিরে হায়দবরা? থৌরম অসি মতুংদা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন মহাক্তি হুয়েন লানশোক-নগে হায়বগী মাগী সেনা লানচিংলেন লানমী মঙাইরোয় পূমনমকপু পাউ কৌখৎলে। জয় মুনিরেন্না রাহমখিয়ে হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও বিধি নোংদমখোন্না নোংদম ওয়ওইনরবা অসিবু লৌশিং কনা ককথৎ-ঙমসে হায়বনো? থায়না লহান নোং জাহ্নবী গঙ্গা লাইরৈমাগী য়াথং মীচৈ অরাম্ববু লৈঈগুম নোংদম ওয়ওইনবা ইরৈ চাউকোইম্নুংদা তারবা-ও হায়না মকোএ। রারম অসিগীদমকনা অর্জ্জুন লৌশিং ইরেনপুংগুম্বা মহাকপু থৌরম ওন্নতৈনবদা থৌরাং ওয়ওইনববু মথোক-লরে। রারম অসুম ওইরিঙৈদা বভ্রুবাহন অকনবদি হুয়েন লান

---

**ঙক্তবী। পায়মা উনগোয়মুংদা—পূক্ত ংদা, পুক্তিংদা। খাঙচা ঙমতরকলে—খাঙহনা লৈবা ঙমণক্তয়ে। পাউ য়াবিদে—হায়জবা য়াবিদে। অয়োনববু—অয়ানববু। যজ্ঞ মণ্ডম শা—যজ্ঞগী শগোন। কোরৌ অসি হুমিৎমাদি—ঙসি হুমিত্তদি। খারঙ হাইহু চেকনা—খুম্নু খয়ঙনা।**

শোকনগে তৌবগী উনবী চৈরৎ লৈতনা তুলাই লেংতম তোংবা পাংগন মতীক লৈবা খৈবিকপু নিংথৌ মাঙদা থানা পাউ কৌশিল্লবগা মদাই-রেম সুবুদ্ধি কার্ত্তিক যজ্ঞ হুয়েন লানচিংলেন অহুম্মানা চিংনা লৈপাক পূমনা হুপ, লৈতেং পোৎলোই মশীং গুন। লারকলে। নিংথৌ মাঙদা থানা লানমী মীয়াম তিল্লরবদা বভ্রুবাহন নিংথৌ অকনবসুঙ নায়ান চেংলৌ মিৎপু লং, খূৎচি পানেন হেন, তানচপ মঙান নাই, নপুর খোঙশি থোন, সনা মেখলা খাঙনপ্ তৈ, পুহান থাপা ঙক্কোয় হেন, মণিমুক্তা পরেং শি, চোয়নৌ সনা পূমনা লুপ্পবু কবচ ফুরিৎ মঙান নাই, কিরিটি লুহুপ থক্তা ফাগুরি কোকশেৎ মচি লাং, শকথোং মঙান নাইবদা সিন্দুর তোমথিন লৈয়েক তৈ, চেংলৌ শকপান থোংবু নোংপোক চীং লুখুমগী লোইদাম থানিংথৌনা য়াথোকলকপগুম তুলাই মখূনেৎ চোয়নৌ সনা লুপ্পদা মিয়েংশেন পুমনা থাম্বা, হেরা মুক্তা মণি মনিক থিনবনা চেংলৌ মিৎপু লংবদা কোরৌ নোং শগোল জাৎ শাগৈ ফবা মরিদংবু তুলাই খোঙওইননা বভ্রুবাহন নিংথৌ পাংগন মথোক-লকপদি লানমী মরাঙ হৌনা যাত্রা খোঙশাল্লকলে। সেনাপতি পরেং চৎ খোঙমী লানমী পূমনা হৌ শগোন শামু পরেং শীন্ মনিপুর য়াংলৌ লমচাউ মনিন নাই, উৎফুল নোংলৈ হৌ, চামর কাঙহাই লমহাই নাই, চৈরৈ ফীরাল পরেং শা, মোইবুং থিনকাম খোং, রাংলেন মরাঙ তৌ· ·:ৎথলোক পূংয়াম য়ৈ, সকরানকরা, হুসরি মুসরি হুমাহুমি হায়না কোৌবা রাংলেন পূংমিং য়াম্বা অসি খৈবিকসুঙ পেরে শিঙ্গা, বেনু বীণা

---

খৌরম অসি মতুংদা-খৌদোক অসিগী মতুংদা। সেনা—(সং) লানমী। বিধ—নোংদম্বা। জাহ্নবী—গঙ্গা। মদাইরেন—মনাই। নায়ান—নাদা য়ান্নবা লৈতেং। নপুর—খোঙদা শিবা লৈতেং। চোয়নৌ—সনা। পানেন—খূৎলি। তানচপ—পাম্বোম কাবী, পাম্বোমদা শিনবা লৈতেং। তোমথিন—নাইতোম।

লোইদাম বা নিংথৌ—থাজা, থানা। চোয়নৌসনা লুপ্পদা—মংপ্পদা। মিয়েংশেন—মিংশেল। যাত্রা খোঙশাল্লকলে—যাত্রা তৌরকলে।

শেনবুং কর্ত্তান মুরুলী মরুম অসি খৈবিকী খোঞ্জেন মনিন নাইনা লোইদাম ইঙা থাগী কোরৌ নোংখাক খোনগুম্মে। ভাং অশৈ শক-পনা অশৈ মুংওন শকএ। নর্ত্তন চুকোই শাবনা খোঙলৈ চুকোই শাই, বেদ লাইরিক হৈবা পুন্নমকনা য়াইফা খোঞ্জেন থোক, যুবতী মথোকলকপীশিংনা জুকার মনিন নাইনা খোং, পুষ্প লৈরিক নোংচুননা মনিপুর লমথোঙ খুদিংদা ঘট থাউমৈ মঙান নাই, কবোক মায়পান কামনা চাইনা হুয়েন লানহৌরকলে। লানমী ঙাইরোইনরিবা খৈবিক্তা বলবস্ত পাংগন থোইবা, বৈষ্ণব চরিত্র লমচৎনবা মশেনবু ওইবগী হরি কোল্লোয় মমিংথোংবু রাংনা শোন, লৈপাক মনিন নাইনা ঈনথোক-লকলে, লগন মতম ফবগী খেনলেন য়াইফ চৈরোয়ননা হুয়েন লান-শোকফমগী তেংগোন ফমপী মাঙতা রাইথুংলরে। থৌরম অসুম ওইরবা মহাত্মা পন্থৌ মাবু পোকপগী ভক্তি থৌগন মরমচৎপু পুকনীং হনথোক লৈতনা তুলাই মখূনেৎতগী মালেম লৈদা কূম, হকসাং লৈদা তুনা পুরুমলবগা তন্না তুলাই মখূনেৎতা তোংখৎলে। কর্ম্মক লীরুং মখূৎশূবু শমু খূৎতা পায়রবগা য়াওরা মখোঞ্জেনবু লাউনা লাউনা কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অর্জ্জুন অথোইবা-ও রথ তুলাই নখূনেৎপু উনবী পুকনীং চেৎনা ঙাকচঙামও। অসি কোরৌ নুমিৎমাগী হুয়েন লানশোক অসিদা বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী পুরুষ নিপা থোকপবু চেংলৌ নমিৎ থীৎনা উরঙেনে। পনথৌ ইপা পোকমাবনে হায়বগী কোরৌ-নোং শগোনবু কৎনা পুরুষদা হোয় য়াবিদবনিগিনা ঐগী ইতৌ অয়োন-

---

সেনাপতি—লাখিংলেন। য়াংলৌ—সম্বৌ, লমগাউ। চৈরৈ ফীরান - ফিনা শেম্বা ফীরান। বাংলেন মরাঙ হৌ—পূং ময়াম য়েহূনা। শেনবুং ভরেৎ খোয়দোঙবা। মুরুলী—বাঁশী। নোংখাক খোনগুম্মে—নোং খাকলকপগী মখোনগুম্মে। চুকোই—জগোয়। পুষ্প (সং)—লৈ। খেনলেন—অকবা মতম।

রাইথুংলরে—য়োয়কলে, থুংলরে। মালেম লৈদা কূম—লৈপাক্তা হূমহূনা। লৈদ্রা—লৈপাক্তা। পুরুষ (সং)—নিপা। পুরুষদা—থকথদা।

থবু পূমনা লৈতরবা অহুনে। হে গোষাই অথোইবা নত্তবু থৌরম চিংমাৱাতা মতাহল্লগে। গাণ্ডীব লীরুং নখূৎশূবু লীগী থোজেন তিংখৎলো ৱায়রা তেনৱাই ওমহন্দনা অৰ্জ্জুন নমাঙ শংশঙবদা চেংলৌ নমিৎ থীংনা ককথংকে। ৱারম মতৌ অসুম তৌনা বভ্রুবাহন মথোক-লকপনা পল্লৌ মপা মাঙদা অসুম পাওমেনববু না তারবদা অৰ্জ্জুন তেনহৈবদি চকমোম লম্মৈ চাকুম য়াইবী কনহৌ নীকলবগী কনথী মথৈ ফংনা হুয়েন লান শোক্লগে হায়না হৌখৎলবদা অনুসান অকনবনা শমু মখূৎ লোল্লা ৱাহমখিয়ে। হে পার্থ লীগু হৈবা-ও বভ্রুবাহন কৌবা অসিবু ঐ লানশোক মথৈ ফংনা শোকনগে, মুংঙাই মরাং কায়নতুম থৌনা ইতৌ য়েংবি-ও হায়না পাওমেল্লবগা ৱায়রা লীরী থীংনা তেনবী নোংচুননা কাপলুরে। নিংথৌ মথোকলকপসুঙ তেনবী মক্তবা ৱায়রা তেনপুম চামতংবু কাপথোকখিবনা অনুসান অকনবগী ৱায়রা তেনয়াম কাপলকপা খৈবিকপু তেনবী মপৈ মপৈ ককথোকলে। মতৌ অসুম তৌনা মহারথী রথ মশেন শোকনরে। খোঙমী মশেন কাপনরে। ৱায়রা মশেন কাপথেকনা, তিমেন মশেন থিনথেকনা শমু মহাক মহাকসাংবু থাথোকননা হাৎনরে। খূৎশূ চৈথাখোল্লা বভ্রুবাহন অনুসান অনীমক্তো শমু মখোয়গী মহকসাংবু খোৎথোক হাইফৎননা ঈঙাঙ ফাফেন্নরবদা বভ্রুবাহন অকনবনা ৱায়রা মখূৎশূ তেনবী মক্তবা মঙাদংনা অনুসান অথৌবগী তুলাই রথ পুরিবা কোরৌ নোং শগোন মরিমকপু ককথংলুরে। চারি বাণ তেনপুম মরিতংনা লাংগোই শাথৌবা মরিমক্কী তাংজা লুরেন তোনবু শোইথোকলে। তেনবী

---

ৱায়রা—তেন। তেনৱাই—তেনকাপ। নাতারবদা-নাকোংনা তারবদা। চকমোম—থাবী, মৈ। য়াইবী কনহৌ নীকলবগী—মথৱার প্রোক প্রোক চাকনা শাউরবগী। ৱাহমখিয়ে-ৱা হায়খিয়ে।

তেনবী—তেঞ্জে। তিমেন—তা। খূৎশূ চৈথাখোন-খূৎলাইনা থাবগী খোজেন। ঈঙাঙ ফাফেন্নরবদা—ঈনা তাংশং তাঙনা তৈরবদা। বাণ (সং)—তেনা। তাংজা লুরেনতোনবু—মকোকপু। শোইথোকলে—ককথংলে।

মপুম তরেৎতংনা চৈরে ফীরানখোকপু ককথোক্লে। রায়রা তেনবী মঙাতংনা শেকপিন খায়চোঙবু কাপথরে। তেনবী মপুম নীপানংনা লীরুং খুৎতা পায়রিববু মালেম লৈদা তানা কাপথরে। রায়রা তেনপুম অরাতংনা শমু মহকসাংবু য়োমনা থারুরে। মতৌ অদুম ওইরবা মহাকপু অনুসান অকনবদো পাংগন ময়েং তাববু পুমনা লৈতে। মতুংদা লানহো অমরক রথ তুলাই মখূনেৎ অরোনববু লোনা তোংখৎলবগা তেনবী চামা চামা শুনা রায়রা নোংচুননা কাপলুরে। চৈরে ফীরান, তুলাই মখূনেৎ লীরুং মখূৎশূগা য়াওনা কাপথৎলু'বগী বভ্রুবাহন অকনবদি কপ্পাউ মথৈ লৈতনা তেনবী অথৌবা অমনা অনুসান তুলাই মখূনেৎপু ককথৎলবগী অনুসান হিংচাবদি অনৌবা য়াইবী কনহৌনীক, থেঙ্গু খুৎতা শুনা বভ্রুবাহন তাংজা লুরেনতোনবু তমনা লংশিনখিবনু নিংথৌ রায়রা মখূংশূ থাক্রা মচেৎ শাবনা থেঙ্গু য়ায়দা শমনা কাপথেকলে। রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা অনুসান হিংচাবগী হকচাং মথক অথীবদা পাল্লুরে। অনুসান অকনবদি ময়া ঈতোং ওনা তুখিল্লবগী শ্রীকৃষ্ণ মপারি কামদেব নিংথিবনা কনথী মথৈ ফংনা লীরুং খুৎতা পায়না চেনশিনখিরবগা য়াওরা খোঞ্জেন ঙংনা রায়রা তেনপুম তরাতংনু কাপলুরে। বভ্রুবাহন অথৌবগী রায়রা তেনপুম অহুমতংনা অতিয়া লমখাঙদা কাপথেকঙমলে। কামদেব মথোকলকপনা রায়রা তেনপুম চহুম লোনা তেনরায়চিনখিহিকএ। রায়রা মশীং য়াম্বা অহুমবু মণিপুর লৈমাবা বভ্রুবাহন অকনবনা শমু মহকসাংবু য়োহল্দনা নেম্বী শীংলাং পাইগুম কাপথেকলবগা কোল্লোয় য়াথং নোকনা নোকনা পাওমেল্লক-এ। হে প্রদ্যুম্নী প্রদ্যুম্ন কামদেব শকহেনবা নঙবু শ্রীকৃষ্ণ লাই মরুগী মপারিনে হায়নদি তাংজা ঈকাই-লৈতনা হুয়েন লানশোক্লগে হায়না করম লারকপনো? রায়রা তেনকাপ অনীরক সুনা তেনরাইচরকপবু

---

য়াইবী কনহৌনীক—মথবায় শোকনা শাউগনা। থেঙ্গু—গদা। থাক্রা মখূৎশূ—খূৎশূ তেন। মপারি—মচানিপা। লমখাঙদা—লমচাং মথোকলকপা—মপা ঊনখৎলকপা। লৈমাবা—নিংথৌ। নেম্বী—শীংলাংগে

হুয়েন লানশোক খাঙশিন্তে। থরায় মমিয়েনবু হাৎলসে হায়বস্সুঙ শ্রীকৃষ্ণ লাই মরুপী মপারিবু ওইবনিগিনা পূকনীং থরদংবু খোথাক নাইএ। শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অহুবু চকমোম খাম্বী মৈত্রেং, লাইজা ঈরিকলাই, মাল্লং নোংলৈয়াঙ, য়োয়ময়াই তাউদনবা, লোইদাম থাজা পাখংবা, থরায় অপকমা পুম্নমক্কী মপুরেনবু ওইবনিগিনা পূকনীং শোংকি চঙবহুম হায়বনে। য়াইবী থরায় হাৎকম্নসে হায়হিকলবস্সুঙ লানশোক ইমাঙ খাঙনা লেপ্লরবগুম তৌহিকএ হায়না বভ্রুবাহন য়াথং মপাউমেনবু না তারবদা কামদেব অকনবদি কঙ্গাউ মৈরা হৌ লীরুং থুত্তা পায় রায়রা তেনবুম চামা চামা শুনা তেনপী নোংচুননা কাপলকপবু বভ্রুবাহন মতেঙ্গানা শূন্য অতিংঙাদা মককথোকএ। কামদেব অকনবস্সুঙ রায়রা তেনবী কয়ামরম্সু নোংলেন মখোঙ ফুয়গুম মকাপএ। পাঙ্গন মথোকলকপা অনীমক্কী রায়রা মতেঙ্গা তোরুদবা অহুনা অতিয়া নোংলোন খুমনা মুমিৎ থোঙলেন লুমলে। রায়র তেনকাপ য়াম্বা অতনা লানমী মরুপ অনীমক্কী তাংজা লুরেনতোনবু তাউজীং মরোং কেনগুমলে। শগোল শামু তুলাই শগোল ভোংবা খৈবিকস্সুঙ মালেম লৈদা ওল্লে। হকসাং পাঙ্গন থোইবা অনীমক্কী হুয়েন লানশোকমৈদা ভেংকোন লানপু অনীমাপু নমু মীয়াম মাঙনা তুমশিল্লকলে। রক্ত ঈঙাঙ তুখুনলেন অহুদা তাংজা লুরেনতোন, কোরৌ নোং শগোল, লাংগোই মোইশা য়া, রায়রা তেনপানখাকরাংঙানা ক ওপী সুমলোই

---

লায়কপনো—লাকপনো। শকহেনবা—শক ফজবা। তেনবাইচরকপবু—তেন কাপচরকপবু। মপারিবু ওইবনিগিনা—মচানিপানিনা। চকমোম—মৈ। খাম্বী—মৈ।

মৈত্রেং—মৈ। য়োয়ময়াই তাউদনবা—হুমিৎ। লোইদাম থাজা পাখংবা—থা। শোংকি চঙবা-কিবা। হায়হিকলবসুঙ—হায়রবস্থু। তৌহিকএ—তৌএ। কঙ্গাউ মৈরা হৌ—মৈ হোনা থাউহুবা। রায়রা—তেন। অতিংঙা—অতিয়া। নোংলেন—নোং। তাংজা লুরেনতোনবু—মকোককু। তাউজীং—হৈ। মরোং—চরোং। মালেম লৈদা—লৈপাক্কী। রক্ত—(মঙ্গ)

তাউগুম তাউথোকলে। রক্ত তরঙ ঈথকলেম্না তাংজা লুরেনতোম্বি থৈবিকনা লেঙবদি নর্ত্তক চুকোই শাকুম মথোকলুরে। যোগিনী মীশা চাবী, লাঙদ্যা লমছয় পুম্নমক্তি উনবী পুকনীং পেল্লা হরাউনরে। মরম অসুম তৌন' প্র দয় মাঙলাইতমগুম্বা মহাকপু লানফম মহৈরকপা অনী-মক্তি পাংগন ময়েং তাববু পুম্না হৈনদে। চহৈ লাংওনসুঙ হৌমম্নবনি-গিনা তেনকাপ চৈরৎনাইনদে। অনৌ অনৌবা রায়রা নোংচুননা মচাউ-থৎলকএ। লানশোক মতৌ হায়নঙাইবু লৈতরে। রায়রা তেনয়াম কাপলকপা অত্তুদি মাল্লং নোংশীৎ অকনব' মহাক্নবু চঙখিঙমদে। লান-শোক মতৌ উবদা তাইবঙ নমু পোংওইবদি লৈখিসনো, কোরৌ নোং-মদোল্লগী খোইমে ম লেংনা তনবা মহাকনবু হি হি হায়বা য়াওরা মখোঞ্জেনবু রাংনা রাংনা পাউমেন্নয়ে। পাঙ্গল মথৌ লৈবা অনীমা মহাক্কী মতীক মতীক হেন্না চাউখৎনয়ে। বভ্রুবাহন নিংথৌ পাংগনবদি অমরক কপ্পাউ মৈরা হৌনা তেনবী মক্তবা অমা কাপখিববু কামদেব অকনবগী হকসাং মফম অথীবদা থারুরবগী রক্ত ঈঙাঙ ওনা রান্থখিরে। লান্মী মাগা লোয়নরকপা চুশাই লেংতম তোংবা কুম্থামকসুঙ মাল্লেম লৈদা ওন্না তুহল্লে। চেংলৌ মিৎকুপ মরুম রান্থরুরবগা কামরতি অকন-বদি লীরুং খুত্তা পায় রায়রা নোংচুননা কাপলুরে। মরম অসুম তৌনা হুয়েন লানশোক অমরক নৌনা হৌরকলে। বভ্রুবাহন মখুৎশুদি কোরৌ নোং শীংজঙ মহাক্কা মান্নবা রায়রা তেনপুম্মন। কামদেব অকন-বগী শমু মহকসাংদা থারুরবগী মাল্লেম লৈমায়থক্তা তুখিহিকলে।

---

কী। কোরৌ নোং খগোল—খগোল। লাংগোই যোইশা য়া—শামু। কাওপী মুমলোই তাউগুম তাউথোকলে—তুরেন কাওনীং তাউবগুম তাউথোকলে। চুকোই—মলোয়।

লাঙদ্যা—লাঙজা। চহৈ—চহী। চৈরৎ নাইনদে—লেপ্পা নাইনদে মাল্লং—নোংশীং, মুশিং। চঙখিঙমদে—চঙখিবা ঙমদে। তাইবঙ নমু পোংওইবদি—খৌওইবদি। কোরৌ নোংমদোল—অত্তিয়া। খোইমাম লেংনত্তনবা—লাইমাম সাম্বা। মাওরা—মোঞ্জেন। চেংলৌ মিৎকুপ মরুম মিৎকুপ অমরোম। কোরৌ

শ্রীকৃষ্ণ লাইমরুগী ঔরস মপারিনিগিনা থরায় মমিরেনবু তম্না মহিংলক-লবগী কপ্পাউ মখৈ ফং থেঙ্গু মখূৎশূবু শয়েঙ মতান পানবু হাইনা লংশিনখিববু বভ্রুবাহন মখূৎশূ রায়রা তেনপূম অহুমদংনা মককণ্ডমলবগী চকমোম লম্মৈচাক্লম কামদেব মখূৎশূ তাশোন য়াইফবা মখোক সনা য়োমনা হেরা মণি মনিক থাম্বা তাচীন মৈরী থোকুম্বদা ঈঙাঙ লৈতেং-নরববু খুৎপাক তিল্লাইমেন হুঙ্গার খোঞ্জেন চৈরোয়ননা হুনখিববু উরবগী ত্রিলোক মরোল অহুম্মকনা তিমেন চৈথাখোল হন্দক নোং অসিদি বভ্রুবাহন অকনবগী থরায় মমিরেনবু ৎিংঙমলরোইএ হায়না শোনমোই-নয়ে, মৈবী শঙাইশেন পাইগুম হুঞ্জিল্লকপা তিমেন মখূৎশূ অহুবু চিত্রাঙ্গদা অহেনবী মপারিগী রায়রা মতেঞ্জা অহুমতংনা পূকনীং অন্না লৈতনা মকাপথেকলবগী নমু মীযামপান খৈবিল্লা বভ্রুবাহন মথোকলক-পা অসিদি পাংগন করিদগীনো ওম্থোকএ হায়না শোনমোইনয়ে। হুয়েন লানশোক অসি মতুংদা রায়রা শিংখেৎ শাবা মঙাদং কাপখি-হিকপবু প্রদুমী (প্রদ্যুম্ন) অকনবদি কপ্পাউ মৈরা থোকনা মরৈঙম্বগী রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা অতিয়া লমখাঙমদা কাপথেকলে। পাঙ্গল মপৌ লৈবা অনীমক্তো খূৎলাই মতোল্লোমনা কাপ্পরবগী তেনরাই শহুমখোন্না মাল্লেম লৈপাক মহাকপু নীকনা নীকনা ফাওরুরে। সমুদ্র লাইজা ইরেনপূংনসুঙ ঈথক মথি নাইএ। য়াওরৌ শা পোনবী উচেক পূন্নম-ক্লসুঙ শা চকনারায়পীতে, পোনবী মচীঞ্জাকপু চাবিদে। য়াওরৌ মহী

---

নোং শীংজঙ—বজ্র, থক্কী তেন। শমু—হকচাং।

লৈমায়থক্তা—লৈপাক মথক্তা। ঔরস (সং)—মচানিপা। মপাম্বি—মচানিপা। তম্না—থুনা। থেঙ্গু মখূৎশূ—মাপী খুৎশূ পদা। শয়েঙ মতান-পানবু হাইনা—মপাম্বোম হাইনা। চকমোম—মৈ। ঈঙাঙ—অঙাঙবা ঈ। খুৎপাক তিল্লাইমেন—মখুবাক্তা মতিল থাক্কুনা। ত্রিলোক (সং)—মরোল অহুম। তিমেন—তা। শোনমোইনয়ে—মুকম মুকম খোমৈএ। মথোকলকপা—মথোক কাবকপা। শিংখেৎ—শমকোক থাঙ। লমখাঙমদা—লমেম্বা লাইবা) ইরেন পূং—সমুদ্র। য়াওরৌ—শা। পোনবী—উচেক।

শাংবু মপৈ মপৈ চেকলা মঙাইরোইবু মরুপ মরূপ তিন্না লানশোক কৃম্মৈ য়েংনরে। রায়রা তেন্দোং তিংনা থুৎশূ কাপ্পঙাইবু লৈতরবগী পাংগন হকথেং ফংনা লাক্লহিকলে। হকসাং লীযেৎননা কোম্নরে। কুমার চক্রলৈগুম শোক্লরে। মাল্লেম লৈমায়থক্তা লংথোকনা, হকসাং মশেন হাইহৎননা ফুনরে। থুৎশূ চৈথা অমরক ব্লাম্বনরবগা চেংলৌ মিৎকুপ মরম নীংশিংননা হৌগৎলবগা হুযেন লানশোক তোক্লদে, থৌহ্ নূংগী শূক, তেৎনৌ য়োৎকী শূক, শীংজঙ, ফেন্দিন থুৎশূ মশীং য়াম্বা অসি খৈবিকপু থুৎলাই মশেল থিনথেকনা শূকলেন মশেন ব্লাই-থেকননা শোক্লববু নমু পোংওইবা খৈবিক্তি চেংলৌ মমিৎ কূপ্পদনা য়েংনরে। পাংগন মঙান চাউবা অনীমক্তো লানশোক মতৌ ঙমচনাই-দরবগী বভ্রুবাহন অকনবদি কপ্পাউ মৈচাক থোইনা থুৎশূ মক্তবা অমবু সনা তেন্দোংনুংগী লৌনা তেনরাইখিববু প্রদ্যুম্ন অকনবগী হকসাং লেংজুম ফাও, রায়রা তেনখোক থূমনা পাল্লবগী ময়া কোংগোন শৌ, রক্ত ঈডাঙ থোকনা তুখিরে। বভ্রুবাহন অথৌবদি নোংশা লাল্লাউ-খোনবু হৌখৎলে। রাংলেন পূংয়াম ’য়, য়াওরা খোঞ্জন রাংনা ঙুংঙাই মখৈ লৈতরে। নমু পোং ওইবা খৈবিক্লসুঙ বভ্রুবাহন হায়না কৌবা অসিদি তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা পাংগন মাগা মান্নববু পূমনা লৈতরে হায়না য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা থাগৎনরে হায়দবরা ’ মতৌ অসুম ওইরবদা অসাইডৈগী অনুসান হিংচাবা অতুনা তেনপান অনা কোকখি-রবগী মাল্লেম লৈমায় থক্তী হৌখৎলবগা নোংশা লানলাউ তম্না হুয়েন লানতানচিনখিরে। সেনা লানচিংলেন অয়াম্বা খৈবিকসুঙ হুয়েন

---

মঙাইরোই—মরূপ মপা। হকথেং ফংনা—মপা মপা শোকনহুনা, হকচাংপা হকচাংগা থেংনহুনা। থৌহ্—নূং। তেৎনৌ—য়োৎ। ফেন্দিন—থুৎলাই মথল অমা। শূকলেন—শূক। ঙমচনাইদরবগী—ঙমনদরবগী। তেনরাইখিববু—তেন কাপখিবনু। প্রদ্যুম্ন—শ্রীকৃষ্ণগী মচানিপা কামদেব। রক্ত (সং)—ঈ। রাংলেন—পূং। য়াওরা—খোঞ্জেন। তেনপান অনা কোকখিরবগী—তেম্না পানবগী চৈনাথোন অহু কোকথরবগী। সেনা (সং)

লানশোকফম্বু তাম্না চঙখিয়ে। সেনাপতি লানচিংবা মহাক্তি নিংথৌ লৈকোয় ফম্বা মশেন্নে নীলধবজ, হংসধবজ, অনিরুদ্ধ, সাইত্যাক্কি কৃত্তিব্রহ্ম হাক্কিনিংথৌ মপারি সতনিসত কৌবসুঙ হংস ধবজ নিংথৌ মপারি সুবন সুদর্শন অনীমা, প্রবীর সুবেক থাউমৈ মঙান চাউগুম্বা পাণ্ডব যাধব পুন্নমক্কী পাঙ্গল মথৌ লৈবা খিবিকনা উনবী পুকমান্নবা কোয়হৎলরে। রায়রা নোংচুননা বভ্রুবাহন থক্তা উপ্না কাপলরবা মহাকপু চিত্রাঙ্গদা লিনকোয়গী বভ্রুবাহন নিংথৌরেন্না পাংগন শীংথানরুদে। হুয়েন লানশোকফমদা শঙ্কর মহাদেবগা ইন্দ্র সরারেনগা অনীমক্কী পান্দম মহাকসাংগুম্মে। লানমী মীয়াম চঙলকপবু থোয়দিং মখায় মরমদবু পুকনীং অরা চঙলুদে। য়াওরৌ শায়ামলক্তা শারেন নোংশা খাংনৌবা য়াওরৌ শা নিংথৌনা তিল্লুবাতুগুম্মে। তুলাই লেংদম তোংবা পুন্নমকনা রায়রা তেনয়াম কাপলকপা খৈবিকপু বভ্রুবাহন মতোম্মনা হেলা থোওই লৈতনা নেম্বী শীংনাং পাইগুম কাপথেক্লবগা লানফম মাঙওইননা চঙখিরবদা লানমী মায়ওক য়ানা লৈঙম্বা খৈবিকপু কোনা কোনা পাউমেংলুইএ। হে লানমী লেংনতিনবা পাংগন থৌনা শোল্লবশিংঙ নখোয়গী থরায় নমিরেনবু নিজরবগা নরান লোনয়িময়ায়দতুম য়াঙনা ইন্দানজখিরো। ঐগা হুয়েন লানশোক্লরবদি খমনুং যম নিংথৌগী চেংলৌ মশক উববু থীল্লরোইএ হায়ববু খঙনা করিগী বভ্রুবাহন ঐগা হুয়েন লানশোক্লগে চঙলকপন্থু। হকসাং পাংগনসুঙ শোল্লবা পায়মা লৌশিংশুঙ লৈতরিবা নঙখোয়না নিংথৌ লৈকোয়ফম্ববু ওইনা নঙগী নঙগী দেশ নরৈপাক্তা নাপল ময়াই-

---

—লানমী। হুয়েন—লান।

সেনাপতি (সং)—লানজিংলেন। লৈকোয়ফম্বা—নিংথৌ. ময়ায় লেপ্পা। মপারি—মচানিপা। উনবী পুকমান্নবা—পুকচেন খোয়জেন হিন্নবা। লিনকোয়—গর্ভ; পুক। মতোম্মন—মথন্দনা। নেম্বী—শীংনাং। লৈঙম্বা—লৈরবা। নরানলোনয়িময়ায়দতুম নয়ুমদতুম। য়াঙনা—থুনা, [illegible]। ইন্দানজখিরো—[illegible] [illegible]। খমনুং—[illegible] [illegible]। [illegible]—

কানা কয়ম ঙাকচবনো ? বভ্রুবাহন ঐগী ইমাঙ শংশঙবা অসিদদি থমহুং যম নিংথৌ ইন্দ্র সোয়ারেন মহেশ্বর মহাদেব মতীক থোইনা চাউবা অহুম্মানা পাংগন তেঙবাংবিগে লাৱকলবা মহাক্তসুঙ বভ্রুবাহন ঐঙোন্দা লানশোক কদৌ ঙমলরোই হায়না পাওমেনববু না তারবদা পাংগন মথৌ লৈবা পূমনমক্তি কঞাউ মথৈ লৈতনা মায়গৈ চিথেক মরিমক্তা লেপনা রায়রা তেনয়াম কাপচিনখিরবগী বায়ু নোংশীং অকনবা মহাক্লবু চঙলু ঙমদে। মতৌ অসুম ওইরবা মহাক্তবু বভ্রুবাহন মতোম্মনা তেনয়াম কূংনা কাপলকপা খৈবিকপু অতিয়া নোংলোনথক্তা উপীথারোন পৈগুম কাপথেকলে। রায়রা তেনবী কাপথেকথোম্না কোরৌ থমনোং খোংবা তুকুম্মে। অসুম হুলাই মশীং লাকঙমদনা কাপথেকলে। থাম্বী মৈতান অরাবগুম্বা বভ্রুবাহন অকনবনা নিংথৌ মতীক লৈবা খিবিকপু খোঙমী মীমচম্বু ওইহল্লে। নিংথৌ মহকসাংদা রায়রা তেনপুম মঙা মঙাদংবু থারুরবগী শমু মহাকসাংবু নীকমা নীকনা মাল্লেম লৈদা তুহল্লে। লানশোক মতৌ অসুম ওইনা নমু মীয়াম তুংল্লবদা খোঙমী লানমী শগোল শামু পূমনমক্কা তাংজা লুরেনতোম্নি পামেন উনা অকংবনা নোংশীং মাঙদা লেপঙমদনা উনা চোইনা কৈনবা তুকুমলে। কোরৌ অহু নোংচামাগী হুয়েন লান শোক্লবা অহুদি তাংজা মীরুতোনবু তিন লক্ষ লখা অহুম শুনা তেংগোন মপূকতিংনা মাঙহল্লে। লেমলৈ ঙায়ামলক্তা কুম্ভীর লাইরেন হকচাউবনা লাইরেন মনীং তমনা কোয়জবা তুগুমএ। চানা লাংকামোই অকংবনা মাল্লং নোংশীং কন-বগী নোংশীং মমাঙ লেপঙমদবগুম পাপ অরুম্বনা গঙ্গা লাইরেমাবু উরবগা মতোম চেম্থখিবগুম থোয়মা নাপী থোইনা কংবা মহাকপু থাম্বী

---

শক। লৈকোয়কম্বা—যল্লায় লেপ্পা, নিংথৌ। লাৱকলবা—য়াকলবা।
বায়রা—তেন। বায়ু (সং)—নুংশীং। নোংলোন—অতিয়া। উপী থারোন—শীং মপৈ মপৈ। কাপথেকথোম্না—কাপথেকখিবগী খোঙজেল্লা। কোরৌ থমনোং খোংবা—লোং খোংবা। থাম্বী—বৈ। মাল্লেম লৈদা—লৈপাক্তাদা [illegible] লুরেনতোম্নি—[illegible] [illegible]—[illegible] থোংশিং—[illegible]

মৈনোং খোংনা তাঙ্গোই উৎফুল ওইনা চাকৎপগুম লানফম মথোঙ মূৎনা থুগাইরবগী খোইমোম লেংনা তিনবা মহাক্তবু অকি পূকনীং ফংনা য়েংনরে। যোগিনী নমু মীশা চাবী ছুম্ফ্‌ম্‌রিমস্নুঙ মীশা থোইনা পান্নগী হরাউ চুকোই শারে। শগোন শামু ফীরান শেকপিন ছুলাই লীরুং চুঙ্গোয় থাঙশাং চামর কাঙহাই লৈতেং পোৎলোই অসি খৈবিকপু পোৎলোই অতিংঙাবু ওইনা মাঙহল্লে। লানমী অকনবা খৈবিকপুস্নুঙ ফানা পূকনীং ঈরৈ চনহল্লে। বভ্রুবাহন পাংগল মথোক-লকপদি ছুয়েন লানশোক ঙমলবগী নোংশা লাল্লাউখোনবু হৌগৎলে। লানমী লেংনতিনবা পুম্নমকস্নুঙ য়াইফা খোঞ্জেন রাংনা রাংলেন পুংয়াম য়ৈরে। থৌরম মতৌ অসুম তৌনা অর্জ্জুন তেনহৈবগী লানমী লেংন-তিনবা পুম্নমকপু লানশোক মমাঙ থাঙদনা মাঙহল্লবগী অর্জ্জুন বৃষকেতু পস্থৌ মপা মচা অনীমক্তা মঙায়রবদা ধনঞ্জয় তেনহৈবদি কঞ্জাউ মখে লৈভনা দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অথোইববু য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা খোংখৎলে। ছুলাই মখূনেত্তা তোংখৎলবগা লানফম তেংগোনয়ায়দা নোংশা লাস্তাননা চঙখিরে। গাণ্ডীব লীরুং মখুৎশূবু লীরি খোঞ্জেন তিংনা ঙাইও ঙাইও হে বভ্রুবাহন কৌবা-ও হায়না য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা লাউনা লাউনা কৌরবদা অর্জ্জুন মথন্নগী চেংলৌ মিৎকোয়থোং শয়েং মতানপোম শমু ওয়রম থংবদা ফূয়না ফূয়না শিংলি হকসাং চোংববু চৈরেপ্তে। পার্থ ছুলাই মখূনেৎ মহাকস্নুঙ চৈরৈ ফীরানয়ায়দা খ্বা য়োংশক শাবা মহাকস্নুঙ ফীরান ছুলাই পুমনা নীকএ। গাণ্ডীব য়াইওইবস্নুঙ লীরুং মঙান লৈতে, অর্জ্জুন মায়থোং লমঙান শকস্নুঙ

---

ছুহুমলে—মতৌ অহুঙমলে। কে য়ৌ অহু নোংচাখাগী—হুমিৎ অহুগী। তাংখা মীক্তোনবু—মীগী মকোকপু। লেমদৈ—ঙা। হকচাউবনা—মখা চাউবনা, শাজাউবনা। খোয়মা—নাপী।

হরাউ চুকোই শারে—নুঙাইনা জগোই শারে। অতিংঙা—অয়েংবা, কাজ্জবা। লেংনতিনবা—ময়াম তিনবা। রাংলেন পুংয়াম—পুং য়াম। বৃষকেতু—কর্ণগী মচানিপা। দেবদত্ত—অর্জ্জুনগী মোইবুং। য়াওরা—খোঞ্জেল।

থোইনা মকএ। ছুলাই রথ পুরিবা কোয়ৌ নোং শগোল মরিমকস্তুঙ লানফম শোক্লফমদা লাংগোই শাথৌ য়াবিদে। শগোল মমায় হঞ্জিল্লে। অর্জ্জুন ছায়া মমিরেন্দস্তুঙ তাংজা লুরেনতোনবু উহন্দে। চীংস্তুং নোংহৌ লৈহন্দনা বিজুরি নোংথাঙ কুপ্পস্তুঙ চৈরেপ্তে। মরম অস্তুম তৌনা অমঙ্গল য়াইথীবা থূদম মতৌ খৈবিকপু অর্জ্জুন চেংলৌ মিৎথিৎলবা মহাক্তস্তুঙ পাংগন মঙান চাউবা ধনঞ্জয় অকনবনা পূকনীং অকি লৈতনা লানফময়ায়দা লাংনা চঙখিরে। জয় মুনিরেন্না রাহমখিয়ে হে জন্মেজয় অথোইবা-ও পম্থৌ মপা মচানা হুয়েন লানশোক্লবা অসিদো হৌনা মতীক ওইক্লদে। হৌনা লমদাঙশাংবু নত্তনা হুয়েন লান শোক্লবা থোক্লবগী পম্থৌ মপা মচা খ্রায়রা তেনয়াম কাপনা শোক্লরে। মতৌ পান্দম অমদি থায়না লহান নোং চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগা মপারি লবকুশ অনীমক্কা চেংলৌ শক খঙনদনা লান শোক্ররুবা তুগুম্মে হায়না পাওমেল্লবদা জন্মেজয় নিংথৌরেন্না অনৌবা পাউ হংখিএ। হে মুনি অথোইবা-ও চীংঙু শ্রীরাম লাইয়িংথৌগা মপারি লবকুশ অনীমক্কা হুয়েন লান শোক্লবদি মরম করিদমকনো রারম থাঙ্গৈশেংনা হায়বিও হায়না পাউহংজরবগী খাম্বী মৈরীতোনগুম্বা জয় মহা মুনিরেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবা-ও তাইবঙ নোংশাপানগী মবুংঙু কৌশল্যা সনা লিনগোয়গী রাম চক্রপানি অহুনা অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞ মঙমথৌ অসিগুম্ববু তৌনা মশানৌ ভরত লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন অহুম্মকপু

---

গাণ্ডীব—অর্জ্জুনগী তেন। মথমগী—মতোমদগী। শয়েং—পাথোম। চৈয়েপ্তে—লেপ্তে। পার্থ—অর্জ্জুন। চৈরৈ কি। খ্রা—য়োং। মঙান লৈতে—মকশিল্লি।

লাংগোই—শগোল। ছায়া—মমি। তাংজা লুরেনতোনবু উহন্দে—মকোক উহন্দে (শা লাপ্পা মেন যাত্রা য়েংবা হায়হুনা মি য়েংনবা ময়েং অমা চৎনৈ, গুক য়াওব্রবদি থোয়দনা শিগনি হায়না থঙনৈ)। মুনিরেন্না—অথোইবা মুনিনা। পম্থৌ—মপা। লমদাঙশাং—লম্বী। লহান নোং—থায়না মমাঙ্গৈদা। চীংঙু—লাই। মপারি—মচানিপা। তাইবঙ নোংশাপানগী—মংলানগী, তাইবঙপানবগী। লিনগোয়—গর্ভ, পূক। মশানৌ—মনাউ নিপা

ঙাইরোয়ননা তৌরম্মে। থৌরম মতৌ কদায়রাইদনো হায়রবদি থায়না লহান নোং সেতুবন্ধ সমুদ্র ঈরেনপুংবু থিংনা লঙ্কেশ্বর রাবণ নিংথৌ হিংচাববু প্রাণ থরায় হাৎনা সীতা শোকফদবীবু লৌরুরবগা চকমোম থাম্বী মৈরাম্নুংদা সাক্ষী রাচুম্নরবগা অযোধ্যা মরৈপাক্তা হনবাইরকখে। য়োয়বু সীতা মশানৌগা অভিষেক ফম্বান কারবদা নুংঙাই মরাং কায়না সনা লৈপাক ঙাকমন্নববু লাংহৈ কুম্বী লীশিং তরু শুনা মাঙগী নুংঙাইথোই য়াইফা মরাং কায়না পানহৌরে। মতম অসুম্ন ওইরিঙৈদা সীতা দেবী অহেনবীদি হৈরাঙ মচা য়ানববু লোইদাম থাবুম মঙা শুরবদা শ্রীরাম লাইয়িংথৌনা সীতা লাইরেম্মগী লঙজা অয়োন থঙলুদনা বাল্মীক বন উমংলেন্দা থৌশীখিরবদা লবকুশ অনীমকপু নাউনৌরুইএ। মপারি লবকুশ অনীমকনা হকসাং মথোকলক পাংগন ময়িল্লকলবদা চীংঙু শিদবনা মশানৌ অহুম্মকপু ঙাইরোয়নন্না লাংগোই শগোন থাখিবদা খোইমোম নোংদমখোনবু কনা হেনফদবগী বাল্মীক মুনি তপস্যা কোরৌ লনশাফমদা চঙখিরবগী কলা বন পুন্নুং ইংখোনলেন অতুদা লবকুশ শানৌ মচীন মনাউ অনীমকনা লাংগোই অরাকতমনা ফাঙমলবগী চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবদি

---

ঙাইরোয়ননা—লোয়ননা। লঙ্কেশ্বর—লঙ্কাগী নিংথৌ। চকমোম—মৈ। থাম্বী—মৈ। হনবাইরক্লে—হল্লকলে। লাংহৈ কুম্বী—চহী। অহেনবী—অথোইবী। হৈরাঙ মচা য়ানবা—গর্ভ লৈবা, নাউপুবা, মহকথেৎপা। লোইদাম—থা। থাবুম—থা মপুং। লঙজা অয়োন—ময়ান, দোষ। বাল্মীক বন উমংলেন্দা—বাল্মীক মুনিগী বন্দা। নাউনৌরুইএ—পোকখ্রুইএ। মপারি—মচা নিপা। হকসাং মথোকলক পাংগন ময়িল্লকলবদা—হকথোক কাবগী মপাংগন ফংলকলবদা। মশানৌ—মনাউ নিপা। ঙাইরোয়ননা—লোয়ননা। লাংগোই—শগোল। খোইমোম—লাই। নোংদমখোন—লাইনা তথা। কোরৌ লনশাফমদা—লাইনীংফমদা। কলা (লং)—লহু। পুন্নুং—লম্। ফাঙমলবগী—ফারমলবগী। চীংঙু—লাই। থোইখোইবদি—[illegible]।

মশানৌ ভরত লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন অহুম্মকপু ঙাইরোয়নন। যজ্ঞ মণ্ডম শাবু-থিবা চৎখিবদা পস্থৌ মপা মচা চেংলৌ শকখণ্ডনদনা হুয়েন লান শোরুরুরবগী রাম মশানৌ মচীন মনাউ অহুম্মাহাকপু মপারি লবকুশ. অনীমক্কী রায়রা মতেঙ্গাদা তেনবী চীন্দা থংনা নোংমল্লুরববু বাল্মীক মুনিরেম্না না তারবগী রাম মশানৌ মচীন মনাউ অহুম্মকপু য়াঙনা মুনি মন্ন শোম্না য়াইবী থরায় হিংহল্লে হায়দবরা ? পস্থৌ মপা মচা লান-শোরুবগী লানশোক ওই ওই মতৌদি অসিনে হায়না পাওমেল্লবদা জন্মেজয় নিংথৌরেম্না উনবী মথোই তোংনা ব্রাহমলকএ। থৌরম মতৌ অসি গুম্বা অর্জ্জুন পাংগনবনা পনথৌ মপা মচা হুয়েন লানশোরুবগী লানফম য়াইথী য়াইফা রা অনীমকপু য়াঙনা না তানীংলে। রারম ময়েক ফংনা হায়বিহিকও। অসুম পাউহংজরবগী হে নিংথৌ অথোইবা-ও রারম অসুম তৌনা বভ্রুবাহন অকনবগী হুয়েন লানশোক মাঙদা পাংগল মখে লৈতবা খৈবিকপু লানফম মমায় থীনা মরৈরবদা ধনঞ্জয় অথোবদি য়াইথী খুত্তম অরুবা মশেনবু চেংলৌ মমিং থীংনা উৎলরবা মহাক্কসুঙ পূকনীং অকি লৈতনা লানশোক অনৌ হৌনা চঙখিরে। অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবা অসিদো লানফম তমথীবদা পুরুষ নিপা থোকপা মহা পণ্ডিত অথোইবা অহুনে। অসুম উনবী চৈরৎ লৈতনা কোরৌ মুমিৎ য়ুংখাকপগী নোংশা মঙান মৈগুম কম্থী মখে

---

মণ্ডমশাবু—যজ্ঞগী শগোলবু। পস্থৌ—মপা। চেংলৌ—শক। হুয়েন—লান। রায়রা—তেন। নোংমল্লুরববু—শিক্লয়ববু। য়াইবী—থরায়। জন্মেজয়—পরীক্ষিত নিংথৌগী মচানিপা। নিংথৌরেম্নন—নিংথৌগী নিংথৌ, নিংথৌ অথোইবা। উনবী—পূকনীং। ব্রাহমলকএ—বা হংলকএ। পাংগনবা—মপাংগল কনবা। য়াইথী য়াইফা রা—মায়থীবা অমসুং থায় পাকপগী মরম। য়াঙনা—থুনা। ময়েক ফংনা—ময়েক শেংনা, মচা থায়না। য়াইথী খুত্তম—অমমজগী থুদম, ফত্তবা, থূদম। চেং লৌ মমীং থীংনা—মমীং-মকবা উনা। পুরুষ (সং)—নিপা। উনবী চৈরৎ লৈতনা—পূকনীং হনবা তৌদ্রনা। কোরৌ মুমিৎ য়ুংখাকপগী নোংশা মঙান মৈগুম—নুমিৎয়ুংবা মতমগী

ফংনা চেনশিনখিরবদা নিংথৌ পাংগন থোইবা হুয়েন লানশোকফমদা রাম্বরিবা খৈবিক্তো। রায়রা চৈথাখোন অরুম্ববু কোকখিরবগী মাল্লেম লৈমায়থক্কী হোগৎলবগা লীরুং খূত্তা শূনা পাওমেনঙম্মে। হে পার্থ অকনবা নঙবু মরম করিগীদমকপু পূকনীং আথা কায়না চঙলকলিবনো? হুংঙাই মরাং কায়নত্তুম মিৎয়েং শানখৈবিও। নিংথৌ লেংনত্তিনবা ইখোয় খৈবিকসুঙ লানশোক পূকনীং পেন্দরিয়ে। হুয়েন লানশোক অমরক্তদি লানশোক মখৈ ফংনা তৌরুখিগে হায়না পাওমেল্লবগা লানফম তেংগোন য়ায়দা অচেন খংলৈ য়াঙনা তানচিনখিরে। মাঙওই লানশোক অহানবদা হংসধবজ নিংথৌরেন্না লীরুং খূত্তা শূ লীরী তেনকা থোংনা রায়রা হান্না কাপলুইএ। বভ্রুবাহন নিংথৌ অকনবগী লানমী মীয়াম লোয়নরকপা খৈবিক্তো নমু শীংথী ঙমদনা কাপথুরে। হংস ধবজ নিংথৌ মমাঙ শংশঙবদা লানশোক কনানা মায়ওক য়াঙমদরে। বভ্রুবাহন অকনবনা মাগী মণিপুর লৈপাক কোইবা সুবুদ্ধি পানকনববু পাউ ফোরবগা হে সুবুদ্ধি মন্ত্রী লৌশিংবা-ও লান-শোক হন্দক নোং অসিদা লানফম মায়ওক য়ানা শোক্লৌও হায়না পাওমেন রাগী সুবুদ্ধি মন্ত্রী অথোইবা অহুনা নিংথৌ সনা ময়াথংগী নোংশা লানলাউ তমনা তানশিনখিরবদা লানশোক মখৈ ফংনা শোরুরে। হংস ধবজ নিংথৌরেন্দি অহল মতম ওইনা লাংহৈ কুমশীং য়ামলবসুঙ হুয়েন লান শোক্লবদদি চহৈ কুমশীং তরামঙাগী পানকন

---

মৈঙম শাম্বা হুংশা মঙানঙম।

রায়রা চৈথাখোন—তেল্লা পানবগী চৈনাখোন। মালেম লৈমায় থক্কী হৌগৎলবগা—লৈপাক মথক্কগী কৌগৎলগা। লীরুং খূত্তা শূনা—মখূত্তা লীরুং পায়হনা। পার্থ—অর্জুন। পূকনীং আথা কায়না—মীংবা কায়না। মীৎয়েং শানখৈবিও—য়েংহনা লৈবিও। নিংথৌ লেংনত্তিনবা—নিংথৌ ময়াম ত্তিনবা। ইখোয়—ঐখোয়। লানফম তেংগোম য়ায়দা—লান শোকনফম ময়ায়দা। অচেন খংলৈ য়াঙনা—খৃৎলৈ থুনা য়াঙনা। নমু—মী। শীংথী ঙমদনা—মশীং লাকপা ঙমদনা। লৈপাক কোইবা—অঙম্বা ফমনাইবা, য়ায়তোঙ থমদোঙ।

মতম মান্না শোক্লয়ে। বভ্রুবাহন অথৌবগী লানমী মপাতাম্বা খৈবিকপু হুয়েন লানথোঙ মূৎনা পম্বেংএ। তুলাই লেংতম তোংবা চাম্মবু তাংজা লুরেন ককথোকলে। লাংগোই মোইশা য়া হকচাউবসুঙ চামঙা শুনা মাঙহল্লে। কোরৌ নোং শগোলদি শগোল ১০০০০ মাবু শিহল্লে। সুবুদ্ধি অকনবা মহাকসুঙ রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা থমোয় অথীবদা পাল্লুরবগী হুয়েন লানশোকফম্বু লানফম নমদা হুন্না চেনখিরে। তেংগোন লানপু মঙাদংবু কাংথং কাংচাইতন্না থুখাইরে। হংস ধ্বজ নিংথৌরেন্দি শ্রীকৃষ্ণ মপুরেন্না হুয়েন লানশোক মতমদা অর্জুন তেনহৈববু উনবী পুকনীং চেৎনা ঙাকও হায়না পাওমেল্লকপা অতুবু পুকনীং রাকাউদনা নীংশিংলুরবগী লানফম পুকনীং হম্বোক লৈতনা শোক্লয়ে। অসুম হংস ধ্বজ নিংথৌরেনগী লানশোক মমাঙ থাঙঙমদবা অতুবু উরবগী বভ্রুবাহন অকনবদি চকমোম লম্মৈ চাক্লুম পুকনীং কপ্পাউ থোই রাহু শারায় থৌগুম তানশিনখিরবগা হংস ধ্বজ নিংথৌরেনবু রায়রা তেনয়াম য়োমনা কাপলুরে। নিংথৌ তুলাই মথূনেৎসুঙ তুলাই মতুপ অনীথোকনা কাপথেকলে। হংস ধ্বজ মাল্লৈ চীং ওল্লবা মহাকসুঙ রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা থমোই অথীবদা থারুরবগী নিংথৌ উনবী পুকনীংঙক, অমম মখৈ লৈতনা তুখিরে সুবেক সেনাপতি লানচিংবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী য়াঙনা লীরুং থুত্তা শূনা চেনশিনখিরবগা

---

পাণ্ড কৌরবগা - কৌরগা। হন্দক নোং—হন্দকী মতম, হন্দকী নুমিৎ। লাংহৈ কুমশীং য়ামলবসুঙ—চহী য়ামলবস্থ, অহন মতম ওইরবস্থ। চহৈ—চহী।

নপাতাম্বা—পাবিনবা মপা লৈতবা। তাংজা লুরেন—মকোক। লাংগোই মোইশায়া হকচাউবা—থামু। লানশোকফম—লান শোকফম। নমদা হুন্না—তুংলোমদা থনমলগা। কাংথং কাং চাইওমনা—পুমতোই তোইনা। মপুরেন্না—অথোইবা মপু। হুয়েন—লান। উনবা পুকনীং চেৎনা—পুকনীং চঙনা। রাকাউদনা—কাউবা লৈতনা। চকমোম—মৈ। মথূনেৎ—মাপী থাদোং, মানা তোংননবা। মাল্লৈ চীংওল্লবা—হল্লবা, অহন ওইরবা। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী—উরবগী।

লীরী থমোয় তিংনা রায়রা তেনরায়খিববু য়োনফদনা বভ্রুবাহন অকনবগী পুকনোপ অহোম্বদা থারুরে। অসুম তেনপান চৈথা ফংলবগী বভ্রুবাহন অকনবনা কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে সুবেক অথৌবা নঙবু রায়রা তেনকাপ হৈয়িগুম লানশোক মাঙদা থাঙঙমদনা ঙমখি-রবনিগিনা ঐগী হুয়েন ইরানখাক অমনববু ওইরবা নঙনদি করম হুয়েন লানশোক ইমাঙ খাঙ্গে তৌরিবনো হায়না পাওমেনববু সুবেক পাংগন-বদি কঞ্জাও মখে ফংনা নাতারবগী রায়রা তেনয়াম কাপনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী শামী লানমী তুলাই শাকোক শগোল তোংবা শগোল শামু পূম্নমকপু লখা লখা শুনা ককথেকলবগী রক্ত ঈঙাঙ তুখুন চেন্না মশা লৈখোম ওইরবদা বভ্রুবাহন নোংশা মচুমতাগুম্বদি মচীন মোন-মোন নোকনা সুবেক পাংগনববু কৌনা কৌনা রাহমখিয়ে। হে সুবেক অকনবা-ও নঙদি বভ্রুবাহন কৌবা ঐঙোনগম্বুদি চঙলক্কনা শগোল শামু খোঙমী লানমী অচম্ববু পাংগল নথৌ শানা মকাপলুবা অসিবু লমচৎ নঙগী মহোশারা? রায়রা তেনকাপ হৈএ হায়নাতা ঐগী চেংলৌ মাঙদা থানা উৎলবদবু ওইরবরা হায়না অসুম পাওমেল্লবগা সনা তেন্দোংলুংগী তন্না তেনবী মক্তববু খন্না কাপখিববু সুবেক পাংগন-বগী থমোয় অথীবদা থারুরবগী মাল্লেম লৈদা তুনা রাম্থহল্লে। লানশোক মতৌ অসুম তৌনা নিংথৌ লানফম মহৈরকপা খৈবিকপু লানশোক মায়থী নংহল্লে। পাণ্ডব শাগৈ পূম্না যদু শাগৈ খৈবিকসুঙ মাগী লানশোক থুৎথুম চন্না মঙমলবগী লানমী অকল অথৌ পূম্নমা মহাকপু

---

রায়রা তেনরায়খিববু—তেন কাপখিববু। য়োনফদনা—ভড়াইফদনা। ইরানখাক—লান্দা ঐগী থুৎখাক ওইবা, ঐনা ঙমলবা। পাংগনবদি—অকনবদি। রক্ত—(সং) ঈ। রাহমখিয়ে—য়া হায়খিয়ে। মহোশারা—মঙগী হৌনবরা। সনা তেন্দোং—নিংথৌগী তেন্দোং। তন্না—থীজনা। মাল্লেম লৈদা—লৈপাক্তা। মায়থী নংহল্লে—মায়থাবা পীখে। পাণ্ডব—পাণ্ডুগী মচানিপা। যদু—যযাতি নিংথৌবা দেবযানী পান্নহনা পোকপা মচা-নিপা।

হুয়েন লানশোকথাক রাংঙাপুমা ওইহল্লবসুঙ লানফম শোক্লফমগী হুয়েন লানহৌ অমরক লাননীংশিংনা হোগৎলবগা লানফম মায়ওক য়ানা শোক্লরৈএ হায়বগী শমু থূৎনা ফংনা ফারবগা পরৈ লাংগা পুন্না নিংথৌ মথোঙজিন্দা থঙ্গল্লুরে। কোরৌ অত্থ হুমিৎমগী হুয়েন লান শোক্লবসুঙ হে নিংথৌ অথোইবা ও বভ্রুবাহন অকনবনা তেংগোন লাম্থোং মূৎনা ঙমজৈএ। লানফম মতৌ অসুম তৌনা ঙমজরবপী হুয়েন লানশোক য়াওদরিবদি বৃষ কেতু অকনবগা অর্জ্জুন পঙ্থৌ মপাতোনগা নঙাইরে হায়না জয় মুনিরেন্না রাহমখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবা-ও বভ্রুবাহন অকনবগী পাংগন মথৌনাদো রারম হায়হৌঙাইবু লৈতরে। সতী উনবী পূকনীং লেপ্পীগী মপারিদি লানফম খাম্বী মৈশারাংগুম্বদা উনবী থোইনা পূকনীং তপএ। যষ্ঠীবর সেনগী মপারি গঙ্গাদাস লৌশিংবনা লেংলমশৈ অসিবু হে সভা লেংনা তিনবা-শিংও নঙখোয়দি নচীন হরি হরি শোন্না না তাবিও।

অধ্যায় তরামঙা শুখিবা রারম অসি মতুংগীবু ভগবন্ত ঈশ্বর থোইখোয়ববু তাংজা লুদা থোং, গুরু বৈষ্ণব উনবী সামন লীকিননা ভারত রারীশৈ অসিবু তেংথা পরেং ওইনা শৈথিরক্কে। জয় য়াইফ-থোইবী কুন্তি পায়মা লিনকোয়গী পাণ্ডু নিংথৌ মপারি পঞ্চ পাণ্ডব মঙামকনা য়াইফা মহে লৈবা যজ্ঞ থৌরম অচেৎপবু তৌরকএ হায়না

---

মায়ওক য়ানা—মমাঙদা থাঙনা। শমু থূৎনা ফংনা—থূৎনা হকথেংনেনা। পরৈ লাংগা পুন্না—থৌরিনা পুন্দুনা। নিংথৌ মথোঙজিন্দা—নিংথৌগী মথোঙদা। কোরৌ—হুমিৎ। বৃষ কেতু—কর্ণগী মচানিপা। পঙ্থৌ মপাতোন—মপাবুংতোন। রাহমখিয়ে—রা হায়খিয়ে। হায়হৌঙাইবু লৈতরে—হায়নিঙাই লৈত্রে। উনবী পূকনীং লেপ্পী—মপূকচেন চেৎপী। মপারি—মচানিপা। উনবী—পূকনীং। গঙ্গাদাস সেন—ষষ্টিবর সেনগী মচানিপানি, খৃষ্টগী তরানীপান শুবা শতাব্দীদা মহাকনা মহাভারত ইথি। লেংলমশৈ—লেংলম্বা ইশৈ। অধ্যায়—তাংকক। তাংজা—কোক। লু—কোক। কুন্তী—পাণ্ডু নিংথৌগী মত্থ অমম্বং পাণ্ডব মঙাগী মমা।

পাওমেল্লবদা জন্মেজয় নিংথৌরেন্না রাহমখিয়ে। হে মুনি অথোইবা-ও বভ্রুবাহন অকনবগী মতীক অরুবনা তাংজা লিল্লা চন্থু উলুপী পায়মা লিনকোযগী ইরাবন্ত মথোকলকপবু হকসাং পাংগন থোইএ হায়রিবা অসিবু য়াথং মখৈ ফংনা হায়বী-ও অসুম পাওমেল্লবগী জয় মুনিরেন্না রাহমখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও উনবী পূকনীং তপনবু না তা-ও। ইরাবন্ত অকনববু বভ্রুবাহন কৌবা অসিনা মতীক পাংগন কনথোইএ। মরম অৎগী দমকনা যত্থু পাণ্ডু লানমী অকনবা পুন্নমকপু হুয়েন লানশোক মানা ঙম্বা মথোকলে। থৌরম মতৌ অসুম ওইরবদা বৃষ কেতু অর্জ্জুন অনীমক্তি পূকনীং ইরৈ চল্লে। চেংলৌ হাইনা য়েংখিবসুঙ লানশোক পানকন ওইবিগে তৌববু কনা লৈতরবগী হুংপঙ মখৈ লৈতনা মপারি বৃষ কেতু অকনববু কৌনা কৌনা পাও-মেনখিয়ে। হে বৃষ সেন অথৌবা-ও হৌজিক মতম অসিদা রারম নীংশিংলুববু পন্থৌ নঙবু পোকপা কর্ণ পাংগনববু হুয়েন লানশোকনোং অত্থুঙৈদা থরায় মমিরেনবু অর্জ্জুন ঐনা মাঙহনবদো পায়মা লৌশিং লৈতবা থৌরম মতৌজববু থোক্লরে। মতম অত্থু নোংদা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপারি কামদেব অকনবন অর্জ্জুন এগী পায়মা উনগোয়নীংবু শুদ্ধাৎ-লবগী ইশাবি কর্ণ লীশূ হৈববু নোংমনহল্লে। হে ইশাবি কর্ণ পাংগনবা-ও নঙগা পাংগন নমান্নববু তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা কনা লৈবনো? পাংগন মতৌ অসিগুম্বা ইশাবি কর্ণ লীশূ হৈবা অত্থুবু নোংমনহল্লে হায়বগী হে ইপারি বৃষ কেতু অকনবা-ও নঙবু পূকনীং

---

পায়মা লিনকোয়গী—গর্ভদগী, ইমুশিয়োমমুংদগী, মপূক্তগী। পঙ্ক (সং)—মঙা। তাংজা লিল্লা চন্থু—লিন নিঙোন। রাহমখি—হায়খি। উনবী—পূকনীং। কনথোইএ—কনবা হেনে। পূকনীং ইরৈ চল্লে—তুফক তুফাই চল্লে। চেংলৌ—মিৎয়েং। হুংপঙ মখৈ লৈতনা—হায়নঙাই লৈতনা, থাখন ককমাঙ-নমহুমা। মতম অত্থু নোংদা—মুমিৎ অত্থুদা। ঈশ্বর (সং)—লাই। কামদেব—শ্রীকৃষ্ণগী মচা নিপা। লীশূ হৈববু—তেনহৈববু। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। ইশাবি—ইয়াম্বা, ভাদা।

মুংঙাইতববু তৌবীগুনু। তৌইগুম পূকনীং মনুং থংবদদি খোইমোম নোংদমখোন চেনফদবনা থোকলুরবা অতুনে। ইশাবিগী মপারি মুংচানখবু ওইরবসুঙ অর্জ্জুন থরায় ইমিরেনগুম মনীংলে। মরম অসিগী দমকনা বৃষকেতু কৌবা নঙবু য়াইবী থব্রায় হিংনবা হস্তিনা লৈপাক মুংঙাইববু ইস্তানখিরগবরা নীংলে। মতম হন্দকনোংগী লানশোক মতৌ অসিবু পায়মা ঐগী উনগোয়মুংদা পূকনীং চিন্না থোকলে। থৌরম অসি মথক্তা লাঙদ্যা লমহুয় অনীমনাচিংনা চেংলৌ মিৎশা চিংনা পান্থোম হকসাং চোংবা অমঙ্গল য়াইথী খুত্তম মতৌ অসি খৈবিকপু ফত্তা মতৌ য়াম্ববু তৌররে। রারম মতৌ অমসুঙ লানশোক ঐগী ইতেং পাংগে হায়না ঙাইরোয়নরকপা পাংগন মঙান চাউবা কামদেব কৃতব্রহ্মা সাইত্যকী হঙ্কনিংথৌ মপারি সতনিসত অনিরুদ্ধ যাদব শাগৈরেন অসিশিংবু হংসধ্বজ নীলধ্বজ যৌবনাস অনুসান সুবেক প্রবীর নিংথৌ লৈকোয়ফম্বা অসি খৈবিকসুঙ লানফম লৈতেংপোৎ ফীরোয় ফীতাং শেকপিন তুলাই চৈরৈ ফীরান কাঙহৈ পরেং চুঙ্গোয় কবাকথাঙ লাংগোই শগোল শামু মশীং লাকঙমদবা মাখোয় অসি খৈবিকপু ককথেক হায়ফৎ য়াম তাঙ্গোই উৎফুন ওইনা মাঙহল্লবগী মিৎয়েংসংনা য়েংশিনখিবা খৈবিক্তা শূন্য অতিংঙাবু মওইরে। অর্জ্জুন বৃষকেতু পন্থৌ ইপা ইচা নঙাইরে। মরম অসিগীদমকনা কৃষ্ণ লাইমরু ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির অনীমক্কী সনা মখোঙখাদা হনব্রাইখিরো। বৃষকেতু নঙবু থরায় ইমিরেনবু মওইরবা অতুনে। বংশ শাগৈ পূম্নমক্কীসুঙ চকমোম

---

তৌইগুম—তৌইগুমসুঙ। খোইমোম নোংদমখোন চেনফদবনা—চেনবা য়াত্রবা লাইগী নোংদমনা। ইশাবিগী—ইয়াম্বগী। মপারি মুংগানববু—মুংশিবা মচা। থরায় ইমিরেনগুম—ঐগী থরায়গুম। য়াইবী—থরায়। ইস্তানখিরগবরা—য়ৌননবা চংখিগদরা। হন্দক নোং—হন্দকী মতম। পায়মা ঐগী উনগোয়মুংদা—ঐগী পূকনীংদা। লাঙদ্যা—লাঙজা। ঙাইরোয়নরকপা—লোয়নরকপা, লাকমিন্নরকপা। যাদব—যদু শাগৈদা পোকপা। লৈকোয়কবা—নিংথৌ। চৈরৈ—কি। সনা মখোঙখাদা—সনা খুয়াদা। হনব্রাইখিরো

থাউমৈ ওইনয়ে। নবেন কুন্তি অচুম্বীনসুঙ চেংলৌ নশক উদরবগা থরায় মমিরেনবু থ'দোক্কে হায়রঙৈনে হায়না অস্তুম পাওমেন্নরিঙৈদা পোনবী লাওদ্যা ক্বাক অনীমকনা ধ্বজ ফীরান খোক্তা চেকলা খোঞ্জেন ব্বাংনা খোংলমএ। য়াইথী মতৌ অসিগুম্ববু হন্না হন্না মতৌশিল্লকলবগী পার্থ অকনবদি মপারি বৃষকেতু অথৌববু কৌনা কৌনা পাওমেনথিয়ে। পারি নঙবু চংখি হনব্রাই থৌবু থীল্লগন্নু। পম্থৌ ইপা ইচাবু তিন্ননা মরৈরবদি লানশোক খুদোংথীববু যোন্দনা থোকলঙৈনে। পারি নঙনা ছুয়েন লানশোকফমদা নোংমনখিরবদি পাণ্ডব শাগৈ পূন্নমকসুঙ থরায় মাঙনা শিগে হায়রঙৈনে। ব্বারম মতৌ অমসুঙ নঙবু লাংহৈ কুমশীং য়ামদরিবগী অঙাং মতৌ ওইবিএ। লানফম তমথীবদা লানশোক মীমাঙ খাঙনা ঙাকচঙমহিরোইএ। ব্বারম অসি খঙনা লৈপাক থুনা তানখিরো লানশোক থোইনা মন্নবা অসিদা অর্জ্জুন ইতোম্মা খাঙলগে যজ্ঞ মঙমথৌগীদমকপু ব্রত তরা চাকহেন অকুববু তৌ। অসি পন্ত্র থাঙশাং য়াইওইববু খন্না লৈরিবা অতুসুঙ পারি নঙবু লৈত্রবদি চাকহেন অরুম্বা মহাকপু তৌরবসুঙ নিংথৌ লৈকোযফম্বদি থোইনা পূকনীং অরা চঙলঙাইনে। পম্থৌ নপাতোন অহুম্মসুঙ পানবা কৈউন ইন্না নিংথৌ লাইনীং মতেং পাংলরিঙৈনে। সনায়োয় কোম্নংদা লৈরিবী মাংগোন শঙতেং ঙানবী পূন্নমকসুঙ নিংথৌ সনা মখোঙখাদা কাঙহাই

---

—হনথ্রো, চংথ্রো। বংশ (সং)—শাগৈ। চক্কমোম—মৈ।

হায়রঙৈনে—হায়রগনি। পোনবী—উচেক। ধ্বজ—(সং) ফীরান। চেকলা—উচেক। য়ায়থী—অমঙ্গল। পারি—ইচা নিপা। চংখি কলব্রাই থৌবু—হন্দুনা চংখিনবা থৌরাঙবু। য়োন্দনা—শোয়দনা, লেপনা। লানশোকফমদা নোংমনখিরবদি—লানফমদা থনায় থারবদি। হায়রঙৈনে—হায়রগনি। লাংহৈ কুমশীং—চহী। লানফম তমথীবদা—অকনবা লানশোকনফমদা। ইতোম্মা—ইথন্দা, ইতোমদা। তরা চাকহেন—ব্রত। লৈকোয়ফবদি—নিংথৌদি। পম্থৌ নপাতোম—নতোন, মহাক্কী পাবুংতোম, নথুন্না। পানবা—কৈ। কৈউন—কৈ মউন। সনায়োম কোম্নুংদা —সনা কোম্নুংদা।

পরেং হুন্না য়োযনা থৌখল্লিঙৈনে। রাজ্য লৈপাক পূন্নমকসুঙ নিংথৌ লাকখোঙ থোঙজাউরেন্দা লৈপাক পূন্না তিন্না লাইনীং তেঙপাং য়াওরিঙৈনে। ব্রাহ্মণ বেদ হৈবসুঙ নিংথৌ পুরোহিত ইনাউয়োক্না চীংঙু লাইরিক থীরিঙৈনে। পারি নঙবু লৈত্রবদি থৌরম অসি খৈবিকপু যজ্ঞ মণ্ডপ লোমদনা কায়রঙৈনে হায়না পাউমেনববু নাতারবগী বৃষকেতু অকনবনা পাউখুমলকলে। তা-ও তা-ও হে পন্থৌ ইপাতোন-ও য়াথং নপাওমেন অসিবু করম্বনো? বৃষসেন নপারি ঐবু পন্থৌ ইপাতোন-ও নঙবু থাদোক নমদা হুন্না করম হস্তিনা লৈপাক তান্না চৎখি-ও হায়বনো? থৌচান মরম থোক্তনা পাওমেনবা অসুম্বদি য়াথং অমরক হন্না হায়বিগনো ঐবু তাংজা ঈকাইরুইএ। রারম না তাখিবা খৈবিকনা ফত্তা মতৌ থোকনা হায়নঙাইনে। পন্থৌ ইপা ইচাবু লাংগোই শগোল ঙাকও হায়না ঈশ্বর মপুরেনগা ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা অনীমকনা লানফম শীংতা থানা থৌশীরকপা অসিদা প্রাণ থরায় থারাইদমগী লানফম অমম্ববু উরবগ হস্তিনা সনা মরৈপাকপু য়াঙনা ইস্তানখিরো হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু বৃষকেতু কৌবা ঐবু পন্থৌ কর্ণ অকনবগী মপারিবু নত্তনা স্ত্রী নুপী ওইনা উরংগী পাওমেন রারা? ইপন কর্ণ লীশূ হৈবনা নাউনৌরকঙৈগী হকসাং পাংগন ইথোকলকপা মখৈবু লানফম মতম করম্বদা লানশোক ইমায় ওনববু হৌনরক্তে? ইনুং খোমলেন মঙলানচান মহাক্তসুঙ লৈথোক্তরিএ। খঙলে খঙলে হে পনথৌ ইপাতোন-ও নঙগী য়াথং নপাওমেন অসিদে। বৃষকেতু ঐবু হান্না লানশোক নতোম য়াইফ মিংলেন ওইজগে হায়না পাওমেন রাবু

---

রাজ্য—(সং) লৈবাক। লৈপাক পূমনা তিন্না—প্রজা ময়াম তিন্দুনা। ইনাউয়োক্না—ঐথোয়গী পুরোহিতকা। মণ্ডপ লোমদনা—যজ্ঞ লোইদনা। পন্থৌ ইপাতোন—পাবুংতোন। নপাওমেন—নয়াথং। তাংজা—ঈকাইবা। লাংগোই—শগোল। ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। স্ত্রী—(সং) নুপী। নাউনৌরকঙৈগী—পোকলকঙৈগী। ইনুং খোমলেন মঙলামচান—মঙ। ইপাতোন—পাবুংতোন। নপাওমেন—নহাকী বাহৈ, নবাহৈ। য়াইফা মিংলেন—মিংকম অকবা।

ওইরে। রারম করিদগীদমকনো পাংগন ইথোকলকপা ঐবু ক্ষেত্রি শাগৈ ওইনা পোকলবদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু খণ্ডদরিবা খজিকহিক-পরা? রারম মতৌ অমসুঙ পম্হৌ কর্ণ অথৌবদো লানফম থোইনা ঙম্লদা খোয়মা মমায় ওন্না হৌনরক্তে হায়রসুঙ পম্হৌ ইপাতোন-ও নঙনা মখঙলিএ। পাংগন অসুম ওইবগী মপারি ঐগুম্ববু পায়মা পূকনীং য়াংনা উরবসুঙ বৃষকেতু কৌবা ঐদি পূকনীং পঙনা খুভম হোংবী-ররোইএ। কোল্লোয় নয়াথংবু য়াথং নোকনা নোকনা পাওমেন্নসানপা অসিবু তৌবিরগনু। থব্রায় শিনফম্বু থোক্লবসুঙ পম্হৌ নঙনা য়াইবী থরায় থানা নোংমনফমদা খোয়মা ইমায় ওন্দনা মশিরঙৈনে। হন্দক হুয়েন লানশোকফম অসিবু হায়দবসুঙ লানফম মতৌ খৈবিক্তুসুঙ পম্হৌ নঙবু থাদোক নমদা হুনবদি পূমনা লৈররোইএ। কোল্লোয় নয়াথং অসিবু য়াথং শোরি মীনম রানে হায়না নীংবিকুনো পম্হৌ নখোঙখাদা সত্য শরী মখৈফংনা হায়জরবনে। তৌইগুম রারম মতৌ অমসুঙ পম্হৌ নঙগী বিজয় য়াইফথোইববু তাইবঙ মরোন অহুম্মকনা শংশঙ খঙলিয়ে। য়াইফা কোল্লোয় নমিংথোং অহুবু মাঙহন্নিংদে। হে পম্হৌ ইপাতোন-ও নঙনা য়াইবী থরায় মাঙলবদি চীংঙু গোবিন্দ থোইখোইবদা

---

বারম করিগীদমকনো—করি মরমগীনো। ইথোকলকপা ঐবু—মথোক কাখংলকপিবা ঐবু। খণ্ডদরিবা খজিকহিকপরা—খণ্ডদবনি হায়না নীংবরা। পম্হৌ কর্ণ অথৌবদো—ঐগী ইপা কর্ণ কৌবা লান্দা থৌবদো। লানফম থোইনা ঙম্লদা—অকনবা লানফমদা। খোয়মা মমায় ওন্না হৌরক্তে—মমায় লৈরক্তে পায়মা পূকনীং য়াংনা—পূকচেল য়াংনা। পূকনীং পঙনা খুভম হোংবীররোই—পূকচেন হোংলোই। কোল্লোয় নয়াথং—নহাকী য়াথং। থবায় শিনফম্বু থোকলবসুঙ—থবায় মাঙবা ভাগবসু, শিপদবা লৈরবসু। নঙনা য়াইবী থবায় থানা নোংমনফমদা—নহাকনা শিবা মফমদা। খোয়মা ইমায় ওন্দনা—ইমায় লৈদনা। নঙবু থাথোক নমদা হুনবদি—নহাকপু হুজ্জেকলমবদি। য়াথং শোরী মীনমবানে—মীনম্বা বানে। শরী—বাণক। তৌইগুম-তৌইগুমসুঙ। শংশঙ খঙলিয়ে—ভশেংনা খঙলিবনি। য়াইফা কোল্লোয় নমিংথোং অহুবু—নহাকী [illegible] অদব। য়াইবী থবায় মাঙলবদি—শিরবদি, থবায় থাব্রবদি।

পূকনীং থোইনা মুঙাইতববু থোকলুঙেনে। ধর্ম্ম নিংথৌরেন্নচিংনা ভীম নকুল সহদেব মাখোয় অসি খৈবিকনসুঙ চেংলৌ নশক উদরবগা উনবী পূকনীং পেন্নববু পূমনা লৈররোইএ। বৃষকেতু কৌবা ঐদি পাংগন ইথোকললকপবু ওইরিয়ে পন্থৌ নঙদি অহনমতম ওইনা মাল্লৈ চী ওল্লে। মরম অসিগীদমক ঐত্নম লানশোক মায়ওক য়ানা শোক্লহোগে। কৃষ্ণ ধর্ম্ম অনীমক্কী সনা মখোঙখাদা চৎনা য়োয়না থৌখনঙমও হায়না পন্থৌ মপা মচা রারম শাংতাননা পাওমেন্নরিঙৈদা বভ্রুবাহন অকনবনা লাউনা লাউনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে বৃষকেতু কৌবা নঙবু পুরুষ নিপা থোকনা ধন্য য়াইফথোইবা থরায় মহৈ পানববু লেপ্না ওইরবা অতুনে। পাংগন নঙ্গা মান্নবদি তাইবঙ মবোন অহুম্মক্তা পূমনা লৈতরে হায়না বৃষকেতু পানকন মতীক থাখৎলকপা অতুবু অর্জ্জুন তেনহৈবনা না তারবগী য়াঙনা বৃষসেন মপারিবু ঙাইরোয়ননা হুয়েন লানশোকফমদা চঙখিরে। লাংগে ই মোইশা য়া শামু মচুম তাবা অনীনা নাপন ময়াই কানা চঙলকপা তুকুমএ। বৃষকেতু মপারি পাংগল মথোকলকপনা রাহমখিয়ে। হে পন্থৌ ইপাতোনও নঙদি চেংলৌ মিৎকুপ মরমদং ঙাইখন্নীখিও। পূকনীং মরাং কায়না ফমফমবিও। বৃষসেন নপারি ঐ লৈরিএ হায়না পাওমেল্লবগা বভ্রুবাহন মমাঙ শংশঙবদা

---

চীংঙ—খোইমোম, লাই। গোবিন্দ - শ্রীকৃষ্ণগী মিং অমা ( শ্রীকৃষ্ণনা চহী তরেৎশুবদা কার্ত্তিক থাদা গোবর্দ্ধন ধারন তৌরবদা ইন্দ্রগা সুরভিগনা শ্রীকৃষ্ণদা গোবিন্দ হায়রা মিং অসি কৎখি—শ্রীমদ্ভাগবত ১০ম স্কন্দ ২৭শ অধ্যায় )।

ধর্ম্মনিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। চেংলৌ—শক। উনবী—পূকনীং। মাল্লৈ চী ওল্লে—অহন ওইরে। কৃষ্ণ ধর্ম্ম অনীমক্কী—কৃষ্ণগা যুধিষ্ঠিরগা অনীগী। রারম শাংতাননা—রা' মথা তাননা। য়াঙনা—থুনা, থোন্দনা। বৃষসেন মপারিবু ঙাইরোয়ননা—মচা নিপা বৃষকেতুগা লোয়ননা। লাংগোই মোইশা য়া—শামু। তুকুম্মে—অহুগুম্মে। রাহমখিএ—রা হায়খিএ ঙাইখন্নীখিও—ঙাইবিখো। পূকনীং মরাং কায়না ফমফমবিও—পূকনীং থাইশংদা ফমহনবা লোথাহনা লৈবিও।

নকনা চঙশিনখিরবগী চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী বভ্রুবাহন অকনবনা য়াওরা খোঞ্জেন রাংনা পাওমেনঙম্মে। হে বৃষকেতু কৌবা নঙনা লানফম মাঙদা থানা চঙলকলিবা অসিবু থরায় নমিরেনবু থাথোকলগে হায়না লারকলবরা? ঐনা চেংলৌ মিৎথিৎপদি বৃষকেতু নঙবু যম মখূৎপাক্তা নকশিল্লকলে হায়ববু শংশঙ তাঙনা খংলো। অর্জ্জুন তেনহৈবা মশুংলাংগী দমকপু বৃষসেন অকনবা নঙগী তাংজা লুরেন-তোনবু বায়রা ইতেঞ্জাদা করম তাগে চঙলকপনু। থরায় নমিরেনবু হাৎলবগা পম্হৌ নপাতোন পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈববু কোন্না রায়র। ঐগী ইতেনচাদা য়োন্দনা নোংমনহনগে হায়না বভ্রুবাহন অকনবদি শমু খোঙথাং রাংনা চঙশিল্লক্লবগা লীরুং খূত্তা পায়না রায়রা মতেঞ্জা অমা কাপখিববু তেনবী অরেম্ব তারুদনা নমূ পোং রান্নবা অর্দ্ধচন্দ্র হায়না কৌবা থাজা মচেৎ কোঙ্গায় মানবা তেনবু লীচিং নাকোঙ ফংনা রায়রা তেনরাইখিববু বৃষ ধ্বজ অকনবনা শূন্য অতিংঙাদা তেনবী অনী থোকনা কাপথেল্লবগা লানপূক মবাঙ হৌনা বভ্রুবাহন লৌরাই কোয়রেনথক্তা রায়রা নোংচুননা কাপলুরবগী মায়গৈ মথোঙ তরামকপু নোংয়ায় থামম্বগুম্লে। মাল্লং নোংশীৎ অকনবা মহাক্লবু রায়রা তেল্লক চঙনা হুমচিন ঙমদে। ফীরান তুলাই শেকপীন হুমাই খূৎশূ খূৎলাই পূন্নমকপু নেম্বী শীংনাং পাইগুম পোৎলোই মতুপ অনী থোকনা ককথেকল্লে। কোরৌ নোং শগোল লাংগোই মোইশা য়্য। খৈবিক্কী তাংজা লুরেনতোনসুঙ য়েন্দেম থরাম শোইগুম শোইদোকলবগী ঈঙাঙ লৌথোং চেনগুমলে। তাংজা মীরুতোন লাংগোই মকোক তোনরাং-

---

চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী—চিত্রাঙ্গদাগী গর্ভদগী পোকপা। য়াওরা—খোঞ্জেন। থরায় নমিরেনবু থাথোকলগে হায়না—শিয়গে হায়না। লারক-লবরা—লাকলবরা। চেংলৌ মিৎথিৎপাদ—উবদি। মশুংলাংগী—মরমগী। নঙগী তাংজা লুরেনতোনবু নহাক্কী নকোক অহুবু। বায়রা ইতেঞ্জাদা—ঐগী তেঞ্জা। ইতেনচা—ঐহাক্কী তেন। য়োন্দনা—শোয়দনা, তঙাই ফদনা। নোংমনহনগে—শিহনগে। শমু খোঙথাং রাংনা চঙশিনকলবগা—মথোঙ রাংনা

ঙাবু ঈঙাঙ থককেন চৈরোয়ননা কাওপী শূমলোইতাউকুম তাউথোকলে। অসুম বৃষকেতু অকনবগী লানশোক পম্বেংখোন অতুবু চেংলৌ মিথিৎলবগী বভ্রুবাহন মণিপুর লৈমাবগী মদাইরেম লানমী লেংনা তিনবশিংদি লানশোক মায়ওক য়াঙমদনা চেনখিরে। লানফম অমরক মরাঙ হৌনা বৃষসেন রায়রা মতেঞ্জা মঙাদংনা তেনবী নমকাপ-নখিববু নিংথৌ থমোই ময়ায়রেন্দা থারুরবগী চিত্রাঙ্গদা মপারি বভ্রুবাহন অকনবদি কন্থী মথৈফং কঞ্জাউ মথি ফোংনা তেনবী পাইজা শাবা রায়রা মতেঞ্জাবু লীরী থমোইতিংনা কাপখিহিকপস্থুঙ বৃষসেন মতেঞ্জানা তেনবী অনি থোকনা কাপথেকলে। পম্থৌ মপা কর্ণ লীশূ হৈবগা পাংগন মতৌ শোয়নদে। হুয়েন লানশোকফমদা খাম্বী মৈরাচাউকুমনা মঙান হুমিৎ থোক্লুম্মে। পাংগন মতীক অসুম ওইবা অতুনা তেংগোন মপূক তিংনা নোংমনহল্লে। তুলাই লেংতম তোংবস্থুঙ কোটি মপৈ অন্থুমশুনা মাঙহল্লে। লাংগোই শগোল শামু শেকপিন তুলাই ধ্বজ ফীরান চুঙ্গোয় কবাকথাঙ লীরুং তেন পুং শেন পূম্নমকপু শীংবী থরোন পৈগুম পোৎলোই মশীং য়ামনা কাপথেকলে। জয় মুনিরেন্না

---

রাংনা থাংহনা চঙশিন্নকলগা। নমু পোং—তাইবঙ মী। অৰ্দ্ধচন্দ্র—(সং) থা মচেৎ। লৌচীং নাকোঙ ফংনা রায়রা তেনবাইখিববু—লীরী মনাকোং ময়া য়োনা চিংলগা কয়া তেন কাপখিববু। লৌবাই কোয়রেনথক্তা—মকোক মথক্তা। মাল্লং—হুংশীং। নেম্বী—শীংনাং। কোয়ৌ নোং শগোন—শগোল। লাংগোই মোইশা য়া—শামু। তাংজা লুয়েনতোনসুঙ—মকোকসু। ঈঙাঙ—অঙাঙবা ঈ। তাংজা মীরুতোন লাংগোই মকোক তোনবাংঙাবু—মী মকোক শগোল শামু মকোক।

কাওপী শূমলোই তাউকুম তাউথোকলে—তুরেল কাওশীং তাউবগুম তাউথয়ে। চেংলৌ মিথিৎলবগী—উরবগী। মণিপুর লৈমাবগী—মণিপুর নিংথৌ। মদাইরেম—মনাই। লানশোক মায়ওক য়াঙমদনা—মমাঙদা লেপ্পুনা লান শোকপা ঙমদনা। কাপখিহিকপস্থুঙ—কাপখিবস্থু। খোয়নদে—খেয়দে। শীংবী থরোন পৈগুম—শীং মপৈ মপৈ পৈবগুম।

রাহমখিরে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও প্রলয়মাঙলাইতমনে হায়রশীবরা? মতৌ করম্বনো ওস্নোকএ। তাইবঙ মীওই পানগীদি লৈখিসুনো খোইমোম লেংনতিনবা মহাক্লবু উনবী লাঙতক্লনা পূকনীং অকি ফংলে। থৌরম অস্নুম ওইনা লানশোক মীয়াম শিরবগী লাঙদ্যা মীশা চাবা লমহূয় শাপাম্বা হেম্বা লোইবী ক্কাক ভূৎ প্রেৎ দক্ষ কিন্নর দৈত্য হিংচাবা জুগিনী হুম্ফু মরিমকসুঙ য়াওনা হরাও মখে লৈতনা সুংঙাই কুম্মে থোইনা শান্নরে। তাংজা লুরেনতোন পূন্নমকপু ভূৎ প্রেৎ খৈবিকনা শঙ্খ মোইবুং ওইনা খোংনরে। মশা চীঙ্গাক ওই, রক্ত ঈঙাঙ থকনা পায়মা মপুক থল্লবগা অনী সুংঙাই শকয়েংননা অহুম অহুম য়াওরা খোনমান্ননা ঙাইনোক্লয়ে। লাংগোই মোইশা য়াগী তাংজা লুরেনতোন চাউথোইবশিংবু লৌরুরবগা চৈরৈ ফীবুন হুনগুম হুন্ন হুন্ননা শান্নেএ। নমু মীশা চাবীশিংগী য়াওরা মখোঞ্জেন রাংজ-পুনাঙাইরে। তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্তি বৃষকেতু অকনববু শোংকিবগা নমু মীশা চাবী খৈবিকনা শারেন শামুন্নবগী হরাউ মতৌ উবগা অনীমক্লা অকি মখে ফংনা লানফম হুকচেন্নখিরে। হুয়েন লানশোকফম অহুসুং বসন্ত লৈপাম্বাদা শীংলেন পারিজাৎ লৈনিংথৌগা পানকোং লৈ ময়োনগা অনীমক্লা মপান ঙাঙনা শাবা তুকুমনে। লানশোক মতৌ অহু য়েংনা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবদি তুলাই রথ থক্তা সুংঙাই মরাং কায়না হরাউরে। নমু মীয়াম চেন্নখিরবা লানশোক অসি মতুংদা বৃষকেতু অকনবদি অমরক হুয়েন লানপূক মরাঙ হোনা

---

হায়মখি—হায়খি। খোইমোম লেংনতিনবা—লাইয়াম সভা। উনবী লাঙতক্লনা—মপূকনীং ইয়াঙ লাঙনা। হেম্বা লোইবী ক্কাক—কাক। তাংজা লুরেনতোন—কোক। শঙ্খ—(সং) মোইবুং। পায়মা—পূক। ঙাই-নোক্লয়ে—নোকমিন্নেএ। চাউথোইবশিংবু—য়ামনা হেন্না চাউববু। চৈরৈ—খি। তাইবঙ নমু পোং ওইবা খৈবিক্ত—মীওইবাশিংদি। শোংকিবগা—[illegible]। লানফম হুকচেন্নখিরে—লানফমদা তোকম থওরে, চমরে। শীংলেন—লৈ।

তেনবী মখূৎশূ রায়রা শিংখেৎ শাবা অমনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনবী পূকনোপ অহোম্বা মহাক্তা কোরৌ নোং শীংজঙগুম থারুরবগী নিংথৌ মথোকলকপদি তুলাই লেংদম থক্তগী মাল্লেম লৈদা তানা ছুখিরে। লানশোক মতৌ ওস্থোকপা অতুবু উরবগা নমু পোং ওইবা খৈবিক্তি হিহি হায়না য়াওরা মথোঙ্গেনবু লাউনা লাউনা মণিপুর ইনিংথৌবু তুলাই লেংপু থক্তগী মাল্লেম লৈমায়থক্তা তাখিরে হায়না মিপাই মথৈ লৈতনা চেনশিন্নখিয়ে। বভ্রুবাহন অকনবদি রাংলেন পূংজামরুম রাম্বরমলুবদগী কোরৌ নোংলাউখোনগুম ঙংনা ঙংনা হৌখৎলবগী য়াওরা খোঙ্গেন রাংনা পাওমেল্লকএ। ঙাইও ঙাইও হে বৃষকেতু কৌবা-ও নঙবু অসি কোরৌ হুমিৎমা অসিদা নিংথৌ ইতীক অথোইববু শংশঙ খঙহল্লগে! তাংজা নরুতোনবু ককথোক্লবগা থরায় নমিরেন্দি খমনুং যম নিংথৌগী শমু মখূৎপাক্তা শিন্নগে। থরায় নমিরেনবু শিদরিবৈ অসিদা দেব নারায়ন অথোইববু উনবী পূকনীং তপনা নীংশিং লৈত্তোন থোংনা শোঙ্গরৌও হায়না পাওমেল্লবগা লীরুং খাঙতপ লাকনা সনা তেন্দোংহুংগী খ্রায়রা তেনবী মক্তবা পোনবী লাঙদ্যা তুনা ব্রায়রা তেন্না চনবা তেনওঙ থাজা মচেৎ শাবা তেনখোক হেরা মণি মণিক থাম্বা মঙান চীংহুং নোংথাঙ কূপকুম চেংলৌ মিংপু রংবা তেনচীন মৈরি থোকপগী রায়রা মঙান অরাবা অতুনা হুমিৎ মঙান হেন্না মায়বৈ মথোঙ তরামকপু পূমনা ঙাল্লে। তেনবী মানা পাল্লুগে তৌবদি

---

বায়রা শিংখেৎ শাবা—খমকোকথাঙ শাবা তেন। কোরৌ নোং শীংজঙ—বজ্র, থক্তী তেন, অথাক অরাউ। লৈদা তানা—লৈপাক্তা তানা। ইনিংথৌ—ঐখোয়গী নিংথৌ। মিপাই মথৈ লৈতনা—হায়নিঙাই লৈতবা মথৈ মিপাই খাবাইতুনা। রাংলেন পূংজামরুম—পূং অমরোম। কোরৌ নোংলাউখোনগুম—নোং খাকপগুম। অসি কোরৌ হুমিৎমা অসিদা—ঙসি হুমিত্তা। খমনুং—যম। খাঙতপ লাকনা—ময়ায়দা পায়তুনা। পোনবী—উচেক। লাঙদ্যাতুনা—লাঙজা মতুনা। তেনওঙ—তেনগী মশক মওঙ। চেংলৌ মিংপু রংনা—মিং ইরুং লংনা। হুমিৎ মঙান হেন্না—নুংশা মঙাল্লবী হেন্না।

লৈখিসুনো। রায়রা তেনবী মশক য়েংবা মহাক্তবু অকি পুকনীং চঙনা থরায় মপান থোক্তে তৌশিল্লকএ। খোইমোম লাই খৈবিক্লসুঙ হুন্দক হুয়েন লানশোক নোং অসিদি বৃষকেতু কৌবা অসিবু নিংথৌ রায়রা মতেনচীন্দগী থরায় মমিরেনবু হিংখিঙমলরোই হায়না পাওমেল্লেএ। বৃষ কেতু অকনবা মহাকসুঙ রায়রা তেনশক য়েংনা পুকনীং শোংকি চঙনা পাংগন নিপা থোকঙমদনা পায়মা নিংদোন থোকলে। অর্জ্জুন তেনহৈবনসুঙ পারি বৃষ কেতু অকনবা অসিবু লানশোক মতৌ করম্বনা থরায় মমিরেনবু হিংহনশিবনো হায়না মুংব্রঙ ইরৈচন্না নীংথন্নরিঙৈদা বভ্রুবাহন অকনবদি রায়রা মতেঙ্গা মক্তববু খোইমোম মন্ত্র শোন হুস্কার খোঞ্জেন ঙংনা শঙাইশেন মৈবী পাইগুম তেনরাইরকপবু ব্রহ্মাস্ত্র কৌবা তেনবী মাঙফদবা অহুদি নোংলেন ঈহৌ খোনগুম ঙংনা ঙংনা মরাক-লবগী অর্জ্জুন তেনহৈবা মহাকনা রায়রা মতীক লৈবা তেনবী মক্তবা মশেনবু কাপনা কাপনা ঙাকপসুঙ মঙমদরে। বৃষ কেতু মহাক্লসুঙ পাংগন মথৌ লৈবা খৈবিকপু কাপনা কাপনা ঙাকচবসুঙ মঙমদরে। পস্থৌ মপা মচানা রায়রা তেনয়াম কাপখিবা খৈবিকতো বভ্রুবাহন অকনবগী রায়রা তেনচীন মৈদা তেনবী তাঙ্গোই ওইনা মচাকলবগা বৃষ সেন তাংজা লুরেনতোনবু য়েন্দেম থারাম শোইগুম ককথেক-লুরবগী মমায় লোইদাম থাজা মানবা অহুবু মালেম লৈদা তাখিরে॥ শমু মহকসাংগা খাইনরবা তাংজা লুরেনতোন অহুনা হে কৃষ্ণ বিষ্ণু রাম রাম হায়না পস্থৌ মপাতোন পার্থ তেনহৈবগী অর্জ্জুন মখোঙখাদা

---

খোইমোম—লাই। হিংখিঙমলরোই—হিংথিবা ঙম্মরোই। রায়রা তেনশক য়েংনা—তেনগী মশক মওঙ য়েংহুনা। পুকনীং শোংকি চঙনা—পুকনীংদা অকিবা পোকনা। মুংব্রঙ ইরৈ চন্না—তৌকম লাকদম থঙদনা, তিঙঙক মায়ঙকননা। নীংথন্নরিঙৈদা—থপ্পানহুনা লৈরিঙৈদা। তেনরাই-রকপবু—তেন কাপলকপবু। তেনচীনমৈদা—মৈরি থোকপা তেন্দা। বৃষসেন তাংজা লুরেনতোনবু—বৃষ কেতুগী মকোকপু। লোইদাম থাজা—থা। মালেম লৈদা তাখিরে—লৈপাক্তা তাখরে।

ওনশিল্লকলে। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবদি নুংশি মথৈ ফংনা কুন্দন মনাশিবু পায়না পায়না চেংলৌ মাগী শকপানথোং নীংথিববু য়েংনা য়েংনা উৎফুন নোংলৈ পকপবু তৈথোকপিরবগা পিরেন ঈচেন্ননা হাই হাই ওখ্রাকএ মতৌ করিগীনো কল্লকএ খোমলেন ঐগী মঙলান চান্নে হায়র সবরা হায়না হ.ইহৎ লৈফাইতু, মাল্লেম লৈদা ওন্না মিকপ- লে। থব্রায় নীকমাঙননা ব্রাম্বরমলুবদগী ধনঞ্জয় লৌশিংবদি উনবী লৈনীংশিংনা হে ইচা বৃষকেতু কৌবা-ও হায়না কৌনা কৌনা ফৈরা মতানপাক্তা থাংকৎলবগা মায়থোং চিংনা য়েংনা হে ইপারি চেংলৌ শকোয় হেনবা-ও নঙগী থব্রায় নমিরেনবু পম্থৌ নপাতোন ঐনা ঙাকলৌ ঙমদরবা অসিদা পল্লেম কুন্তি সতী অচুম্বী মখোঙখাদা থৌরম লঙজা য়াম্ববু থোকলুরে। হে খোইয়ম নোংদম্বা বিধি নব্রায়েনবু করম্বনু ইপারি বৃষ কেতু কৌবা অসিবু লৈতরবদি অর্জ্জুন কোল্লোয় ইমিং- থোং য়াইফবা অসিদো লৈরাং অতিংঙাবু ওইশিল্লকলে। শমু ইথুৎপাক্তা চেংনা শিন্নরকপা রতন সনা মৈখাঙবদি কোরৌ অসি নোংজামাদা মাঙখিরে হায়না চেংলৌ মমিৎ অনীমক্তা পিরেম ঈচেন্ননা মপারিগী কোল্লোয় মমিং থোংবু ফয়না ফয়না কৌরবগা ফৈরা মতান- পাক্তগী শমু মহকসাংগা খাইনরবা তাঙজা লুরেনতোন অতিংঙা অতুগা মালেম লৈমায়থক্তা ওনমন্নরে। নুংশি মৈচাক তেম্বীদনা চেংলৌ মিৎশা ওন্দরবা মায়থোং অরেম্ববু চিংনা য়েং খজাই লেংলোই চূপনা হে

---

নুংশি মথৈ ফংনা—হায়নঙাই লৈতবা মথৈ নুংশিদুনা। মনাশি—নাদা য়ানবা লৈতেং। শকপানথোং নীংথিববু—ফজবা মায়থোং অতুবু। পীরেম ঈচেন্ননা—মমিত্তা মপি ঈরা চেন্না। খোমলেন ঐগী মঙলানচান্নে—ঐগী ইমঙনে হাইহৎ লৈফাইতু মালেম লৈদা ওন্না—লৈপাক্তা বোম বোম তুনা হাইথদুনা। ফৈরা মতানপাক্তা—মতম্বাক্তা। চেংলৌ শকোয় হেনবা—শক ফজবা। ঙাকলৌ ঙমদরবা—ঙাকপা ঙমদ্রবা। লঙজা—দোষ, মরান অয়োনবা। খোইয়ম—লাই। নোংদম্বা বিধি—ব্রহ্মা। নব্রায়েনবু—নহাক্কী য়ায়েনবু। কোল্লোয় ইমিংথোং য়াইফবা—ঐগী অফবা মিংচৎ। লৈরাং অতিংঙাবু

বৃষ কেতু নিংথিবা চেংলৌ শক্তোয় হেনবা নঙদি পম্থৌ নপাতোন ঐবু নমদা হুন্না মফম করিগুম্বদা চৎখিরবগী কোল্লোয় পাউনাইদনা মাঙখি-রবন্থু শমু মহাকসাংদা তাংজা লুরেনতোনগা তিন্নবা পাংগন নঙগী নহৌশা অত্থু ইমাঙ শংশঙবদা অমরক হনরাইরকখো পম্থৌ নপাতোন ঐগী পূকনীং ইহৌশাবু লৈতরবা ঈঙা তেরাপাইগুম থোইনা য়াংলবা অসিবু কোল্লোয় নয়াথং অমেঙবা অত্থনা উনবী পূকনীং তপ্না হঞ্জিন-হল্লখো। য়াওরা লনমরুগুম্বা পাংগন নথোকলকপা নঙগুম্ববু মফম করিগুম্বদগী উনবী খুৎথুম চন্না তানফংলুসিবনো। পারি চেংলৌ নশক উদরবগা থরায় ইমিরেনবু থাদোকনীংলে। লীরুং নখূৎশূবু শমু খূৎতা পায়না লাংগোই শগোল শামু খোঙমী লানমীরক্তা থাবৈগুম ওৎপগুম তৌরম্বা পাংগন নথৌনাদো রাংলেন পূংজা মরমদংবু বভ্রুবাহন অকন-বগী লানশোক মায়োক য়ানা তৌরখিও। উংফুল নোংলৈ থক্তা ওন্না করি লৈরিবনো? হয়েং ঐনা হস্তিনা লৈপাক মুঙাইবদা হনরাই খিরবগা ইশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেন্নচিংনা ভীমসেন অকনবা, সহদেব য়ায়মবা নকুল অতোনবা পল্লেম গন্ধারি কুন্তী অচুম্বী যজ্ঞ শ্রেণী সতী দ্রৌপদী নীংথিবী, শুভদ্রা অহেনবী ইমৌ প্রভাবতী লৌশিংবীগা মাখোয় অসি খৈবিকনা কোল্লোয় পাউহংঙম্বদা য়াথং করি হায়না পাউতমলুশিবনো। যাদব শাগৈ লেংনেতিনবারমদগী শ্রীদৈবকী যশোদা

---

ওইশিল্লকলে—কান্নদবা অরেম্বা ওইরে। কোরৌ অসি নোংজামদা— ঙসি হুমিংতা। পিরেম ঈচেন্ননা—মমিত্তা মপি ঈগা চেন্না। মপারিগী কোল্লোয় মমিংথোংবু—মচাগী মমিংবু। কৈরা মতানপাক্তবী— মতাক্তী ভম্বাক্তবী। অতিংঙা— করিম্থু কান্নত্তবা, অবেম্বা ওইরবা। নমদা চন্না—হুন্দোক্লুনা, থাদোক্লুনা। হনরাইরকখো—হরকখো। য়াওরা—লন। তানফংলুসিবনো —ফংলুসিবনো। থরায় ইমিরেনবু থাদোকনীংলে— শিনিংলে। রাংলেন পূংজা মরমদবু—পূং অমরোমদা। হনরাইখিরবগা—হনথুগা। ইশাবি— ইমাবুং। পল্লেম —ইমা। গন্ধারি—দুর্য্যোধনগী মমা। কুন্তী অচুবী—পাণ্ডব মঙাগী মমা কুন্তী সতী। যজ্ঞ শ্রেণী -দ্রৌপদী। শুভদ্রা —অভিমন্যুগী মমা, অর্জুনগী তাদোম।

রুক্মিনী অহুম্মানা চিংলিবী লৈমা লীশীং তরাতরুকমা সত্যভামা জম্বুবতী আতর সুলক্ষ্যনা মাখোয় অসি খৈবিকনসুঙ লাইজা ঈখৌ লাংগুম তকুপতরাং পাউহংঙেনে। রারম পাউখুম ঙাইবু পুন্না লৈরুবোইএ। কোল্লোয় করি হায়না য়াথং পোথানরুসীবনু। বৃষ কেতু অকনবা অসিবু পল্লেম কুন্তী অহেনবীনা শমু ইখূৎপাক্তা শিন্নরকএ। লানফম তমথীবদা বৃষসেন থরায় মমিরেনবু চেৎনা ঙাকও হায়না হন্না হন্না পাওমেল্লকপগীনে হে খোইয়ম নোংদম্বা-ও বিধি নরায়েনবু করিগীনু হৌচিক চেংলৌ মিৎকুপ মরম ইমাঙ শংশঙবা মহাক্তা পারি থরায় মমিরেনবু থাথোকলে। রারম মতৌ অমসুঙ পানকন থোইনা চাউবা নিংথৌ সনা চোঙলেন খানবা খৈবিক্তো মাগী মাগী নিংথৌ মরৈবাকপু নমদা হুন্না পানকন ইতেং পাংগে হায়না লাকপীরকপা পুমনমকসুঙ লানফম মায়থীরাবু ঙমনা লান্নংহল্লে। হে ইপারি বৃষকেতু অকনবা নঙবু কোলোয় পাউনাইদনা থরায় নীংমাঙনখিরবা অসিবু খোমলেম মঙলানচান্নে হায়রবসু চৌংঙ নোংদম মথৌথানা অঙাং মতম ওইরিবা বভ্রুবাহন নখূৎপাক্তা থরায় ইখোয় খৈবিকপু পঙনা নোংমনও হায়বা রাগী তৌশিকলা? ইপারি সুংচানপাসুঙ নিথৌ লৈকোয়ফম্বা খৈবিকসুঙ লানফম মায়থী নংনা লৈরবা অসিদা অর্জ্জুন ইতোম্মনা রারম অফথোকনববু করম ওইসে হায়বনো। হে কৃষ্ণ প্রাণ নাথ অরোইবা থৌজান লানগোন হৈবা নঙবু নত্তনা অর্জ্জুন নপাতাউ ঐগী য়াইফা

---

খোইয়ম নোংদম্বা—বিধি, ব্রহ্মা। বি'ধ নরায়েনবু—বিধি নংগী নোদমবু। পারি থরায় মমিরেনবু থাথোকলে—ইচা শিরে, ইচাগী থরায় থারে। পানকন থোইনা চাউবা—অকনবা। মরৈবাকপু নমদা হুন্না—মরৈপাক থাদোক্তুনা, মযুম হুন্দোক্তুনা। মায়থীবাবু ঙমনা লান্নংহল্লে—লান্দা লোইনা মায়থীবা নংহল্লে। ইপারি—ইচানিপা। কোলোয় পাউনাইদনা—বা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা। খোমলেন মঙলান চান্নে হায়রবসু মঙনা হায়রবসু। চৌঙ নোংদম মথৌথানা—লাইনা—ভমথিবনা, নোংদমথোম্না। ইখোয়—ঐখোয়। নোংমনও—শিরো। তৌশিকলা—তৌরবরা। লৈকোয় ফম্বা—নিংথৌ।

থৌরম থোকনববু পূমনা লৈতরে হায়না খোয়জি মুংয়া থুকনা পায়মা মুংসামপী হোন য়াওরা মখোঞ্জেনবু রাংনা রাংনা মীকপলে হায়দবরা? তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিকনসুঙ অর্জ্জুন মতৌ যেংবদা মতোম মতোম মুংশি খোয়বু ওৎনা মীকপনরে। পার্থ অকনবদি মুংশি মৈচাক তেম্বিদনা হৌরো হৌরো ইপারি মুংচানপা বৃষকেতু কৌবা ও বরিগী থরায় নতোম্মবু ব্রহ্মলোক ফম্বীরেন্দা চৎখিরবনো? লহান নোং ইচা ঐনা পোকপা নশাবি অভিমন্যু মুংচানপা মহাকনা থরায় নোংমনখিঙৈ-সুঙ পনথৌ নপা ঐনা মুংশি মতৌ তেম্বিদবা অসুমবদি পূমনা লৈখিদরিয়ে হায়না মাল্লেম লৈমায় থক্তা ওন্না রাম্বখিরে। মতৌ অসুম ওইববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপনা কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে ধনঞ্জয় লমকেৎপা লানফম য়াইফথোইবা-ও গোষাই নহাকসাংদা পানকন নমিং চৎপবু ওইহিকপা নঙগুম্বনা থরায় নোংমন-খিবগী দমকপু করিগী উনবী পূকনীংশিং লৈতনা মীকপলিবনো। মাল্লেম লৈমায়থক্কী হৌখৎলো। ভবাণী য়াইফলনকু চাউবীবু উনবী পূকনীং তপনতুম ঈরাৎপুরুমজোও। পার্ব্বতী লাইরেম্মনা য়োন্দনা য়াইফ লনকুবিরকঙৈনে। লনকু তানফং মতুংদা বভ্রুবাহন ঐগী ইমাঙ শংশঙবদা চঙলকও। নিংথৌ লৈকোয়ফম্বা ঐবুদি বেশ্যা হাম্বোইবগী

---

ইতোম্মানা—ইথন্দনা। প্রান নাথ—(সং) থবাইগী মবুংঙো। থৌদান লানগোন হৈবা—থৌজান হৈবা, কনবিহৈবা। নপাতাউ—নহক্কী মঙ্গল, নপিজা। পূমনা লৈতরে—করিমতা লৈত্রে। পায়মা মুংসামপী হোন—নিংসাম্বর ফুয়না হোনদুনা। য়াওবা মখোঞ্জেনবু রাংনা রাংনা—খোঞ্জেন লাউনা লাউনা। মীকপলে—কপলে। মতোম মতোম—মথন মথন্দা। ফম্বীরেন্দা—অথোইবা মফমদা। নশাবি—নয়াথা। অভিমন্যু—অর্জ্জুনগী মচা নিপা। নোংমনখিঙৈসুঙ—শিখিঙৈদসু। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী—উরবগী। লমকেৎপা—লমহেনবা। ওইহিকপা—ওইবা। থরায় নোংমনখিবগী—শিখিবগী। উনবী—পূকনীং। মাল্লেম লৈমায়থকী—লৈপাক মথক্কগী। ভবাণী—দুর্গা, লানগী লাইরেম্মা। ঈরাৎ পুরুমজোও—পুরুমজৌ। পার্ব্বতী—মহাদেবগী তালোয়। লৈকোয়ফম্বা

মপারিনে হায়না পাওমেনবা নত্তবরা? বেশ্যা মপারিবু ওইবা ঐগী ইমাং শংশঙবদা লৌশিং পূকনীং লৈতনা মীকপলিবা অসিবু তাংজা ঈকাই লৈতনা করি তৌরিবনো। য়েংও য়েংও লানমী নঙাইরোয় পূমনমা নঙখোয়স্তুঙ রায়রা ঐগী ইতেঞ্চাদা মাঙহল্লে। হৌজিক মতম অসিদদি নাপন নঙগী ময়াই কাববু নোইহৎলবগা শমু নহাকসাংবু মাঙহল্লগে। বভ্রুবাহন ঐনা উনবী পূকনীং চেৎনা নোঞ্জরিঙৈদা নাপন নয়াই কানা হোয় য়াবিদে। পূকনীং নাপন রাংববু নমদা হুন্না তাংজা লুরেন ককথোকলবা লৈরাং অতিংঙাগী দমকপু পিরেম ঈচেন কংদনা মীকপলিবা অসিবু মরম করিগীদমকনো। ক্ষেত্রি পাংগল অথোইববু ওইনা পোকলরবদা হুয়েন লানশোক থৌবু নমদা হুন্না মালেম লৈদা ওল্লিবা অসিবু বেদ শাস্ত্র অরুবদা হায়রিবগী তৌশিকলা হায়না পাওমেনববু না তারবদা অর্জুন তেনহৈবদি পায়মা নিংদোন থূকনা হৌগৎলবগা বৃষকেতু অকনবগী তাংজা লুরেনতোল অতুবু তুলাই লেংতমথক্তা হাপকৎলবগা অর্জ্জুন লীরুং মথূৎস্নু গাণ্ডীব য়াইওইববু শমু খুত্তা পায়না রথ তুলাই মখূনেৎপু মালং অয়াঙবা চৈরোয়ননা থৌচিনখিরবগা বভ্রুবাহন অকনবগী লানফম মাঙদা থানা চঙখিরে। ত্রিভূবণ মরোন অহুম্মক্তা য়াইফা কোল্লোয় ইমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা অতুনে! থায়না লহান নোং কুরুক্ষেত্র হুয়েন লানশোক তমথীবদা শাবি মচীন মনাউ চামগা পাণ্ডব ইচীন ইনাউ মঙামক্কা থাঙলেন খূৎনা

---

—নিংথৌ। বেশ্যা—ওক্কবী নূপী। তাংজা—ঈকাইবা। ইতেঞ্চাদা—ঐগী তেন্দা।

উনবী—পূকনীং। নোঞ্জরিঙৈদা—হায়জরিঙৈদা, চঙজরিঙৈদা। তাংজা লুরেন ককথোক্লবা—মঙক কবলবা। লৈরাং অতিংঙাগীদমকপু—করিস্নু কায়দবগী দমক। পিরেম ঈচেন কংদনা—পি থক্তনা। মীকপলিবা—কপলিবা। তৌশিকলা—তৌরবরা। বৃষকেতু—কর্ণগী মচা নিপা। শমু খুত্তা পায়না—মখূত্তা পায়তুনা। মালং অয়াঙবা—মুংশীৎ। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। ত্রিভূবণ—মরোন অহুম। ইমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা—ইমিং নিংথিনা চৎপা। লহান নোং—মমাঙৈঙ। থাঙলেন—থাঙখাং।

ফংনা য়াম্নভৈদসুঙ ভীষ্মদ্রোণ কর্ণনচিংনা জয়দ্রথ অশ্বত্থামা সমতত্ত্ব চেকিতান বাল্লুভৌম ভগদত্ত বাল্মীক বিভীষণ শৌকুনী শৌবল দুর্য্যধন নিংথৌরেল চিত্রসেন জয়সেন দুর্ম্মুখ বিবিংশতি সত্যসেন চন্দ্রসেন চন্দ্রকেতু নিংথৌ পাংগন মথৌ লৈতবা অসি থৈবিকপু লানফম ইমাঙ খাঙদনা মঙমলকপা অহুনে। কোরৌ নোংমদোম্দগীসু রাক্ষস হিংচাবা খোইয়ম গন্ধর্ব্ব চীংঙু নোংথৌ সোরারেন মহেশ্বর মহাদেবসুঙ য়াওনা তাংজা লিন লৈপাকসুঙ অর্জ্জুন ঐনা মঙম্মে। স্বর্গমর্ত্ত পাতাল সমুদ্র লাইজা ইরেনপুংনা কোয়রিবা তাইবঙ নোংসাপান মরোন অহুম্মকপু অর্জ্জুন ঐনা মঙমলিবা অসিদা নয়া খোমনম নম্বা অঙাং নাউয়া ওইরিবা নঙগুম্বনা পাংগল নতৌক নত্তনা কোলোয় নাপল রাংলিবা অসিবু মরম করিহিঙ্কীনো। কোরৌ অসি হুমিৎমাদি অর্জ্জুন ইথুৎপাক্তগী থল্লায় নমিরেনবু হেনথিক্ফরোইএ। নঙগী প্রাণ থরায় হাৎনা ইপারি বৃষকেতু অথৌবগী মুংশি মৈচাক অকনববু তেমনা হনরাইনগে। চীংঙু নিংথৌ শোরারেন খাণ্ডব বন উমং মুংঙাইববু পার্থ ঐনা খাম্বী মৈ থাথোকএ হায়ববু নাকোঙ নঙগী থোঙজাওরেম্দা না তাদবরা হায়না নোংলেন ঈহৌখোনগুম ঙংনা ঙংনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা লানফম য়ায়দা লাংনা নোংশা মচুম তাগুম চঙখিরে। তুলাই মথুনেৎ রথ স্বরূপনা চেংলৌ মিৎপু লংনা নীংথি মঙান নাইবা অহুদা তোংখৎলবগা খুৎশু মথৌ লৈবা খিবিকসুঙ রথ তুলাই থম্না হাপচেমলে। তুলাই চিথেক মরিমক্তা হনুমন্ত মশক শাববু চৈরৈ ফীরান পরেং থেৎ,

---

লানফম ইমাঙ খাঙদনা—ইমাঙদা মায়থোং য়াবা গুমদনা। কোরৌ নোংমদোন—অতিয়া। রাক্ষস—(সং) হিংচাবা। নোংথৌ—নিংথৌ, অতিয়া। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—লাইনিংথৌ সোরারেন। মহেশ্বর—মহাদেব। তাংজা—লিন। স্বর্গ—লাইরৈপাক, নোংথৌ। পাতাল—লৈখা। লাইজা ইরেন পুং—সমুদ্র। মরোন অহুম—স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল। মরম করিহিঙ্কীনো—করি মরমগীনো। প্রাণ—(সং) থবায়। খাম্বী—মৈ। নোংলেন—নোং। চেংলৌ—মিৎ।

চান্দ্বা থকথন লৈনা য়ান, মিয়েংশেন হুলাই চাকলেন ওইনা রথ মঙান নাইবা অতুদা আসন মোন্তেক থানা ফমফমলবগা হুয়েন লানশোক-ফমদা খৌরাং ঈথৌলাংলবগা লাইজা ঈথক্লনবা সনা খুজাই ঈখিনতৈ, জাৎ শাগৈ ফবা কোরৌ নোং শগোল মরিদংগী লাংগোই শায়াঙ থক্তা রথ হুলাই মথূনেৎ নিংথিববু হাপনা লীরুং মঙান চাউবা গাণ্ডীব মথূৎশূ য়াইওইববু অর্জ্জুন শমু খূৎতা পায় নায়ান লেমলৈ ঙা শাবনা চুপলেন নাপা হেন কিরিটি লূহুপ মঙাল চাউ ফাগুরী কোকশেৎ লমহাই নাই, পুন্নুং লানপোৎ শেৎনা ফ্রিৎ হকয়োমনরবগা পুহান থবা-ঙক্কোয়হেন মুক্তা পরেং শি, লাইবক খেল্লাই থোঙদা সিন্দুর তোমথিন হেন্নৌথোই নগুন শুংদাই অহুম্মানা হকচাং ফাইচাইথোক শায়াঙ তাঞ্চাউ শি, তাঞ্চপ মঙান নাইনা নপুর খোঙচি থোল্লবদা মশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না সন্দেশ মখূৎথোনবু ওইনা হুনবীরকপা লৈহাউ পরেং নীংথিবা অতুনা পার্থ হকচাং খাওন্না শমলাং উপোঙ মৈথোকপনা তকুপ তরেং নীংথি পূকনীং তু, হকচাং মঙান নাইবনা নোংপোক চীং লুখুমগী শেন্দ্রেং লমহৌযাই মরু কুমএ। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী লৈতেং ফিশেৎ নীংথিবদো হে জন্মেজয় নিংথৌরেন ও মুনি ইচীনলেঙ অমত্তনদি কনা হায়ঙমশিবনো হায়ঙমলোইএ। চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগী মপারিনিগীনা সোরারেন মহকসাংগুম্মে। হকচাং থোইনা মঙাল চাউবা অর্জ্জুন পাংগনবা অতুনা হুয়েন লানশোকফমদা

---

চান্দ্বা—থকথন। মিয়েংশেন—শকয়েং মিংশেন। আসন—(সং) ফমফম। ঈথৌ লাংলবগা—ঈশিং থৌরাংলবগা। লাইজা—ঈশিং। ঈথক্লবা—ঈশিং থক্লবা। ঈখিনতৈ—ঈশিং খিনবা। লাংগোই শায়াঙথক্তা—শগোন মথক্তা। নায়ান—না য়ানবী। লেমলৈ—ঙা। পুন্নুং—শাপোৎ-লানপোৎ। হকয়োমনরবগা—হকচাংদা লিৎশিল্লগা। পুহান—প্রবাল। খেল্লাই থোঙ—লাইবক। নপুর—খোঙজি। মশাবী—ময়াম্নুং। ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠীর মহারাজ। শমলাং—শম। শেন্দ্রেং লমহৌয়াই মরু—তুম্নিং। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—ইন্দ্র।

উনবী চৈরং লৈতনা চঙলকপবু চেংলৌ মমিং থীংনা য়েংঙম্বা খৈবিক্তো পূকনীং অঙক চঙনা চেংলৌ মমিং কুপ্তনা য়েংনরে। অর্জ্জুন তেন-হৈবদি লানকম থাম্বী মৈশা লাংনা চঙখিরিডৈ মহাকনা তেনবী লখা লখা থোকনা কাপচিনখিরবগী লানমী মশীং লাকঙমদনা মাল্লেম ফুবাকলৈদা তুহল্লে। অস্থম পার্থ অর্জ্জুন অকনবগী মিংয়েং মতৌ লীকাপ তেনকাপ পূমনমকপু চেংলৌ মিংথীংলবগী লানমী লেংনা তিনবা লানকম মায়ওক য়াঙম্বা খৈবিক্তি পার্থ মাঙদা লেপঙমদনা মিপাই হুকচেন্নখিরে। শগোল শামু শেকপিন তুলাই চৈরৈ ফীরান পূম্নমকপু নেম্বী শীংনাং পাইগুম কাপথেকলবগা বভ্রুবাহন অকনবা মহাক্তসুঙ রায়রা তেন্না থারুরবগী শমু মহকসাংবু নীকনা নীকনা হুকচাং য়ুহারাগুম খাঙলে। লানমী লেংনা তিনবা খৈবিক্কী তাংজা লুরেনতোন পূম্নমকতি মাল্লং হুংশীং কনবদা পামেন উনা অকংবনা কেনখিবগুম কোকয়াম লৈমায় শীল্লে। রারম পান্দম অমদি তেরা মপৈ য়াম্ববু থাম্বী মৈনা ফংবা তুকুমলে। লানমী কনা অমগী তাংজা মকোক কক, অথৌলীচা হেপ্পা কনাগী খুকলু তাংকোয় শমনা তাংজা লুরেনতোন মশেনবু য়াম্না তিন্নরে হায়দবরা? অর্জ্জুন রায়রা মতেঞ্চানা নোংলেন মখোঙ ফুয়গুমলবগী অতিয়া মকোয় অচৌববু য়িমলেন চাউকোয় উংকুম খুমহৎলে। অর্জ্জুন তেনহৈবদি অমরক নোংশা লাল্লাউ খোস্তাননা তানচিনখিরবগী লানমী লেংনা তিনবা পূমনমক্তি মীয়াম কয়ামরমনা য়াইবী থরায় থানা নোংমনখিয়ে। লানমী কয়া-মরমনা থন্নায় লাইখংননা চেনশোকখিএ। হুয়েন লানশোকফম অত্তুদি

---

হুয়েন লানশোকফমদা—লানফমদা। উনবী—পূকনীং। চেংলৌ মমিং থীংনা য়েংঙম্বা মুম্না য়েংলম্বা। মাল্লেম—লৈপাক। চেংলৌ-মিংথীংলবগী—উরবগী। নেম্বী—শীংনাং। লেংনা তিনবা—ময়াম তিনবা। কোকয়াম—কোক ময়াম। অথৌ-লীচা হেপ্পা—অথোবা, থৌনা ফবা। খুকলু—খুকউ। তাংজা লুয়েন তোন—কোক। য়িমলেন—য়ুম। অমরক—অমুক হয়া। নোংমনখিয়ে—শিখি।

ঈঙাঙ লৈতেংননা মীশা লৈখোম ওইরে। ঈঙাঙ থকক্লেন ঈ অহৌ শগোল শামু মরুত্তোন মীয়াম তাংজা লুরেনতোন খৈবিকপু কাওবী স্থমলোই তাউগুম ঈথক চৈরোয়ননা তাউথোকলে। অর্জ্জুন লানশোক ওস্থোকপা অসিগুম্ববু থায়না লহান মাঙদা চেংলৌ মিৎমাঙ থন্না উখিদরিয়ে। রায়রা মথূৎশূ রাংঙা মহাকনা মায়কৈ চিথেক মরিমা মহাকপু উপনা থল্লবগী চেংলৌ মিৎথোঙ মমনা অহিং থামম্বগুমলে। পার্থ লানফগ মতৌ অতুবু চেংলৌ মিৎথীৎলবগী মনিপুর লৈকোয় ফম্বা বভ্রুবাহন অকনবনা অর্জ্জুন তেনহৈববু কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অকনবা-ও নঙগী লানশোক নথৌরাঙ অসিবু করম্বনো ? বভ্রুবাহন ঐঙোল্লমদা চঙলক্লনা লানমী মীয়াম তিনবা রাংঙাবু য়াইবী থরায় হাকনা নোংমনহনবা অসিবু রারম ওইজথৌ করম্ববু লৈরিবগী তৌশিকনো ? বভ্রুবাহন কৌবা ঐদি লানশোক অস্থম তৌরোই। পার্থ অকনবা নহাকমকপু য়াইবী থরায় হাৎনববু নমু মীয়ামপান খৈবিক্কী চেংলৌ মমিৎ থীৎনা উহনগে হায়না রায়রা তেনপূম মরিতংবু খোইমোম মন্ত্র শোন্না কাপখিরে। তেনবী মপূম মরিমা অতুনা তুলাই রথ পুরিবা কোরৌ নোং শগোল মরিমকপু কাপথোকলে। রায়রা মক্তবা অমনা শেকপিন থান্না চোঙবু কাপথোকলে। তেনবী তরেৎতংনা লৌরুং খোংচি তোনবু শমথৎলে। রায়রা তেনপুম্মনা খ্বা য়োংশক শাবা ফীরান লৈতেংখোকপু শোইথোকলে। থৌরম অস্থম তৌনা অর্জ্জুন মিংচৎপবু

---

থরায় লাইথংননা—মিপাই থাবাইনা, থয়ক হুনশত্তুনা।

কাওবী স্থমলোইতাউগুম—তুরেন কৌশীংগুম। থায়না লহান মাঙদা—থায়না মমাঙ্গেঙদা। মণিপুর লৈকোয় ফবা - মণিপুর লৈমাবা, মণিপুর নিংথৌ। হাকনা নোংমনহনবা—য়ামনা শিহনবা। তৌশিকনো—তৌরিবনো। নমু মীয়ামপান খৈবিক্কী—মী ময়ামগী। খোইমোম মন্ত্র—লাইবা। কোরৌ নোং শগোল—লাংগোই শগোল। কাপথোকলে—কাপথুরে। শেকপিন—ছুর। রায়রা তেনপুম্মনা—তেনবী অমনা। খ্বা য়োংশক শাবা—য়োং

শমু মথূং পান্দবগুম থম্লবগী ধনঞ্জয় তেনহৈবদি কঞ্জাউ ময়াই কা কম্বী মতোল্লোমনা শাউথংলকলে। রায়রা তেনপুম্মনা তেনবী চামা চামা থোকনা কাপখিবস্তুঙ বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপগী রায়রা মথূংশূনা শমু মহকসাংবু য়ৌহন্দনা অতিয়া লমখাঙমদা তেনবী মতূপ মতূপ থোকনা মাল্লেম লৈদা তাহল্লে। লানশোক মতৌ অস্তুম তৌনা য়াইবী থরায় কাউনা রায়রা তেনয়াম কাপনা শোক্লবদো লমফম ঙমজথৌ খৈবিকপু লৈনদরে। পন্থৌ—মপা মচা অনীমক্কী লানশোক মৈশাখোন অহুবু চেংলৌ মিংথিংলবদা কোয়ৌ নোংম-দোনগী খোইয়ম লাইরূপ পূমনমক্তি উনবী পূকনীং চঙনা শোংকি মিপাই চঙলে। পাংগন মতীক চাউবা পন্থৌ মপা মচা অনীমক্তো তিল থোয়দিং মরমদবু অরা পোথা নাইদে। কোয়ৌ নোংথিন লোম্নদে, ইনুং শোয়বা তোক্লদে। হুমিৎ শীংবূম তরেৎনিবু অল্লা পোথা নাইদনা শোক্লববু পাংগল ময়েং তানদে। অনৌ-অনৌবা পাংগল ময়াই কানহুম চাওখৎহনথোক লৈনদনা মশোক্লৈয়ে। মতীক পান্দম লৈতে। শারেন নোংশা খাঙনৌবা অনীনা পাংগন হাকথেং ফংনা লাক্লবগুম, কৈরেন চরাম্নবা অনীনা শারেন শামুন তাম্নবগুম লানশোক মতোন লোম্নদে। বভ্রুবাহন অকনবনা পন্থৌ মপা অপোকপবু য়াথং অরাক তমনা পাওমেল্লকএ। হে পার্থ অর্জ্জুন

---

মথক য়েকপা। খোইথোকলে—ককথংলে।

শমু মহকসাংবু—মশাবু। লমখাঙমদা—লম্বীদা। মালেম লৈদা—লৈপাক্তা। ঙমজথৌ—ঙমগদবা ময়ম। চেংলৌ মিংথিংলবদা—কেক উবদা। কোয়ৌ নোংমদোনগী—অতিয়াদগী। খোইয়ম লাইরূপ পূমনমক্তি—লাইয়াম সভাদি। শোংকি মিপাই চঙলে—কিবনা থরক হনগৎলে। তিল (সং) —থোয়দিং। ইনুং শোয়বা—অহিং নোংশোয়বা। হুমিৎ শীংবুম তরেৎনি—হুমিৎ তরেৎনি। পান্দম লৈতে—হায়নিঙাই লৈতে, পান্দমনিঙাই লৈতে। শারেন—শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ। হাকথেং ফংনা—হকথেংননা, মথা মথা পায়নহূনা। কৈরেন চরায়বা অনীনা—মপূক লায়রবা কৈরাউ অনীনা॥ পন্থৌ মপা অপোকপবু—মাবু পোকপা মপাবু।

তেনহৈবা-ও নঙনা পল্লেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু বেশ্যা শীংলেন তাইজবীনে হায়না ফত্তা ময়েক থোকনা পাওমেনরাগী বভ্রুবাহন ইথুৎপাক্তা লানফম মায়থীরাবু লেপন্না মতারউনে। সতী মতীক অরুববু নীংশিংদনা ইস্থোক্লবা নঙনদি অরা মৈশা কনবদা য়োন্দনা মতারউনে। পূকনীং রাচুম শূবীশিংবু শুণ মতীক মাঙহনবা অত্থনা হয়েং তুংগী লমন মহৈসুঙ তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা কোল্লোয় নমিং থীববু ফত্তা রারৈচেংনা মরৈরৌরউনে। নমু পোং ওইবা পূম্নমকনা পূকনীং রানিনবীররোইএ। রায়রা ইতেঞ্চা অসিনা মাঙগী য়াইফা কোল্লোয় নমিং থোংদো কোরৌ অসি হুমিৎমাদা য়োন্দনা মাঙহল্লগে। পাংগল মিংচৎ থোইবা নঙনদি বভ্রুবাহন কোবা ঐবুদি অঙাং খোমনম নমলিবা নাউরা মথৌনাবু লৈতরিবনে হায়না মখঙজেয়ে। অঙাং নাউরা অথুবা ঐগী রায়রা ইতেঞ্চাদা উনবী পূকনীং তপঙমলোইদৌববু লেপ্পা মাল্লে। ঐগী য়াথং ইপাওমেন অসিদো রারম অওইবনে। য়াথং ওইদা রানে হায়ববু উনবী পূকনীং তপনা য়েংজ-ও। বভ্রুবাহন ঐবু হুয়েন লান শোক্লগে নীংলবদি পাংগন তেঙপাংপীনবা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেনগা ভীমসেন অকনবগা অনীমকপু য়াঙনা পাউ কৌজরুখো। নিংথৌ রায়রা ইতেঞ্চাবু ভীম কৃষ্ণ অনীমকপু ঙাইনা রায়রা তেনরাইলৎপিখিগে। পাংগন খিজিক নঙায়বা থুৎশূ মথৌ রাৎপা অসিশিংনদি উনবী ঐগী পূকনীং থুংনা

---

অহেনবী = অথোইবী। বেশ্যা শীংলেন তাইজবী—ওক্কবী মুপী। পাওমেনরাগী—হায়বদগী। ইথুৎপাক্তা—ঐগী ইথুত্তা। য়োন্দনা—ভঙাই কদনা, শোয়দনা। কোল্লোয় নমিং থীববু—নহাকী মিংচৎ অথীববু। মরৈরৌরউনে—লৈহৌরগনি। নমু পোং ওইবা পূমনমকনা—মী পূমনমকনা। পূকনীং রানিনবীররোই- মপূকনীংদা কাউররোই। নাউরা অথুবা—অঙাং ওইরিবা। রায়রা ইতেঞ্চাদা—ঐগী তেন্দা। ঈশ্বর—লাই। ভীমসেন—অর্জুনগী মনাপুং য়ায়মা। য়াঙনা—থুনা, থুন্দনা। রায়রা তেনরাইলৎপিখিগে—তেন কাপ্পা লেপ্পিখিগে।

লানশোক পূকনীং পেনফাত্তে। থৌরাং অথানথৌবু তৌরগুনো চীংঙু নারায়ণ মপুরেনবু য়াঙনা পাউ কৌহল্লুরো। বভ্রুবাহন কৌবা ঐদি সতী রাচুমশুবী মপারিনিগিনা খূৎকন পাংগন লীকাপ তেনকাপ পুম্নমকপু অনৌ অনৌ চাওখৎলকলিবা অত্তুনে। ভীম কৃষ্ণ অনীমকপু পাউ কৌরুত্তুনা থরায় নমিরেনবু মফম করিগুম্বদা হেনখিগে নীংলিবনো? রারম অসুম পাওমেনববু না তারবদা ধনঞ্জয় পাংগনবদি প্রলয় মাঙলাইদমদা য়োয়ময়াই তাউদনবা হুমিৎ তরানিথোই থোক্লুম কঞ্জাউ মথি নাই, কম্বী মথে ফং, পূকচেল মতোল লোমনা মায়গৈ চিথেক মরিমা মহাকপু লানমিৎ কোরী হৌ অখাবনা হাইনা হাইনা য়েংখিববু চেংলৌ মিৎয়েং তারুবা লানফম মায়ওক য়ারিবা খৈবিক্তো থরায় মমিরেনবু শমু মহাকসাংদা পকঙমদনা মিরেন থাবু খংনখিয়ে হায়দবরা? তাইবঙ নমু পোংওইবশিংবু রারম করি হায়শিবা! অর্জ্জুন মমিৎয়েং অত্তুদি থৌত্থ নূঙ্গন অকনবা মহারুবু খাঙঙমদনা তুমখিঙেনে। পাংগন অসুম ওইবা অর্জ্জুন অকনবনা কোল্লোয় ময়াথংবু রাংনা রাংনা পাওমেল্লকলে। হে বভ্রুবাহন নয়া খোমনম নমলিবা নতীক পাংগনসুঙ লৈতরিবা নঙ্গুম্বনা অর্জ্জুন ঐবু থৌওই মীথা লৈতনা য়াথং অরাক তমলিবা অসিবু অঙাং নাউরা অপঙবশিংগী নাপন ময়াই কানা য়াথং পাউসারাবু করম মানবনো। অর্জ্জুন

---

চীংঙু—লাই। নারায়ণ—শ্রীকৃষ্ণ। সতী রাচুমশুবী মপারিনগিনা—সতীগী মচানিপানিনা। ধনঞ্জয় পাংগনবদি—পাংগন কনবা অর্জ্জুন অত্তুদি য়োয়ময়াই তাউদনবা—হুমিৎ। কঞ্জাউ মথি নাই কম্বী মথৈফং—শাউবনা মৈ হৌরত্তুনা। লানমিৎ কোরী হৌ—লানফম অত্তুদা মমিৎ কোরীমুক চাঙনা। মিরেন থাবু খংনখিয়ে—থবায় মিপাইনখি। নমু পোংওইবশিং—মীওইবশিং। থৌত্থ নূঙ্গন অকনবা—নুং অকনবা। কোল্লোয়—য়াথং। নয়া খোমনম নমলিবা—অঙাং য়ামনা ওইরিবা। থৌওই মীথা লৈতনা—মীথানত্তনা। য়াথং অরাক তমলিবা অসিবু—অরং অরংনবা চাওলিবা [illegible]। অঙাং নাউবা অপঙবশিংগী—লান থাংলিবা অঙাংগী। পাউসারা—[illegible] অওক অথোং তৌনা চাঙনবা।

ইতীক অরুববু—তাদন্নাগী তৌশিকলা ? কোরৌ নোংমদোনদা কাখিরবস্নুঙ ইন্দ্র সন্নারেনবু মঙমলুবা মালেম লৈখারোম্দা চঙখিরবস্নুঙ নাগ লোক তাংজা লিন লৈপাক মহাকপু শমু খুৎথুম চন্না মঙমলকপা, তাইবঙ নোংশাপান সমুদ্র লাইজা ইরেনপুংনা কোয়রিবা মখৈ কোল্লোয় ইমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা, কৃষ্ণ লাই মরুগী লোয়না মপাতাউস্নু মওইবা পাংগন থোইনা চাউবা ঐবু ন্নারম চুমদবনা য়াথং অরাক তমনা মহায়রিবা অসিবু বেশ্যা শীংলেন তাইচবীগী করম ওইদবনো হায়না পার্থ অকনবদি গাণ্ডীব লীরুং মখুৎশুবু লীরী থোংচি থোংখৎলবগা ন্নায়রা মাঙফদবা তেনবী অথৌবা অমবু শয়েং পানবু তিংনা কাপখিববু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপনা পুক্নীং চিংনা লৈতনা তাংশক হেলা থৌওইদনা অতিয়া লমখাঙমদা কাপথেকলবগী ধনঞ্জয় মিংচৎপদি কঞ্জাউ মৈপোকথোক লান মিং কোরী হৌ পীগুম পাগোয় লৈনা য়েং, মুখ মখা চীকনা ন্নায়রা মক্তবা অমবু সনা তেন্দোং নুংগী লোরবগা লীরী তেঙ্গা থোংনা কাপখিহিকপস্নুঙ বভ্রুবাহন অকনবনা অঙাং শান্নথৌগুম অতিয়া নোংলোন থক্তা মাঙহল্লে। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবদি লোইদাম কালেন থাগী কোরৌ হুমিং য়ুংথাকপা নোংশা মঙান মৈগুম মায়থোং ঈঙাঙহৌ হকসাং মতু চুংনা হুলাই শাথৌ-চিনখিরবগা ন্নায়রা অমক লৈতবা হুমিং মঙান অন্নাববু কোমহান ঙম্বা অমবু পান্দম মিংয়েং থৌনা কাপখিহিকপস্নুঙ বভ্রুবাহন পুক্নীং থৌওই

---

তাদন্নাগী—বা তাদবদগী। তৌশিকলা—তৌরবরা। কোরৌ নোংম-দোন্দা—লাইরৈবাক্তা, অতিয়াদা, স্বর্গদা। মালেম লৈখারোম—পাতাল। তাংজা—লিন। লাইজা ইরেনপুং—সমুদ্র। লোয়না মপাতাউ—মরুপ। বেশ্যা—নুপী ওক্তবী। শয়েং পানবু তিংনা—মপাম্বোম তিংহুনা। পাগোয়—পীগুম। অঙাং শান্নথৌগুম—অঙাংনা শান্নবগুম। নোংলোন—অতিয়া। লোইদাম—থা। কোরৌ হুমিং য়ুংথাকপা—হুমিং য়ুংবগী মতম। হুলাই শাথৌ-চিনখিরবগা—দোলাই থৌনিনগ্রগা। পুক্নীং থৌওই লৈবদনা—করিমত্তা মাচুংদনা।

লৈরুদনা মকাপথেকএ। তেনকাপ অহু মতুংদা চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনগোয়গী মণিপুর লৈমাবনা য়ায়রা মক্তবা তেনবী অথৌবা অমনা অর্জ্জুন তুলাই মথুনেৎ হুমিৎ মঙান অয়াববু ঙমজথোইবা মহাকপু য়ায়মা হাওকাপ ফংহন্দনা তুলাই মতুপ অনী তাহল্লবগী সব্যসাচী তেন-হৈবদি খোঙমী নমু মী মচমগুম লেপনা লৈরবদা অর্জ্জুন হৈনা মতুংথাং তুলাই শাথৌ ইল্লিবনা নীংথি মতৌ চঞ্জোনবা রথ তুলাই অরোনবা অমতংবু কোরৌ নোং শগোল মরিদংবু য়াঙনা লৌরকলুরে। রথ তুলাই মথুনেৎ অরোনবদো চোয়নৌ সনা পুমনা লুপএ। মিৎয়েংশেন লীকলাই থাম্মে। হনুমন্ত মশক শাবা ফীরান লৈতেংপোৎনা তুলাই চিথেক মরিমক্তা লৈতেং মিৎপু লংনা রথ মথুনেৎ নীংথি মতৌ কম্বু লৈতবা অতুদা ধনঞ্জয় পাংগনবনা তুলাই রথ থক্তা তোংখৎলবগা মৃগেন্দ্র য়াওরৌ শা নিংথৌগুম চঙখিববু তুলাই মথুনেৎপু পুরিবা কোরৌ নোং শগোল মরিমক্তো লাংগোই শাথৌ য়াবিদনা শগোল মমায় ওনখোকএ। গাণ্ডীব লীরুং মথুৎশুসুঙ অর্জ্জুন শমু মথুৎপাক্তগী মাল্লেম লৈমায় থক্তা লীরুং ফৈনা তাখিববু খঙলৌঙমদে। ব্রহ্মাস্ত্র য়ায়রা মতেঞ্জাসুঙ তেনবী মঙান মকএ। চৈরৈ ফীরান য়ায়দা য়েকলিবা য়োংলেন মশক শারিবা থরায় নিংশা পান্দবা মহাকনবু নীকনা নীকনা চোংনা চোংনা য়োংলেন মশক ওল্লে। পার্থ থমোয় নিংদোন থুক, চেংলৌ মিৎশা চিং পান্থোম শিংলী হকসাং চোংনা অমঙ্গল য়াইথীবগী খুৎতম মতৌ থৈবিকপু সুনা থোকলরবা মহাক্তবু

---

চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনগোয়গী—চিত্রাঙ্গদাগী গর্ভদগী পোকপা। লৈমাবা—নিংথৌ। হাওকাপ = হুই অমা। সব্যসাচী—অর্জ্জুন। নমু মী মচমগুম—কম্বিসু লৈতবা অচম্বা মীগুম। হৈনা মতুংথাং—মতুংদা লৈবা, মাগী তুংদা ইল্লিবা। লৌরকলুরে—লৌক্লরে। চোয়নৌ—সনা। মিৎয়েংশেন—থকয়েং মিংশেন। মৃগেন্দ্র—(সং) নোংশা। য়াওরৌ—শা। লাংগোই—শগোল মঙান মকএ—মকশিনে, মচু থোক্তে। চৈরৈ ফীরান য়ায়দা য়েকলিবা—কিগী ফীরান ময়ায়দা য়েকপা। য়োংলেন—য়োং মরক্তগী অথোইবা, হনুমান] পার্থ—অর্জ্জুন। খুৎতম—খুদম।

অর্জ্জুন লানশোক মহৌশাগী পূকনীং থৌওই শীংতবনা ছুলাই শাথৌ থোইনা ছুয়েন লানশোকফমদা চঙখিরবগা রায়রা তেনবী অথৌবা চামদংবু তেনকাপ ফূয়না কাপশিনখিববু বভ্রুবাহন নিংথৌ মহকশাংদা থারুরবগী বভ্রুবাহন অকনবদি কঞ্জাউ মৈপোকথোকনা রায়রা মখূৎশূ তেনবী অথৌবা চহুম চহুমদংবু ফুয়না ফুয়না কাপলবগী পুন্নুং চংবী লাকোম্নুংদা নোংললেন ঈয়াম তাবগুম তেংগোন মীয়াম মুৎকে তৌশিল্লকলে। অর্জ্জুন শমু মহকসাংসুঙ নীকনা নীকনা খাঙলম-লুবদগী তেনপান অনা কোমলকলবদা কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা নাগবান তাংজ লিনগী তেনবু কাপশিনখিববু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপনা পোনবী গরুড় তেনবু কাপলকলবগী নাগস্ত্র খূৎশূ তেন পুন্নমকপু নোং-লোন অতিংঙাদা মাঙহল্লে। পার্থ অকনবদি পূকনীং কঞ্জাউ থোইনা শিব নোংপোক মহাদেবগী রায়রা মতেঞ্জাবু সন্ধান পানতম রেংনা রায়রা তেনরাইখিববু চিত্রাঙ্গদা মপারিনা বিষ্ণু মরনকু রায়রা তেনবী মক্তবা অমনা নিংথৌ মহকসাংবু য়োৗহন্দনা তেনবী লেমনা মাঙহল্লবগী পার্থ তেনহৈবদি রায়রা চক্র শাবা তেনবী অমরুপা লৈতবা অমবু কাপ থিহিকপসুঙ বভ্রুবাহন মখূৎশূ চিল্লিমুখ কৌবনা কোরৌ নোংখাঙ মতূপমাদা মাঙহল্লে। অর্জ্জুন মতেঞ্জা রায়রা শিংথেৎশাবা অমবু লৌরী তেঙ্গা থোংনা কাপথিহিকপসুঙ নিংথৌ রায়রা মখূৎশূ লোইদাম থাজা মানবনা নোংলোন অতিংঙাদা কাপথেকলে। অর্জ্জুন খূৎশূ তেন রায়রা নাহুম শাবা অমসুঙ নিংথৌ মথোকলকপগী তেনবী

---

পুন্নুং—লক্ষু। নোংললেন ঈয়াম তাবগুম—নোং কন্না চুবগুম। নাগবান—জিন মথক শাবা তেন। মথোকলকপনা—মথোক কায়কলিবনা। পোনবী গরুড় তেন—উচেক নিংথৌ গরুড়গী মথক শাবা তেন। নাগস্ত্র—জিন শাবা খূৎলাই। শিব—মহাদেব। রায়রা তেনরাইখিববু—তেন কাপথিববু। মরনকু—থৌজান। চিলিমুখ—উমাইবী মচীন। কোরৌ নোংখাঙ মতূপ-মাদা—অতিংঙা লমথাঙদা। মতেঞ্জা—মাগী তেন। শিংথেৎশাবা—শমকোক থাঙ শাবা। লোইদাম থাজা -থঃ। নোংলোন অতিংঙাদা—অতিয়াদা।

মুরোকশী শাবনা খূৎশূ য়ায়দা শম্মা কাপথেকলবগী পার্থ অর্জুন মখূৎশূ চীংঙু ব্রহ্মা মরনকু তেনবী অথৌবয়ু কাপথিহিকপসুঙ খোইরম গন্ধর্ব মনোংয়ায়না পীবা চীংঙু বিষ্ণু তেনবু কাপনা তেনবী অতিংঙাবু ওইহল্লে। ধনঞ্জয় অথৌবগী পোনবী ক্বাকচীন শাবা অমসুঙ হংসবাণ ক্বাংঙা মচীন শাবনা বভ্রুবাহন মহকসাংবু য়োঁহন্দে। য়েত্তুম পুমচীন শাবা অর্জ্জুন মখূৎশূ অমবুসুঙ বভ্রুবাহন অকনবগী রায়রা মতেঞ্চা তেনবী কৌত্রাংকোন শাবা অমনা অতিয়া লমথাঙমাদা কাপথেকলে। লানশোক মতৌ অসুম তৌনা অর্জ্জুন তেনহৈবগী তেনবী মক্তুবা খৈবিক্তো রায়রা অরেম্বদা তেনবী অতিংঙাবু ওইনা মাঙহল্লে। বভ্রুবাহন অকনবা মণিপুর লৈমাবদো যিসারোৎ অথোইবা মহাক্কী লৈরাং মতম মাল্লে। তাইবঙ নোংশাপান্দা পার্থ অর্জ্জুন অকনবগুম্ববু কনা লৈবনো? পাংগন অসুম ওইবা অর্জ্জুন অথোইবা মহাকপু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপনা পাংগন শীংথাননীংদে। মতৌ অসুম ওইনা পনথৌ মপা মচা অনীদো পাংগন ময়েং তানদনা হকসাং মশেন য়েৎনরে। পানকন হাকথেং ফংনা লাক্লরে। লানশোক পানতম অমদি থায়না লহান নোং খ্বায়োংনিংথৌ বালী পাংগনবগা সুগ্রীব মশানৌগা শাবি মচীনমনাউ লাক্লবা তুকুম্মে। পার্থ অর্জ্জুন মিংচৎপনা অমরক কঞ্চাউ মৈরা হোনা লীরুং মখূৎশূগী লীরী খেঞ্চোনমাদা তেনবী লীশাং অমবু রায়রা তেংগা থোংনা কাপথিহীকপবু বভ্রুবাহন মখূৎশূনা রায়রা লমথাঙদা কাপথেকঙমলবগা পনথৌ মপা পোকমাবা

---

নাহন—লৈপাক তৌনবা তোক মওঙ হাইরপ মানবা পূং মরু শাবনচিংবদা উ হুৎপদা শীজিন্নবা উ শূবগী থুংলাই লাৎ অমা।

মখূৎশূ চীংঙু ব্রহ্মা মরনকু—ব্রহ্মা নোংদবগী থোঁজান্দগী ফংবা থুংলাই। খোইরম—লাই। মনোংয়ায়—মশূ। তেনবী অতিংঙাবু ওইহল্লে—তেন অচু অরেম্বদা মাঙহল্লে। পোনবী—উচেক। ক্বাকচীন—ক্বাক মচীন। হংস—(সং) ক্বাংঙা। বাণ—(সং) তেন। পুম—য়েত্তুম। মণিপুর লৈমাবদো মণিপুরগী নিংথৌজো। তাইবঙ নোংশাপান্দা—তাইবঙপানবদা। মথোকলকপা—পাখং মথোক কায়কপা। হাকথেং ফংনা—হকথেংননা, মশা মশা পোকলনা।

অর্জ্জুন মিংচৎপবু কৌনা কৌনা পাওমেল্লকএ। হে ধনঞ্জয় য়াইফবা-ও নঙদি নপারি ঐগী ইমাঙ শংশঙবদা তিল থোয়দিং মরমদবু লানফম মায়য়োক য়ানা থাঙজঙমদরবা অসিদা পনথৌ নঙগী পায়মা উনগোয়-হুংদা রারম করি থন্না লৈরিবনো ? পাংগন নথৌরাঙবু চমশিল্লকলবা অসিদা হুয়েন লানশোক ঐবু ঙমজররোইএ হায়না পাওমেনববু না তারবদা অর্জ্জুন মিংচৎপদি য়াইবী কনহৌনীকপবু চকমোম খাম্বী মৈরা-হুংদা থীফ থাউ হৈজিনবা তুকুমলে। মায়কৈ চিথেক মরিমকপু চেংলৌ মমিৎ অনীমকনা খানা খানা য়েংলবগা থায়না লহান মাঙদা খোইয়ম পরশুরাম পাংগনবনা তাকপিরম্বা অর্জ্জুন রায়রা মখুৎশু অমগা চীংঙু মহাদেবনা পীনবা খুৎশু মথৌ হেনবা অমগা কোরৌ নোংমদোন্দগী ইন্দ্র সোরারেন্না পীনরম্বা তেনবী থোইনা থৌবা অমগা ভীষ্ম দ্রোণ অনীমকনা খঙহল্লম্বা রায়রা তেনবী মক্তবা অমগা খুৎশু মথৌ হেনবা অসি খৈবিকপু খন্না খন্না রায়রা তেনরাইরবা মহাক্তসুঙ কোরৌ নোংলোন অতিংঙাদা শমু মহকসাংবু য়োহন্দনা মককথৎলে। ঙমথৈ পাস্তম লৈতে। বভ্রুবাহন কোবা মাঙোন্দদি অঙাং শান্নথৌগুম মথোকলে হায়দবরা ? জয় মুনিরেন্না রাহমথিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও অর্জ্জুন পাংগনবা অসিগা মান্নবা রায়রা লীশু হৈববু তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা লৈতবনিগিনা হুয়েন লানশোক মাঙদা খোইয়ম লাই হিংচাবনচিংনা নমু পোংওইবা খৈবিক্তগী লানফম মমায় ওন্দবা পুন্নমক মহাকপু অর্জ্জুন লানশোক মমাঙ খাঙনা কনা লেপ-

---

থায়না লহান নোং—থায়না মমাঙৈঙদা। খু—য়োং। বালী—কিষ্কিন্ধ্যা লৈবাকী য়োং নিংথৌ। সুগ্রীব—বালী নিংথৌগী মনাউনিপা, শ্রীরামচন্দ্রগী মরু-পনি, রামনা বালী হাৎলগা সুগ্রীবনা কিষ্কিন্ধ্যাগী নিংথৌ ওইখি। মথানৌ—মনাউ নিপা। কন্নাউ মৈরা হোনা—মৈ হোবমথৈ থাউহুনা। লমথাঙমাদা—লথেলদা। পনথৌ মপা পোকমাবা—মপা অপোকপা।

তিল (সং)—থোইদিং। পায়মা উনগোইহুংদা—পূকনীংদা। য়াইবী কনহৌনীকপা—থরাম চাকপা। চকমোম খাম্বা মৈরাহুংদা—মৈহুংদা। থীফু

ঙমদে। থোইয়ম লাই তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্কী থৌরাঙ মরৌশিংস্নুঙ স্নুনা মখণ্ডএ। মতীক অস্নুম ওইবা পার্থ অকনবা অসিবু মচা মানা পোকপগী মমাঙ শংশঙবদা পাংগন ময়েং তানা থোকলবা অসিবু লহান মাঙদা গঙ্গা দেবী লাইরৈমাগী মীচৈ অরাম্বনা ফংলবগী তৌশিকরানা মহৈ খূৎশূ তেন খূৎলাই ময়াই কারিবা খৈবিকপু উনবী পূকনীং ঙকনা থোকউরবরা? অর্জুন মহকসাংবু য়েংবদি পাংগন নাপন ময়াইদি মাঙবিদনা মরৈরিয়ে। মপারি বৃষ কেতু অকনববু হুয়েন লানশোকফমদা নোংমল্লবগী পারি হুংশি রাদা অর্জ্জুন থরায় মমিরেনবু থাদোকলগে হায়বগী তৌশিকরাবু মাল্লে। মতৌ অস্নুম তৌনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবদি থাদোক্তনা মচঙখিয়ে। অর্জ্জুন লানশোক অঙীনবা লানফম মমায় লৈদবা অতুবু উরবগী মপারি নিংথৌ

---

—ঘী চক্ষু। কোয়ৌ নোংমদোম্বগী—অভিয়'দগী। বায়বা তেনবাইরবা—তেন কাপলবা। কোয়ৌ-নোংজোন—অ'ভিংঙা, অতিয়া। শান্নখৌগুম—শান্নপোৎকুম। বাৎমথিয়ে—হায়খিয়ে। লৈতবনিগিনা—লৈতবনিনা। হুয়েন—লান। থোইয়ম—লাই। নমু পোং ওইবা—মীওইবা।

তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। মতীক-মগুন। লহান মাঙদা—মমাঙথৈঙদা। লাইরৈমা—লাইরেম্মা, লাইরেম্বী। মীচৈ অরাম্বনা—অকনবা শাপ, তৌহ্নঃ। গঙ্গা লাইরৈমাগী মীচৈ অরাম্বা—গঙ্গাগী শাপ, অকনবা (অর্জ্জুনা শগোল ঙাকপা লাকপদা মহেশ্বরীপুরগী নিংথৌ নীলধ্বজগী মচা নিপা প্রবীরনা মাগী নূপী মদনমঞ্জরীগী থৌইনশিন্দগী যুধিষ্ঠির মহারাজগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী লাংগোই শগোল ফাক্লবদগী অর্জ্জুনগা লাল শোকনরদা থাঙবা ঙমত্রতনা নীলধ্বজ নিংথৌ চেনখ্রবদা মচা নিপা প্রবীরনা অর্জুনগা লানবা পাবদা মথবায় থাখি। নীলধ্বজ নিংথৌনা যজ্ঞগী শগোল কত্তুনা অর্জ্জুনদা চঙজরবদা প্রবীরগী মমা মহারাণী জনানা মপুরোইবনা মচা হাৎপা য়েকনবদা ঈকাইবা খঙদনা চঙখ্রবদা মথবায় নুঙাইতনা মবুং উলুকী মফমদা অর্জ্জুন হাৎপিয়ু হায়জবদা অর্জুনদি নারায়ননি মাগা লাল পাবা কনামতা ঙম্মোই হায়দুনা মবুংনা য়াবিত্রবদা মচা কায়নবগী মৈনা ঙাওরবী জনানা গঙ্গাগী তোর্কোম্বা

মথোকলকপদি চকমোম লম্মৈচাক্লম শাউরক্লে। চীংঙ্ নোংদমখোন খেৎফদবনা তৌশিকলা ? বভ্রুবাহন অকনবদি গঙ্গাদেবী মরনকুগী জ্বালা লৈমা অহেনবীনা থাজা মচেৎশাবা তেনবু ওইনা বভ্রুবাহন সনা তেন্দোংস্নুংদা লৈরবা অত্থবু নিংথৌ মতীক খঙলদনা শমু মখুৎফাং মহাকনা অখন্নবা মরম্থু তেনবী খূৎনা ফংনা লৌথোকপবু থোকলুরে। রায়রা তেনবী থা শাবা মহাক্তি পোনবী রাহোংতুনা রায়রা তেন্না চল্লে। রতন মৈখাঙ কোন্না চ্বা মিতম য়াল্লে। লীকলাই মিৎয়েংশেন অনীমকনা তেনখোক মিৎপু লংএ। রায়রা থোইনা পৌবা অত্থ মহাকপু হুঙ্কার খোঞ্জেন ঙং, মন্ত্র লাইশোন চৈরোয়ননা লীরী খোঞ্জেন তিং, লকা তেনমৈ চপ্ লীচিং নারী ফংনা রায়রা তেনরাইখিবদো পার্থ অর্জ্জুন অকনবগী রক্ত ঈঙাঙ থকনীংবনা রায়রা তেনবী মতোম্মনা হরাউ মথৈ লৈতনা লোইদাম ইঙা থাগী নোংলেন ঈহৌখোনগুম ঙংনা ঙংনা চঙখিরে। শঙাইশেন মৈবী পাইগুম নোংশীৎ চৈরোয়ননা পাইশিল্লকপা অত্থবু উরবগী তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তি অকি-পূকনীং ঙকনা পায়মা নিংদোন থুক্লয়ে। পার্থ তেনহৈবা মহাক্লসুঙ পাংগল

---

চংখিহনা গঙ্গা লাইরৈমাদা অর্জ্জুন্না মচা হাংখিবগী মচা কায়নবগী সুংশ মৈনা চাকপগী বাম্রী মথরায় শোকনা লীরগা থুক্লমহনা মঙ্গা লাইজা ঈরোম্লুংদা চোংথহনা মথরায় থাখি। সতী ওইবী জনানা শিরবদা গঙ্গানা মচা (গঙ্গাগী মচা) ভীষ্মবু লৌনম তৌনা মশূনিপা অর্জ্জুন্না মহাভারতকী লান্দা হাংখিবা অত্থগা জনানা মচাগী মৈচাকনা শিবগা আসদা অর্জ্জুন অসি মচাগী মথুত্তা মথরায় থাশহু হায়না গঙ্গানা শাপ তৌখি)। হুয়েন লানশোককমদা নোংম্নবগী—লানশোকফমদা শিরবগী। মপারি—মচানিপা।

চকমোম—মৈ। চীংঙ্ নোংদমখোন খেৎকদবনা—লাইনা তমখিবা শোয়বা য়াদবনা। তৌশিকলা—তৌরবরা। গঙ্গাদেবী মরনকুগী—গঙ্গা লাইরেম্বগী মথোজান্দগী। জ্বলা লৈমা—লান্দা অর্জ্জুন্না হাংখিবা প্রবীরগী মমা মচা হাংখিবগী মৈচাক্না ভাগীরথী গঙ্গাদা চোংথহনা প্রাণ থাখিবা নীলধ্বজ নিংথৌগী মহারানী। থাজা মচেৎ শাবা তেন—অর্দ্ধচন্দ্র শাবা তেন। রায়রা তেনবী—তেতৈ। পোনবী—উচেক। রাহোংতুনা—রাহোংগী মতুনা।

লৌশিং থোক্তরে। মুংবঙ ইরৈ চন্না হন্দক রায়রা তেনরাই পাই-শিল্লকপা অসিদা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিং চৎপা অসিবু য়াইবী থরায় থাগে তৌববু লেপনা মাল্লে। অসুম নীংখল্লিঙৈদা রায়রা তেনরাই পাইশিল্লকপা অত্নুদি কোরৌ নোংবু খোন মাল্লেম লৈবু উপ্পগুম তেঙ্গীন মৈরি খোক মাল্লেম লৈবু নীকনা কোরৌ নোংখাকখোনগুম মুমিৎ মঙান কোমনা চঙখিরবগী কোরৌ নোংমতোম্দা লানশোক কূম্মে য়েংবা খোইয়ম লাইরুপ পূন্নমকনা হন্দক মতম অসিদি পার্থ তেন-হৈবগী থরায় মমিরেনবু হিংলরোইএ। চৌংঙু নোংখৌ সোরারেন মহাকনা অর্জ্জুন থরায় মমিরেনবু হিংলরোইএ হায়ববু লেপনা উরবগী শ্বেত হুমাং তুখোঙহৌ হকসাং মতু চুংনা থরায় লাইখংনয়ে। হি হি ধনঞ্জয় লমকেৎপা অসিবু থরায় লাইশেং ঙমঙৈনে হায়ববু উদরে। অসুম নীংখল্লিঙৈদা গঙ্গা মীচৈ তেন থাজা মচেৎ শাবা অত্নুদি তেনবী চৈরৎ লৈতনা মচঙখিরবগী পার্থ তেনহৈবদি পানকন ময়েং তারবা মহাক্তবু লানফম মমায় ওন্নহৌনদবগী পূকচেল মতোন লোম্বীদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু থাদোক্তনা সনা তেন্দোংলুংদগী তেনবী মক্তবা খৈবিক-পু রায়রা তেনরাইখিববু বভ্রুবাহন মখূৎশূ অত্নগী রায়রা মতেঙ্গীন্দা চেন্না চেন্না চঙকলবগা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী তাংজা লুরেনতোনবু মতম খঙলোঙমদনা য়েন্দেম থারাম সোইকুম সোইথোকলবগী কুন্দল মনাশি মহাক্কা থানদনা মাল্লেম লৈমায়থক্তা তাখিরে। অর্জ্জুন রায়রা

---

মিৎয়েংশেন—মিংশেন। চৈরোয়নবা—লোয়নবা। নীচিং মারী কংবা রায়রা তেনরাইখিবদো—নীরি নাকোং ফংবা চিংলগা তেন কাপখিবদা। লোইদাম—থা। নোংলেন—নোং।

মুংবঙ ইরৈচন্না—তৌকম থঙদনা, ভিঙক মায়ঙকননা। অসুম নীংখল্লি-ঙৈদা—মতৌ অসুমনা খন্দুনা লৈরিঙৈদা। রায়রা তেনরাই পাইশিল্লকপা অত্নদি—কাপশিল্লকপা তেন অত্নদি। কোরৌ নোংবু খোন মাল্লেম লৈবু উপ্পগুম—স্বর্গ মর্ত্ত অনীমক শীনবা থুংনা, লৈপাক নোংখৌ অনীমক থুংনা। মাল্লেম লৈ—লৈপাক। কোরৌ নোংখাকখোনগুম—নোংখাকপগী খোল্লেনগুম

তেনহৈবা অত্নদি গঙ্গা মীচৈ মাঙফদবনা লৌশিং পাংগন থোকঙম-দরবগী লানফম মায়ওক্লনা নোংমনখিরে। পার্থ তাংজা লুরেনতোনগা শমু মহকসাংগা থাইনরবা অত্না কৃষ্ণ বিষ্ণু রাম রাম হায়না অর্জ্জুন থরায় মমিরেনবু মৃৎখিরে হায়দবরা ?—

থৌরম অস্নম তৌনা বৃষ কেতু পনথৌ মপা মচাগী তাংজা লুরেনতোন অনীমকতো হুয়েন লানশোকফমগী লানফম য়ায়দা রাংনা তেংগোল লৈতেং ওইনা মতারে। তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্তি হা হা মতৌ করিগীনু ওস্থোকএ ঈনুং খোমলেন নগুমএ হায়না লৌশিং মথোঙ খঙদনা উনবী পূকনীং ঙক্করে। খোইমোম লাই খৈবিকসুঙ উনবী পূকনীং ইরৈচন্না মরৈরে। লোইদাম মেরা থাগী একাদশী তরা-মাথোইনি পানবা সন্ধ্যা নুমিৎ ময়ুম চংবা সময় মতমদা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিংচৎপনা থরায় হকসাং থাইনববু উরবগী য়োয়ময়াই লাই-রেন তাউদনবা লোইদাম থাজা পাখংবা অনীমকসুঙ নুমিৎ মমায় মকএ। থবী মমায় তাইএ। তোংচেং কাইনৌ থরানমিচাক খৈবিকসুঙ লৈচিন নোংফাই য়াঙনা খুমহৎপতুকুমলে। মাল্লং নোংলৈয়াঙমসুঙ শীৎপিদে। মাল্লেম লৈপাক নীকনা তেৎনৌ য়ুহারাএ। কোরৌ অত্ন নুমিৎমাদি পোনবী উচেক য়াওরৌ শা পূন্নমকসুঙ চেকলা মচীঞ্জাক-পু চাবিদা শজীক নারায়বিদে। মৈবী শঙাইশেন পাইনা ধুম্রকেতু থোকএ। শনি অকনবগী মিৎয়েং রাইথুংফমসুঙ ওইঙম্মে। গন্ধর্ব্ব অশৈ শকপনা ঈশৈ খোন ওস্থোকপিদে। বিদ্যাধরী চুকোই শাবী-

---

কোরৌ নোংমতোন্দা—নোংদোন্দ', অতিয়াদা, স্বর্গদা। থোইয়ম লাইরূপ প্রয়মকনা—লাইয়াম সভানা। লাই খংনরে—ইপা পাখংলে। নমকেৎপা—নমহেনবা। থরায় লাইশেং ঙমঙৈনে হায়ববু উদরে—মথবায় হিংগনি হায়বা নীংদরে। মীচৈ—শাপ। তেনবাইখিববু—তেন কাপখিববু। তাংজা লুরেন-তোনবু—মকোকপু।

গঙ্গা মীচৈ মাঙফদবনা— গঙ্গাগী শাপ মাঙবা য়াদবনা। লানফম মায়ওক-মনা নোংমনখিরে—লান্দা মমায় ওন্দনা শিথরে। তাংজা লুরেনতোনগা শমু মহকসাংগা থাইনরবা—কোকা হকচাংগা তাইনব্রবা। থরায় মমিরেনবু

নম্মুঙ শমু খুৎথেক নৌবিদে। মুনি লাইবু নীংবা খৈবিরুস্মুঙ লাইনীং মহৌশাদা ধ্যান ময়েং তানা মথোকলরে। জয় মুনিরেন্না পাওমেন্নখিএ। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও পার্থ অর্জ্জুন পানকনবগী রাথোক মতৌ ওস্থোকপা অসিবু য়াথং হায়হৌঙাইবু হৈতরে। থৌরম অস্মুম তৌনা অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোল অহুবু নমু পোংওইবা খৈবিকনা ফৈরা মতানপাক্তা থাংখৎলবগা হা হা হে ধনঞ্জয় অথোইবা-ও থৌরম ইখোয়বু করম ওইসে হায়বনো। য়াইফা কোল্লোয় নমিংথোং মিংচৎ মরোন য়াম্বু মাঙখিরে। তাইবঙ মরোন অহুম্মক্কা শোক্লবস্মুঙ পাংকন নঙগী ময়েং তাববু পূমনা লৈরক্তবনে। চোয়নৌ সনা চাংদা চৎখিরবস্মুঙ খোইয়ম গন্ধর্ব্ব অথোইবনচিংনা চীংঙ নোংথৌ সোরারেনগা অনীমকপু শমু খুৎথুম চন্না মঙমলুবা, কুবের লনমাপা মহাকপুস্মুঙ মঙমলুবগী ধন লনয়াম খোমনা মরৌরুবা অহুনা ধনঞ্জয় হায়না কোল্লোয় নমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা নত্তবরা? লঙ্কা লৈপাক হুংঙাইবদগী বিভীষন পানকনববুস্মুঙ অর্জ্জুন নঙনা মঙমলকএ। হনুমন্ত ঙমফদবা মহাকপুস্মুঙ লানফম মায়থী নংহল্লে। ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণনচিংনা দুর্য্যধণ

---

মৎখিরে—থবায় মাঙখরে। থৌরম—মতৌ। হুয়েন লানশোকফমগী—লানফমদা। তাইবঙ নমু পোংওইবা খৈবিক্তি—মী ময়ামদি। ঈমুং খোমলেন মঙলানচানগুম্মে—মঙগুম্মে। লৌশিং মথোঙ থঙদনা—বুদ্ধি খোক্তনা। উনবী পূকনীং ইরৈচন্না—জ্ঞান তাদনা। লোইদাম—থা। একাদশী—তরামাথোইনি পানবা মাকমৈ। য়োইময়ায় লাইরেন তাউদনবা—হুমিৎ। লোইদাম থাজা পাথংবা—থা। তোংচেং কাইনৌ—থবানমিচাক। তেৎনৌ—য়োৎ। কোরৌ—হুমিৎ। পোনবী—উচেক। য়াওরৌ—শা। চেকলা—উচেক। মিৎয়েং থাইথুংকম—মিৎনা য়েংকম, মিৎয়েংকুম। অশৈ—ঈশৈ। চকোই—জগোয়।

ধ্যান—লাইনীং। পাওমেনখিয়ে—বা হায়খিয়ে। পার্থ অর্জ্জুন—ধনঞ্জয়। হায়হৌঙাই—হায়নিংঙাই। তাংদা লুরেনতোন অহুবু—মকোক অহুবু। নমু পোং ওইবা খৈবিকনা—মী ময়ামনা। ফৈরা মতানপাক্তা থাংগৎলবগা—মতম্বাক্তা থমলগা। ইখোয়বু—ঐখোয়বু। কোল্লোয় নমিংথোং

নিংথৌরেনবুসুঙ পাংগন থোইনা মঙান চাউবা পুন্নমা অসি খৈবিকপু অর্জ্জুন নমাঙ খাঙদনা মঙমলকপা নঙনা বভ্রুবাহন মখুৎপাক অসিদা পাংগন নয়েং তানা করম নোংমল্লবনু। হে খোইয়ম নোংতম্বা হরি মপুরেন অথোইবা-ও নঙনা শংলৌ থৌরাঙ করম তৌনা য়েল্লাং ঙমদমবীগে হায়রিবনো? ভক্ত নদাইরেমশিংবু থৌজান লনকুপীহৈবা নতৌ থোইনা মেঙবা নঙনা লোয়না নপাতাউ সুংচানবা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু হন্দক মতম অসিদা করি থাথোকপিরবনো? থায়না মমাঙগী মতমগুম থৌরম মতৌ অস্নুম্বা অসিদা থৌজান নহৌশাবু তৌবিঙেনে। লঙজা অয়োন রাবু করি লৈরবগী তৌশিকনো হে খোইয়ম নারায়ণ অথোইবা-ও নঙদি য়াওরা লন লৈতরবশিংগী মচি লন মরু অচেৎপবু ওইবিরিবা নমু মীমতোন অতোনবশিংবু লানবিরিবা থরায় অপকমাগী মপুরেনবু ওইবিরিবা নঙনা খোইয়ম লাইগী লাই-নিংথৌবু ওইনা সুংশি ঈনথোকনরবশিংবু লানবিগে হায়বগী মীওই লাংওন মশক ওইনা অরা পোৎলূম থোনঙমদবা খৈবিকপু ঙমনা ককথৎপিরিবা নত্তবরা? হে মাধব অথোইবা নঙবু নত্তনা পানকন্ ইখোয়বু করি ওইসি হায়বনো? মরম অসিগী দমকপু হে নারায়ণ

---

নমিং, নহাক্কা মিংচৎ। মশ্নোন য়াম্বা—মশীং য়ামবা। পূমনা লৈয়ক্কবনে—কয়িমত্তা লৈতবনে। খোইয়ম—লাই। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—লাই-ম্নিংথৌ সোরারেন, ইন্দ্ররাজ। লনমাপা—লনগী মপু। ধন—(সং) লন, শেন। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুনগী অতোপ্পা মিং। বিভীষন—লঙ্কাগী নিংথৌ। হনুমন্ত—হনুমান।

নমাঙ খাঙদনা—নহাক্কা মায়োক য়াবা ঙমদনা, নমাঙদা লেপ্পা ঙমদনা। নোংমল্লবনু—শিরবনো। খোইয়ম নোংতম্বা—নোংদম্বা লাই। মপুরেন—পূম্নমক্কী মপু, অথোইবা মপু। শংলৌ—থৌরাঙ। য়েল্লাং ঙমদমবীগে হায়রিবনো—করম্না শীনবিগে হায়রিবনো। নদাইরেমশিংবু—ননাইশিংবু। থৌজান লনকুপীহৈবা—থৌজান হৈবা। লোয়না নপাতাউ সুংচানবা—নহাক্কী চায়বা মরুপ। লঙজা অয়োনবাবু—করি মরান লৈবগী, করবা থোক লৈবগী।

শিদবা-ও নঙবু উনবী পূকনীং চেৎনা পুরুমজবনে। হে শ্রীভগবন্ত থৌজান লনকু হৈবা-ও নঙেঙান্দা শমু ইখুৎ লোম্না হম্না হম্না হায়জবনে শ্রীহরি মপুরেন ব্রজচান্দ অহেনবা, যত্থ শাগৈরেংগী শিরোমনি তাংজা কোকথক্কী ওইরিবা হে গোপ নিংথৌরেন হে বামণ বনমালী গোপালজী অথোইবা-ও থৌজান লনকুহৈবা নঙবু নত্তনা পাঙ্গন ইখোয়গী ওইজ- থৌবু পুমনা লৈতরে। ৱারম মতৌ অসুম তৌনা লানমী লেংনা তিনবা খৈবিক্তো পিরেন ঈচেম্ননা অসুম তেংথাজবা নঙাইরে। অর্জুন বৃষকেতু অনীমক্তি হুয়েন লানশোকফমদা থৌত্থ লেঙদা হুঙ্গুম মরৈরে। বভ্রুবাহন অকনবগী লানমী লেংনতিনবা পূম্নমক্তি হুংঙাই মখৈ লৈতনা মীনোক খোঙ্গেন ৱাংনা নর্ত্তক চুকোই শারে। ৱাংলেন পূংয়াম য়ৈনা তেংগোল মনিন নাইরে। বভ্রুবাহন অকনবদি পনথৌ মপা অপোক- পগী তাংজা লুরেনতোনবু ককথোকলবনিগীনা চেংলৌ মিৎকুপমরমদি চুকোই মথেক নোনা শাইএ। ৱাংলেন পূংজা মরমদি অরা মখৈ লৈতনা হুংবঙ হ্যঁরৈ চল্লে। হরাউ হুংশি থানা ঙমদনা নিংথৌ সনা য়োয় কোন্থুংদা চঙখিরে। ব্রাহ্মণ পুরোহিত মনাউথোক্কা নমু মীওই চঙখোনবা খৈবিকনা য়াথং অফথোকনা লমওকঙাম্মে। কোল্লোয় শঙ্গায়হুংগী পাত্রি থম্বান মানবী পুন্নমকনা দিহুত্তি থাউমৈ থুত্তা শ, ধূপ মেক্রুক ফামনা ঈক, থাউমৈ মৈরা মঙান নাইনা নিংথৌ-য়োয়না থৌখনঙম্মে। পল্লেম মমা অনীমানা হে ইপারি চেংলৌ শক্কোয়

---

জৌশিকনো—তৌরবনো। নারায়ণ—কৃষ্ণ। য়াওবা—লন। নমু মীমতোন—অতোনবা মী। থবায় অপকমাগী—থবায় পুন্নমক্কী। লাংওন—অবতার; মপোক। হে মাধব—হে কৃষ্ণ।

শিদবা—শিবা নাইদবা। উনবী—পূকনীং। পুরুমজবনে—খুরুমজবনে। ভগবন্ত—ভগবান, ঈশ্বর। থৌজান লনকুহৈবা—থৌজান হৈবা। ব্রজচান্দ—ব্রজগী থা, কৃষ্ণ। যত্ত শাগৈরেনগী—যত্থ শাগৈগী। পুমনা লৈতরে—কল্পিমতা লৈত্রে। লেংনা তিনবা খৈবিক্তো—মীয়ামদো। পিরেম ঈচেম্ননা—মপি ঈয়া চেম্না, মপি তম্বং তম্বং চেম্না। হুয়েন লানশোকফমদা—লান

হেনবা-ও য়াইফা মথোই তোংনা লানফম মায়পাক রাবু তানফংলকপা মাল্লে হায়না নিংথৌ মপারিগী থজাই লেংলোই চুপলুরে। মোমনু মুজা ওইবা পূমনমানা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু রাহমখিএ। হে মহা সতী অথোইবী-ও নঙদি চৌংঙু লাইবক ফবীবু ওইরে। তাইবঙ মরোম অহুম্মকপু ঙমজবা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিংচৎপবু নপারি নিংথৌ মথোকলকপনা তাংজা লুরেন ককনা নোংমনহল্লে। বৃষকেতু অকনবসুঙ য়াওনা য়াইবী থরায় মাঙনা নোংমনহল্লে। ঈশ্বর কৃষ্ণ মপারি কামদেব মথোকলকপনচিংনা পাংগন মথৌ লৈবা খৈবিকপু নিংথৌ মথোঙজিন্দা পুন্না থমলে। মরম অসিগী দমকনা চৌংঙু থোইনা লাইবকফবীবু য়োয়বু নঙবু হেন্দরে হায়না অর্জ্জুন কোল্লোয় মমিং পন্না সতী মতৌক থাগৎপবু না তারবদা উলুপী চিত্রাঙ্গদা অনীমক্তি লুরাই মবীঙঙাগী কোয়রেনথক্তা কোরৌ নোং শীংজঙ অকনবা মহাকনা ফেম্বরকপা মরম্বু মচীন য়াথং থোকঙমদনা মাল্লেম লৈমায়থক্তা শীংলেন লৈনা খুইগুম ভুকথখিরে। মুংশি মথোং থঙদনা অস্থম রাস্থরমলুবদগী উনবী লৈনিঙশিং অকনবনা হৌগৎলবগা য়াওরা খোঙ্গেন রাংনা হা হা মতৌ করি রানো। মরম করিগী দমকনো হায়না য়োয়বু শমু মহকসাং হাইহৎ

---

খোকনফমদা। থৌত্ত লেঙদা—লেঙদবা নুংগুম। চুকোই—জগোয়। বাংলেন—পুং। তেংগোন মনিন নাইরে—তেংগোন মীয়াম অহু মথুম মরাং হৌরে। পনথৌ মপা: অগোকপগী—মাবু পোকপা মপাগী। অবা মখৈ লৈভনা—হায়নঙাই লৈভবা মখৈ বাহুনা। মুংবঙ ইরৈ চল্লে—চমমনহুনা ৎোকম খঙদনা লৈরে। লমওকঙাম্মে—লম্বাদা ওকলম্মে। খুত্তা শূ—খুথা শায়হুনা।

অনীমানা—অনীমকনা। ইশারি—ইচানিপা। চেংলৌ শক্তোয় হেনবা—শক ফজবা। তানফংলকপা—ফংলকপা। খজাই লেংলোয় চুপ্পুরে—মখজাই চুপ্পুরে। মোমনু মুজা—নূপী। অহেনবী—অথোইবী। রাহমখিএ—হায়খিয়ে। চৌংঙু লাইবক ফবী—লাইবক ফবী। কোল্লোয় মিংচৎপবু—মমিং চৎপবু। তাংজা লুরেন ককনা নোংমনহল্লে—মঙক কক্তুনা হাৎলে, শিহল্লে। ঈশ্বর (সং) —লাই। কৃষ্ণ মপারি কামদেব—কৃষ্ণগী মচানিপা কামদেব। নিংথৌ মথোঙজিন্দা—মথোঙদা নিংথৌগী থরায় খোজাঙ্গা।

লৈফাইতুববু তোকপীদনা মালেম লৈমায়থক্তা তুখিরে। সুজা মঙাই-রোই পূমনমকসুঙ লৈমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমক্কী মুংশি মতৌ উনা উনবী পুকথোক কায়না মতোম মতোম মীকপনরবদা য়োইহে লেংনতিনবী রক্তগী পায়মা লৌশিং থোইবী অমনা নিংথৌ সনা মখোঙখাদা অচেম খংলৈ য়াঙনা পাওমেল্লুইএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও পল্লেম নমা সতী অচুম্বী অনীমক্কি অর্জ্জুন মুংশিরাবু না তারবদা থরায় নীকমাঙননা হাইহৎলৈফাই তুখিরে। য়াইবী থরায় হিংবা অমন খমলৈ কৃষ্ণা অনীমকপু রারম মতৌ খঙলমদে হায়না পাউ তমলুরবগী বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলকপদি তকুৎ তরাং অচেন খংলৈ য়াঙনা পল্লেম মমা অনীমক্কী য়োয়বু শমু মখোঙ খাদা ভক্তি পুকনীং চৈরোয়ননা পুরুম-লবগা রারম পরেং শীন্না পাউ তমজৈএ। হে পল্লেম ইমা অনীমা-ও থৌরম রাথোক ওইনা রারম তৌনখিবদি কোরৌ নোং শগোল লাং-গোই চুদা হেনবা অমতংবু মণিপুর ইরৈপাক অসিদা চঙলকলবগী পনথৌ শংলৌ মথৌরাঙনে হায়বদি খঙলুদরবগী খোঙলোয় থৌশীমী-শিংনা লাংগোই অরাকতমনা নিংথৌ ইমাঙ শংশঙবদা ফারকলবগী শগোল মরাইবক্তা লাইরিক খুৎথোন হাপলকপবু পারুবদা পনথৌ

---

মতাক—মণ্ডপ। লুবাই মবীঙতাগী কোয়রেনথক্তা—মখোয় অনিগী লৌবাই লেমফুদা। কোরৌ নোং শীংজঙ—বজ্র, থকী তেন, নোংমৈ শীংজঙ। কেম্বুরকপা—তারকপা। মচীন য়াথং থোকঙমদনা—বা ঙাঙথোকপা ঙমদনা। মালেম লৈমায়থক্তা—লৈবাক মথক্তা। শীংলেন—লৈ। য়াওবা খোঙ্গেন বাংনা—খোঙ্গেন হৌনা।

হাইহৎ লৈফাইতুববু—লৈপাক্তা বোম বোম তুববু। লৈমায়থক্ত'—লৈপাক মথক্তা। সুজা মঙাইরোই পূমমকসুঙ—মাগী খোগস তৌরিবী লোমনরিবী নুপী ময়াম অতম্ম। উনবী পুকথোক কায়না—পুকনীংদা নীংবা কায়না। মতোম মতোম—মহৈ মহৈ, মথন মথন্তা। মীকপনরবদা—কপনরবদা। য়োইহৈ লেংনতিনবীরক্তগী—নুপী ময়াম অতগী মরক্তগী। পায়মা লৌশিং চাউবী—বুদ্ধি লৌশিং চঙথোনবা। সনা মখোঙখাদা—সনা খুয়াদা। অচেন খংলৈ

ইপা পোকমাবা অর্জ্জুন কোল্লোয় মিংচৎপগী কোরৌ নোং শগোনবু ওইঙমলবদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবসুঙ হুন্দোক্তনা নোঞ্জ লোইহা পোৎ সনা লন মরুনচিংনা কোরৌ নোং শগোল মহাক্কা পনথৌ ঐবু পোকপনে হায়না পল্লেম য়াথং নপাউমেন্দগী থঙজবা অতুনা ভক্তি পূকনীং চৈরোয়ননা য়াওরা লনয়াম পুনা কচ্চরুববু হোয় য়াঙমদে। য়াথং আথা কায়না চৈহৎলবগা শমু মখোংফাং মহাক্লতুম তাংজা ইরাইবক্তা কাওঙম্মে। ৱারম অসুম ওইরবা মহাক্তবু পনথৌ ঐবু পোকপগী থুয়া লৈখোঙ থাবু চীংঙু লাইবক ফনা তানফংজরে হায়না মনীংজরবগী পুকনীং ৱারৌ লৈরুদে। বভ্রুবাহন কৌবা নঙদি ইচা ঐনা পোকপবু নত্তে বেশ্যা শীংলেন তাইজবাগী মপারিনে হায়না হন্না হন্না মহায়-জিল্লকপগী পূকনীং কঞ্জাউ লাকঙমদবনা হুয়েন লান শোকনবা থোকলুরে। লানশোক খমথেং অহানবদা লানমী মাগা লোয়নরকপা লানফম মায়ওন্দবশিংবু নোংমনহল্লে। লানশোক অতু মতুংদা বৃষকেতু অকনববু প্রাণ থরায় মাঙহল্লে। লানশোক অসুম ওইরবগা পনথৌ ইপা পোকমাবা লাইজা ঈহুনবিবা মহাকপু প্রাণ থরায় হাৎপা থোকলুরে। ক্ষেত্রি লমচৎ হোনবদা হুয়েন লান শোকনচিনলবনিগিনা উনবী পূকনীং অয়িনববু ঙাকচ ঙমদরে। ৱারম অসুম তৌনা হুয়েন লানশোক হৌনখিয়ে। হে পল্লেম ইমা পোকমাবী-ও থৌরম অসুম ওইরবদা নপারি ঐগী লঙজা অয়োন ৱা করম্ববু লৈরিবনো

---

য়াঙনা—য়ামনা থুনা য়াওনা। হাইহৎ লৈকাই তুথিয়ে—লৈপাক্তা হাইহৎতুনা বোম বোম তুথরে। য়াইবী থবায় হিংবা অমন থমলৈ কুথা—শিবা চঙবা। নিংথৌ মথোকলকপদি—নাহা ওইবগী মথোক কাথৎলকলিবা নিংথৌ অহুদি। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। পুরুমলবগা—থুরুমলবগা। বায়ম পরেং শীন্না—বাগী মথং মনাউ নাইনা।

লোইহাপোৎ—লোইপোৎ। কোরৌ নোং শগোল মহাকী—শগোল অতুগা। পনথৌ—ইপা। পল্লেম—ইমা। নপাউমেন্দগী—নম্বাথংদগী। ভক্তি পুকনীং চৈরোয়ননা—ভক্তি ভোনা। য়াওবা—লম। আথা কায়না

নীংখনবিও হায়না পাওমেঙ্গববু না তারবদা পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা হুংশি পূকনীঙ চৈরোয়ননা পাওমেল্লকএ। হে ইপারি বভ্রুবাহন কৌবা নঙদি ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবদি মঙাকএ। পনথৌ নপা পোকমাবনে হায়ববু খঙনা প্রাণ থরায় হাৎলবা অসিদা ধর্ম্ম নরমচৎ করম্ববু ওইরিবনো হায়না অসুম পাওমেন্নরিঙৈ জয় মুনিরেন্না পাওমেনখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগী য়াথং চৈহৎ রা অসিদি অসুম লৈজহল্লমখিগে।

অর্জ্জুন রাম্নরা তেনহৈবনা হন্দক হুয়েন লানশোকফমদা নোংমল্লবা অসিবু গঙ্গা মীচৈ অরাম্বনা তৌশিকরাসুঙ ওইরে। রারম মহুং থংবদি বিধি রায়েনবগী নোংদম মতুং ইন্না মতারবা অদুনে। মচা মানা পোকপগী শমু মখূৎপাক্তা পন্থৌ মপা শাৎমাবনা য়াইবী থরায় থানা নোংমনঙৈনে হায়বসুঙ রারম কনা খঙলু ঙমসে হায়বনো? খৌরম মতৌ অসিগীদমকনা বিধি নোংদম মরায়েনবু হেনঙমদবা মাকৌএ। চীংঙু নোংদমখোন অসিবু কনা হেনঙমদবা অদূনে হায়ববু খঙনা হে নিংথৌ অথোইবা-ও তাইবঙ নমু পোং ওইবা অসিবু য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিঙৈদা খৌরম মতীক ওকপবু লেপনা তৌজঙৈনে। নমু মী হকসাং অসিবু মীপোক পঙনা তানফংঙমদে হায়ববূ শংশঙ

---

—নীংবা কায়না। তাংজা ইরাইবক্তা—ঐহাক্কী লাইবক্তা; চীংঙু লাইবক কনা—লাইবক ফত্তুনা। তানফংজরে—ফংজরে। বেশ্যা শীংলেন তাইজবী—ওক্কবী নূপী। হুয়েন—লান। লানফম মায়ওন্দবশিংবু—লান্দা মমায় লৈদবশিং অদুবু। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। বৃষকেতু অকনববু—কর্ণগী মচানিপা কনবা বৃষকেতুবু। পল্লেম ইমা পোকমাবীও—ঐবু পোকপীবা ইমা-ও। মপারি ঐগী—নচানিপা ঐগী। লঙজা অয়োনবা—ঐগী দোষ, ইরান।

নীংখনবিও—থহ্নবিও, বাখল তৌবিও। অহেনবীনা—অথোইবীনা। হুংশি পূকনীং চৈরোয়ননা—পূকনীং হুংশিনা। ইপারি—ইচানিপা। পনথৌ নপা পোকমাবনে হায়ববু খঙনা—নঙবু পোকপা নপানি হায়বা খঙনা খঙনা। পাওমেল্লখিয়ে—হায়খিয়ে। চৈহৎরা—চৈ থাংবা বাঙাও। রাম্নরা—হেন।

খণ্ডর্না ভক্তি ধর্ম্ম অচেৎপদা পূকনীং লাইরেক চনফরোই। ভগবান ঈশ্বর মপুরেনগী মশক অরুবা খোইয়ম কোল্লোয় মমিংথোংবু মতম পূংজা নাইদনা শোনজঙেনে। তাইবঙ নমু পোং ওইবা ইখোয়বু অসি হয়েং খণ্ডদা হৌচিক হৌরেন নাইদনা পাল্লিবা মশেন্নে। কাল তমথি-বনসুঙ অফ ফত্তা শীংদি মথাচিনলক্লপা অসিদা তাল্লোয় মরুম হুংচানবী মপারি মমোম হুংওনবী মরন পূকৈ থনবা পূমনমকপু নীংশিং হনরাই য়েংলমদনা মচৎখিবা মশেন্নে। য়াঙরা লন মরু তোংচা মরন্নাইদি চীংঙু গোবিন্দ মতোম্মাপু হেন্দরে। থৌরম অসি খণ্ডবশিংনা খুফম মানা পান্থবু তানফংখিয়ে। রারম অসিগী দমকপু পূকনীং হেলা থৌবু তৌগনো। তোংজা ওইজা থৌবু কৃষ্ণ লাই মরুবু নঙাইরে। য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিঙৈদসুঙ অমন থমলৈ কুমখিরবসুঙ ঈশ্বর মপুরেনবু হেন্দরে। রারম অসি খণ্ডনা চুপলেন নাপা না তারিবা মীওই লাংওন চঙখোনবাশিংও চীংঙু মতীক শকপা কৃষ্ণ মিংলেন শোনববু পূকনীং অতন নাইগুনো মহাভারত অথোইবগী রারী পরেং শীন্না তেংথাখিবা অশীদো অমৃত লৈহী অথুম্বনা নোংলেন ঈনৌ ওইনা চুথরিবা অতুনে। রারম তাবা ফংলবদি লায়থুং পোৎলুম কোকপা পুন্য মথোই তোং-বনচিংনা পুনশি চহৈ চাববু তানফংএ। ভারত পুরাণ অরিবদগী নমু মীরোন ওইনা ষষ্ঠীবরসেনগী মপারি গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা রারী পরেং থীনা লেংথোকলমএ। হে সাধু চীংঙু লাইবক ফবা খোইয়ম লাইবু নীংবশিংও নথোয়দি নচীন হরি হরি শোম্না না তাবি-ও।

---

নোংমল্লবা—শিন্নবা। গঙ্গা মীচৈ অরূষনঃ—গঙ্গাগী অকনবা শাপনা। তৌশিন্নবাসুঙ—তৌরবসু। বিধি রায়েনবগী—নোংদম্বা লাইগী। চীংঙু নোংদমখোন—লাইনা ভম্বা। তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। য়াইবী—থরায়। শংশঙ—তশেং তশেং।

ভগবান—ঈশ্বর, লাই। খোইয়ম কোল্লোয় মমিংথোংবু—ঈশ্বরগী নাম, লাইমিং। তাইবঙ নমু পোং ওইবা ইখোয়বু—তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়বু। অসি—ওসি। হৌরেন—হোরেন। পাল্লিবা—হিংহনা লৈরিবা। তাল্লোয় মরুম—মতু। হুংচানবী—অচানবী, হুংশিবী। মপারি মমোম—মচানিপা.

হে শ্রীমদনগোপাল নচু শংবান্নবনা নীংথি লৈওইনরিবা ফীগে সনা শেৎপা শীংলেন মালা পরেং লীকপু হকসাং খাওন্নবা মাধব কৃষ্ণ অহেনবা নঙবু তাংজা লুদা থোংনা অধ্যায় তরানীপান শুথিবা বীরচন তরামাপল শুরকপা পুন্য মরম পুন্নমকপু য়াথং পরেং শীন্না তেংথারক্কে। জন্মেজয় নিংথৌরেন্না পাওহংলকএ। হে জয় মুনিরেনও পল্লেম মমা অনীমকনসুঙ বভ্রুবাহন অকনববু রারম করি হায়না চৈহৎপা থৌরম করম তৌনা য়াকহৎপনো ? বভ্রুবাহন অথৌবনসুঙ পন্থৌ মপা পোকমাবগী য়াইবী থরায় হিংনবা শংলো করম থৌরাঙবনো হায়না পাউহংজবগী হোয় হে নিংথৌ অথোইবা-ও উনবী পুকনীং তপনা না-তা-ও। মতৌ অসুম তৌনা চিত্রাঙ্গদা অচুম্বীদি থরায় মমিরেনগুম্বা পার্থ অকনবা মহাকপু লেপনা নোংমল্লে হায়না না তারবগী থাম্বী মৈত্রেং অরাবদা ঘী-ফু থাউ হৈজিনবগুম হুংশি কপ্পাউ থোইনা পাওমেল্লকএ। হে তুরাচার লমচৎ মতৌ থোইনা ফত্তরবা বভ্রুবাহন কৌবা নঙনা পনথৌ নঙগী লাইজা ঈ হুনবা মহাকপু মচা মানা পোকপবু ওইবা নঙনা করম য়াইবী থরায় হাৎপনো ? পনথৌ নপা হাৎপগী পারি শমু নহকসাংদা পাপ ফম্বী ওইরঙেনে হায়বগী পুকনীং চিংনা রাসুঙ করম লৈতবনো নিংথৌ ইপারি-ও নঙনা পাংগল নীপা থোকএ হায়না কোল্লোয় মিংলেন চৎচরিবা অসিবু শীংলেন অরেম্বা মিংচৎ লৈরাং অতিংঙাবু মওইরঙেনে হায়না পাওমেল্লবগা অলঙ্কার

---

নুপী। চীংঙু গোবিন্দ—শ্রীকৃষ্ণ। মতোম্নাপু—মথন্দবু। য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিঙেদসুঙ—চঙলিঙেদসু, শিন্ত্রিঙেদসু। অমন থমলৈ কুমথিরবসু—শিরবদসু। নোংলেন—নোং। পুন্য—অফবা থবকী মহৈ। নমু—তাইবঙ মী। ষষ্টিবরসেনগী মপারি—ষষ্টিবরসেনগী মচানিপা। পরেং থিনা—মথং মনাও নাইনা। লেংথোকলমএ—ইথোকলম্মে।

মদনগোপাল—শ্রীকৃষ্ণ। শীংলেন—লৈ। মাধব—কৃষ্ণ। তাংজা লুদা থোংনা—তোক্তা থোংনা। চৈহৎপা—চৈবা, থীনা হায়বা। পন্থৌ মপা পোকমাবগী—মাবু পোকপা মপাগী। শংলো করম থৌরাঙবনো—করম্না থৌরাঙ তৌথিবগে। লেপনা—থোয়দনা। নোংমল্লে—শিরে।, থাম্বী

লৈভেং পোৎলোই পুন্নমকপু লৌশোকলবগা হে প্রভু ইবুংঙো কোল্লোয় থোইনা মিংচৎপা-ও কোরৌ অসি নুমিৎমকী মথৈবু চেংলৌ ইমিৎ অনীমা অসিগী মিৎয়েং রাইথুংফনু লৈতরে। তাইবঙ নোংসাপান অসিবু লৈরাং অতিংঙাগুম মনীংলে। অভাগিনী চীংঙু লাইবক থীবী ইখোয়বু নমদা হুয়া মফম করিগুম্বদা চৎখিরবনো। হে স্বামী অরোইবা নঙবু নত্তনা তাইবঙ নোংসাপান অসিদা নুংশি পোখাকনু লৈতনা করম পাল্লসি হায়বনো? হে বভ্রুবাহন ইপারি-ও নঙবু ওস্থোকএ। পায়মা নরৌশিংবু করম লৈতবনো কল্লকএ। স্বামী ঐবু লোইবা অসিগী মশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা ভীমসেন অকনবগা সহদেব নকুল মরিমকনা রারম না তাখিরবদা থৌরম করম তৌরগবা। কুন্তী সতী অচুম্বীনসুঙ পারি নুংশি রাগী য়াথং ফত্তথোকনা চৈহৎঙৈনে হায়বসুঙ করম নীংলূদবনো। কোরৌ নোং শগোলবু যজ্ঞ শগোল ঙাকনা চৎখিবগী অফা মহৈ ওইনবা ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দি চাকহেন অন্নাম্বা মহাকপু চেৎনা হেল্লৌএ হায়না না তা-এ। অর্জ্জুন ঐবু ওইববু য়াইবী থরায় মাঙহল্লবা অসিদা থৌরম অতু খৈবিকপু হে ইপারি-ও বভ্রুবাহন কৌবা নঙনা শীংলেন অরেম্ববু ওইহল্লে। মহা পাপপু চেল্লবা শমু নখুৎতোন অতুনা পনথৌ নঙবু পোকপনে হায়ববু খঙনা তাংজা লুরেনতোনবু করম্ ককঙমূলুবনো। পূকনীং রাখল লৈতবা পায়মা লিনচেন ফত্তবা নঙুম্ববু গর্ভ ঐগী পীবূকমুংদা চঙনা করম নাউ-নৌরবনো? পনথৌ নপা হাৎপগী পূকনীং অরা লৈতববু ওইরবদি

---

মৈত্রেং—মৈ। থা ফু—থা চক্ষু। দুরাচার—অমচৎ ফত্তবা। পনথৌ নঙগী লাইজা ঊহনবা—নহাকপু মক হুনবিবা নপা। য়াইবী—থরায়। ইপারি—ইচানিপা। কোল্লোয় মিংলেন চৎচরিবা—মিং চৎলিবা, ফাওরিবা। শীংলেন অরেম্বা লৈগাং অতিংঙা—কাম্নদবা। অনহায়—লৈভেং।

কোরৌ অসি নুমিৎকী মথৈ—ঙসিদগী। তাইবঙ নোংসাপান—সংসার। অভাগিনী—লাইবক থীবী, লাইবক চাউবী। ইখোয়বু—ঐখোয়বু। স্বামী—মপুরোইবা। পায়মা—লৌশিং। মশাবি—মমাঙ্গুং। ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। কোরৌ নোং শগোল—শগোল। চাকহেন—অন্ন।

পল্লেম নমা চীংঙু লাইবক থাবী ইখোয়বুসুঙ পারি নমাঙ শংশঙবদা তাংজা ইবিঙঙাগী লুরেনতোনবু ককথৎলরো। পনথৌ নপা খঙদরবা থাম্বী মৈতালশাগুম্লবা নঙনা য়াইবী থরায় হিংনা লৈরিঙৈ অসিদসুঙ কোল্লোয় নমিং থীববু তোকফররোইএ। থরায় য়াইবী থানা নোংমনখিরবসুঙ নরক পৃথকোমদা য়োম্দনা মতারঙৈনে হায়না অর্জ্জুন মশাবিগী মুংশিরাগী মপারিগী নিংথৌ মতীক অথোইববু য়েংলুদনা নমু মীমাঙ শেমনা নোইহৎলে। মতৌ অসুম ওইরিঙৈদা পল্লেম মমা উলুপী লোন্নবীনা তুংগী মহে অচেৎপবু খন্না পাওমেল্লকএ। হে চিত্রাঙ্গদা অচুম্বী-ও ইপারি মুংচানবা নিংথৌ লৈকোয়ফম্ববু য়াথং আথা কায়না চৈহৎপবু তৌহিক্কনো। থায়না লহান নোং প্রাণ নাথ অরোইবা অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবনা হায়রম্বা রাবু লৈবনে। ঐনা লানফম তমথিবদা নোংমল্লে হায়ববু তাঙনা শানখঙনবা শেনবী কবো হৈগী তাউজিং হৈপানমবু য়াথং রাশক্লনা থারমগে। তাউজীং ইনাউয়োক অসিবু রাশক য়াথং কায়ফরোই। থরায় ইমিরেনবু লৈতরে হায়না না তারবা মহাক্তা তাউজীং মনামবু লৈরিবদি য়াইবী থরায় শিদরি হায়না লৌশিং পম্বাং খঙনৌও। অসুম পাওমেল্লম্ববু লৈএ। য়াঙনা মিৎয়েং শানখৈরুখিসে হায়না তাউজীং হৈপান তান্না য়েংলুববু হৈরাঙ মশামবু খাক্তনা তাউজীং পূমনা কংলমলবগী চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমক্তি থরায় লাইখংননা মাল্লেম লৈমায়থক্তা থীকলেন থাবু ফুনা তুখিরে। উলুপী লৌশিংবীনা হে চিত্রাঙ্গদা অহেনবীও রারম মতৌ

---

শীংলেন অরেম্ববু ওইহল্লে—করিম্নু কান্নদবা অরেম্বা তারে। তাংজা লুরেনতোনবু কঠন ককঙমলুবনো—কয়মনা মঙক ককলুরিবনো। পায়মা জিনচেন ফক্তবা—মরিংজেন খাবা। ঐগী পীবুকহুংদা—ঐহাক্কী গর্ভদা। কয়ম নাউনৌরবনো—কয়মনা পোকলরিবনো।

পল্লেম—নমা। চীংঙু লাইবক থীবী—লাইবক চাউবী। তাংজা ইবিঙঙাগী লুরেনতোনবু—ঐথোয় অনীগী ইঙক। থাম্বী মৈতানশীগুম্লবা—মৈতান অশিবগুম্বা। য়াইবী থানা—থবায় থানা। নোংমনখিরবসুঙ—খিরবসু, থবায় থারবসু। য়োম্দনা—শোয়দনা, তঙাইফদনা। মশাবিগী

অসিবু নিংথৌ ইপারিনা তৌশিক রাবু নরিরোই। স্বামী অরোইবা মহাকনা মতৌ অয়োল্লৈরবগী থৌরম রাথোক রাবু মাল্লে হায়না অসুম নীংখন্নরবগা লৈমা পুকনীং রাচুমশুবী অনীমক্তি নুজা লেংনা তিনবী-শিংবু ঙাইরোয়ননা হুয়েন লানশোকফম্বু তান্না মিপাই হুকচোন্নখিববু অর্জ্জুন মশাবিগী শমু মহকসাংগা তাংজা লুরেনতোনগা তিন্নদনা লৈঙম্ববু চেংলৌ মিৎথিৎলুরবদা স্বামী কোরৌ মনোংথৌগী হকসাং মচু ওন, উফুন লৈদা পক ঈঙাঙ লৈতেংননা লৈঙম্বা অত্তুগী শমু মখোঙফাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবা অনীমকপু ফৈরা মতানপাক্তা থাংখৎলবগা তাংজা ঈকাই নমদা হুন, চৈরৈ মফি শেৎঙমদা তাংজা মশম খোমঙমদা শমলাং ফাথননা মীকপলে। হা হা প্রাণ নাথ অরোইবা-ও নঙনা হস্তিনা লৈপাক অতাম্বদগী মণিপুর লমনা থাপ্পা অসিদা নপারি নাউরা অথুবা অঙাং খোমনম নমলিবগী শমু মথুৎপাক্তা করম নোংমল্লনো? তাইবঙ নোংসাপান অসিদা পাংগন নঙ্গা মান্নববু কনা লৈবনো। থায়না লহান নোং দ্রুপদ নিংথৌরেন্না মমাম দ্রৌপদী অহেনবীবু কাওজনগে হায়ঙৈদা নিংথৌ লৈকোয় ফম্বা থৈবিকপু পাউ কৌরুরবগা য়াথং রাশক থোইনা পাওমেল্লে। রাধাচক্র অকনববু দ্বার থোঙলেনখৈদা পুন্না থম্ববু মঙমলবা নিংথৌ পাংগন-থোইবা অহুদা দ্রৌপদী অচুম্বীবু কাওজনগে হায়না অসুম রাশকনরবগা রাধাচক্র অকনববু পায়হনবদা নিংথৌ কনাগুম্বা অমত্তনা চক্র কনা

---

নুংশিরাগী—মপুরোইবা নুংশিবগী। অচুম্বী—সতী। লৈকোয়ফম্বা—নিংথৌ। তৌহিক্কনো—তৌগনো। লহান নোং—থায়না মমাঙৈঙদা। লানফম ভমবীবদা—অকনবা লানফমদা। নোংমল্লে—শিরে। শকথঙনবা—থঙনবা। শেনবী—কবো। তাঙজাং—হৈ। য়াঙনা- থুনা। মিৎয়েং শানখৈক্লখিনে—য়েংঙখিসে। হৈয়াঙ—হৈ। পূমনা—লোইনা, ভমনা। মাল্লেম লৈমায়থক্তা—লৈপাক মথক্তা। থীকলেন থাবু ফুনা—মথবাক্তা থুত্তমনা শুত্তনা।

তৌশিকরাংনরিরোই—তৌবা ওইরিরোই। অয়োল্লৈরবগী- দোষ লৈরবগী। নীংখন্নরবগা—খন্নরগা। নুজা লেংনতিনবীশিংবু ঙাইরোয়ননা—

লেঙগুমচ্রবা মহাক্তবু প্রাণ নাথ অরোইবা-ও নঙনা অন্না ঈশৌ লাংদনা তেরা মপৈ ষাংগুম রাধা চক্র অকনববু থাংনা পুঙমলবগী ক্রুপদ নিংথৌরেন্দি পূকনীং হরাউ থোইনা মমোম দ্রৌপদী অহেনবীবু হে স্বামী অরোইবা নঙেঙাস্দা কাওজনবা নত্তবরা? মরম অতুগী দমকপু নিংথৌ লেংনতিনবা পূমনমকনা থৌরম রাশকথৌদি ঙমলুদনা পূকনীং খম্বনরাগী পার্থ অকনবা মতোম্মদা রাথোক লুমনা ছৌরকপা থৈবিকপু পাংগন নথূৎপাক্তা লানকম মায়থী নংহনবা নঙোস্দা মরম করিগীদমক হৌজিক মতম অসিদা নচা নঙনা পোকপগী, অঙাং মথূৎপাক্তা থরায় নমিরেনবু করম থাথোকলবনো? রারম অমসুঙ চীংঙু গোবিন্দ মথূৎপাক্কী সুভদ্রা অহেনবীবু পানকন খূৎঙমথিনা

---

নূপী মম্নামগা লোয়ননা। শমু মহকসাংগা তাংজা লুরেন ভোনগা ভিন্নদনা লৈঙববু—মকোক্তা মখাগা ভোঙান ভোঙান ভাদুনা লৈরম্বু। চেংলৌ মিংথিং লুরবদা—উরুরবদা। স্বামী কোরৌ মনোংথৌগী—মপুরোইবগী। ইঙাঙ লৈতেংননা লৈঙবা—ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙনা লৈরম্বা। শমু মথোঙকাং লৈরাং অতিংঙাবু—কান্নদ্রবা মথোঙ অত্রবু। কৈরা মতানপাক্তা—মতম্বাক্তা। তাংজা ঈকাই নমদা হুন—ঈকাই ঈকি থাদোক্তুনা। চৈরৈ—কি। শমলাং—শম। প্রাণ নাথ—থবায়গী মবুঙেঙা। অতাম্বদগী—অম্নাপ্পদগী। নপাখি নাউবা অখূবা—অঙাং ওইরিবা নচানিপা। করম নোংমল্লবনো—করম ভৌনা শিররবনো। ভাইবঙ নোংসাপান অসিদা—সংসার অসিদা। ক্রুপদ——পঞ্চাল লৈবাক্কী নিংথৌ। মমোম—মচানূপী। কাওজনগে হায়ঙৈদা—থাজগে হায়ঙৈদা। লৈকোয়ফবা থৈবিকপু—নিংথৌ ময়াদু। পাউ কোরু-রবগা—কোকুরগা।

চক্র কনা লেঙঙঙগ্রবা মহাক্তবু—কনাগুম্বা অমঙনা লেঙবা ঙমদ্রবা রাধাচক্র অত্রবু। প্রাণ নাথ-থবাবগী মবুঙেও, ইপুরোইবা। অন্না ঈশৌ লাংদনা—অবাবা খঙদনা। থাংনা পুঙমলবগী—থাংহুনা পুন্নবগী। পূকনীং হরাউ থোইনা—মপূকনীং ম্নামনা হরাউনা। কাউজনবা নত্তবরা—(মচানূপী) থাজরকপা নত্রা। নিংথৌ লেংনতিনবা পূমনমকনা তিজিবা নিংথৌ মরাম অহুনা। পূকনীং খম্বনবাগী—মপূক্তা মিহৌহুনা। পার্থ—অর্জুন। মতোম্মদা—

মুমুরবগা সুভদ্রা গর্ভ পীবুকমুংদা নপারি অভিমন্যু লমকেৎপবু নাউ-নোবা নত্তবরা ? থোরম লৈবা খৈবিক্তো য়াইফা নমাঙ থাঙদনা মঙমলুবা থরায় মপুরেন নঙনা পাংগন নতীক নত্তনা লৈরাং অতিংঙাদা পঙনা নোংমল্লবা অসিবু কল্লকএ। থোরম মতো অমসুঙ বিরাট মরৈপাক্তা মুমিৎ শীংথা হেন্নবা চেংলৌ মশক ওন্না লোৎলুঙেসুঙ কৈতা চৈরৈ ফিশেংননা কাওরেন শনয়াম ঙাকলুঙে বিরাট নিংথৌ মপারি উত্তর মথোকলকপগী লাংগোই শাথোববু ওইনা ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণ অশ্বত্থামা বৃহনচ্ছন বিকর্ণ কৃপাচার্য্য দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচীন মনাউ চাম্মবু উরবগা উত্তর নাউরা অথুবদি অকি পূকনীং চঙলবগী দোলাই নীংহন্নরববু প্রাণ নাথ অরোইবা নঙনা শমু খূৎঙম-থিনা ফারুরবদা চুলাইসানীং তোংহল্লবগা কোল্লোয় মিংচৎথোইবা নঙনা চুলাই শাকোক তোংনা রায়রা নঙগী নতেঙ্গাদা পাংগল মথৌ লৈবা খৈবিকপু মঙমলুবগী বিরাট কাওরেন মশনচা পূমনমকপু খোমনা লৌবিরম্বা হে ইবুংঙো পাংগল নঙান চাউবা নঙনা হুয়েন লানশোক-ফমগী উৎফুল নোংলৈথক্তা নপারি বৃষকেতু অকনবগা পনথৌ নপা নচাবু নমু মীমচমগুম করিগী হকসাং অরেম্ববু ওইনা লৈঙমবনো হায়না কপনা কপনা অর্জ্জুন থরায় মমিরেন হিংলোইদববু শংশঙ তাঙনা উরবগী বভ্রুবাহন মপারিবু কোনা কোনা পাওমেল্লকএ। হে

---

মথন্দদা, মতোমদদা। মায়থী নংহনবা—মায়থীবা পীবা। সুভদ্র - কৃষ্ণগী মচন, অভিমন্যুগী মমা।

পীবুকমুংদা—মপুক্তা, গর্ভদা। লমকেৎপবু—লমহেনবা লাকঙম কাঙমদববু। নাউনোবা—পোকপা। মুমিৎ শীংথা—মুমিৎ মশীং। চেংলৌ মশক ওন্না—মশক থঙহন্দনা। কৈতা—নপুংসক। কাওরেন—শন। বিরাট নিংথৌ মপারি--বিরাট নিংথৌগী মচানিপা। লাংগোই শাথোববু ওইনা—সারথি ওইহনা। উত্তর নাউবা অথুবদি—বিরাট নিংথৌগী মচানিপা অঙাং ওইরিবা উত্তর যুবরাজদি। অকি পূকনীং চঙলবগী—মপুকনীংদা কিহনা। দোলাই নীংহন্নরববু—দোলাই তুংলোমদা হল্লববু। রায়রা নঙগী

বভ্রুবাহন কৌবা পাপী লমচৎনবা নঙবু করিগী পূকনীংচিংনা লৈরি-বনো ? পনথৌ নঙবু পোকপগী তাংজা লুরেনতোনবু ককলুরবা অসিদা পূকনীং চিংনঙাইবু পূমনা লৈতরবা অসিহ্ননে। থাঙশাং নথূৎশূনা পল্লেম নমা ইবিংঙাগী তাংজা লুরেনতোনবু য়াঙনা তূপথৎ-পিরো। তাইবঙ নোংসাপান অসিদা পারি নঙ্গা মান্নবা মহাপাপ ঙইববু অমা তৈনা লৈতরে। য়ারম মতৌ অমসুঙ থায়না নহান নোংদা পরশুরাম ভৃগুপতি কৌবনসুঙ পনথৌ কোল্লোয় ময়াথংদগী পল্লেম তাংজা লুরেনতোনবু ককথৎলে। অতু লৈরাং মতম মানগুম নঙসুঙ তাংজা ইথোয়গী লুরেন ককপদা পূকনীং চিংনঙাইবু লৈতরে হায়না চেংলৌ মিৎথীৎনা উরে। হা হা অর্জ্জুন ইশাবি থরায় ইমি-রেনগী ইবুংঙোও নঙবু নত্তনা মুজা চীংঙু লাইবক থীবী ইবিংঙাবু করি য়াইবী থরায় হিংনা লৈরশিবনো হায়না থমোয় মৈচাক থোইনা তেংথারুবগা কোল্লোয় অমরক হন্না বভ্রুবাহন মপারিবু কৌনা কৌনা য়াহমলকএ। মহাপাপ অথোইবদা উনবী পূকনীং চঙলবা নঙগী মণিপুর নরৈপাক অসিদা লৈঙমলরোইএ। হস্তিনা লৈপাক মুংঙাই ববু ইন্তানখিরগে। ঈশ্বর কৃষ্ণ থোইখোইবসুঙ লৈরিএ হায়ববু না তায়ে। কৃষ্ণ সনা মংখোঙ খাবু উরবগা অর্জ্জুন থরায় ইমিরেনবু খাইনবগী মুংশি মৈচাক কোকঙম্বরা খঙদে। পনথৌ নপা হাৎলবা

---

নত্তেন্নাদা—নহাক্কী তেন্দা। নমু মীমচমগুম—করিসু লৈতবা অচবা মীগুম। লৈঙমনো—লৈরমনো। শংশক্তি তাঙনা উরবগী—তশেং তশেংনা খঙলবগী।

পূমনা লৈতরবা—করিমত্তা হৈতরবা। পল্লেম নমা ইবিংঙাগী—নমা ঐথোয় অনীগী। তাংজা লুরেনতোনবু—ইকোকপু, ইঙকপু। য়াঙনা তূপ-থৎপিরো—থুনমক ককথৎপিরো। তাইবঙ নোংশাপান অসিদা—সংসার অসিদা। পারি—ইচানিপা। অমা তৈনা লৈতরে—থোইদোকনা অমা লৈতরে। পনথৌ কোল্লোয় ময়াথংদগী—মপাগী য়াথং মতুং ইন্না। পল্লেম তাংজা লুরেনতোনবু ককথৎলে—মমাগী মকক ককথৎলে। তাংজা ইথোয়গী—

নওগী চেংলৌ নশক য়েংনা' লৈঙমলয়োইএ। রুক্মিণী সত্যভামা আঅর সুলক্ষনা জম্বুবতী কুন্তী গন্ধারী দ্রৌপদী যশোদা দৈবকী য়োম্নবু লেংনভিনবী মাখোয় অসি থৈবিক্কী থূয়া লৈখোঙ থাদা য়োয়না পুরুমজরুরবত্থম মুংশি থৌকাউ ঙমঙৈনে হায়না পাওমেনববু না তারবদা মপারি বভ্রুবাহন অকনবনা ভক্তি পূকনীং অনোনবনা রাহম-জরকএ। পল্লেম ইমা নবিঙঙানা কোল্লোয় ইয়াথংবু উনবী পূকনাং তপনা না তাবিখো। ইতৌ অরানবা রারম লঙজথোইবা মহাক্তি পূমনা লৈখিদে। ঐগী লঙজা মতৌ খঙলবগা য়াথং অমা থোকনা চৈহৎপিও। থৌরম মতৌ অহানবদা পম্মৌ ইপা পোকমাবনে হায়ববু সংশঙ তাঙনা খঙজরবগী যজ্ঞ মঙম শা মহাকপু পুনা পনথৌ মখোঙ থাদা মালেম লৈদা তু পূকনীং ভক্তি চৈরোয়ননা কচ্চরুববু লানকম মীয়াম মাঙ মহাক্তা তাংজা ইরাইবক্তত্থম পনথৌ য়াইবী কনহৌ নীক খোঙপাক চৈথা লূমনা কাওঙমএ। ভক্তি কোল্লোয় ইয়াথংবু না তাবিদে। লমচৎ মতৌ অস্থুম ওইবা মহাকপু পূকনীং রারৌ লৈরুদে। পনথৌ শমু মখোঙ থাদা য়াথং অমেঙবা পূকনীং অনোনববু চৈরোয়ননা হম্না হম্না পাওমেঙ্গববু কপ্পাউ মখৈ লৈতনা পলেম নমা বেশা হাম-বোইবী শীঙলেন তাইজবী মপারি নঙবু পাংগন নতৌক লৈতবগী

---

ঐখোয়গী ইকোক। জুয়েন ককপদা—ইঙক ককপদা। চিংনঙাই—চিংম-নিংঙাই। ইশাবি—ইপুরোইবা। নুজা—মোমহু, মুপী। চীংঙ্ লাইবক থাবী—লাইবক চাউবা। বাহমলকএ—বা হায়রকএ। লৈঙমলয়োই—জৈয়মলয়োই। ইস্তানখিরগে—য়ৌনবা চৎগ্রগে। থোইথোইবমুঙ—অথোইবমু।

চেংলৌ—শক। লৈঙমলয়োইএ—লৈবা ঙমলয়োইয়ে। রুক্মিনী—শ্রীকৃষ্ণগী মনাউ ইবেম্মা। সত্যভামা—কৃষ্ণগী ভালোই অমা। জম্বুবতী—শ্রীকৃষ্ণগী মুপী। কুন্তী—পাণ্ডব মঙাগী মমা। গন্ধারী—ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা, দুর্য্যধনা চিংবা মচানমনাউ চামগী মমা। দ্রৌপদী—দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুপী পাণ্ডব মঙাগী ভালোই। যশোদা—শ্রীকৃষ্ণগী মমা। দৈবকা—কংশগী মচন, কৃষ্ণগী মমা। পুরুমজরুরবত্থম—খুরুমজরুরবত্থম। বাহমজরকএ—

হুয়েন লানশোক কিবনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু নমদা হুন্না অর্জ্জুন ইপারিনে হায়না য়াথং শরী ৱাদা পঙনা পাওমেন্নরিবানরিঙৈনে। মরম করিদগীনো হায়না অসুম সভা মীয়াম মাঙদা য়াথং আখা থোকনা চৈহৎলে। অর্জ্জুন ইপারিদি তাইবঙ মরোন অহুম্মানা সংশঙ তাংনা খঙলিবা সুভদ্রা পায়মা লিনগোয়গী অভিমন্যু পাংগল মপা লৈতবা অতুনে হায়না য়াথং পাওমেন ৱাদগী হুয়েন লানশোকনখিবদা পনথৌ শাৎমাবা অর্জ্জুন তেনহৈববু লানফম খুদোংথীবা মহাকপু থোকখিরে। হে পল্লেম ইমা সতী অচুম্বীও নঙবু নপারি ঐগী লঙজা অয়োন য়েংদনা পঙনা য়াথং আখা থোকপীগুনো হায়না পাওমেনজবগীনে। তৌইগুম থৌরম অমা অমা ওইরবসুঙ চীংঙু লাইগী নোংদমনা পনথৌ ইপা হাৎলবনিগিনা মিংথী ৱারৈচেন মহাপাপ অথোইববু পুনা নরক ফম্বী ওইনগে তৌববু শমু মাঙদা থানা মরেরে। হয়েং মীওই লাংওন অমরক পোকলকঙৈনে হায়ববু পুমনা লৈতরে। পনথৌ ইপা শাৎমাবা অর্জ্জুন তেনহৈবা অসিবু শ্রীকৃষ্ণ শিদবগী লোয়না মপাতাউ অচেৎপা মহাকনে হায়না অসুম সংশঙ তাঙনা মখঙজরে। পল্লেম চীনকোই নয়াথংনা য়াথং হায়হৌঙাইবু লৈতরে। নপারি মহাপাপ ওইরবা ঐবু লান্না থোঙজিন লৈতরবা অতুনে। ৱাথোক মতৌ অমসুঙ ইপন ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না য়াথং শীথী থোকনা চৈহৎঙৈনে। ইয়ু কুন্তী

---

—হায়জবকএ। নবিঙতানা—নথোন্ন অনীনা। লঙজথোইবা—অয়ানবা তৌথিবা। লঙজা মতৌ—দোষ, মরান। মঙমশা—মজঙ্গী শগোল। ভক্তি চৈথোয়মনা—ভক্তি তৌনা। য়াইবী কনহৌনীক—কম্বী থোকনা।

হুয়েন লানশোক কিবনা—লান শোক্নবা কিহুনা। নমদা হুন্না—তুং ওইমনা থমহুনা। ইপারিনে হায়না—ইচানিপানি হায়হুনা। য়াথং শরী ৱাদা—ওইদবা বা। পাওমেন্নরিবানরিঙৈনে—হায়রিবনি। য়াথং আখা থোকনা—অয়াকপা ৱাহৈনা, অকনবা থোন্না। সুভদ্রা পায়মা লিনগোয়গী অভিমন্যু—সুভদ্রাগী গর্ভদা নাউপুদনা পোকপা অভিমন্যু। পাংগল মপা লৈতবা—মপাংগল কনবদা পাবিনবা য়াওদবা। পনথৌ শাৎমাবা—ঐবু পোকপা ইপা। লঙজা অয়োন—মরান, দোষ। তৌইগুম—তৌইগুমসুং। নোংদমনা—

হন্থু ময়াই কারবীনস্থুঙ হুংশি মথৈ লৈতনা থমোয় মৈচাক খোইরম্বৈঙেনে। খোইয়ম নোংদমখোনবু হেনগুমদরে। পনথৌ ইপা হাৎএ হায়রবগী তাইবঙ নোংসাপান্দা তনবা নিপা লূপ মোমহু হুজা ওইবী পূমনমকনা য়াথং মীনোক চঙনা চৈনঙেনে। শূপনা মফম করি করিগুম্বদস্থুঙ ঐগী য়াইফা থৌরম লৈররোইএ। হা হা হে শ্রীকৃষ্ণখোইখোইবা-ও পনথৌ য়াইবী থরায় হাৎকে হায়রবগী লৌশিং রাখন খোকহনবা অসিবু নঙনা থৌজান লানকোনবিদরবগী তৌশিকনে হায়না পাণ্ডমেঞ্জরবগা মহাক মতোম্মগী শেংনা মরমচৎপু পায়মা ঊনগোইহুংদা ওন্না ওন্না নীংখঞ্জরুরে। পনথৌ ইপা হাৎপগী মহাপাপ অথোইবা অসিবু থৌরাঙ মতৌ করম কোকশিবনো? রারম অমা অমা ওইরবস্থুঙ শম্মু মহকসাংবু মাল্লেম লৈখুন্নুংদা চঙনা ইতোম য়াইবী থরায় থাদোকলগে। থৌরম মতৌ অসি নত্তনা থরায় য়াইবী শিদনা লৈরবদা অফ মহৈ করি লৈররোইএ। অস্থুম নীংখঞ্জরুরবগী বভ্রুবাহন অকনবা মহাকনা অমন থমলৈ কূমনবা শংলৌ মথৌরাঙবু শীংবী ঙামচৌ পৈ ঘৃত থাউফু মশীং থীঙমদনা হৈজিল্লবগা খাম্বী মরাঙ হোনা চাকহল্লে। অস্থুম উনবী পূকনীং লেপনা চকমোম মৈরিহুংদা চোংশিনগে হায়না শংলৌ থৌরাঙ রাবু পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা চেংলৌ মিৎথিংলবগী রাহমথিয়ে। হে ইপারি পাপ থৌরম অক্রম্ববু তৌনা করম য়াইবী থরায় থাগে লাঙলিবনো? পনথৌ নপা হাৎলবা মথক্তা নহাক

---

লাইনা তমহনা। মীওই লাংওন—মীওইনা লোকপা। শাৎমাবা—অপোকপা। লোয়না মপাভাউ অচেৎপা—চায়বা মরুপ। চীনকোই—য়াথং। ইপন—ইপাগী ময়াম্বা। ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ। য়াথং শীথী থোকনা চৈৎপা—য়ামনা শাপীনা চৈবা, থীনা ঙাঙবা। ইমু—ইবেন।

হন্থু ময়াই কারবীনস্থু—অহল মতম ওইরবীনসু। খোইয়ম নোংদমখোন—লাইনা তম্বা। তাইবং নোংসাপান্দা—সংসারদা। তনবা—নিপা। লূপ—কাঙলুপ। মোমহু হুজা ওইবী—হুপী ওইবী। য়াইফা থৌরম—মঙ্গল। থৌজান লানকোনবিদরবগী—চানবিত্রহনা। তৌশিকনে—তৌরবনি। মহাক মতোমগী—মখন্দগী। পায়মা উনগোইহুংদা—মপূকনীংদা, মপুক্তা। ওন্না

নত্তোম্নগী থগ্নায় নমিরেনবু লৈরাং অতিংঙাদা হকচাং অরেম্ববু ওইনা মাঙহল্লগে হায়না মহাপাপ মথক্তা পাপস্নু মখৈ লৈতবা মহাকপু শংলৌ অমরক থৌরাঙলিবা অসিবু মরম করিদগীনো? রাখল নরৌশিংবু লৈইগিদি পনথৌ ইপা। হিংনববু থৌরাঙ পাংগল করম্ববু লৈরিগবনো হায়নত্থম উনবী পূকনীং তপনা নীংশিংঙৈনে। খাম্বী মৈরিম্নুংদা চোংশিল্লগে অস্নুম নীংখল্লিবা অসিবু মরম করিদগীনো ওনথোকএ হায়না পল্লেম মমা রাণীশ্বরী চিত্রাঙ্গদা অচুম্বীনা মপারিবু উনবী পূকনীং তপহল্লবগা তাংজা লিল্লা চম্নু উলূপী পল্লেম মমা লোম্নবীনা রাহমখিয়ে। হে চিত্রাঙ্গদা অহেনবী-ও ইপারিগী য়াথং মপাওমেনবু না তাবদি মতৌ অয়োনবা থৌরম অরানবা মহাকপু কয়া লৈতে। রারম অসিগী দমকনা পঙনা য়াথং চৈহৎপিগনো। হে বভ্রুবাহন ইপারি শুংচানবা নঙস্নুঙ খাম্বী মৈরিম্নুংদা চঙনা করি নোংমল্লগবনো কোল্লোয় ইয়া-থংত্থম উনবী পূকনীং তপনা না তা-ও। পনথৌ ম্নাইবী হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ থীন্দনা পতালপুর মালেম লৈখাম্নুংদা চঙনা অমৃত য়াইরেন শিদববু লৌরু ঙম্নবা পনথৌ ইপা তাংজা লিল্লা নিংথৌ আনন্তশেষ তোকলেন লীশিং পানবা মহাক্তা পল্লেম নমা ঐগী কোল্লোয় ইমিংথোংবু খঙহল্লুও। মণি য়াইরেন শিদববু য়োন্দনা পীরকঙৈনে। অমৃত লৈহী অথোইবা মহাকনা লৈরিবদি ইপন তাংজা লিল্লা নিংথৌদি লৈখিসনো। কার্কোক তাংজা লিল্লা অঙম্বগী

---

ওম্না নীংখঞ্জরুরে—মওন মওন থম্নুরে। মালেম লৈখুম্ন,ংদা—লৈম্নুংদা। অমন থমলৈ কৃমনবা—শিননবা। শীংবী ঙামচৌপৈ—শীং মম্নাম পৈশিন্দুনা। ঘৃত—(সং) ঘী। খাম্বী মম্নাঙ হৌনা চাকহল্লে—মৈ কম্না থাগৎলে। চকমোম—মৈ। শংলৌ থৌম্নাঙ তৌবা বাম্নোন। চেংলৌ মিংখিংলবগী—উম্নবগী। রাহম-খিয়ে—হায়খিএ। লাঙলিবনো—থৌম্নাঙ তৌম্নিবনো। থম্নায় নমিম্নেনবু নথাম্নবু। লৈম্নাং অতিংঙাদা—কম্নিস্নু কাম্নদবা অম্নেম্বদা। লৈইগিদি—লৈম্নবদি। খাম্বী মৈম্নিম্নুংদা—চাকলিবা মৈগী মম্নুংদা। নীংখম্নিবা—বাখল তৌম্নিবা। রাণীশ্বরী—(সং) অথোইবী রাণী, লৈমরেন। তাংজা

তাংজা মতোকলেন্দা মণি য়াইরংচান মহাকপু লৈএ। কোন্নোয় মমিংথোংবু বাসুকী হায়না কোবা তাংজা লিল্লা অঙম্বদা অমৃত মৈহী অথোইবা মহাকপু মশীং চানীপান শুনা লৈএ। তৈক্ষপ তাংজা মতোকলেন্দা নব সহস্র লীশীং মাপল শুনা লৈএ। সিগ্র তাংজা লিল্লা অঙম্বদা মণি য়াইরংচানবু দাশহাজার লীশীং তরা শুনা লৈএ। আনন্ত লিল্লা মতোকলেন্দা লৈরিবা মণি য়াইরেন শিদবা অমৃত মৈহী অথোইববু মশীং থানা কনা হায়ঙমলোইএ। পদ্ম হায়না কোবা তাংজা অঙম্বদা য়াইরেন লীশিং অমা শুনা লৈএ। মহাবিদভা হায়না কোবা লিল্লা মিংনাইবদা লৈরিবদি মণি মশীং লাকনা হায়ঙম-লোই। নাগেশ্বরী তাংজা লিল্লা মতোকলেন্দদি অমৃত মহী অথোইবা মহাকপু মশীং ১১২ শুনা লৈএ। চীনগোই য়াফাং মুংদগী থাম্বী মৈরি থোকললকপনা তাইবঙ নোংসাপানবু পূমনা থনঙৈনে। ভাস্কর লিল্লা মিংচৎপদি মণি মশীং চামা তরামঙা শুনা লৈএ। আনন্ত তাংজা লিল্লা নিংথৌগী লিল্লা মতীক অরুববু কনা হায়হৌশিবনো। ফেনা তোকলেন লীশীং থক্তা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ অথোইবা মহাক্কী ফম্বী য়িম ওইননা তাইবঙ নোংসাপান পূম্নমা পুনা লিল্লা শান্নরিবা অছুনে। তাংজা লিন লৈপাক পাতালপুর মুংঙাইবা অছুদা হৌজিক লিল্লা মমিং থাখিবা তাংজা মফমলেন্দা হুরেন থাম্বী মৈশা কনববু পায়মা মাথোয়না

---

লিল্লা চহু—লিন নিঙেঙান। যাহমখিয়ে—যা হায়খিএ। অয়োনবা—অয়ানবা। কয়ি নোংমলগবনো—কয়িগী শিগদগে। কোন্নোয় ইম্বাথংহুম—ঐনা হায়বা যাহুম।

থংলৌ—থৌয়াঙ। মালেম লৈথাঙ্গং—পাতান। লৌক্ক ওয়বা—লৌক্কবা ওয়বা। তাংজা লিল্লা নিংথৌ—লিন নিংথৌ। তোকলেন লীশীং পানবা—মতোক লীশীং অমা পানবা। কোন্নোয় ইমিংথোংবু—ঐহাক্কী মিং। মণি—য়াই। য়োন্দনা—শোয়দনা, লেপনা। তাংজা মতোকলেন্দা—লিনগী মতোকতা। মণি য়াইয়ংচান—মণি অথোইবা। নব সহস্র—লীশীং মাপন। য়াইয়েন—অথোইবা য়াই, মণি অথোইবা। মশীং লাকনা হায়-ঙমলোই—মশীং অসুপনি হায়বা ঙমলোই।

নুংসা কামথোকলকপগী উনবী অঙক চঙববু তাইবঙ নমু পোং ওইবদি লৈখিদুনো গন্ধর্ব্ব পাংগনবনচিংনা খোইয়ম লেংনা ত্তিনবা পূন্নমকনা কনা উনবী পূকনীং তপঙমদবা অতুনে। থৌরম মতৌ অসিগী দমকনা মণি য়াইরেন শিদবা মহাকপু লৌরু ঙমলোইবরা খঙদে। শংলৌ থৌরাঙ ঙন্না থোকএ। অমৃত শমু খৃৎথুম চন্নুরবদি য়োম্লনা অর্জ্জুন পনথৌ নপা ইবুংঙোবু য়াইবী থরায় হিংলকভেনে। পায়মা ঐগী উনগোয়নুংদা নীংথল্লবসু তাংজা লিনগী মরুপ্পু পাংগন খৃৎথুম চন্নবা মিৎয়েং শানখৈরুদে। থৌরাঙ মতৌ খঙদরে। হে খোইয়ম নোংদম্বা-ও চীংঙু নথৌ থাবু করম নোংদমলিবনো হায়না পাঙ-মেনববু না তারবদা হে পল্লেম ইমা নঙদি লিল্লা মরৈপাক্তা চঙলুগে তৌবগী থৌরম পোৎলূম পুনা নীংচিনলুরে। নপারি ঐনা পায়মা উনগোয়নুংদা নীংথল্লবদি তাংজা লিন লৈপাক মহাকপু হুয়েন লান শোকনরুদনদি মণি য়াইরেন শিদববু পঙনা পীরকলোইএ। থৌরম মতৌ অসিগী দমকনা ঐবু মালেম লৈখুন হুংদা চঙনা হুয়েন লান শোকনরুগে। পল্লেম ইমা নবিঙঙাদি পনথৌ মহকসাংনা লৈরিবা সনায়োয় কোন্নুং অসিবু উনবী পূকনীং চেৎনা ঙাকঙম্মো। পনথৌ য়াইবী থরায় হিংনবা পাংগন নীপা পোকনা লিল্লা মরৈপাকপু লানফম খৃৎথুম চন্নবা শংলৌ থৌরাঙলককে। আনন্ত মরৈপাক পাতাল মরোন মাদদি লৈখিসনো। ঐনা মাল্লেম লৈখুন্নুংদা

---

মিংচৎপদি—অফাওবদি। তাংজা লিল্লা—লিন। তোকলেন—মতোক। হুয়েন—হু অকনবা। থাম্বী—মৈ। তাইবঙ নমু পোংওইবদি—মীওইবদি।

খোইয়ম লেংনা ত্তিনবা পূন্নমকনা -লাইয়াম সন্তানা। লৌরু ঙম-লোইবরা—লৌরুবা ঙম্মোইদরা। য়োম্লনা—শোয়দনা, ঙঙাইকদনা। পায়মা ঐগী উনগোয়নুংদা—ঐগী ইপূক্তা। নীংথল্লবসু—থল্লবসু। মিৎয়েং শানখৈরুদে—উরুদে।

য়াইরেন—অথোইবা মণি। মালেম লৈখুননুংদা চঙনা—হুরুকলা চঙহনা। নবিঙঙাদি—নথোয় অনীদি। সনায়োয় কোন্নুং—সনা কোন্নুং ঃ

চঙখিবদি পাতাল মরোন মরোন মাবু ঙমনা মণি য়াইরংচান মহাকপু পুরকঙেনে। হন্দক পনথো য়াইবী থরায় হিংনবগী শংলো ইথোরাঙ অসিদা পাংগন নীপা থোকপবু তাইবঙ মরোন অহম্মানা খঙলোরসুনো। ইপন থরায় লন থাইনরববু হকসাং য়োয়ওই ঙমনবা শংলো ইথোরাঙ মহাকপু লৈরবদি তাংজা লিন লৈপাক মহাকপু হায়দবসুঙ চীংঙু নোংথো সরারেন্নচিংনা যম অশি থুরায় মহাকপুসুঙ রারম শীংথাননা নীংলুদে হায়না পাওমেনববু না তারবদা পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমানা রাহমখিয়ে। হে বভ্রুবাহন ইপারি-ও কোল্লোয় নঙগী নয়াথং অসিবু খিজিক্তং য়াথং নাপন রাংমল্লে। ভক্তি পূকনীং অনোনববু নত্তনা থোরম নাপন রাংনা তোরবদি থুক্ম তমথীবা পূকনীং ইরৈচনবদা য়োন্দনা তারঙেনে। তাঙচা মখে লৈতবা লিল্লা হুথো থোইবা অহুশিংবু করম হুয়েন লানশোকনরুগবনো? চেংলো মাখোয়গী মশক উবা মহাক্তা উৎফুন নোংলৈ ওইনা মাঙেঙনে। তাংজা মক্মলেন্দদি কোরৌ নোং শীংজঙসুঙ বায়ু হুংশীৎ অকনবনসুঙ চঙলুঙমদে। নঙগী পাংগল নথোরাঙনা লিল্লা মরৈবাক্তা চঙনা তাংজা মাখোয়গী মায়ওক য়ানা হুয়েন লানশোকনরুঙেনে হায়বদি নীংলুগুনো হায়না পাওমেল্লবদা হোয়দা পল্লেম চীনগোই নয়াথংনা

---

উমথী—পূকনীং। ঙাকঙম্মো—ঙাক্তুনা লৈয়মু। পনথো য়াইবী থরায় হিংনবা—ইপাগী মথরায় হিংনবা। লিল্লা মরৈপাক—লিনশিংগী লৈপাক। শংলো থোয়াঙলকে থোয়াঙ তোয়কে। আনন্ত—লিন নিংথো। য়াইরংচান—মণি। তাইবঙ মরোন অহম্মা—ত্রিভূবণ। খঙলোয়সুনো—খঙনহোয়সনু। ইপন—ইপা, পম্থো। চীংঙু নোংথো সোয়ায়েন্নচিংবা—লাইমিংথো ইন্দ্রনচিংবা যম অসি থুরায় মহাকপুসুঙ—অশিবগী লাই যম নিংথোবুসু। অনীমানা রাহমখিয়ে—মাখোয় অনীনা হায়খি। কোল্লোয় নয়াথং—নহাকী রাঙাঙ। নাপন রাংমল্লে—নাপন তোমল্লে।

যোক্শা—শোয়দনা, ঙাইকদনা। লিল্লা হুথো অথোইবা অহুশিংবু—লম কয়বা হু পুন্ন লিন মমাম অহবু। করম হুয়েন লান শোকনরুগবনো—

লিল্লা মতীক লুইএ হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু পায়মা ঐগী উনগোয়হুংদা নাপীমাসুং মানকুম নীংলুএ। মরম করিগীনো হায়রবদি পাংগল ঐগী ইতৌক্তি সপ্ত দ্বীপ মায়গৈ মায়গৈ মহাকপু পাংগল ইমাঙ খাঙদনা মঙমঙৈনে। পূকনীং অরা চঙনা করি নীংখল্লুগনো। তাংজা লিল্লা মরৈপাক্কী দমক ব্রহ্মা মহেশ্বর অথোইবনচিংনা ইন্দ্র সোরারেন যম অশি থূরায় মহাকস্সুঙ গন্ধর্ব্ব পাংগনবা কুবের লম্লিংথৌ খোইয়ম মায়গৈ ঙাকপা মরিমকস্সুঙ য়াওনা চীংঙু লেংনা তিনবা অসি থৈবিকনা মীচঙ পাংগল ওইরবস্সুঙ অঙাং শাম্নথৌগুম্বনে। লানফম ইমাঙ খাঙঙমলোইএ। পল্লেম পায়মা উনগোয়হুংদা পূকনীং শোংকি চঙলুগনো হায়না নাপন ময়াই কানা পাওমেনববু না তারবদা পল্লেম মমা অনীমানা রারম মচি ওইববু থল্লুরে। থৌরম মতৌ অস্সুম তৌনা থাথোকপিখিরবদি লৌশিং রাখল রাৎপবু থোকলঙৈনে। বভ্রুবাহন ইপারি অসিবু উনবী পূকনীং তপ্পবা থৌখামচিনখিসে হায়না নীংখম্নরবগা হে ইপারি মণিপুর লৈমাবা পানকন নথোকলকপা নঙবু থায়না লহান মাঙদা পল্লেম নমা ঐগী দমকপু পনথৌ তাংজা লিনলা নিংথৌনা উনবিরকপা কোল্লোয় মমিং থোংবু পুন্দরক্ষ হায়না কৌবা লৌশিং কোরৌ হুমিৎ শগোলশেনগুম্ববু লৈএ। মাবু য়াঙনা থৌশীচিনখিসে লেপনা থৌরাঙ পূকনীং পাঙলকঙৈনে হায়রবদা পল্লেম নখোয়গী পায়মা উনগোয়হুংদা অস্সুম নীংখল্লবদা শংলৌ থৌরাঙ থীনঙাইবু পূমনা লৈতরে। অমৃত মণি য়াইরেন শিদববু পায়মা নরৌশিংনা

করমনা লাম্বা পাংগবনো, করমনা লান তৌনব্বগবনো। কোরৌ নোংশীংঙঙ—বজ্র, থকীতেন। বায়ু—(সং) নুংশিৎ। চঙলুঙমদে—চঙলুবা ঙমদে, য়োবা ঙমদে। চীনগোই নয়াথং—নহাক্কী য়াথং। পায়মা ঐগী উনগোয়নুংদা—ঐগী পূকনীংদা। সপ্তদ্বীপ—দ্বীপ তরেৎ। নীংখল্লুগনো—খল্লুগনু, বাখল তৌরুগনু। ব্রহ্মা—লৈশেম্বা নোংদম্বা লাই। মহেশ্বর—মহাদেব। ইন্দ্র—সোরারেন। খোইয়ম—লাই। চীংঙু লেংনা তিনবা—দেব সভা, লাইয়াম। অঙাং শাম্নথৌগুম্বনে—অঙাংগী শাম্নলোংহুম্বনে। শোংকি চঙলুগনো—বিরুগনু। মচি ওইববু—মক ওইববু। ইপারি অসিবু

থৌরাঙ থুথু মচম্মা ঙমলক্কবদি নপারি ঐনা পাতালপুর মালেম লৈখাহুংদা চঙনা পাংকন খুৎঙমথিনা মুল্লুঙৈনে হায়না পাওমেল্লবগা মদাইরেম পুন্সরক্ষ লৌশিংববু কৌনা ৱাহমথিয়ে। তয়ুম নঙবু শংলৌ থৌরাঙ থীন্দনা তাংজা লিন লৈপাক্তা য়াথং ইপাউমেনবু নিংথৌ মাঙদা থানা য়াঙনা পাউ তম্বিরুও। ননোংয়ায় বভ্রুবাহন ইপারিগা অর্জ্জুন ইশাবিগা পনথৌ মপা মচা অনীমকনা হুয়েন লান শোকনবা থোকলবগী ইশাবি অর্জ্জুন তেনহৈববু মপারিগী শমু মথুৎপাক্তা নোংমল্লে। থৌরম মতৌ অতুগী ইপন তাংজা লিল্লা নিংথৌনা পোৎলোই লন উনবীরকপী চৈরৈ ফি খুৎশা মাল্লৌ ফিরাংচান কোল্লোয় মথুৎতোপ সনা ত ঞ্চপ ইখুৎশি অলঙ্কার লৈতেং পোৎ পুমনমক অসিবু অর্জ্জুন ইশাবিবু লৈতরবা অসিদা হুজা শমু ইহকসাংবু হকসাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবী অহুনে। চৈরৈ হক্তা থোংনা লৈতেং পোৎলোই শেৎনঙাইবু লৈতরে হায়না পনথৌ সনা মথোঙ খাদা কৎপিরমলুও। থৌজান লনকুবিগে হায়রবদি মণি য়াইরেন শিদবা অমৃত মহী অথোইববু য়োন্দনা পীরকও হায়না পম্মৌ নাকোঙ থোঙজাওরেন্দা কোল্লোয় য়াথং চীকনা হায়বিরুও। অসুম পাওমেল্লবদা মদাইরেম

—ইচানিপা অসিবু। থৌথামচিনখিসে—থামজিনখিসি। নীংথম্নরবগা—বা থম্নরগা। পানকন নথোকললকপা—নপাংগন কনথৎলকলিবা। থায়না লহান মাঙদা—মমাঙৈঙদা। য়াঙনা থৌশীচিনখিসে—থুনমক পাখোন শীখিসি। থীনঙাইবু—তপথনবু। পায়মা নয়েৌশিংনা—নহাক্কী লৌশিংনা। মালেম লৈখাহুংদা—পাতালদা। মদাইরেম—মনাই। কৌনা ৱাহমখিয়ে—কৌহুনা হায়খি। য়াঙনা—থুনা, থীন্দনা। ননোংয়ায়—নশু। ইশাবিগা—ইপুরোইবগা। মপারিগী—মচা নিপাগী। শমু মথুৎপাক্তা নোংমল্লে—মথুৎবাক্তা থবায় থায়ে, প্রাণ মাঙলে, মথুৎতা শিরে। ইপন—ইপা। চৈরৈ—ফি। মাল্লৌ—ফি। অলঙ্কার—লৈতেং। ইশাবিবু লৈতরবা—ইপুরোইবা লৈত্রবা। হুজা—নুপী। লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবী অহুনে—কম্বিসু কামদ্রবনি। হক্তা—হকচাংদা। পনথৌ সনা মথোঙখাদা—ইপাবুংগী মকমদা। লনকুবিগে হায়রবদি—থৌজানবিগে নীংলবদি। য়োন্দনা পীরকও—তঙাইফদনা পীবি-

পুন্দরক্ষ লৌশিংবনা হোয় হে রাণীশ্বরী তাংজা লিন লৈমা-ও কোলোয় ময়াথংবু য়াথং লুদা থোংনা চৎঙৈনে। তৌইগুম রারম মতৌ অমদি অমন থমলে কুমখিরবশিংগী শমু মহকসাংবু মতম নোংশাং কুইনা থমফদরে। নদাইরেম ঐনা চৎখিহনরাইরক্তরিঙৈ অর্জ্জুন নশাবিগী শমু মহকসাংবু মকে হাথনা খোইয়া লোকচুমননা কেমঙামললঙৈনে। মরম অদুগী দমকপু তাংজা আমৌ হুবু ওথোকলবগা লিল্লা য়াথং পীনা চীকপিরমখিগে হায়না পাওমেল্লবদা মণিপুর লৈমাবদি পূকনীং হরাউথোইরে। কোল্লোয় নঙগী নয়াথং অসিবু মতীক ওকপা মহাকনে। তৌয়িগুম বৃষকেতু মপারিবু য়াইবী থরায় হিংদনদি অর্জ্জুন পনথৌ শাৎমাবদি অমরক অমন থমলৈ কুমখিঙৈনে। রারম মতৌ অসিগী বৃষকেতু ইশানৌবু হান্না লিল্লা য়াথং পীনা চীকপিরমখো হায়না পাওমেল্লবগী মদাইরেম পুন্দরক্ষ অঙম্বদি য়াঙনা বৃষকেতু অর্জ্জুন অনীমকপু তাংজা চীনকোয় চন্না লিল্লঃ য়াথং পীরুরবগী পনথৌ মপা মচা অনীমক্তি মতৌ নীংথি মহোশাবু ওইনা চেংলৌ মায়থোং মকপা হকচাং মচু ওনববু পূমনা লৈতরে। য়াইবী থরায় লেঙদনা লৈরিবদা নঙায়রে। থৌরম অসুম তৌনা বভ্রুবাহন নিংথৌ লৈমাববু তাংজা লুদা থোংনা পুরুমলমলবগা লিল্লা মরৈপাকপু য়াঙনা ইস্তানখিরে। কোরৌ মুমিৎ কয়ানিমরুমদা পাতালপুর নুংঙাইববু রাইথুংলুরে।

---

রকউ। নাকোঙ থোঙজাউরেন্দা—মনাকোঙদা। য়াথং লুদা থোংনা চৎঙৈনে—নয়াথংবু কোক্তা থোংনা চৎচগনি। তৌইগুম—তৌইগুবসুঙ। অমন থমলৈ কুমখিরবশিংগী—শিপ্রবা মীগী। নোংশাং কুইনা—মুমিৎ কুইনা। নদাইরেম—ননাই। চৎখিহনরাইরক্তরিঙৈ—চৎখিবা হল্লক্তিঙৈদা। পাওমেল্লবদা—হায়রবদা। মণিপুর লৈমাবদি—মণিপুর মহারাজদি। পূকনীং হরাউথোইরে—হেন্না পূকনীং নুংঙাইরে। তৌয়িগুম—তৌইগুবসুঙ। বৃষকেতু মপারিবু—মচানিপা বৃষকেতুব। য়াইবী—থরায়। পনথৌ শাৎমাবদি—ঐবু পোকপা ইপাদ। অমরক অমন থমলৈ কুমখিঙৈনে—অমুক হন্না শিখিগনি। ইশানৌবু—ইনাউ নিপাবু। তাংজা—লিন। চীনগোই চন্না—মন্নানা চীক্‌না। লৈমাবমু—নিংথৌবু। তাংজা লুদা থোংনা—মকোক্তা হাপ্লুনা। পুরুমলমল-

চোয়নৌ সনা লৈওইননা লৈঙম্বা অাংজা লিনগী লূপ পূমনমকপু চেংলৌ মাঙদা থানা উরুরে। মচু মূনা ঙৌনা য়েকপা, ঙাঙনা শংনা হেনববু লিল্লা মরুপ কয়ানে। সনা চুদানবা সিন্দুর লৈশক মানবা হরিতাল য়াইঙাঙচুতানবসুঙ তাংজা মশীং থীঙমদে। লিল্লা নীপা লূপ মশীং লখা অনীশুনা লৈঙম্ববু চেংলৌ মশক উবদা পূকনীং শোংকিচঙববু ওইয়ে। তাংজা মরৈপাকতো মিংয়েং শানখৈখিবদা হয়াউ মথোই তোংনা মুংঙাইমরাং কায়এ। খোয়মা নারোন মুংগী পামেন উখোঙ খূদিঙদা সনা মৈখাঙকোন্না মাল্লেম লৈপুঙ ওইনা থোন্নয়ে। উমং মুংঙাইথোইবা খৈবিক্তসুঙ বসন্ত শীংলেন লৈপান থাগুম লৈরাং মশীং য়ামনা শাৎএ। মক্ষম য়েংশিনখিবা খূদিংদা নীংথি থোইনা মীপূক হুএ। ছয় ঋতু তরুকমকনা মূর্ত্তি মশক খোকনা লৈএ। উনথম হাকচীকলাংবা কাম্বী অশাউ থাবু নাইদনা লোইদাম থাবম খূদিংদা শীংলেন লৈপানথাবু মওইএ। মলয়া পর্ব্বত মালং নোংশীং পোকপা চীংদগী উমং লৈরক মৈনা তোংলেন তপনা শীৎচিল্লে। লৈরাং মনম মুংশিববু নাতোন মালং নোংশীৎ থোঙদা রাইথুংলবনা মীওই লাংওন খৈবিক্কী থরায় ময়োন চোংনা মুংঙাই পূকনীং চাওখৎনয়ে। মশক মতৌ অসুম ওইবা পামেন উমং নীংথিবা অত্তুদা পৃথ্রী লাইজা ঈয়োককোম অচীনবা মনম মুংশিথোইবা শীংলেন থম্বাল ইংখোনলেন অমা লৈএ। লৈরাং লৈকা খূদিংদা থোইমু য়োমদম পৈনা য়াকানয়ে। খোংনাং উশা খৈবিক্তা

---

বগা—খূরুম্মমলগা। ইন্তানখিয়ে—য়ৌননবা চংখ্রে। রাইথুংলুরে—য়োকয়ে। চোয়নৌ -সনা। লৈঙম্বা -লৈরম্বা। লূপ—কাঙলূপ। মশীং থীঙমদে—মশীং থীবা ঙমদে য়ামনা য়ামখ্রে। লৈঙম্ববু—লৈরম্ববু। চেংলৌ—শক। পূকনীং শোংকি চঙবা—পূকনীংদা অকিবা পোকপা। মিংয়েং শানখৈ-খিবদা—য়েংথোকখিবদা। খোয়মা নারোনমুংগী—নাপী মরুক্তগী। পামেন—উ। উমং—বন। শীংলেন লৈ। লৈরাং—লৈ। মীপূক হুয়ে—মীগী পূকনীং হুয়। ছয়-তরুক। উনথম—নিংথমথা। কাম্বী-ওলাংথা। লোইদাম—থা। তোংলেন—মুংশীং। মালং নোংশীং থোঙ—নাতোন। লাইজা ঈয়োককোম—পৃথ্রী। য়োমদম পৈনা য়াকানয়ে—ময়াম শংঙ শংও তিল্লে।

কোকিল চেকনিংথৌনচিংনা চেকলা মঙাইরোয় পোনবী মহীশাং পূমনমকনা খোঙ্গেন হুংনাউথোকনা খোংথৈনয়ে। তাংজা লিন লৈপাক্কী উমং নীংথিবদো অমরক কনা হায়হৌশীবনো? তাংজা চা-নূরা লিল্লা অমোম মরুপনা তুলাই মথূনেৎ মক্তবদা তোংনা হয়াউ পূকনীং চৈরোয়ননা পামেন উমং থূদিঙ কোয়না চৎএ। নীংথি পূকনীং হুবা উমং চাউকোযন্নুং অতুদা মতীক কনা হায়ঙমদবা তীর্থ কোল্লোয় মমিংথোংবু ভগবতী হাযনা কৌবা খোইয়ম লাইফম অচীকপা অমা লৈএ। নমু পোং ওইবরক্তগী চীংঙু লাইবকফবশিংনা তীর্থ ঈরেনপূং অতুদগী লাইজা লীকলামাবু তানফংলুরবদি পূকনীং অমম কোকনা হকসাং থোইনা শেংনযে। খোইযম লাইফম অচীকপা অতুদা চোয়নৌ সনা মৈখাঙকোনগী শিব লিঙ্গ মূর্ত্তি মহকসাং অমা লৈএ। চীংঙু সনা মখোঙথাদা উনবী পূকনীং চেংনা ঈরাৎ পুরুমনয়ে। তাংজা চা-নূবা লিল্লা অমোম মরুপ পূমনমকনসুঙ ধ্যান সন্ধ্যা অচেৎপবু তৌনা কচ্চরবগা তল্লা তল্লা য়াইফা অবান ফংএ। শীংলেন থম্বাল লৈরম য়াম্বা শ্বেত রক্ত অঙাঙ অঙৌ মহৈ মপান কস্তুরী কুমকুমনচিংলিবা চন্দন মনম হুংশিবা পঞ্চামৃত পোৎলম অচেৎপা খৈবিকপু সনা শেনপাক পূক্কোয়থল্লা কচ্চবরু কোবৌ নোংজা খূদিংগী লমচৎ মহৌশাবু ওইনৈএ। ভগবতী লাইজা ঈরীকলাইনা শিব লিঙ্গ

---

চেকলা—উচেক। পোনবী—উচেক। খোংথৈনয়ে—খোংঙে। চা—মচা। তাংজা চা নূরা—লিন লৈশাবী, লিন অমোম। লিল্লা—লিন। মক্তবদা—কজবদা, নীংথিজবদা। চৈরোয়ননা—লোয়নন। তীর্থ অশেংবা মফম। খোইয়ম—লাই। নমু পোংওইবরক্তগী—মী মরক্তগী। লাইজা লীকলামাবু তানফংলুরবদি—ঈশিং মরীক অমত্তবু ফংলুরবদি। চোয়নৌ সনা মৈখাঙকোনগী—সনানা শাবা। চীংঙু সনা মখোঙথাদা—লাই অতুগী খুয়াথাদা। ঈরাৎ পুরুমনয়ে—ঈরাৎ পূজা তৌঠনা থুকমনৈ। নূরা—লৈশাবী, নিংথোল। শ্বেত—(সং) অঙৌবা। রক্ত—(সং) অঙাঙবা। পঞ্চামৃত—(সং) ঘী, খোইহী, চিনি, শংগোম অকম্বা, শংগোম অনৌবা মঙা অসিনা তিন্নথুনা শেম্বা অচাপোৎ। কোয়ৌ নোংজা খূদিং—হুমিৎ খূদিং। শাম্লেংলবগা—

সনা মহকসাংবু ঈরশান্দেংলবগা খোইয়ম মঙান অরুববু কনা মিৎয়েং শানথৈ ওম্নদে। তীর্থ ফম্বীনাক্তা অমৃত শিদা মহৈগী নবকুন্দ হায়না কৌবা পুখ্রী মতৌ ওস্নোকপা অমা লৈএ। তাংজা লিনগী মরূপ কয়ানা উনবী পূকনীং চেৎনা নীংএ। তাইবঙ নমু মীমচমশিংনদি নবকুন্দ পুখ্রী লাইজা নাক্তা চঙলুগে তৌববু পাংগন কনা লৈতে। তাংজা লিল্লা অকনবা লানমী কোটী মপৈ অহুম শুনা ভাকপবু নোংশীৎ মথি নাইবা মহাকনা শীৎচিন ওমদে। মতৌ অসুম ওইবা থৈবিকপু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পূকনীং হরাউ খোইনা নিংথৌ সনা মথোঙচীন্দা চঙখিয়ে। আনন্ত তাংজা লিল্লা নিংথৌসুঙ সভায়ায়দা লাংনা ফমফমঙাম্মে। লিল্লা অঙম্বা তাংজা মিংনাইবা তৈক্ষ কর্কোট হায়না কৌবা সবথ্য ভাস্কর বাসুকী পাত্র তাংজা মতীক চাউবা মাখোয় অসি থৈবিকনচিংনা লিল্লা লখা অনীশুনা কোটী কোটী মহাক্কী অর্ব্বুদ মপৈ থীঙমদববু ওইরে। মদাইরেম পুন্দরক্ষ লৌশিংবদি নিংথৌ সভা মাঙদা শমু মখূৎ লোম্না ৱাকচ্ছখিয়ে। হে নাগপুর তাংজা লিন নিংথৌ-ও নিংথৌ উনবী পূকনীং তপনা না তাবিও। থায়না লহান মাঙদা নমোম উলুপী লৈমা নীংথিবীবু অর্জ্জুন তেলহৈবদা মুহোঙ নাক্তা থানা পীখিবা অতুগী কোল্লোয় ময়াথংনে। নিংথৌ নঙগী মাকলৌরেম পার্থ অকনবগা মপারি বভ্রুবাহন মথোকলকপগা ছয়েন লান শোক্নবগী অর্জ্জুন পাংগল ময়েংতানা অমন খমলৈ কৃষ্ণবু থোকলে। থৌজান নরনকুনা য়াইবী থরায় হিংনবা মণি য়াইরেন শিদবা মহাকপু পীনরকও

ঈরুজবগা। মিৎয়েং শানথৈ ওমনদে—য়েংবা ওমনদে। উনগী—পূকনীং। নমু মীমচমশিংনদি—অচম্বা মীনদি। নোংশীৎ—নুংশিৎ। মথিনাইবা—অকনবা। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী উরবগী। সভায়ায়দা লাংনা ফমফমঙাম্মে—ময়ামগী ময়ায়দা ফমচুনা লৈরম্মে। তাংজা মিংনাইবা—মমিং চৎপা লিন। মদাইরেম—মনাই। শমু মখূৎ লোম্না ৱাকচ্ছখিয়ে—মখূৎ লোয়না বা হংগচ্ছখি। লহান মাঙদা—মমাঙ্গঙদা, অতুঙৈদা। নমোম—নজা ইবেম্মা। মাকলৌরেম- মঙ্গাক নিপা। মপারি - মচা নিপা। মথোকলকপগা—মথোক ফারকপগা। অমন খমলৈ কৃষ্ণবুথোকলে—শিয়ে। নরনকুনা—

হায়না হুংশি মতোকপু লৈতনা পাওমেঙ্গরকএ হায়না মমোম লৈমা লনউনপোৎ অলঙ্কার চৈরৈ ফীরোয় পূমনমকপু নিংথৌ মাঙদা থানা কৎলবগা কোল্লোয় মতীক ওকপবু য়াথং পরেং শীন্না পাউতমজৈএ। অর্জ্জুন মপারি ননোংয়ায় বভ্রুবাহন অকনবা মহাকনসুঙ লানশোক মতৌ অহানবদা পনথৌ মপা হাৎলবগী পায়মা উনগোয়হুংদা হুংশি মথোঙ খঙদনা ইপন থরায় হিংনবা ইয় থৌজান নরনকুবু য়াঙনা নোংদম্বীরকও হায়না ভক্তি য়াথং অনোনববু হন্না হন্না তৌজরকএ। রারম মতৌ অমসুঙ অর্জ্জুন পনথৌ ইপা শাৎমাববু য়াইবী থরায় হিংদরবদি পাণ্ডব শাগৈ পূমনমকসুঙ মাঙলভৈনে। শ্রীকৃষ্ণ শিদবগী লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগিনা ঈশ্বর মপুরেন্নসুঙ পূকনীং হুংঙাই লৈররোইএ। রারম মতৌ অসি খঙনা নোংদম্বীরকও। হে নিংথৌ অথোইবা থৌরম অওই ওইদা অনীমক্তি সনা নঙগী উনগোয়হুংদা য়াঙনা নীংখনবিও। অর্জ্জুন পাংগন মথৌনা রায়রা তেনকাপ নাপন মতৌ পূমনমকপু নিংথৌ নঙনা সংসঙ্ মখঙলিবা অদূনে। পার্থ মতৌ অসিগুম্ববু ননোংয়ায় বভ্রুবাহন অকনবনা য়াইবী থরায় মাঙহল্লে। কর্ণ লীশূহৈবা মপারি বৃষকেতু অথৌবসুঙ কামদেব অকনবনচিংনা যাদব সেনাপতি খৈবিকসুঙ পাণ্ডব শাগৈ পূমনমকসুঙ চানা লাংবা মপৈ অকংববু থাম্বী মৈনা চাকহৎপাতুগুমলে। বভ্রুবাহন পাংগন মতীক

---

নথৌজায়া। পাওমেনজরকএ - বা হায়জরকএ। অলঙ্কার—লৈতেং। চৈরৈ—কি। নিংথৌ মাঙদা থানা— নিংথৌগী মমাঙদা থমগনা। ননোংয়ায়—নশূ। পনথৌ—মপা। পায়মা উনগোয়হুংদা—মপূকনীংদা। ইয়—ইপু, ইবুধৌ। নরনকুবু—নথৌজানবু। য়াঙনা—থুনা, থীন্দনা। পনথৌ ইপা শাৎমাববু—ঐবু পোকপা ইপাবু। পাণ্ডব - পাণ্ডু নিংথৌগী মচাশিং। লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগিনা—য়ামনা চায়বা মরূপনিনা। নঙগী উনগোয়হুংদা—নপূকনীংদা। নীংখনবীও—বাখল তৌবিও। রায়রা—তেন। ননোংয়ায়—নশূনিপা। কর্ণ লীশুহৈবা মপারি—লীকাপ তেনকাপ্পদা য়ামনা হৈশিংবা কর্ণগী মচানিপা। বৃষকেতু - কর্ণগী মচানিপা। চানা লাংবা মপৈ অকংববু—লাপী অকংবা মপৈবু। থাম্বী মৈনা চাকহৎপাতুগুমনে—মৈনা চাকথেকপগী

অরুববু য়াথং হায়হৌভাইবু লৈতরে হায়না মদাইরেম পুন্দরক্ষ লৌশিংবনা কোল্লোয় পাউতমজববু না তারবদা আনন্ত শেষ তাংজা লিন নিংথৌদি হুংপ্রং ইরৈচন্না লৌশিং মথোঙ খঙদরবগী কোল্লোয় য়াথং থোকঙমদরে। মতৌ করিগীনো তাইবঙ মরোন অহুম্মকপু ঙমজবা মাকলৌরেম অর্জ্জুন পাংগনবনে। চোয়নৌ সনাচীং মপুরেন নোংপোক মহাদেববুসুঙ মঙমজবা মাগুম্ববু মপারিগী শমু মথুৎপাক্তা লানফম মাঙদা তারে হায়না পাওমেল্লবা অসিবু পুকনীং চিংনা পোকএ। ঈহুং খোমলেন মংলানচানগুমএ। হে ইদাইরেম পুন্দরক্ষ লৌশিংবা-ও কোল্লোয় নয়াথংবু য়াথং অমরক পাওমেনহৌ-ও। পায়মা উনগোয়হুংদা থাজা পুকনীং লৈরুদে। রারম করি থৌগী বভ্রুবাহন মপারিগা হুয়েন করম লান শোক্করুবনো। মচা মানা পোকপা মহাকনসুঙ অর্জ্জুন পনথৌ মপা শাৎমাববু করম য়াইবী থরায় হাৎহৎপা রারম থাঙ্গৈশেংনা পাউতমও হায়না পাওমেল্লবগী হোয় হে নিংথৌ অথোইবা-ও পার্থ অর্জ্জুন অকনবা মহাকনা লারকপদি মশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না শাগৈ থরায় হাৎলবগী মহাপাপ কোকনবা যজ্ঞ মঙম তৌগে হায়না লাংগোই শগোল থারকপদা যজ্ঞ মঙম শাবু ঙাক-হল্লকপদগী হুয়েন লানশোক হৌনখিএ। মপারি মণিপুর লৈমাবনা শগোল মাঙদা থা ভক্তি পুকনীং চৈরোয়ননা কচ্চরুববু অর্জ্জুন তেল-হৈবনা ইচা ঐনা পোকপনে হায়ববু নীংশীং পুকনীং লৈতনা লাইবক

---

মতৌগুম্মে। মদাইরেম—মনাই। তাংজা লিন নিংথৌ—লিন লৈমাবা। হুংপ্রং ইরৈচন্না লৌশিং মথোঙ খঙজদরবগী—বুদ্ধি চমমনহুনা তৌকম খঙদ্রবদা। কোল্লোয়—য়াথং। মাকলৌরেম—মক্ষাক। চোয়নৌ—সনা। মপারিগী—মচানিপাগী। ঈহুং খোমলেন মঙলানচানগুম্মে—মঙগী মতৌগুম্মে। পায়মা উনগোয়হুংদা থাজা পুকনীং লৈরুদে—মপুকনীংদা থাজরুদে। মপারিগা—মচানিপাগা। লারকপদি—লাকপদি। মশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না—ময়াম্বুং যুধিষ্ঠির নিংথৌরেম্না। মঙম - যজ্ঞ। লাংগোই—শগোল। মঙম শা—যজ্ঞগী শগোল। মণিপুর লৈমাবনা—মণিপুর নিংথৌনা। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। নীংশিং পুকনীং লৈতনা—পুকনীংদা নীংশিংদনা। লাইবক

খেল্লাইথোংদা খোঙপাক চৈথা লূমনা কাওরবগা পল্লেম মমা পোকমাবীবুসুঙ বেশ্যা শীংলেন তাইজবী চন্থনে নঙসুঙ অর্জ্জুন ইপারিবু নত্তে, পার্থ ইপারিদি অভিমন্যু হায়না কৌএ। চক্রব্যূহ থোঙলেনথৈ অচিনবদা চঙনা হুয়েন লান শোকনরবগী কুরুক্ষেত্র লানমী মশীং থীঙমদবা পূমনমকপু থাম্বী মৈচাক উৎপু ওইনা মাঙহল্লমলবগা দুর্য্যোধন নিংথৌ ফত্তবনা নিয়াই রায়েন নত্তববু তৌনা তুলাই লেংতম তোংবা তরুক তংবু য়াঙনা থৌচিনখিরবগা য়াইবী থরায় মাঙহল্লে। নোংশা মচুম তাগুম্বা ইপারি অভিমন্যু হুংচানপা অদূতুম লানফম করিগুম্বদা চংখিরবনো হায়বগী উনবী পূকনীংশিংলুবদা হুংশি থমোই মৈচাক থোইএ। অসুম য়াথং আখাথোক উনবী থেংকোই নীকনা ইস্থোকলবগী ননোংয়ায় বভ্রুবাহন অকনবনা চকমোম মৈ চাকপগুম কল্লাউ মথৈ লৈতনা থাজা মচেৎ শাবা রায়রা মতেঙ্গা মক্তববু কাপনা অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোনবু ককথোকলে হায়ববু না তারবদা নদাইরেম তাংজা অঙম্বা ধৃতরাষ্ট্র পায়মা লৌশিংথোইববু কৌনা লিল্লা লেংনা তিনবা নঙখোয় পূমনমকসুঙ না তাউও। পনথৌ মপা শাৎমাববু মপারিগী শমু মখুৎপাক্তা নোংমনহল্লে হায়না পাউতমলবা অসিবু রারম মতৌ ওস্থোকপনে। পাণ্ডু পাংগনবা মপারি পার্থ তেলহৈবা অতুব নিংথৌ ঐগী য়াইবী থরায় পীনা নীংলিবা অতুনে। নমু মীওই চঙখোনবনে পঙনা অমন থমলৈ কূমফরোইএ। য়াইবী থরায় হিংনবা মণি য়াইরেন শিদববু য়াঙনা পীনিংঙে। ইমোম উলূপী

---

খেল্লাইথোংদা—মল্লাইবক্তা। পল্লেম মমা পোকমাবীবুসুঙ—মাবু পোকপা মমাবুসুঙ। বেশ্যা শীংলেন তাইজবী—ওক্তবী নূপী। অভিমন্যু—অর্জ্জুনগী মচানিপা কুরুক্ষেত্রগী লান্দা শিখিবা। দুর্য্যোধন—ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মচা-নিপা হস্তিনাপুরগী নিংথৌ। য়াইবী থরায় মাঙহল্লে—শিহল্লে, হাত্তোকলে। হুংচানবা—হুংশিবা। য়াথং আখাথোক—অয়াকপা থোনফমনা। ননোংয়ায়—মশূনিপা। চকমোম—মৈ। থাজামচেৎশাবা—থা মচেৎ মানবা। তাংজা লুরেনতোনবু—মকোকপু। লিল্লা লেংনা তিনবা—লিন সভা। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। পাউ তমলবা—রা হায়রবা। পাণ্ডু—হস্তিনাপুরগী নিংথৌ, ধৃতরাষ্ট্র

নীংথিবীবু লুগ্না চীংঙু লাইবক থীববু ওইরুড়েনে হুংশি খোয়বু পীংলে অর্জুন থন্নায় হিংনপোৎ অচেৎপা মহাকপু লৈরিবদা করম য়াইবী থন্নায় মাঙহনশিবনো ? ন্নারম মতৌ অমসুঙ অমৃত শিদহীবু পীখিত-হিকলবদি বভ্রুবাহন পূকনীং কঞ্জাউথোইনা তাংজা ইথোয়গী লিন লৈপাক অসিবু চেংলৌ মিৎকুপ মরুমদা উৎফুন নোংলৈ ওইনা মাঙ-হল্লড়েনে। মতীক পাংগন অরুবা মহাকপু নিংথৌ ঐনা মথঙেও। অর্জুন ন্নায়রা তেনহৈবা অসিবু পাংগল মপা লৈতে হায়না পাও-মেন্নরিবা অদুনে। দেবাসুর লাই হিংচা গন্ধর্ব্ব কিন্নর শঙ্কর মহাদেব কুবের লনমাবা কুরুক্ষেত্র লানফম অচিনবদসুঙ ভীষ্ম দ্রোন কর্ণ কৃপাচার্য্য অশ্বথামা ভূস্রপা ভগদত্ত দমদত্ত জয়দ্রথ বামিকবিশ্বাষণ মাখোয় অসি খৈবিকপু পাংগল শীংথানদবা অর্জুন অকনবনে। মতৌ অসিগুম্বা মহাকপু বভ্রুবাহন মপারি লানফম মমাঙ খাঙদনা মহাৎলে হায়রবা অসিদা মতীক পাংগন মথঙনরড়েনে। হৌজিক মণি-য়াই ময়োনবু পীদনা হনরাইখিরবদি পনথৌ হুংশি মৈচাকনা লাংগোই ময়াই কাবা শাগুম পূকনীং কঞ্জাউ থোইনা লারকড়েনে। বভ্রুবাহন মাঙদা খাঙনা থন্না লেপঙমগে তৌববু কনা লৈবনো। ন্নারম অসি খঙনা মাগী উনবী পূকনীং পেন্নবা অমৃত মহী অথোইববু পীনা হন-ন্নাইহনখিসে হায়না নিংথৌ কোল্লোয় ময়াথংবু না তারবদা মদাইরেম তাংজা লিল্লা অঙম্বা ধৃষ্টরাষ্ট্র পায়মা লৌশিং থোইবনা পাউখুমলকএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও নঙবু তাইবঙ মন্নোন অহম্মানা পীজা পামুদে, পীনা হানয়েংদে হায়না খঙলিবা অত্তনে। তৌইগুম মণি অমৃত শিদবা

---

নিংথৌগী মনাউ। নমু—মী। অমন থমলৈ কৃমকয়োই—শিফয়োই। ইমোম—ইচানূপী। চীংঙু লাইবক থীবী—লাইবক চাউবী। পীখিতহিকলবদি—পীখিদবা খোকলবদি। চেংলৌ মিৎকুপ মরুমদা—মতম ওাহাক্তগী মহূংদা। পাংগন মপা লৈতে—কনবদা পাবিনবা লৈতে। দেবাসুর—(সং) লাই হিংচাবা। কুবের লনমাবা—লনগী মপু কুবের। ভীষ্ম—শান্তনু মহা-রাজগী মচানিপা। হনরাইখিরবদি—হনখ্রবদি। পনথৌ হুংশি মৈচাকনা—মপা হুংশিবগী মৈনা। লারকড়েনে—লাকলগনি। মদাইরেম—মনাই।

অদুবু তাংজা ইরৈপাক্তা য়াইরেন মক্ষম ওইনৈএ হায়বগী লিল্লা ইখোয় ইহাকপু অমর শিদববু ওইরিয়ে। মণি য়াইরংচান অসিবু তাইবঙ নোংসাপান্দা য়াইরেন খূত্তা থূমনা পুখিরবগা নিংথৌ নঙগী তোংজা মহৈ করি লৈবনো? সনা উনগোইমুংদা পূকনীং অরা চঙনা নীংথল্লুগনো। নমু অমন খমলৈ কূমখিরবশিংবু অমরক য়াইবী থরায় হিংবদি খোইয়ম বিধি নোংদম্বা মহাকনবু ঙমলমদরে। ৱারম অসিগী দমকনা তাংজা ইখোয়গী ফনা লমদাংশাংবু য়েংনা থনবিও। অমৃত শিদ মহীবু তাইবঙ নোংসাপান্দা পীখিরবদি লিল্লা পাংগল লৈতনা মহাৎলঙৈনে হায়ববু পায়মা লৌশিং থোইবা তাংজা লিন নিংথৌ-ও নঙনা মখঙলিবা অদুনে। চীনগোই ইয়াথংনা করি হায়-হনশিবনো। তৌইগুম তাইবঙ নমু মী মহাকসাংদি পুনশি চেঙজেন নোংতমসুঙ লাংহৈ কুমশীং য়ামদে। অমন খমলৈ কূমলবসুঙ অমরক য়াইবী থরায় হিংলগুনো হায়না নোংদমলমলবা বিধি মরায়েনবু পাতালপুর খূৎনিংথৌও নঙনা ৱায়েন নোংদম কায়হনবদুম লেপনা থোকলে। থৌরম মতৌ অসিগী তয়ম পায়মা উনগোইমুংদা নীংথল্লু-ববু মণি য়াইরেন মহাক্তি পীনিংদে। নিংথৌ সনা উনগোইমুংগী ৱারম মতীক ওকপদি মতৌও। থৌরম মতৌ অমসুঙ তাংজা ইখোয়গী লিল্লা ইরৈপাক অসিবু গরুড় চেক নিংথৌগী মীচৈ অরুম্ববু ফংদরে।

---

তৌইগুম—তৌইগুম্বসুঙ। ইরৈপাক্তা—ঐখোয়গী লৈবাক্তা। অমর—(সং) শিবা নাইদবা। য়াইরংচান—মনি। তাইবঙ নোংসাপান্দা—সংসারদা, তাইবং পানবদা। তোংজা মহৈ—কায়বা মরম। সনা উনগোইমুংদা—নিংথৌগী সনা পূকনীংদা। নমু অমন খমলৈ কূমখিরবশিংবু—শিগ্রবা মীশিংবু। খোইয়ম বিধি নোংদম্বা—নোংদম্বা লাই। ফনা লমদাংশাংবু—ফগদবা লম্বী। পায়মা লৌশিং থোইবা—বুদ্ধি চঙ্খোনবা। চীনগোই—য়াথং। তাইবঙ নমু মী মহকসাংদি—মীওইবগী হকচাংদি। লাংহৈ কুমশীং য়ামদে—চহী য়ামদে। অমন খমলৈ কূমলবসুঙ—শিরবসু। য়াইবী—থরায়। পাতালপুর খূৎ-নিংথৌও—হে পাতাল লৈবাক্কী নিংথৌ। তয়ম—ননাই। পায়মা উনগোয়-মুংদা নীংথল্লুববু—পূকতা থজকববু। য়াইরেন মহাক্তি পীনীংদে—মণি অলিদি

মাতাম্ব মুনি অথোইবগী য়াথং মীচৈথোম্নসুঙ গরুড় চেংলৌ শক উন- রগুনো হায়রমলে। মুনি থৌজান মরনকুনা তাংজা লিন লৈপাকপু সুংঙাই মরাংকাইনা য়াংগোইরিয়ে। মতৌ কন্নিগীনো লিচা ইনিংথৌ নঙবুহুম পূকনীং শোংকিচঙবনে। অতৈ কনা অমবু উনবী শোংকাঙ নীংলুদে। মণি য়াই ময়োম্না তাইবঙ নোংসাপাম্দা চৎথিন্নবদি খগ পতি পোনবী চেকমিংথৌবু য়োম্দনা তানফংলুরঙেনে। তাংজা ইথোয় পূমনমকসুঙ য়াঙনা চেকলা মচীপ্পাকপু ওইরঙেনে হায়না মন্ত্রি কোল্লোয় ময়াথংবু না তারবদা আনস্তশেষ মনিংথৌদি নিংথৌ য়াথং নোকন- হৌরকএ। লিল্লা ইঙাইরোয় লেংনা তিনবা নঙখোয়বু য়াথং রা তানবদি রারম ফত্তা থোকলে। থৌরম অরায়ববু রারম অচেৎপনে নীংচিল্লে। নমু মীপূম্মনা য়াইবী থরায় হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ রাদা মহৈ কনা লৈররোইএ হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু ধর্ম্ম লৌশিং অচেৎপবু নমদা হুন্না ফত্তা লিনচেন অমস্ববু থঙিল্লে। ময়োন তোম্নৌ- রেনবু থোম্নমা নম্মুকননা মপান কুয়োম লাবু থৌরম অওকপনে নীংলুববু খঙলে খঙলে লৌশিং নখোয়গী নহৌশাবু। রারম মতীক ওকপা মহাক্তা চেৎনা য়াথং রাতানগে তৌববু পূমনা লৈতরিএ। অর্জ্জুন য়াইবী থরায় হিংনবদি মণি য়াইরেন শিদববু হায়দবসুঙ নিংথৌ থরায় ইমিরেন মহাকপু পূকনীং চিংনা লৈতনা পীনীংএ। লৌশিং নথৌরাঙ রাথন নখোয়গী নহৌশা অসিবু কোরৌ অসি সুমিৎমাগী মথৈ লাইজা ঈরেন পুংদা লুপশিল্লো নমু মী মপঙ অপঙবশিংগা লৌশিং রাতান্নবদি

---

পীথোকনীংদে। গরুড়—বিষ্ণুগী শাদোং উচেক। চেক নিংথৌ—উচেক নিংথৌ। সুংঙাই মরাং কায়না য়াংগোইরিয়ে—সুংঙাইনা পাল্লি। ইনোংথৌ —ইনিংথৌ। পূকনীং শোংকি চঙবনে—পূকনীংদা অকিবা লোকপনে। খগপতি—(সং) উচেক নিংথৌ। য়োম্দনা—শোয়দনা, লেপনা। চেকলা মচীপ্পাক—উচেকৌ অচাপোৎ। থৌরম—থবক। অরায়বা—লুদবা। রাতান্নগে—থন্নগে। কোরৌ অসি সুমিৎমগী মথৈ—ওসিদগী হৌহনা। লাইজা ঈরেন পুংদা—সমুদ্রদা। নমু মীমপঙ অপঙবশিংগা—জান তাদবা মীগা,

রারম মত্তীক ওক্তে। পূকনীং ইরৈচিন্নয়ে পার্থ থরায় হিংনবা অমৃত মহী শিদববু পীখিদনা শংলৌ থৌরাঙ পনহল্লবদি গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা কোল্লোয় করি হায়রগবনো? কৃষ্ণ সনা উনগোয়দুংবু পূকনীং দুংঙাই লৈতরবদি তাংজা লিন লৈপাক অসিবু ফত্তা মতৌ থোকনা মাঙনবস্নুঙ কনা খঙলূদরিএ হায়না পাওমেন রাবু না তারবদা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি লৌশিংবনা রাহমখিএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও নঙনা উনগোয় দুংদা পূকনীং অরা চঙলুগনো। অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবা অদুদি কৃষ্ণ লাই মরুপী লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগীনা চেংলৌ মিংকুপমরমদা য়াঙনা য়াইবী থরায় হিংলিঙৈনে। মণি য়াইরেন শিদববু পীনা অক মহৈ কান্নরোইএ। গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবনা গরুড় চেকনিং-থৌবু বাহন শাদোং ওইনা লারকঙৈনে। তাংজা ইখোয়গী লিল্লা য়াইময়োনবু পোনবী মচীঙ্গাকপু ওইনা য়োৎশিনখিরঙৈনে। অস্নুম পাওমেনববু না তারবদা নিংথৌ উনবী পূকনীং লৎনা রাহমলকএ। হে পুন্দরক্ষ লৌশিংবা-ও কোল্লোয় ঐগী ইয়াথংনে। তাংজা অঙম্বা মন্ত্রি য়াথং মপাওমেন জগন্নাথ মপুরেন্না অর্জ্জুন থরায় হিংহল্লঙৈনে হায়না পাওমেন্নবা পুমনমা অসি খৈবিকপু চিত্রাঙ্গদা উলুপী ইমোম লৈমা নীংথিবী অনীমাস্নুঙ ইনোংয়ায় বভ্রুবাহন অকনবদস্নুঙ রারম থাজৈশেংনা খঙহল্লুও। উনবী নঙখোয়বু পূকনীং তপনা ঈশ্বর গোবিন্দ থোইখোইববু নীংজোও হায়রুও। থৌজান মরনকুনা ত্রিভূবন মরোন

---

অপঙবা মীগা। পূকনীং ইরৈচিন্নয়ে—বাথল ককচিল্লে। পনহল্লবদি—খীন-হল্লবদি। কোল্লোয়—য়াথং। পাওমেন বা—হায়বা বা। না তারবদা—তায়বদা। রাহমখিয়ে—বা হায়খিয়ে। উনগোইদুংদা—নপূকনীংদা। কৃষ্ণ লাই মরু—অথোইবা লাই। লোয়না মপাতাউ অচেৎপনিগিনা—য়ামনা চান্নবা মরুপ ওইবনিনা। থোইখোইবনা—অথোইবনা। বাহন—(সং) শাদোং। লারক-ঙৈনে—লাকলগনি। পোনবী মচীঙ্গাকপু ওইনা—উচেকী অচাপোৎ ওইনা। জগন্নাথ—(সং) জগৎকী মপু, ঈশ্বর। ইমোম—ইচানুপী। ইনোংয়ায়—ইশু নিপা। থাজৈশেংবা—তশেং তশেংনা। ঈশ্বর—(সং) লাই। ত্রিভুবন—

অহুম্মকপু লানবিরবা অদুনে। কল্প বৃক্ষ পামেন উপাল শিদবা শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অহুবু পার্থ মনাক সংসঙবদা লেপনা মরৈরবঙেনে। মতৌ অসুম ওইরবদা অর্জুন মানা তৌঙমদববু থৌরম পূমনা লৈররোইএ। রারম অসি খঙনা য়াঙনা হনরাইখিরো হায়না পাওমেল্লবগী পুন্দরক্ষ লোশিংবদি নিংথৌ সনা মখোঙ থাবু তাংজা লুদা থোংনা পুরুমলম-লবগা য়াঙনা মরান ওন্দেরক্লবদা বভ্রুবাহন নিংথৌ মাঙদা থানা শমু মথুৎ লোম্না আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌদি মনি য়াইরংচানবু পীনিংএ। মদাইরেম লিল্লা অঙম্বা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি রাপীহায়বগা য়াথং রা তাম্নরবদা রাখন মতৌ থীনা অমৃত য়াই মহীবু পুরক্তরে হায়না পাউ তম্ববু না তারবদা বভ্রুবাহন কপ্পাউ লাম্মৈ চাকুম মমিৎ কোরী থোকনা মুখ মথা চীকখিবদো থৌহু নুং মকনবু তুমনা পামেন উপুন ওইনা মাঙহনগে তৌবগুম য়াথং অথা থোকনা পাওমেল্লকএ। পনথৌ ইপা হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ রাবু লৈরিবদা তাংজা কনানা মনি য়াই মহীবু গুমপশলিহীকপনো। ব্রহ্মা মহাদেব মহাকনসুঙ শীঙথানরুদে বভ্রুবাহন ঐবু থায়না লহান নোং ইপন অর্জুন তেলহৈবনা চীংঙু নোংথৌ সোরা-রেনগী খাণ্ডব বন তল্লা উমংলেনবু খাম্বী মৈ থাদোকপগুম হন্দক নাগপুর তাংজা লিন লৈপাকপু তাঙ্গোই উৎফুল ওইনা মাঙহল্লগে। জয় মুনিরেম্না হে পরিক্ষীৎ নিংথৌ মপারি জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবা-ও উনবী পুকনীং তপনা না তা-ও। থৌরম মতৌ অসুমনা অমৃত য়াইরেন শিদবা মহাক্তি পীরক্তরে। মহাভারত অথোইবা অসিবু উনবী পুকনীং পীনা না তাজরবশিংদো পাপস্থ পূমনা কোকথঙেনে।

---

মরোন অহুম। কল্প বৃক্ষ— (সং) উপাল শিদবা। পূমনা লৈররোই—করি-মতা লৈররোই। য়াঙনা হনরাইখিরো—থুনা হন্দুনা চৎখ্রো। তাংজা লুদা —মকোক্তা। পুরুমলবগা—খুরুমলবগা। মরান- মযুম। ওন্দেরকলবদা—হন্নকলবদা। মদাইরেম—মনাই। রাপীহায়বগা—অঙবগা। থৌহু- নুং। য়াথং অথাথোকনা—অয়াকপা থোক্লেম্না। ব্রহ্মা—লৈশেম্বা লাই। লহান্নোং থায়না মমাঙৈঙদা। চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগী—লাইনিংথৌ ইন্দ্রগী। তল্লা—উ। নাগপুর—লিন লৈবাক। উনবী পুকনীং পীনা—পুকনীং চঙনা।

য়াইফা-অরান ফংএ। ষষ্ঠীবর সেনগী মপারি গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা লেংলমশৈ অসিবু হে নমু মীওই চঙখোনবা নঙখোয়দি নচীন হরি হরি শোম্না না তাবিও। ছৌজিক অধ্যায় তরামাপল শুখিবা অসিদা পুরুষ নিপারক্তগী রতন সনা মৈখাঙকোনবু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ শিদববু তাংজা লুদা থোংনা থুরুমজরগা থৌরম অসি মতুংগী রারম মতৌ অয়াম্ববু তেংথা পরেং ওইনা শৈথিরক্কে। জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবনা রাহমখিএ। হে জয়মুনিরেনও বভ্রুবাহন অকনবগী কঞ্জাও মতৌ ওম্ভোকপা থৌরম মানা তৌবা পূমনমকপু য়াথং মরী থিনা হায়বিও। পুণ্য থৌরম করম্ববু তৌরকপগী পাংগন মতীক চঙখোনববু ওইরবনো হায়না পাউহংলবগা মুনি পূকনীং হরাউথোইনা হোয় হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও উনবী পূকনীং তপনা না তা-ও। বভ্রুবাহন অকনবদি খাম্বী মৈত্রেং অরাবদা ঘৌফু থাউ হৈজিনবগুম কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা লানমী অথৌ লীচা হেন্না লাংগোই শগোল শামু ফীরান তুলাই রায়রা তেন্দোং তাশোন খংনিং লানফম লৈতেংপোৎ অয়াম্বা পূং পেরে মোইবুং শিঙ্গা খোঞ্জেন মনিন নাই চতুরঙ্গ তেংগোন মঙান চাউনা য়াঙনা যাত্রা থোঙশানখিরে। থোয়দিং মথায়মরম্বু পূকনীং চিংনা লৈতনা রাম্ভ শারায়থৌনা থাজাপূমনা য়োৎকে তান-শিনখিবগুম তাংজা লিন লৈপাক্তা চঙখিরে। নোংশা লাল্লাউথোনবু খোঞ্জেন নোংখাক চৈরোয়ননা লাউরুরে। রাংলেন পূংয়াম য়ৈবগী খোঞ্জেন্না লোইদাম ইঙা থাদা কোরৌ নোংনা ঙংবগুম তেংগোন মনিন

---

ষষ্ঠীবর সেনগী মপারি—ষষ্ঠীবর সেনগী মচানিপা। গঙ্গাদাস সেন—ষষ্ঠীবর সেনগী মচা গঙ্গাদাস সেন্না খৃষ্টগী ১৮ শুবা শতাব্দীদা বেঙ্গলদা লৈরম্মী, মহাকনা মহাভারত ইখি। লেংলমশৈ—লেংলম্বা ঈশৈ। পুরুষ—(সং) নিপা। জন্মেজয়—পরিক্ষীৎ মহারাজগী মচানিপা হস্তিনাপুরগী নিংথৌ। পুণ্য—(সং) অফবা থবক্কী মহৈ। খাম্বী মৈত্রেং—মৈ। ঘৌফু—ঘী চফু। অথৌ লীচা হে।—লান্দা থৌবা। খংনিং—তা জাৎ অমা। যাত্রা থোঙশানখিরে—যাত্রা তৌগ্রে। থাজা—থা। খোঞ্জেন নোংখাক চৈরোয়ননা—নোং খাকপগী

নাই বভ্রুবাহন য়াওরা মখোঙ্গেনবু শাউনা হে তাংজা লিল্লা অঙম্বা লমকেৎপশিংও নঙখোয়বু পাংগন নতীক লৈরবদি ঐগী লানশোক মায়ওক য়ারর-ও। ধৃতরাষ্ট্র কৌবা মন্ত্রি রাখন হৈএ হায়বদো মাবু হান্না লিল্লা মতুপ মতুপ মঙা থোকনা ককথোকখিগে। তাংজা লিন লৈপাক অসিবু তরা চখোম্মাবু ওইনা য়োৎশিল্লগে হায়না লারকপনে। ভগবতী তীর্থ তুখুনলেন মক্তবদা তাংজা লিনগী ঈনা লৈতেং মিৎপু. লংহনগে হায়না কোরৌ নোং শীংজঙনা ফেম্বরকে তৌবগী নোংখাক খোঙেন ঙংবগুম লাউনা পাওমেল্লকএ! পানগন ময়াই থোকনা মণি য়াইরংচানবু লৌগে। পাতালপুর নরৈপাক অসিদা কোল্লোয় মিংচৎরাবু থমলমগে। য়াথং ভক্তি তৌনা নিরঙৈদা পীরক্তরবগী পনখৌ য়াইবী থরায় হিংনবা অমৃত খুৎথুম চন্না মুনখিগে হায়না লারকপনে। অসুম পাওমেন রাবু না তারবগী আনন্ত শেষ তাংজা লিন নিংথৌনা মদাইরেম লিল্লা মরৈপাক পূমনমক্তা ধৃতরাষ্ট্র রাখল লৌশিং হৈবগা কৌনা পাওমেল্লকএ। মণি য়াইময়োনবু পীরৌদরবগী বভ্রুবাহন পাংগনবদি কল্লাউ মখৈ লৈতনা চঙলকলে। অর্জুন রায়রা তেলহৈববু লানশোক মাঙদা থা তেনকাপ মমাঙ থাঙদনা মঙমলবা মহাক্কী লানফম মায়ওক য়াগে তৌববু তাংজা নঙখোয় কনা কনা লৈবনো। কোরৌ অসি হুমিৎমাদি লানকম রাথোক অচৌববু লেপনা মওইরঙৈনে হায়না নীংখল্লে। অসুম পাওমেন রাবু না তারবদা

---

মতমগুমনা। বাংলেন—পুং। কোরৌ নোংনা ঙংথগুম—নোং খোংবগুম। রাওবা—খোঙেন। তাংজা লিল্লা—লিন। লমকেৎপশিংও—লমহেনবশা। তরা—চাক। লারকপনে—লাকপনে। কোরৌ নোং শীংজঙ—বজ্র, নোংমৈ শীংজঙ। ফেম্বরকে—লংথরকে। য়াইরংচান—মণি। কোল্লোয় মিংচৎরাবু—অকবা ইমিং। খুথুম চন্না—ইখুৎ চন্না। অসুম পাওমেনরাবু—মতৌ অসুমনা হায়রবু। মণি য়াইময়োনবু—মণি অথোইবন্থবু। পীরৌদরবগী—পীহোদবগী। কল্লাউ মখৈ লৈতনা—হায়নিঙাই লৈতবা মখৈ শাউহনা। লানকম মায়ওক য়াগে তৌববু—লাবা পাগে তৌবা। কোরৌ অসি হুমিৎমদি—ঙসিদি।

ধৃতরাষ্ট্র লৌশিংবনা রাহমখিয়ে। তাংজা নিংথৌও নঙবু করি পূকনীং চিংনা পোকলুগনো। হৌজিক লিল্লা লানমী পূমনমকপু পুনা হুয়েন লানশোক্লরুঙেনে। তাংজা ইখোয়গী হুরেন আমৌ-মৈদা য়াইবী থল্লায় কনা খাঙঙমগবনো পূকনীং অল্লা চঙনা নীংলুগনো। য়াঙনা নিংথৌ মাঙদা থানা কারক্কে হায়না অস্নুম পাওমেল্লবগা তন্না লানকম লৈতেং পোংলোই শেং, লানমী মীয়াম পু কপ্পাও মৈরাথোকনা চঙখিরে। তাংজা মতীক লৈবা কনা কনাশিংদো লিল্লা তোকলেন থক্তা মরীক চামা চামা শুনা লৈতেং মিংপু লংএ। তাংজা হুথৌ থোইবা খৈবীকপু হুং হাঙ লাউবা য়াওরা খোঞ্জেন ঙংনা ঙংনা চংখিবদো কোটী মপৈ লথা হুম্ফু শুখিরে। হুরেন মঙান মতীকনা অতিয়া নোংলোন মকোয় য়ৌনা লৈতেংনয়ে। তাংজা কনানা মরৈ তম লিল্লা কনানা মমৈ তিং পায়মা নিংসা ফ ফ লাউবা য়াওরা মখোঞ্জেনবু খোঞ্জেন মনিন নাইনা হুয়েন লান শোকনরুরে। তাংজা মশম মশম মশেন লানমী য়াকা য়াকা ফংনা চীকনরবগী কোরৌ নোংথাকখোন কুমলে। তাইবঙ নমু পোং ওইবগা তাংজা লিল্লাথীগা হুয়েন লান শোকনবদো থৌরম মতৌ ওস্থোকপনে। তাংজা লিনগী মরূপনা লিল্লা ময়া-কা হুরেন থাম্বী মৈরী থোকনা কামথোকএ। নমু মীগী মরূপনা রায়রা তেনবী নোংচুননা কাপচিনখিয়ে। নাগপুর তাংজা লিন লৈপাক্তো রায়রা তেনরায়খিবা অদূনা তেনবী লৈচিন ওইনা পূমনা চেংলৌ মিংথোঙ মমলে। মশক অস্নুম তৌনা হুয়েন

---

নীংথল্লে—পূকনীংদা নীংলে। রাহমখিয়ে—রা হায়খি। তাংজা ইনিংথৌও—লিন ঐখোয়গী লৈমাবা-ও। লিল্লা—লিন। ইখোয়গী—ঐখোয়গী। য়াঙনা—থুনা, থীননা। লিল্লা তোকলেনথক্তা—লিনগী মতোক মথক্তা। য়াওরা—খোঞ্জেন। নোংলোন—অতিয়া। খোঞ্জেন মনিন নাইনা—মখোঞ্জেন য়ায়না লাউ খোংহুনা। কোরৌ নোংথাকখোনকুমলে—নোং থাকপগী খোঞ্জেনওমলে। তাংজা লিল্লাথীগা—লিনগা। হুরেন—অকনবা হু। নমু—তাইবঙমী। নাগপুর—লিনগী লৈপাক। রায়রা তেনরায়খিবা—তেম কাপখিবা। চেংলৌ-

লান শোকনববু অমম মথৈ লৈতরে। নমু মীগী মরূপনা য়াম্না অমন খমলৈ কূমলে। হূরেন খাম্বী মৈচাক অকনবা অহুবু খোইয়ম লাই হিংচা মহাক্না কনা খাঙভমদবা অদূনে। অসুম ব্রাম্মরা তেনরাই ঙমদনা লীরুং খুত্তা পায় মায়গৈ চিথেক মরিমকপু কোয়না য়েংনা লৈরবগী বভ্রুবাহন খাম্বী মৈতান লাগুম্বদি কপ্পাউ মৈরা থোক্লকপবু যম অশি খুরাই মহাকনা মীওই লাংওন কনা কনাশিংবু অমন খমলৈ কূমলাইতমদা নমু মিরন লৌগে হায়বগী যম মীহাৎ চৈবু খুত্তা শূনা তানচিল্লকপা তুকুমলে। চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা ব্রায়রা তেন্দোংসুংগী থাজা মচেৎ শাববু লৌনা পান্দম মিৎয়েং চুমনা তেনরায়খিববু ব্রায়রা তেনকাপ অমরক্তা লিল্লা লখা অনীমকপু মতূপ মতূপ মঙাথোকনা ককথৎলবগী লানফম মালেম লৈমায় থক্তা থম্না তাহল্লে। বভ্রুবাহন অকনবদো লিল্লা লানশোকনগে তৌবদা মতীক পাংগল চাওথৎলে। লানফম মখুৎশুসুঙ খুৎলাই মশীং য়াম্না নীংশিংলকএ। তেৎনৌ য়োৎকী শূকয়াইফবা থৌহু সুংগী শূক অকুইবা তিমেন ছুমপান লোঙবা থৌরৈ শীংজঙ শাবা থেঙ্গু চক্র অকোয়বা তেৎনৌ ফেন্দিন নাহুন শাবা তেন কৌব্রাং কোন মানবা খাম্বী মৈগী তেন নোংলেন চাইজি তেনসুঙ খুৎশূ মতীক লৈবা, খুৎলাই মশীং ব্রাম্বা পুমনমা অসি থৈবিকপু লানফম তেংগোন সুংদা কাপশিল্লে। ব্রায়রা তেনবী অমমমনা লিল্লা লখা অনীশুনা তুপথৎলুইএ। তাংজা কনানা মতূপ মঙা থোকএ। লিল্লা কনানা মাপন শুথিয়ে। শুপ্না লানশোক মতৌ কম্বু লৈতরে। তাংজা

---

মিৎথোঙ মমলে—য়েংবদা উদয়ে। মরূপনা—কাঙলুপনা। অমন খমলৈ কূমলে—শিরে। খাম্বী মৈতান লাগুম্বদি—মৈতাল অরাবগুম্বদি। যম অশি খুরাই মহাকনা—অশিবগী লাই মহাকনা। তানচিল্লকপা তুকুমলে—তানশিল্লকপা অহুওম্নে। চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা—মতম ভাইহাক্তংগী মনুংদা। ব্রায়রা তেন্দোংসুংগী—তেন্দোংদগী। থাজা মচেৎ শাববু—থা মচেৎ শাববু। পান্দম মিৎয়েং চুমনা—নিশান মপা চুমনা য়েংদুনা। তেনরায়খিববু—তেন কাপখিববু। মালেম লৈমায়থক্তা—লৈপাক মথক্তা। তেৎনৌ—য়োৎ।

লিনগী ঈনা হুয়েন লানশোককমদো ঈঙাঙ তুখুন ওইনা চেন্নে। মশা লৈখোম ওইরে। তাংজা মকোক তুপখিরবশিংনা লিল্লা মতোকলেন মহাক্কা ঈঙাঙ থকক্কেন চেনবগী ইথিন চাউকোয় লোয়না তাউথোক্লে। তাংজা লিন পূম্মতনা বভ্রুবাহন মায়ওক য়াঙমদরে। হুয়েন লানশোক মতৌ অহুবু কোয়ৌ নোংমতোন্দগী খোইয়ম লেংনতিনবা পূমনমানা চেংলৌ-মিং থিংলবগী হে অর্জ্জুন মপারি নঙবু থোইনা লানশোক মতৌ চঙখোল্লে হায়না পাংগল মতীক থাগৎনখিয়ে। ধৃতরাষ্ট্র হায়না কৌবা মন্ত্রী বাপী হায়বা অহুস্নুঙ তাংজা মতোম হাইহৎনা তুখিরে। লিল্লা লানমী মপৈ কোটী কোটী তিল্লবা অর্ব্বুদ মপৈ অহুম শুনা নোংমল্লে। তাংজা মপারি লিল্লা মনোংয়ায় শাগৈ ঙাইরী পূম্নমকপু মল্লাপ পূমনমকনচিংনা কনা চেংলৌ শকথঙনদরে। লানশোক মতৌ অসুম তৌনা বভ্রুবাহন রায়রা মতেনকাপ্তা তাংজা মতূপ থোক লিল্লা মপৈ য়াম্না ককথৎখিবনা মায়গৈ চিথেক মরিমকপু চেংলৌ মিংথোঙ মমলে। মাল্লং নোংশীং অকনবা মহাক্লা রায়রা তেল্লক খায়না শীংচিনঙমদে। তাংজা মিংচিতোন তাংজা মরৈতোন থৈবিকতা থারুববু রায়রা তেনবুম কাপথোকখিবা পূম্নমকনা তেনবী অরেম্বদা তারুদরে। তাংজা লিনগী লুপ থৈবিক্তি অসুম লানশোক থুবম থীববু তারে। তাংজা কনানা অমৃত শিদহীবু লৌরুরবগা লিল্লা

---

থোহু—নুং। অকুইবা—অশাংবা। তিমেন হুমপান লোঙবা—তা মচীন অহুম কাংবা, ত্রিশূল। কেল্লিন—থুংলাই লাং অমা। নাহুন—থুংলাই মথল অমা। নোংলেন চাইজি—নোং। তাংজা—লিন। লিল্লা—লিন। ঈঙাঙ তুখুন ওইনা চেনলে—ঈনা লৌখোং ওইনা চেন্নে। লিল্লা মতোকলেন—লিনগী মতোক। কোয়ৌ নোংমতোন্দগী—অতিয়াদগী। খোইয়ম লেংনতিনবা পূমনমানা—লাইয়াম লভানা। চেংলৌ মিংথিংলবগী—উরবগী। বাপী হায়বা—লৈবাকী মচীন চংপা অঙবা। অর্ব্বুদ—কোটী তরা। তাংজা মপারি—লিনগী মচা নিপা। লিল্লা মনোংয়ায়—লিন মত। ঙাইরী—মরীং মতা। মাল্লং—নুংশীং। অরেম্বদা তারুদরে—লেমনা মাঙদরে। লুপ—কাঙলুপ, মপৈ। খোংলেম তুমগল্লবগী চেংলৌ মামিং পাঙনা হৌরৎলকপগুম

মতুপ খোকনা তারবা পূম্নমক্কী ভাংজাথক্তা খিকলরবগা খোমজেন ভূমগল্লুবগী চেংলৌ মমিৎ পাঙনা ছোগৎলকপগুম হাৎখি ময়েং তাববু পূমনা লৈত্তনা অমরক ছুয়েন লানশোকনরহীকএ। ভাংজা তোক্লেন থাংনা থাং ছুরেন খাম্বী মৈরোয়ননা লানশোক মাঙগী মতমগুম কোয়না কামশিল্লক্লে। তাংজা মপৈ মপৈ লিল্লা ময়া খিনা তানশিল্লকপবু চেংলৌ মশক উবদা পূকনীং শোংকি চঙবা মশেম্নে, মৈবী শঙাইশেন পাইগুম্মে। মণিপুর ছুয়েন লানচিংলেন খৈবিক্তি লানক্ষম কনা মায়ওক য়ানা লেপঙমদরবগী বভ্রুবাহন মনিংথৌবু তাম্না চেনশিল্লক্লে। মায়থোং চারং কং চীনবান লৈতোন থৎচঙমদনা ছুয়েন লান শোক্লগে হায়ববু পূমনা লৈতরে। তাংজা লিনগী লুপত্তি ছুরেন খাম্বী মৈশা-লাংগুম কামনা ঈনশিল্লকএ। নমু পোংগী মরুপ্তি নোম নোম নিংথৌ মাঙদা থানা চেনশিম্নরক্লে। থৌরম ইখোয়বু মতৌ নত্তনা-পাতালপুর তাংজা লিন লৈপাক্তা চঙলক্লে। লৈরাং অভিংঙাদা অরা ইশৌ লা;না লাম্নংলরে। বভ্রুবাহন মতোম্মনা পনথৌ মপা হাৎএ, তাংজা ইখোয়না হাৎখিরবা লিল্লা ইরানখাকপু ওইখিরবা অসিশিংনস্তু অমন থমলৈ কৃমদরিবগুম অমরক ছুয়েন লান শোকনরহীকএ হায়না পূক্নীং শোংকি চঙনরে। লানক্ষম মতৌ অস্তুমনা উনবী লাঙতরুববু বভ্রুবাহন চেংলৌ মিংথীংলবগী কোলোয় য়াথং নোকনা পাওমেল্লকএ। হে মণিপুর লানমী অথৌবশিংও নঙখোয়বু নিংথৌ ঐবু লৈরিবদা করি

---

—ভূম্নুবদগী মিকপ থোকলকপগুমনা। ভোকলেন থাংনা থাং—মকোক থাংনা থাংগৎত্তুনা। মাঙগী মতমগুম—হাম্নগুমনা। ময়া খিনা—ময়া খিগৎত্তুনা, ময়া কাথৎত্তুনা। শোংকি চঙবা—অকিবা পোকপা। ছুয়েন লানচিংলেন—লানগী লুচিংবা। লৈতোন থৎচঙমদনা—মরৈ থৎপা ঙমদনা, থা চাওবা ঙমদনা। নমু পোংগী মরুপ্তি—তাইবং মীওইবশিং অত্তুদি। লৈরাং অভিং-ঙাদা-কাম্নদবা অরেম্বদা। লাম্নংলরে—অথাবা তারয়ে। ইরানথাক—ঐখোয়না লাম্না মায়থীবা পীথরবা। অমন থমলৈ কৃমদরিবগুম—শিদরিবগুম। শাৎথাবা—অপোকপা মপা। মচি-মরু ওইবা। পোনবী—উচেক।

পূকনীং অকি চঙলুবনো। অর্জুন শাৎমাবা মহাকপু য়াইবী থরাম হাঁৎলবদা তাংজা লিল্লাথী মাথোয় অসিশিংবুদি নাপী মশুং মানগুম্বনে হায়না পাওমেল্লবগা উনবী পূকনীং চেৎনা থৌরম মচি থল্লা পোনবী ল্লাহোং তেন অমবু লৌরী তেনকা থোংনা কাপশিনখিরবদা লিল্লা কৌটী লখামাবু মচীঙ্গাকপু ওইনা য়োৎহৎলুরে। পোনবী চামনৃথীবু ওইনা ফাযদোকলকপা খৈবিক্তা অমৃত শিদহীবু থীকলুরবগা তন্না তন্না তাংজা শিদরিবগুম অমরক হুয়েন লান শোকনরহীকএ। লিল্লা কৌঙ্গায় মকপমাবু পোনবী চীন্দা য়োৎলিঙে মরূপ কোঙ্গায় হিংলকপনা লানফম মাঙদা থানা শোকনরৈএ। নমূ মীগী মরূপতুম লখা কোটী অনী শুনা নোংমন্নরে। তাংজা তন্না তন্না হিংখৎলকপা অহুবু চেংলৌ মিৎথীৎলবগী বভ্রুবাহন অকনবদি লোইদাম কালেন থাগী কৌরৌ হুমিং য়ুংখাকপা নোংশা মঙান মৈগুম কল্লাউ মৈচাকথোইরক্লে। লানফম মতৌ তমথীবদা সমুদ্র ঈরেন পূঙ্গুম্মে। খূৎশূ মাখঙ মহৈসুঙ পন্থৌ মপা পার্থ তেলহৈবা মহাকপু মতীক অনী থোইএ। মথৌ পাংগল মহাকসুঙ মীওই কনা মান্নদে। চোয়নৌ সনা চীংগী নোংশা মতম মানগুম্মে। লানফম মখূৎশূসুঙ খূৎশূ মশীঙ য়ামনা থঙহৈএ। হুয়েন লানশোক তমথীবদা পণ্ডিৎ নীপা থোকপবু ওইল্লিবা অদূনে। চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা তাংজা লিনবু ঙমনবা তেনবী মখূৎশূবু নীংশিংলুরবগী ল্লায়ল্লা তেন্দোংন্নুংগী তেনখোক সনা য়োম্বা হেরা-মণি মিন্নেংশেন থাম্বা পোনবী ল্লাহোংতুনা ল্লায়ল্লা তেন্না চনবা চুহী থুমথোই তেন মক্তবা অহুবু বভ্রুবাহন অকনবনা মায়গৈ চিথৈক থল্লা য়াঙনা কাপশিনখিরবগী তাংজা মশীঙ লাকঙমদবা খৈবিকপু

পোনবী চামনবী - উচেকনা চাগ্রগা কায়দোরকপা অমাংবা। লিল্লা কোঙায় —লিম মপৈ মপৈ। নমূ—তাইবং মী। নোংমন্নরে—শিরে। তন্না তন্না—থুনা থুনা, থূদক থূদক্তা। লোইদ'ম—থা। কোরৌ হুমিং য়ুংখাকপা—হুমিং চপ য়ুংবা। মীওই কনা মান্নদে—মী অতৈগা মান্নদে। তেনবী—তেন। ল্লায়ল্লা তেন্দোংন্নুংগী—[তেন্দোংদগী। তেনখোক—তেন মখোক।

লিল্লা হকসাং পূম্না লূপলে। অময়ক থূংশূ মচি ওইববু থম্না পিপীলিকা কৌবা রায়ম্না ককচেং তেনবু কাপখিহিক্লবগী লিল্লা মহকসাং পূম্নমক্তা মিংয়েং শানখৈখিবা খৈবিক্তা ককচেং লূচাউবীচা রাংতাপু নতাইরে। চুহী থুমখোই পাম্বগী তাংজা লিল্লা পূম্নমক্তা ককচেং য়ানা ফংনা চীকলূববু থোকলূরে। চুহী থুমখোইবনে ককচেং লূচাউবী চানে রায়রা তেঙ্গৌম্না পানবগী অথুপ্পনে হায়ববু তাংজা লিল্লা পূম্নমকনা কনা থাঙভমদরে। লানশোক মতৌ অস্নুম বভ্রুবাহন অকনর্বনা রায়রা ককচেং তেনবু হম্না হম্না মকাপশিনখিরবগী তাংজা মকোকতোন লিল্লা মমৈতোন তাংজা মতোকলেন খৈবিক্তা ককচেং চীনগোইচম্না য়াওজরে। লানফম তেংগোম্নং অত্তুস্নুঙ চুহী ঈচেম্নরে। তাংজা লিনশক উদনা ককচেং য়ানা ফংলূববু লিল্লা মমায় মমিং তাংজা মপূক মনম থাক্তনা হকসাং পূমনা য়োমলে। হন্নেন লানশোক অস্নুম তৌনা আনস্ত মরৈপাক্তগী তাংজা লিল্লা খৈবিক্তা ককচেং চীনগোয় চম্না নোংমনহল্লে। অমৃত শিদহীবু লৌনা তাংজা থক্তা খীকপিগে হায়ববু কনা উনবী পূকনীংশিং লৈতরে। ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রী রাপীহায়বা মহাকস্মৃঙ থরো কাঃঙতুম ওনগুম থাঙলে। বভ্রুবাহন রায়রা মতেঞ্চাদা নোংমনবদি তাংজা লিল্লা মশীং লাকনা কনা হায়রুঙমলরোইএ। তেনপান অনা থাঙভমদনা লৈরিবশিংনা মন্ত্রি লৌশিংবা অত্তবু য়াথং লাখা থোকনা হায়হৎলে। নিংথৌ সনা ময়াথংবু ইন্দনা তাংজা ইথোয় পূমনমকপু অরা মথৈ লৈতনা লাম্নংহল্লে। নমু

---

মশীংলাকঙমদবা—মশীং থীবা ঙমদবা। মচি ওইববু—মক ওইববু। পিপীলিকা—(বাং) ককচেং। মিংয়েং শানখৈখিবা খৈবিক্তা—য়েংথোকখিবা থূদিংমক্তা। লূচাউবী চা—ককচেং। রায়রা ককচেং তেন—ককচেংগী তেন। লিল্লা মমৈতোন—লিনগী মৈতোন। তাংজা মতোকলেন—লিন মতোক। ককচেং চীনগোইচম্না য়াওজরে—ককচেংনা চীকলে। য়াওজরে—চীকথংলে, চাংথোক্লে। নোংমনহল্লে—শিহল্লে। রাপী হায়বা—লৈবাক্কী মচীন তোঙবা অঙবা। মতেঞ্চাদা—মাপী তেঙ্গা। লাম্নংলে—অবাবা তায়ে। মীথূংপাক্তা

মীথূৎপাক্তা করম নোংমনশিবনো। লিল্লা তাল্লোয় ইরুম্বী ইপারি ইমোম হুংচানপীবু চেংলৌ শকউ ফংলয়োইএ। লাংওন ইখোয়গী ইপোকললকখৈগী মখৈবু অরা অসুম লাম্নংলকপদি পূমনা লৈতরিয়ে হায়না কোল্লোয় য়াথং ওংহৎনরে। ধৃতরাষ্ট্র মহাকসুঙ অরা মৈশা খাঙওমদরবগী ভগবতী-তীর্থ ঈরেনপূংদা লূপনা লানফম মৈশা খাঙনয়ে। তাংজা লিল্লা পূমনমাসুঙ ওমনা অরা পোথানরে। বভ্রুবাহন অকনবদি লিল্লা মতৌ উবদা য়াওরা মখোল্লেনবু য়াথং খাকনা খাকনা নোকনরে। জয় মুনিরেন্না য়াহমখিয়ে। হে জন্মেজয় নিংথৌ পূণ্য লিংচেন চেনবা-ও থৌরম মতৌ অসুম তৌনা পনথৌ মপা হিংনবা শংলৌ থৌরাঙ চেৎনা হুয়েন লান শোক্লরুবগী তাংজা লিন লৈপাকপু ওমজৈএ। লিল্লা লানমী পূমনমকসুঙ লানশোক হেল্লিন ওমদনা মতোম মতোম চেন্নখিরে। মন্ত্রি য়াপীহায়বসুঙ তাংজা তোকলেন হাইফংনা নিংথৌ মাঙদা চেনশিল্লকলে। লিল্লা কনা কনাশিংগী ওকশম মরৈতোন তাংজা মকোক মমৈতোন য়ারেন মতা হেনবা চেংলৌ মিংকোয়থোং পূমনমকপু চেংলৌ মশক থী লিল্লা মওঙ মাঙনা ককথেক য়ানথৎলকপবু চেংলৌ মিংথীলবগী ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রী লৌশিংববু কৌনা পাওমেল্লকএ। মতৌ করিগীনো তাংজা নখোয়বু নমৈ ননা তূপ লিল্লা তোকলেন হাইফংনা হুয়েন লান চেল্লকপা অসিবু নিংথৌ ইমাং শংশঙবদা কোল্লোয় নাপন য়াংখিবদো হৌজিক য়াথং মহে করি

---

—মীগী মথুত্তা। তাল্লোয় ইরুম্বী—ইতু। ইপারি ইমোম হুংচানপীবু—হুংশিন্নবা ইচা নিপা অমসুঙ ইচা নূপী। লাংওন—মপোক। য়াওরা—খোল্লেন। পূণ্য—অফবা থবক্তো মহৈ। মতোম মতোম—মহৈ মহৈ, মথন মথন্দা। য়ারেন—য়া। লিল্লা—লিন। তোকলেন—মত্তোক। ইমাঙ শংশঙবদা—ঐগী মাঙদা ভগেং ভগেংনা। কোল্লোয় নাপন য়াংখিবদো—নাপন তৌখিবদো, যাহৈ ওনখিবদো। কোল্লোয় য়াথং অনোনবা—নোম্লকপা যাহৈ। চৈরোয়ননা—লোয়ননা। মনিয়াইয়ংচান—মণি। *মদাইরেম—মনাই। নাগেশ্বর—(সং) লিনগী মবুংঙো, লিন নিংথৌ। লিল্লা ইনিংথৌ—লিন ঐথোয়গী

লৈহন্দরবনো। থৌরম অসি খঙনা কোল্লোয় পাওমেনববু য়াথং মত্তুং ইনবিদরবগী অন্না মখৈ লৈতবদা তাররে। নিংথৌ সনা ময়াথংবু পূকনীং থৌওই লৈতবগী লমচৎ মহোশাদি থৌরম মতৌ অসিনে। হৌজিক অমৃত শিদমহীসুঙ কোল্লোয় য়াথং অনোনববু চৈরোয়ননা পীরুরঙৈনে। মণিয়াইরংচান মহাকস্তুঙ পীনা মায়থী ময়েং তাববু থোকহল্লে হায়না নিংথৌ সনা ময়াথংবু না তারবদা মদাইরেম ধৃতরাষ্ট্র কৌবা অতুনা তাংজা মরু লূক ভক্তি য়াথং অমেঙবনা হায়জখিরে। হে নাগেশ্বর লিল্লা ইনিংথৌও ঐগী ইতৌ অয়োনববু লৌবিরগুনো ননোংয়ায় বভ্রুবাহন অকনবগী নিংথৌ মাঙদা থানা চঙলু ঙমলরোইএ। আনন্তশেষ তাংজা লিল্লা নিংথৌ-ও নহাকনা অমৃত শিদ মহীবু পুনা নিংথৌ মাঙওইননা চৎপীও। নদাইরেম ঐদি হৈনা নত্তুং ইঙ্গগে। লিল্লা ইনিংথৌ-ও নঙবু নত্তনা য়াইবী থরায় ঙাকপিগে তৌববু কনা লৈতরে হায়না পাওমেঙ্গববু না-তারবদা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি রাপী হায়বা নঙদি লৌশিং অমরক হন্না জুক্তি রাখন্নগে তৌববু পূমনা লৈতরে হায়না পাওমেল্লবগা আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌদি চৈরৈ ফীরোয় মক্তবা চোয়নৌ সনা লন মরু লূপা কোল্লাং চানগা কর্পূর মনম হুংশি-বস্তুঙ পানা ক্বা পুংবুরেমনা মণি অমৃত শিদহী অথোইবা মহাকা চেংলৌ মিংকূপ মরমদা বভ্রুবাহন মাঙদা থানা চঙখিরে হায়দবরা? মণিপুর লানফম তেংগোম্ংলমদি য়াইফা মথোই তোংলবগী হুংঙাই

---

নিংথৌ, লিন লৈমাবা। অয়োনবা—অয়ানবা, দোষ। ননোংয়াই—নশূ। মাঙওইননা—মাঙদা চিংনা, মাঙ থানা। হৈনা নত্তুং ইঙ্গগে—নহাকী তুং ইঙ্গগে। চোয়নৌ—সনা। লন মরু—অথোইবা লন। লূপা কোল্লাংচান—লূপা। পুংবু রেমনা—পুংবুরেম থেম্মাই লাংনা। য়াইফা মথোই তোংল-বগী—মদল ওইরবগী। বাত ভাণ্ড—(সং) পুং। লেঙামএ—লৈরম্মে। লৈমাবগা—নিংথৌগা। ইনোংয়োয়—ইশূ নিপা। মীচাপোক—অতোপ্পা ফনাওবনা পোকপা মচা। ইমোম—ইচানূপী। ঙাইরি—মরী মতা, ঙাই ওইবগী মরী। নয়ু—নপু। অয়োনবদু—দোষ, অয়ানববু। অওকপা—

মরাং কায়  পুকনীং হয়াউ থোইনা বান্ধ ভাগু পুংয়াম য়ৈবগী তেংগোল মনিন নায়্‌না লৈঙামএ। মণিপুর লৈমাবগা তাংজা লিল্লা নিংথৌগা চেংলো শক উনকরে। বভ্রুবাহন অকনববু কোল্লোয় য়াথং অথেম্বনা পাওমেল্লুইএ। হে ইনোংয়ায় মণিপুর লৈমাবা নঙবু তুংঙান মীচা-পোক কনা নত্তে। পল্লেম নমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগা ইমোম উলুপী নীংথিবীগা অনীমাসুঙ হকসাং তুংঙানবনে নীংলুগনো। চেংলো মশক অমত্তনে। য়ারম অসিগী দমক পাংগন নথোক লকপা নঙবু নিংথৌ ইনোংয়ায় শ্রীহরি থৌজান অচেৎপা মহাকনে। থৌরম অসি থঙনা নুমু নিংথৌ ঐগী ইতৌ অয়োনববু লৌবিগনো। হুয়েন লান শোক-নখিবা অসিসুঙ ক্ষেত্রি ধর্ম্ম হৌনা মরমচৎ অচেৎপনে। পনথৌ নপা হিংহনগে হায়রগী দমক নঙনা লানফম পুকনীং ইমা শোকনরবা অসিসুঙ থৌরম মতৌ অওকপা মহাকনে হায়না সন্দেশ খুৎথোন পুরকপা থৈবিকসুঙ অমৃত শিদহী মহাক্কা চৈরোয়ননা বভ্রুবাহন মথুৎপাক্তা থৌজান খুৎশিন্নরে। পম্থৌ নপা অর্জ্জুন তেলহৈবা অদুবু নিংথৌ ঐগী মাকলোরেম হুংচানবা মহাকনে। মাবু য়াইবী থরায় হিংনবা শংলো থৌরাঙ থীন্দনা তৌরুরো। হে পাংগল মীওই চঙ-খোনবা নঙবু মণিপুর নরৈপাকপু ইন্তানখিরো অমন থমলৈ কুমলবা নমু মীহকসাংশিংবু মতম নোংশাং কুইনা থমফদবনে হায়না পাও-মেল্লবদা বভ্রুবাহন পানকনবনা হোয় হে পল্লেম ইমা পোকপা ইয়ু খোইমোম লাইওইনবা-ও নঙগী নিংথৌ সনা নয়াথং অমৃত ঈথীল্লবগুম্ পাওমেন অসিবু না তাবদা থোইনা হুংঙাই পুকনীং পেল্লে। ইয়ু

---

থৌকম পোকপা, তৌবা হৌনবা। খুৎশিন্নরে—মথুৎতা পীরে। মাকলোরেম মন্নাক নিপা। অমন থমলৈ কুমলবা—শিরবা। ইয়ু—ইবুথৌ। খোইমোম—নাই। নমন কুনা—নঙগী খোকাম্না। ইপা শাৎপাববু—ঐবু পোকপা ইপাবু। মীয়াম ভাইয়োননা—মী ময়াম্‌গা লোয়ননা। মাঙনা—খুনা, মীকনা। খাইথুংলদবিদৈ—য়ৌত্রিঙৈদা। লায়কলে—মাকলে, খোল্লোই মকলে। ময়াম লোনত্নিময়ায়দা—ময়মদা। খাইথুংলবগা—য়ৌবরুগা।

থৌজান নরনকুনা লেপনা পন্থৌ ইপা শাৎমাববু য়াইবী থব্রায় ছিংলি- ঙৈনে হায়ববু শংশঙ তাঙনা খঙজরে হায়না সনা মখোঙ থাদা হন্না খুরুমললমনবগা মীয়াম ঙাইরোয়ননা নিংথৌ মরৈপাকপু য়াঙনা য়িস্তান- খিরে। কোরৌ নুমিৎ কয়ামরমদা মণিপুর মরৈপাকপু রাইথুংলুদরিঙৈ আনন্ত তাংজা লিন লৈপাক মহাক্তদি মদাইরেম লিল্লা অঙম্বদা নিংথৌ ঐবু মণিপুর লৈপাক্তা য়াঙনা চৎলঙৈনে হায়না কোল্লোয় য়াথং ইম্থোক্লবগী নিংথৌ লমচৎ মতুং ইন, পোৎলোই মশীং য়ামনা তাংজা লিল্লা পূন্নমকপু ঙাইরোয়ননা লারকলে। থৌরম অসি মতুংদা মদাইরেম ধৃতরাষ্ট্র অঙম্বনা মরান লোনয়িমযায়দা রাইথুংলবগা মপারি দুর্ব্বুধি কুর্ব্বুধি হায়না কৌবা অনীমকপু কোল্লোয় মমিং পন্না পাও- মেল্লুইএ। পারি নবিঙঙাবু লৈরিঙৈদা মায়থী ইয়েংতানা লান্নংবা অসুম্বদি তাংজা ঈতীক ওইদে। লিল্লা ইতোকলেন হাইফৎলকপা অসিবু চেংলৌ নমিৎ থীংনা য়েংও। য়াথং অমরক হন্না করি হায়- হৌঙাইবু লৈতরে। ন্নারম মতৌ অসিগীদমক পন্থৌ মপা অর্জ্জুন পাংগনবগী তাংজা লুরেন তুপথোক্লবা অহুবু মতম খঙলৌহন্দনা য়াঙনা লৌরকলুও। তাংজা লুরেনতোনবু লৈতরবদা অমৃত খুৎথুমচন্না পুখিরবা অহুনা মহৈ কনা লৈররোইএ। থৌরাঙ মতৌ অসিবু পারি নবিংঙাবু য়েল্লাং ঙমদম থীনগুনো। পন্থৌ শাৎমাবগী মায়থী ময়েং তাবা পূন্নমকপু তাংজা ইকাই ঙাকলবতুম মচা মানা পোকপগী ধর্ম্ম

---

মপারি—মচা নিপা। নবিঙঙা—নখোয় অনী। লিল্লা—লিন। ইতোক- লেন—ঐগী ইতোক। তাংজা লুরেন—মকোক। খঙলৌহন্দনা—খঙহন্দনা। খুৎথুমচন্না পুখিরবা—মখুৎনা পায়দুনা পুথ্রবা। য়েল্লাং ঙমদম থানগুনো— থৌরাঙ তৌবা তপকনু। কল্লাউ মৈয়া থোকনা—মৈ হৌনা শাউরদুনা। ইস্তানখিরে—য়েনননা চৎখরে। অমন খমলৈ কুমনা—শিদুনা। রাইথুং- লুরে—য়োক্লরে। মোমদু—নুপী। মুচারূপ—নুপী কাওলুপ, নুপী ময়াম। মীকপঙাম্মে—কপলম্মে। মুনি মীচৈথোন্না—মুনিগী শাপনা। উমংলেন— অশোঙবা অদন। ঙাকনা লৈরিবা—ঙাক্তনা লৈরিবা। মিৎয়েং

মথোই তোংবা-ও কৌএ হায়না পাওমেনববু না তারবদা পম্মৌ মপা শাৎমাবগী তাংজা তোকলেন হাইফৎলকপগা মপারি হুংচানবা অনীমক্তো কক্লাউ মৈরাথোকনা য়াওনা ইত্তানখিরে। মণিপুর মরৈপাক্তা অর্জ্জুন বৃষকেতু পম্মৌ মপা মচা অনীমানা অমন খমলৈকুমনা লৈরিবা অহুদা য়াওনা রাইথুংলুরে। মোমহু হুচারুপ হকসাং পানকন মথোকপা খৈবিকস্নুও অর্জ্জুন শমু মহকসাং তাংজা লুরেন লৈতরবা অহুবু কোমা মীকপওামে। মতম অস্নুম ওইরিঙৈদা তাংজা লিল্লা অনীমক্তি নমু কনাগুম্ববু থওহন্দনা অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমকী তাংজা লুরেনতোনবু হুখিরে। মুনি মীচৈথোম্না গরুড় চেকনিংথৌনা চাক্তাকম বকদস্ত হায়না কৌবা নারক উমংলেন অথোইবদা হুক্লিল্লুরে। অর্জ্জুন শমু মহাকসাংবু ওাকনা লৈরিবা পূন্নমক্তি তাংজা লুরেনতোনবু মিৎয়েং শানখৈদরবগী হুংপও ইরৈচম্না হি হি মতৌ করিনো হায়না উনবী পূকনীং ওকনা নীংথমরিঙৈ চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমাস্নুও থরায় নোংদা কা মিপাই লাইথংনমা মীকপনরে। বভ্রুবাহন ইপারিদি পম্মৌ য়াইবী থরায় হিংনবা নমু কনানা য়োঁওমদবা পাতালপুর তাংজা লিন লৈপাক-তগী শংলৌ থৌরাও লুমনা মণি য়াই মহী শিদবস্নুও পুরকলে হায়ববু না তারে। তাংজা লুরেনতোনবু লৈতরবা অসিদা য়াইরেন থূৎতা থুমনা পুরকপদো লৈরাং অতিংওাবু মওইরবঙেনে। হা হা থোইমোম নোংদম্বাও বিধি নরায়েনবু করম নোংওমবিরম্বনো থওদরে হায়না মালেম লৈমায়থক্তা শমু থোওবু থীম্না মীকপলে। মায়গৈ মথোও উদনা চেংলৌ মিৎথোও মমলে। পূকনীং ইরৈচম্না লৌশিং মথোও থওদরে। মতৌ করম ওইও হায়বনো হে ইবুংঙো দৈবকী পাম্না

---

শানখৈদরবগী—উম্রহুনা। হুংপও ইরৈচম্না—তোকম মকম মরাং থওদনা। উনবী—পূকনীং। নীংথমরিঙৈদা—থমহুনা লৈরিঙৈদা। থরায় নোংদা কা মিপাই লাইথংনমা—থরক হনগৎহুনা। য়াইরেন—মণি অথোইবা। লৈরাং অতিংওাবু মওইরবঙেনে—অয়েবা করিহু কাম্নদবা তারগনি। পূকনীং ইরৈচম্না—মপূকতা থনকম শাককম থওদনা। দৈবকী—বসুদেবগী মুপী,

উনগোয়স্নুংগী মাউনৌবা শ্রীকৃষ্ণ নীংথিবা নঙবু নত্তনা পানকন কনা লৈভরে, থরায় ইম্নিরেনগী ইবুংঙ অর্জুন য়ায়না তেনহৈবা অসিবু লোয়না নঙগী নপাতাউ অচেৎপনে হায়বা নত্তবরা ? হৌজিক মতম অসিদা চীংঙ নথৌজানবু করি থৌজান নম্মুকনবিয়বনো ? হে বিধি নোংতম মথককী হে বিধাতা মপুরেন অথোইবা-ও হায়না মীকপ তেংথা চৈয়োয়ননা খুরুমজখিয়ে। হে দেব হরি নারায়ণ অথোইবা-ও হে নরসিংহ শনথোম সমুত্র অহিংবদা য়াহিপ্পা, হে লক্ষ্মীনাথ মপুরেন অথোইবা নঙবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। হে গোবিন্দ শ্রীভগবান হে বসুদেবগী মপারি, শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম খুৎশূ মরিমানা হেনমোইনরিবা নঙবু খুরুম্বনে। হে ইবুংঙ ব্রহ্ম অথোইবা মথকী পরব্রহ্ম মপুরেনও হায়না শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু রাণীশ্বরী শানৌ মচীন মনাউনা য়াথং লৈশিলৈথোম্ননা মীকপলে। থৌরম অসুম ওইরিঙৈ বভ্রুবাহন অকনবদি মণিয়াইরেন শিদববু পুনা য়াইথুংলববু তাংজা লুরেনতোনবু লৈঙমদরবগী কোরৌ নোংশীংজঙনা লুরাই কোয়রেনথক্তা কেম্বরকপা-তুকুমলে। য়াহু শানা ফংবগুম লৌশিং পুকথোঙ মাঙলে চেংলৌ মায়থোং মকলে। চীনবান লৈতোন খৎনা য়াথং হায়থোকঙমতা, পম্মৌ য়াইবী থরায় হিংবা ঙমলয়োই হায়না মাল্লেম লৈদা ওন্না মীকপলে। তাইবঙ নমু পোংওইবা থোইমোম লাই করম্বনা পম্মৌ তাংজা লুরেনতোনবু হুথিরবনো ? চীংঙ ব্রহ্মা অশেম্বা, মহাদেব

---

শ্রীকৃষ্ণগী মমা। পায়মা উনগোয় মুংগী—গর্ভদগী। মাউনৌবা—পোকপা। নপাতাউ অচেৎপা—লুনা তিন্নবা মরুপ।

বিধি—ব্রহ্মা। বিধাতা—ব্রহ্মা। দেব—লাই। নরসিংহ—বিষ্ণু। লক্ষ্মী নাথ—লক্ষ্মীগী মবুংতো। শঙ্খ—(সং) মোইবুং। পদ্ম—(সং) থম্বাল। হেনমোইনরিবা—লৈতেংলিবা। রাণীশ্বরী—রাণী ঈশ্বরী, অথোইবী রাণী। লৈঙমদরবগী—লৈয়মত্রবগীদমক। কোরৌ নোংশীংজঙনা—বজ্রনা। লুরাই কোয়রেনথক্তা—লোবাই লুতোম্বা। কেম্বরকপা—তারকপা। তুকুমলে—অহুঙমলে। তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। চীংঙ ব্রহ্মা অশেম্বা—

লাইয়িংখৌ, ইন্দ্র সোরারেন খোইমোম মাখোয় অসি খৈবিকনরিঙৈ অতে কনানা লৌথি ঙমলরোই। থৌরম মতৌ অছু নত্তনা ব্রহ্মাণ্ড তাইবঙ নোংসাপান অসিবু পম্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু খঙননবা মালেম মথক মথা ওন্না কাওথোকলসিবরা? খোইমোম লাইগী নোংদমনা পম্থৌ য়াইবী থরায় মাঙহল্লবগী হকসাং য়োয়ওই ওন্নবা শংলৌ থৌরাংজরবদা পম্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু করম ছুখিঙমলবনো। হে পম্থৌ ইপা ইপা হায়না য়াওরা মখোঞ্জেনবু রাংনা কৌরবগা উংফুন নোংলৈথক্তা ভুখিরে। থৌরম করিগুম্বদগী গল্লেম ইমা পোকমাবীবু বেশ্যা হামবোইবীনে হায়না পাউমেনচিল্লবগী দমক পায়মা লৌশিং তোল্লবা ঐনা পঙনা তিল্লাং ইখোয়শাউনা পম্থৌ য়াইবী থরায় মাঙহল্লুরে। খঙলে খঙলে ঐগী লৌশিং ইহৌশা অসিবু তনবা নিপা৽ লুপ পুন্নমক্তগী খাম্বী মৈতান শিগুম্ববু লেপনা ওইরে। মতৌ করিগীনো ইন্নুং খোমলেন মঙলানচান্নে হায়রসো হা হা কৃষ্ণ দেব লীক শুমেরুবু ওইনবা নঙবু নত্তনা পানকন চৈশৌ ওইনববু কনা লৈতরে। অর্জ্জুন পম্থৌ ইপা শাৎমাবদা থৌজান নঙগী নহৌশাবু করি লৈবিত্রবনো? হা যত্নমণি অথোইবা-ও থৌরাঙ মতৌ ওম্থোকএ। থৌজান নম্মুক-নমল্লে মরম করিগীনো? অর্জ্জুন লোয়না নপাতাউবু দ্বারিকা নরৈপাক্তা করম ফাওরুদবনো। হে বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ শিদবা নঙনা মণিপুর ইরৈপাক্তা কৃষ্ণ চেংলৌ শক উহন্দরবদি অর্জ্জুন পম্থৌ ইপা শাৎমাবা ইশানৌ বৃষকেতু অনীমকপু লেপনা য়াইবী থরায় হিংল-রোইএ হায়না খঙলে। জয়মুনিরেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও উনবী

---

লৈশেম্বা লাই ব্রহ্মা। মহাদেব—শিব। ইন্দ্র—সোরারেন। ব্রহ্মাণ্ড—তাইবংপান। খোইমোম লাইগী নোংদমনা—ঈশ্বরনা ভমহুনা। পোকমাবী—ইমা। বেশ্যা হামবোইবা—ওক্তবী নুপী। পায়মা লৌশিং তোল্লবা—হাথন খেল্লবা। খাম্বী মৈতানশিগুম—মৈতান অশিবগুম। ইন্নুং—অহিং। খোমলেন মঙলানচান—মঙ। যত্নমনি—শ্রীকৃষ্ণ। লোয়না নপাতাউবু—নহাক্কী চান্নবা মরুপ্পু। বাসুদেব—শ্রীকৃষ্ণ, বসুদেবগী মচানিপা। চেংলৌ—শক। ইপা

পূকনীং ঙপনা না-তা-ও। বভ্রুবাহন পাংগনবনা মালেম লৈখাম্বুংদা চঙনা হুয়েন লানশোক্লরুবা অমৃত য়াই মহীবু লৌরুবা কস্তা লিনচেনথীবা লিল্লা মচীন মনাউনা তাংজা লুরেন হূনা থমলুবা, বভ্রুবাহন পানকনবনা মাল্লেম লৈদা ওন্না মীকপ্পা য়ারম অসি থৈবিকপু সূপনা নিংথৌ নমাঙ সংসঙবদা য়াহমখিরবনে। চীংঙু লাইবক ফবা নমু কনাগুম্বশিংনা উনবী পূকনীং পীনা না তাজরবদি পূণ্য মপৈ য়ামনা তিল্লুরবা অত্থনে। তাইবঙ নমু পোংওইবা অসিদো নোংদম ওয়ওইনরিঙৈদি থৌরম অফ শেমলবস্তুঙ মতৌ ওন্নতৈনবদা মতাক্লইএ। মণিপুর লৈমাবনা পস্থৌ মপা হিংনবা শংলৌ থৌরাঙজরবা মহাক্তল অমরক থৌরম য়ৈখাম্নথোকঙম্মে। খোইমোম লাইগী নোংদম অসিবু কনা খঙলুঙমসিবনো ? তাইবঙ নমু পোং ওইবশিংনা লৈরাং অতিংঙাদা পূকনীং নাপন য়াংএ। মীওই লাংওললকঙৈগী মথৈবু অমন খমলৈ কূম্ববু নকনা চহৈ মপুন্সিস্তুঙ য়ামদবা অত্থুনা থৌরম নাপন য়াংবদি অমন খমলৈ কূমলোইতৌবগুম লাক্লরিয়ে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও থৌরম লৈবা থৈবিক্তগী মচি লন মরু অচেৎপদি কৃষ্ণ সনা খূয়া থম্বাললৈবু নঙাইরেহায়না থঙজরবা নমু মীওই চঞ্জোনবশিংনা শ্রীকৃষ্ণ সনা মথোঙখাবু উনবী পূকনীং চেৎনা নীংজরবগা য়াকয়ৈ হিবু ওইনা লাম্লৈএ। কৃষ্ণ সনা খূয়া থম্বাল লৈগী য়াকয়ৈ হিমন ওইনবদি ভক্তি সত্য ধর্ম্ম অত্থুম্মানে। হিমন মতীক ফংদরিবা নমু কনাগুম্বশিংনা য়াকয়ৈ পঙনা হিতোংফংলুদে। থৌরম অসি খঙনা হে নমু মীওই চঞ্জোনবশিংও ভক্তি পূকনীং চেৎনা নীংজা-ও। ষষ্ঠীবরসেনগী মপারি

---

শাৎমাবা—ঐবু পোকপা ইপা। ইশানৌ—ইনাউ নিপা। জন্মেজয়—পারীক্ষিত, পরীক্ষিত নিংথৌগী মচানিপা। মালেম লৈখাম্বুংদা—পাতালদা। তাংজা লুরেন হূনা—(অর্জ্জুনগী) মকোক হুত্থুনা। য়াহমখিরবনে—হায়রবনে। তাইবঙ নমু পোং ওইবা—মীওইবা। নোংদম—শাইনা তম্বা। মীওই লাংওললকঙৈগী মথৈবু—মীওইনা পোকলকঙৈগী মথৈবু। চহৈ মপুন্সিস্তুঙ য়ামদবা—চহী য়ামদবা, নাহা ওইরিবা। অমন খমলৈ কূমলোইতৌগুম—শিয়োইদবগুম। মচি—মরু ওইবা। উনবী পূকনীং চেৎনা—মপূক চেৎনা,

গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা রাহমশৈনে। হরি কোল্লোয় মমিংথোং অসিবু উনবী পূকনীং লীভৎনাইদনা নীংঙৌ-ও।

অধ্যায় কুন গুরকপা থৌরম অসি মতুংগী ভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেন তাংজা লুদা থোংনা খুরুমলবগা মহাভারত অথোইবা অশ্বমেধযজ্ঞ থৌরম পূম্নমকপু য়াথং মরী থিনা তেংথারক্কে। জয়মুনিরেম্না হে হস্তিনা খূৎনিংথৌও! অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোনবু মাঙলে হায়না অসুম মীকপ্পরিঙৈ হস্তিনা লৈপাক অসিদা লৈরিবী পল্লেম মমা কুন্তী সতী অচুম্বীগী খোমলেন মঙলানচান্দা অর্জ্জুন মপারিগী তাংজা লুরেনতোনবু মাল্লেম লৈতানোংগী কোরৌ মুমিং অহুদা খোমলেন মঙকাওনরুরবগী অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমক্কী তাংজা লুরেনতোনবু শমু লেংবানথক্কুগী মাল্লেম লৈদা তাববু উরমলুইএ। তন্না খোমলেন মীকপথোকলবদা ইন্নুং কোবা চীংনুং শোয়ঙমলে। কুন্তী খোমলেন মঙলানচানবু কৃষ্ণ সনা মথোঙথাদা কোল্লোয় পাউতমচখিয়ে। হে ইবুংঙু ঈশ্বর নোংদম মপুরেনও ঐগী খোমলেন মঙলানচান অসিবু মহৈ করি ওইববু থোক্লগবনো খঙঙমদরে। পূকনীং চিংনা পোকএ। অর্জ্জুন ইপারি ইনোংয়ায় বৃষকেতু অনামক্কী তাংজা লুরেনতোনবু তুপনা মাল্লেম লৈদা তাববু উরমলুইএ। খোমলেন মঙ রারীবু অসুম কোল্লোয় পাউ তমলিঙৈ সুভদ্রা কর্ণ মনাকোংদগী কুন্দর মনাশি হীকথরকপবু মাল্লেম লৈদা তারকএ। কুন্তী খোমলেন মঙলানচানগা থৌরম অনীমা অসিনা উনবী পূকনীংঙক সুংবঙ ইরৈচম্না লৈরিঙৈ কৃষ্ণ থোইখোইবনসুঙ হে কুন্তী সতী অচুম্বী-ও নঙগী খোমলেন মঙলাংচান

---

পূকচেন শেপ্তনা। যাকয়ৈ—হি। হিমন—হিগী মমল। হিতোং—হি তোংবা। ষষ্ঠীবরসেন মপারি—ষষ্ঠীবরসেনগী মচা নিপা। লীভৎনাইদনা—অভৎপা লৈতনা। ভগবন্ত—লাই, ঈশ্বর। খোমলেন মঙলান চান্দা—মমঙদা। মাল্লেম লৈতানোংগী—লৈপাক্তা তাবা মুমিং। শমু লেংবানথক্কগী—লৈপাক মথক্তগী। তন্না—থীন্দনা। নোংদম মপুরেন—নোংদম্বিরিবা খ্বাইগী মপু ওইরিবা। খঙঙমদরে—খঙবা ঙমদরে। ইনোংয়ায় বৃষকেতু—ঐগী ইশু নিপা বৃষকেতু। সুভদ্রা—অর্জ্জুনগী ভালোম, অভিমন্যুগী মমা। কর্ণ (নং) নাকোং। সুংবঙ

অসিবু লেপনা মওইরঙৈনে। শয়েঙ ঐগী ইতানপোম শরেম ওয়রমথংবরমদা ফুয়না ফুয়না শিংলী হকসাং চোংববু কৃষ্ণ কোল্লোয় নম্নাথং না তাবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্নসুঙ শানৌ মচীনমনাউ মরিমকপু ঙাইরোয়ননা মীকপলে। হস্তিনা লৈপাক পুম্নমকসুঙ মুংশি মথোঙ খঙদা থমোয় মৈচাক থোইনা মীকপ্নরে। কুন্তী গন্ধারী সুভদ্রা দ্রৌপদী শ্রীদৈবকী যশোদা সত্যভামা জম্ভুবতী আত্তর সুলক্ষণা য়োয়বু লেংনা তিনবী অসি থৈবিকপু মুংশি খোয়বু থীংনা মীকপ্নরে। অসুম রারম মথোঙ খঙদা, উনবী পূকনীং ঙক মুংপঙ ইরৈচম্না মীকপ্নববু কৃষ্ণ চেংলৌ মিংথীংলবগী বিনতাগী মপারি গরুড় চেকনিংথৌবু উনবী নীংশিংলুরবগী চেংলৌ মিংকূপমরমদা য়াঙনা কৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা থুরুমলরবগা কৃষ্ণশিদবদি সারঙ্গ লীরুং মথূংশূ সুদর্শন মক্তবগা চক্র মকোয়ফবা গদা মথূংশূগা কৌস্তুভ মণি য়াইরংচানসুঙ য়াওনা লৌরবগা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবা অহুনা পল্লেম মমা যশোদা দৈবকী অনীমক্কা কুন্তী সতী অচূম্বীসুঙ ভীমসেন অকনবসুঙ ঙাইরোয়ননা পোনবী গরুড় চেকনিংথৌগী চেকলাথক্তা তোংখৎলবগা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্নচিংনা হস্তিনা লৈপাক পুম্নমকপু উনবী পূকনীং তপ্নবা মিংয়েং থোজান চৈরোয়ননা পাওমেনখিয়ে। মুংশি নঙথোয়বু থমোয় কায় মুংনাঙথোয়বু ওৎনা মীকপ্না অসিবু

---

ইরৈচম্না—তোকম খঙদনা, চমম্না। শয়েঙ ঐগী ইতানপোম—ঐহাকী পাঘোম। ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্নসুঙ—যুধিষ্ঠির মহারাজনসুঙ। মীকপ্নরে—কপ্ন লাউনরে। গন্ধারী—ধৃতরাষ্ট্র মহারাজগী তালোয়, দুর্য্যোধনচিংবা মচানমনাউ চামগী মমা। সুভদ্রা—শ্রীকৃষ্ণগী মচন, অর্জ্জুনগী নূপী। দ্রৌপদী—দ্রুপদ নিংথৌগী মচানূপী যজ্ঞ শ্রেণী। দৈবকী—বসুদেবগী নূপী, শ্রীকৃষ্ণগী মমা। যশোদা—নন্দগী নূপী। সত্যভামা—শ্রীকৃষ্ণগী ভালোয়। জম্বুবতী—শ্রীকৃষ্ণগী নূপী। বিনতা—গরুড়গী মমাগী মমিং। গরুড়—বিনতাগী মচা, শ্রীকৃষ্ণগী শাদোং। সারঙ্গ—লীরুং। মথূংশূ—মাগী থুংলাই। সুদর্শন—বিষ্ণুগী চক্র। কৌস্তুভ—বিষ্ণুগী থবাক্তা শিবা মণি। চেকলাথক্তা—উচেক মথক্তা। নমু পোংপুম—মাপুম। লমদম অতাবা—অথাম্না মকম। থবাম

ত্তোরগুনো। হৌজিক চেংলৌ মিংকুপ মরমদা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী ফনা লমদাং শাংবু ঐনা তৌরুরভেনে হায়না পাউথেমলমলবগা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবদি মণিপুর মরৈপাকপু ইন্তানখিরে। পোনবী গরুড় চেকনিংথৌদো নমু পোংপুম মঙাতংবু চেকলাথক্তা পুনা মায়গৈ লমদম অত্তাম্বা. অর্জ্জুন থরায় মাঙনফম, মণিপুর লমনা থাপ্পদা রাইথুংলুরে। পার্থ শমু মহকসাং হকসাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবা তাংজা লুরেন-তোনদি লৈঙমদরবা অত্থবু চেংলৌ মাঙদা থানা উরুরে। বভ্রুবাহন পাংগনবনচিংনা লানমী অথৌ লিচাহেপ্পা পুম্নমকসুঙ পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমাসুঙ য়াওনা মোমহু হুচা লুপ খৈবিকসুঙ কোরৌ হুমিৎ কয়ানি মরুম্থু তরা থুৎপুনপীদা লাইজা চীনখুনয়োংদা চারম থাকে নীংহম্নরবগী মায়থোং ময়েংতা চেংলৌ মমায় মক খৌরী চরম কংনা পিরেন ঈচেম্নবনা চেংলৌ মিংপান কংবীদা পায়মা নিংসা শৎহোম্ননা য়াওরা খোঞ্জেন থোকঙমদনা মতোম মতোম মীকপ্নঙম্ববু কৃষ্ণ চেংলৌমিংথিংলুরবগী হা হা ধনঞ্জয় লোয়না ইপাতাউ অচেৎপা-ও নঙবু করিগী মাল্লেম লৈদা তানা লৈঙমলবনো হোরো হোরো কৃষ্ণ নপাতাউ ঐবু লাকলে হায়না ঈশ্বর নোংদম মপুরেন মহাকনা হুংওল মথৈ লৈতনা অসুম মীকপলুরে। অতৈ থৌরম অয়াম্বদি লৈখিসুনো। জয় মুনি অথোইবনা হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও কৃষ্ণ লাইমরু মহাকনা অর্জ্জুন য়ায়রা তেনহৈবা মহাকপু লমলোয় থানদবনে। শংশঙ তাঙনা

মাঙনফম—শিফম, থরায় থাফম। লমনা থাপ্পদা রাইথুংলুরে—অরাপ্পা লমদা য়োরে। তাংজা লুরেনতোন্দি—মকোক্তে। লৈঙমদরবা—লৈরমদ্রবা, য়াওরমদ্রবা। অথৌ লিগ হেপ্পা পুম্নমকসুঙ—অকল অথৌ ময়ামসু। মোমহু হুচালুপ—নুপী কাংলুপ। তরা থুৎপুন পীদা—চাক চথোম অমতসু চাদনা। লাইজা চীনখুনয়োংদা—ঈশিং য়াউম অমতসু থক্তনা। পিরেন ঈচেম্নবনা—পি শিম্ববনা। মায়থোং, ময়েংতা—মকফম কায়না। য়াওরা খোঞ্জেন থোকঙমদনা—মথোন থোকপা ঙমদনা। মতোম মতোম—মহৈ মহৈ, মথোম মথেন। চেংলৌ মিংথিংলুরবগী—উরুরবগী। লৈঙমলবনো—লৈরমলবনো। লমলোয়—মরূপ। থানদবা—থাদোকনদবা, লোয়নবা। শংশঙ তাঙনা—

খঙহনগে হায়বগী নমু মীমচমগুম মীকপ তেংথা য়াওরুইএ। রাম্নম মতৌ অসিগী অর্জ্জুন কপ্পী মফমলেন থূদিংদা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ অথোই-বনা খৌজান লৌথানদনা মরৈএ হায়ববু শংশভ তাঙনা খঙলিয়ে। থৌরম অমা অমা ওইরবসুঙ ধনঞ্জয় পাংগনবা মহাক অহবু শূপনা চীংঙ লাইবক ফবা হায়বদো মওইরবা অহনে। মরম অসুম তৌনা পল্লেম মমা কুন্তী অচুম্বীদো তাংজা লুরেন্তোন্দা শমু খূৎনা হাপনা মীকপলে। শ্রীদৈবকী যশোদা অনীমাসুঙ হুংওন মথৈ লৈতনা মীকপ্পরে। মশাবি ভীমসেন পাংগনবদি হুংশি মৈচাক থোইরবগী কপ্পাউ মথৈ লৈতনা কৃষ্ণ কোল্লোর মমিং থোংবু কৌনা কৌনা পাও-মেল্লকএ। হে জগন্নাথ মপুরেনবু ওইবা নঙনা নতৌ ওন্নতৈনববু তৌনা করিগী মীকপলিবনো? রারম ওস্থোকপা পূন্নমা অসিবু তৌবিরগুনো? শানৌ হুংশি মৈনা থমোয় মৈচাক থোইজিল্লকলে। থরায় ইমিরেনগা মান্নবা ইশানৌ ধনঞ্জয় পাংগনববু লানফম লৈদা তানা লৈঙমলবা অসিদা হুংশি মৈচাক খাঙমদরে। শানৌ য়াইবী থরায় মাঙহনবা মহাক্কী তাংজা লুরেনতোন্দা মগুং লীশীং গুবা খেঙ্গু ইখুৎশূনা থারুগে। পাংগন মপাতাম্বা মহাকপু ঔরস কনাগী মপা-রিবু ওইবগী করম পাংগন মপা লৈতবনো? পূণ্য থৌরম করম্ববু তৌনা অর্জ্জুন পাংগনবা মাগুম্ববু করম য়াইবী থরায় মাঙহনবনো? অর্জ্জুন থরায় মাঙহনঙম্বা অসিগুম্বদি তাইবঙ নোংসাপান্দা পাংগন

---

তশেং তশেংনা। নমু মীমচমগুম—চুম্নপী মী অতৈনা তৌবগুম। বাসুদেব—বসুদেবগী মচা শ্রীকৃষ্ণ। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুনগী অতোপ্পা মিং অমা। চীংঙ লাইবক ফবা—মরাইবক ফবা। তাংজা লুরেনতোন্দা শমু খূৎনা হাপনা—মকোক্কা মখুৎ হাপ্তুনা। হুংওন মথৈ লৈতনা—অবাবগী পান্দমফম হায়নঙাই লৈতনা। জগন্নাথ—জগৎকী মপু। শানৌ—ইনাউ। য়াইবী থরায় মাঙহনবা—হাৎপা। খেঙ্গু ইখুৎশূনা—ঐগী খুৎশু গদানা। পাংগন মপা তাম্বা—কনবদা মপা লৈতবা। পূণ্য—অকবা থবক্কী মহৈ। তাইবঙ নোংসা-

মাপা মান্নবা কনা লৈতরে। কৃষ্ণ দামোদর থোইথোইবা-ও নঙবু হেন্না মাঙওই থৌরম অচেৎপা তুংগী মহে অথোইবসুঙ থৌরম পুন্নমাপু অমা কনা লৈবনো? তাইবঙ মপোক অহুমলক্তী অওই ওইদা খৈবিকপুসুঙ থৌরম অচঙ অথোক পুন্নমক্তী তুংনা ফম্বীরেনবু ওই-রিবসুঙ নঙনে। শানৌ য়াইবী থরায় মাঙহনবা মহাকপু পাউতাক-পিও। থমগুং যম নিংথৌগী শমু মখুৎপাক্তা য়াঙনা থাথোকলুরগে হায়না পাওমেল্লবগা থমোয় মুংশি মৈচাকথোই অর্জ্জুন মমিংথোংবু কৌনা কৌনা য়াওরা মখোঞ্জেনবু রাংনা মীকপলকএ। হে ধনঞ্জয় পাংগন মীওই চথোনবা-ও নঙনা তাইবঙ মরোন অহুম্মকপু শমু খুৎথুম চন্না ঙমজবনে। কোরৌ নোংমতোনগী ইন্দ্র সোরারেনবুসুঙ মালেম লৈখারোন্দগী আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌবুসুঙ অর্জ্জুন নমাঙ থাঙদনা মঙমজবনে। তাইবঙ নোংসাপান পুন্নমকপু নতোম্মগী নীরং নখুৎশুনা পাংগন খুৎথুম চল্লে হায়না নমু পোংওইবা খৈবিকনা নতীক পাংগল থাগৎনরিবনে। অর্জ্জুন নতীক নত্তনা উৎফুন লৈমায়-থক্তা লৈঙম্বা অসিবু মতৌ করিগীনো? ভীম নশাবি ঐবু হকসাং নমদা হন্না থরায় মপান থোকে তৌরকলে। ইশানৌ নতৌ য়েংবদা পুকনীং হরাউ চঙনা মুংঙাই মথোই তোংববু ওইনবনে। লহান মাঙগী মতমগুম নশাবি ঐগী চেংলৌ মিৎলম থন্না কোল্লোয় য়াথং নোকনা পাওমেল্লও, করিগী য়াথং তুমিন লৈঙম্বনো হায়না রাহমলবগা

---

পান্দা—সংসারদা। দামোদর—শ্রীকৃষ্ণ। থমগুং—যম। কোরৌ নোংমতোনগী—স্বর্গগী। ইন্দ্র—লাইগী নিংথৌ সোরারেন। মালেম লৈখারোন্দগী—পাতালদগী। নতোম্মগী—নথক্কগী। উৎফুন লৈমায়থক্তা—উৎফুন মথক্তা। লৈঙবা—লৈরবা। নমদা হন্না—হুন্দোক্তুনা। লহান মাঙগী মতমগুম—মমাঙৈঙেগী মতোঙম। পলেম পনথৌ অনীমক্তা—নমা নপা অনীগা। পনথৌ মপাতোন—নখুন্না। উনবী নীংশিংলুবদা—পুক্তা থম্লুবদা, পুকনীংদা নীংশিং-উবদা। থোইনিন্নকলে—হেন্নিনকলে। মিৎকোয় লাইজা ঈকম তাউনা—মমিক্তা মপি ঈরা চেন্না। কোরৌ অসি হুমিংথাদি—ভসিদি। মহেশ্বর—

বৃষকেতু মপারিবু কৌনা পাওমেনখিয়ে। পাম্নি নতৌ নরমচংপু থোইনা মেঙবা পল্লেম পনথৌ অনীমক্কা শাবি নটীন ননাউ পন্থৌ নপাতোন পূন্নমক্তা পূকনীং ভক্তি তৌহৈবা, থূংশূ নতৌ চঙথোনবা পাংগন নঙান চাউবগী নতৌ নতীক অয়াম্ববু উনবী নীংশিংলুবদা পনথৌ নপাতোন ঐদি থমোয় মৈচাক থোইজিল্লকলে। পনথৌ নপা অপোকপা কর্ণ লাশূহৈবা মহাকপু হেন্না পারি নঙনসুঙ ঐবু উনবী পূকনীং পীনা নীংজবনে হায়না বৃষকেতু অর্জুন অনীমাপু কৌনা কৌনা মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউনা মুংশি মতৌ কম্বু লৈভনা মীকপ্লবগী পনথৌ মপা মচাবু য়াইবী থরায় মাঙহনবগী তাংজা লুয়েন-তোন অত্তবু থেঙ্গু ইথূংশূনা মশুং তরেং থোকনা থুগাইরগে। কোয়ৌ অসি মুমিংমদি পূকনীং নাপন ব্বাংনা কৃষ্ণ মমাঙ শংশঙবদা পাঙ-মেঞ্জগে। ব্রহ্মা মহেশ্বর মহাদেব পুরন্দর সোরারেনসুঙ কুবের লম্নিংথৌ চীংঙ মায়গৈ ঙাকপা নীপানমকসুঙ থোইমোম অসি খৈবিকনা পারি শানৌ অনীমকপু য়াইবী থবায় হাংপগী মীচঙ পাংগন ওইরবসুঙ ভীম ঐবু ঙঙ্কনলরোইএ। থৌরম মতৌ অসিগী পূকনীং অকি চঙনা অতিয়া নোংলো'নমদ' পোনবী উচেক ওইনা পাইখিরবসুঙ ঐনা নোংশীং অকনববু ওইনা মহুম থরুমঙৈনে। সমুদ্র লাইজা ইরেনপূংদা লেমলৈ ঙাগী মশক ওইনা চঙখিরবসুঙ য়ায়খু মশক ওইনা চপহংলুঙৈনে। মালেম লৈখাম্নুং তাংজা লিন লৈপাক্তা চঙখি-হিকলবসুঙ পোনবী গরুড়চেকনিংথৌবু ওইনা মরাকলুঙৈনে। শূপনা তাইবঙ মরোন অহুম্মক্তা চেল্লবসুঙ মাগী য়াইবী থরায় হিংনবমু পূমনা লৈভরে হায়না ভীমসেন অকনবনসুঙ য়াইবী কনহৌনীকপবু উরবদা শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবনা হে বহুলব পাংগনবা-ও নঙবু পঙনা

মহাদেব। পুরন্দর—ইন্দ্র, সোরারেন। কুবের—যক্ষগী নিংথৌ, লম্নিংথৌ থোইমোম—লাই। নোংলোন—অতিয়া। পোনবী—উচেক। লাইজা ইরেনপূং—সমুদ্র। লেমলৈ—ঙা। মালেম লৈখাম্নুং—পাতাল। চঙখিহিক-লবসুঙ—চঙখিবা থোকলবসুঙ। য়াইবী-কনহৌনীকপা—শাউবা। কন্নাউ

কঞ্জাউ মাঙওইনহিক্কুনে হায়না কৃষ্ণ সনা য়াথংনা অসুম উনবী পূকনীং তপহল্লবদা বভ্রুবাহন মনিপুর লৈমাবনা চেংলৌ মিংথিংনবগী কামদেব মথোকলকপদা পাউহংখিয়ে। পূকনীং কঞ্জাউবগী চেংলৌ মশক ওইবা, মহাক থাম্বী মৈরী মানগুম্বা লাংগোই মচুম তাবা শাগুম হকসাং থোইনা নোয় পেনবা অসিবু কনানো ঐবু চেংলৌ শক খঙহল্লো হায়রবদা কামদেব শমু খুৎপু থিম্না পাউতাকখিয়ে। নমু মীয়ামলক্কগী মচু শংবান্নবা মঙান চেংলৌ মিৎপু ঙকপা অসিদি দৈবকী মপারি বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ শিদবনে। লৈমা চেংলৌ শক্কোয় হেনবী হুংশি খোয়বু থীৎনা রাইথুংলবী অহুম্মা অসিদি অমা পনথৌ নপা পোকপা নবেন কুন্তী অচুম্বীনে। তিল্লাং মখোয় শাউবগী চেংলৌ মশক ওইনা উবা অসিদি নপন ভীমসেন অকনবনে হায়না পাউ-তাকলবদা বভ্রুবাহন মথোকলকপনা কৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা হাম্না খুরুমলুরে। শ্রীযশোদা দৈবকী কুন্তী অহুম্মকসুঙ তাংজা কোক্তা থোংনা খুরুমলুরে। পনথৌ মপা মথক্কী ভীম পাংগনববুসুঙ শমু মখুৎ লোম্নরা খুরুমজরবগা য়াথং মীকপ হীক হায়না কৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা কোল্লোয় পাউতমচখিএ। হে ইবুংঙু প্রাণ নাথ গোবিন্দ থোই-থোইবা-ও পনথৌ ইপা হাৎলবা মহা পাপী ঐগী ইনাক শংশঙবদা

মাঙওইনহিক্কুম্ন—কঞ্জাউবা হুংঙাইতবনা মাঙ থাখিগনু। মনিপুর লৈমাবনা চেংলৌ মিৎথিংলবগী—মনিপুর নিংথৌনা উরবগী। লাংগোই মচুম তাবা—শামু মচুম তাবা। দৈবকী মপারি—দৈবকীগী মচানিপা, শ্রীকৃষ্ণ। বাসুদেব —বসুদেবগী মচা। চেংলৌ শক্কোয় হেনবী—মশক মতৌ ফজবী। হুংশি খোয়বু থীৎনা—মপূকনীং হুংশিনা, মপূকনীং রানা। তিল্লাং মখোয় শাউবগী চেংলৌ মশক ওইনা উবা—খোয়শাউ শিনশাউনা উবা। য়াথং মীকপ হীকহায়নবা—হীকনা হীকনা কপ্পা খোঞ্জেন্না। তানফংজরে—ফংজরে। অয়োনবা—অয়ানবা, দোষ। কোয়ৌ নোং শগোল—শগোল। লোইহা পূকমপোৎ—চঙজবগী অথেন পোৎ পুত্তনা খুরুমদা। মতিনী হাথোইবী—ওক্তবী নূপী, বেশ্যা। য়াথং পাউনোকনৈএ—নোকক্রেম হায়ব্রেমনবি। শাংখাবা—ইপা অপোকপা। তাংজা সুরেনতোনবু মালেম লৈদা ফাবদু

কৃষ্ণ সনা খূয়ারেনবু নকনা তানফংজরে। ঐগী ইতৌ অয়োনবা খৈবিকপু শ্রীঅথোইবনা তিল্লবা সনা নখোঙখাদা য়াথং পাউতমচগে। পনথৌ হুয়েন লানশোক্লদরিবঁে হান্না পনথৌ মাঙদা থানা কোয়ৌ নোং শগোলসুঙ লোইহা পুরুম পোৎকা কৎনা ভক্তি য়াথং চৈরোয়ননা থুরুমজরুবদা পনথৌনা চেংলৌ মিৎনা য়েংবিদনা তাংজা ইরাইবক্তহুম খোঙপাক চৈথা কন্না কাওরবগা পল্লেম ইমা পোকমাবীবু নতিনী হাম্বোইবী বেশা শীঙলেন তাইজবী চহুনে হায়না সভা মীয়াম মাঙদা য়াথং পাউনোকনৈএ। থৌরম মতৌ অসিদগী হুয়েন লান-শোক হৌনখিবদা পন্থৌ শাৎমাবা শানৌ বৃষকেতু অনীমক্কী তাংজা লুরেনতোনবু মাল্লেম লৈদা তাববু থোকখিরে। হে প্রভু কোয়ৌ ইনোংথৌও থৌরম অমা অমা ওইরবসুঙ পনথৌ য়াইবী থরায় হাৎলব-নিগিনা তাইবঙ নোংসাপান অসিদা কোল্লোয় মিংলেন থীবা নরক ফম্বী ওইনববু—য়োনফররোইএ। থরায় য়াইবী হিংনা লৈবদি মহৈ কনা লৈতরে। রারম মতৌ অসিগীদমক প্রভু নখূৎশূ শূদর্শন চক্র অকোয়বা অহুনা তয়ম তাংজা লুরেনতোনবু য়াঙনা তূপথৎপিরো হায়জরবগা মবেন কুন্তী অচুম্বীদসুঙ হে ইয়ু সতী উনবী পূকনীং লেপ্পীও শাগৈ লৈংনতিনরক্তগী থাম্বী মৈতান শিগুমলবা ঐবু নঙগী য়াথং মীচৈ অরুম্ববু থূনা থাদোকপিরো। তাঙ্গোই উৎফুন ওইনা মাঙজখিরগে। হে যশোদা দৈবকী অহেনবী নবিঙডাসুঙ মীচৈ য়াথং হেনফদববু পীনরো। হে পনথৌ ইপা মথক্কী ইপন ভীমসেন পাংগনবা নঙসুঙ থেঙ্গু নখূৎশূ মশুং লীশিং শুবা অহুনা তাংজা ঐগী লুরেনতোন অসিবু হৈরক্ল কাঙথোং তমগুম মচেৎ মশুং য়ামনা থুখাইবিরো। পনথৌ য়াইবী থরায় হাৎলবা পাপী নমু মীচনথী ঐনা মরম করিগী য়াইবী

---

থোকখিরে—ওক লৈপাক্কা কেনখরে। কোয়ৌ ইনোংথৌ—ঐগী ইবুংঙো। য়াইবী থরায় হাৎলবনিগিনা—প্রাণ মাঙহনবনিনা। তাইবঙ নোংসাপান অসিদা—সংসার অসিদা। কোল্লোয় মিংলেন থীবা—মিংচৎ ফজবা। তয়ম—নমাই। তূপথৎপিরো—ককথৎপিরো। ইয়ু—ইবেম। অহেনবী—

থরায় হিংনা লৈরসিবনো। তা-ও তা-ও হে নরায়ণ অথোইবা-ও ৱারম মতৌ অমাসুঙ ইতীক পাংগন উংনা হুয়েন লানশোক্লসে হায়-হিকলবদি ইপন ভীমসেন অসিনসুঙ লানফম ইতীক ওইদে। যম নিংথৌ সোরারেন্নচিংনসুঙ ঐঙোন্দা পাংগন কদৌ ঙমলরোইঐ। কৃষ্ণ থৌজান নরনকুদগী ঐগী পূকনীং চঙববু কনা লৈরুদে। কুরুক্ষেত্র হুয়েন লানশোক্লুঙৈগী ভীষ্ম দ্রোণ বামন কর্ণ চক্রব্যূহ থোইনা তৌঙমদববু পূমনা লৈতে। হে প্রাণ গোবিন্দ থোইথোইবা-ও! ৱারম মতৌ অমসুঙ পাতালপুর লিন লৈপাক্তা চঙনা মণিম্নাই মহীবু লৌরুবদা খোইমোম লাই তাইবঙ মী কনানা পনথৌ তাংজা লুরেন-তোনবু হুখিঙমলবনো তাংজা খোঙ্গুন খঙনবা কৃষ্ণ সনা নয়াথংনা হায়বিও। হে শ্রীহরি গোপালজি থোইখোইবা নঙদি থৌরম মতৌ খৈদিকপু খাক্তনা খঙহৈবা অন্তর্য্যামী শংশঙববু ওইরিবা অতনে। পস্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু হুখিঙম্বা অসিবু পূকনীং ঐবু মৈচাক ফংলকলে হায়না পাওমেপ্পরবদা কৃষ্ণ লাই মরুনা হে বভ্রুবাহন পাংগনবা-ও নঙবু পূকনীং কপ্পাউতেমচিনখো। কোরৌ নোংদোন মাল্লেম লৈখারোন তাইবঙ নোংশাপান মরোন অহুম্মক্তা তাংজা লুরেন অনীমকপু থিখিসে হায়না থৌখামচিল্লবগা কৃষ্ণ মিংওঙ থম্বান মানবা জীব থরায় ৱাইথুংফম মক্তবনা অৱাং কোরৌ নো'মতোনগী হৌনা মাল্লেম লৈখা ফাওনা য়েংখিবদা ফত্তা মীনম লৌচেনবগী লৌনম মতৌ ঙস্থোকপবু শংশঙ তাঙনা খঙলুরগা বভ্রুবাহন পাংগনবগা নমু

---

অথোইবী। নবিঙঙানুঙ—নথোয় অনসু। মীচনথী—মতিক চাদবা মী। নরায়ণ - বিষ্ণু, শ্রীকৃষ্ণ। হায়হিকলবদি—হায়রবদি। লানফম ইতীক ওইদে—ঐগা লানবা চাদে। কদৌ ঙমলরোই—করিমু তৌবা ঙম্মোই। নরনকু—নথৌজান। থোইখোইবা—অথোইবা। পাতালপুর—পাতাল লৈবাক। হুখিঙমলবনো—হুখিরমলবনো। খাক্তনা—চিথবা লৈতনা। অন্তর্য্যামী—মীগী পূকনীং খঙবা। কোরৌ নোংদোন—অতিয়া। মাল্লেম লৈখারোন—পাতাল। মিওঙ—মিত্তা। পূকনীং হয়াউ থোইবা—পূকনীং

মীয়াম খৈবিক্তসুঙ অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোনবু লৈরে হায়নববু পূমনা নাতাহল্লবদা বভ্রুবাহন পূকনীং হরাউ থোইনা হে প্রভু কোরৌ ইনোংথৌ-ও পনথৌ তাঙজা লুরেনতোনবু পাংগন কনাগুম্বনা লোৎনা থমলিবনো ব্লারম থাঙ্গৈশেংনা হায়বিও শমু মহাকসাংবু ককপদা ঐগী মহাপাপপু কোল্লগে হায়না পাওমেঞ্জখিয়ে। মতম অসুম ওই-রিঙৈদা প্রদ্যুম্ন সাইতকি কীর্ত্তিব্রহ্ম জোবনাস অনুসান নীলধ্বজ হংসধ্বজ প্রবীর সুবেক মাখোয় অসি খৈবিকনা মাঙগী থৌরম অহানবদা বভ্রুবাহন পাংগনবনা অর্জ্জুন মমাঙ শংশঙবদা যজ্ঞ মণ্ডম শানচিংনা লোইহা পুরুমপোৎনচিংনা পূম্নমকপু কৎনা য়াথং ভক্তি তৌজবদা পার্থ পূকনীং কল্লাউ থোইনা কোল্লোয় য়াথং অখাথোক মিৎয়েং খানা য়েংনা পলেম মমা পোকমাবীসুঙ বেশ্যা চুকোই শাবীনে নঙনা অর্জ্জুন ইপারিনে হায়রবা অসিবু মরম করিদগীনো পার্থ ইপা-রিদি অভিমন্যু সুংচানবদনে হায়না পানকন মতীক থাগৎলবগা সভা মীয়াম মাঙদা অর্জ্জুন থোঙপাক চৈথালূমনা লাইবক খেল্লাইথোংদা কাওরবগী বভ্রুবাহন কল্লাউ মৈচাক থোই হুয়েন লানশোক হৌনখিয়ে হায়না প্রভু সনা মথোঙখাদা য়াথং মরেং শীন্না কোল্লোয় পাউতমচববু নাতারবদা যদুরাজা অথোইবনা বভ্রুবাহন মতৌ অয়োনববু পূমনা লৈখিদে। পাংগন মথোইতোংবগী থোকলবনে। ব্লারম মতৌ

---

হরাউনা, থবায় চুংঙাইনা। মাঙগী থৌরম—অহানবদা থোকখিবা থৌদোক। যজ্ঞ মণ্ডপশা—যজ্ঞগী শগোল। কোল্লোয়—য়াথং, বাঙাঙ। পলেম মমা পোকমাবী—মমা অপোকপী। বেশ্যা—ওক্কবী নূপী। চুকোই শাবী—অগোয় শাবী। অভিমন্যু—অর্জ্জুন্না শ্রীকৃষ্ণগী মচন সুভদ্রা লৌহনা পোকপা মচানিপা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা শিখিবা। থোঙপাক চৈথালূমনা—থোঙ-পাকমা কম্না কাওহনা। খেল্লাইথোংদা—শ.ইবক্তা। মরেং শীন্না—মরাক মনা, মথং মনাক্ত নাইনা, মথং মথং। যদুরাজা—যদু শাগৈগী নিংথৌ, শ্রীকৃষ্ণ (যদু হায়রবসি যযাতি নিংথৌনা দেবযানী লৌহনা পোকপা মচানিপা)। অয়োনববু—মমান, দোষ। পূমনা লৈখিদে—কম্ন্নমক্তা লৈখিদে। থোইমোম

অমসুঙ খোইমোম লাইগী নোংতমবু কনা হেনঙমদবা অহুনে হায়না অসুম উনবী পূকনীং তপহল্লবদা আনন্ত শেষ তাংজা লিন নিংথৌনসুঙ য়াথং লৈশী লৈথোম্ননা পাওমেঞ্জখিয়ে। হে ঈশ্বর মপুরেনও অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমকপু লানফম লৈদা তানা নোংমল্লে হায়বগীদমক মণি অমৃত য়াই মহীবু পুনা লারকএ। পনথৌ মপা মচাগী তাঙজা লুরেনতোন অনীমক্তি লৈঙমদরবা অসিবু মতৌ করিগীনো প্রভু থৌজান নরনকুনা থায়না লহান মাঙদা চীংঙু নোংথৌ সোরারেনবু সত্য হিংচাবনা নোংমনহনঙৈ অমৃত শিদ মহীবু খীকনা হিংহনবা তুগুম্ববু পনথৌ মপা মচা অনীমকী তাংজা লুরেনতোনবু খঙনা য়াঙনা য়াইবী থরায় হিংহনবিরো হায়না কৃষ্ণসনা মথোঙখাদা হন্না হন্না পাওমেঞ্জরবগী শ্রীদেব হরি শ্রীকৃষ্ণনা হোয় হে পাতালপুর লৈমাবা-ও তাংজা লুরেনতোন হুনা থমলিবা নমু কনানো কৃষ্ণ মাঙদা থানা নোংমল্লববু মরৈবনিগিনা মতোম মরাকঙৈনে। পাংগন কনানা খঙঙমগবনো হায়না পাওমেম্নবগা তাংজা লুরেন অনীমকপু লাকননবা যুবী থুজাই হুংগী লাইজা ঈরিকলাইনা কৃষ্ণসনা থুয়ারেনবু শেংলবগা উনবী ধ্যান অচেৎপবু হোগৎলে। মিৎয়েং অমৃত অথোইবনা মায়গৈ মথোঙ মরিমকপু ফাওনা য়েংথিরবগী চেংলৌ মিৎয়েং খাঙঙম-দবা অহুনা তাংজা লুরেন অনীমকপু সভা মিৎয়েং মাঙদা তাররে। নমু লেংনতিনবা পূম্নমকসুঙ অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমকী তাংজা লুরেন-তোনবু মিৎয়েং শানথৈরবগী পূমনা হুংঙাই হুংপঙলকলে। লৌনম

---

লাইগী নোংতমবু—চীংঙু নোংদমথোনবু। নোংমল্লে—শিরে। লারকএ—লাকলে। লাইজা ঈরিক লাইনা—ঈশিংনা। নমু লেংনতিনবা—মীয়াম সভা। তাংজা লুরেনতোনবু মিৎয়েং শানথৈরবগী—কোক অহু উরহুনা। লারকপা—লাকপা। শ্রীহরি—শ্রীকৃষ্ণ। লুরেন—মকোক। য়াইরংচাপ—মনি। চৈয়োয়ননা—লোয়ননা। হুমনা ফুমনা—তোয়না তোয়না। ইহুং—অহিং। খোমলেন তুমকল্লবগী—তুম্লুবদগী। চেংলৌ মমিৎ পাঙলকপঙম—মিকপ থোকলকপঙম। নারায়ণ—বিষ্ণু, কৃষ্ণ। সভা

হুরান তমনা মাঙখিরবা তাংজা লুরেন অনীমা অসিনা য়াওরা মতোম লারকপা অসিবু ওস্থোকএ হায়না খোইমোম লাই তাইবঙ মী পুম্নমক্না জয় য়াইফরেন য়াইফববু লেপনা ওইরে। অস্নুম য়াওরা খোঞ্জেন লাউনা শোম্নরে হায়দবরা? থৌরাঙ মতৌ অস্নুমনা পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী য়াইবী থরাই হিংনবা শ্রীহরি মপুরেম্না ধনঞ্জয় শমু নমকনথক্তা ঙকশম লুরেন তাইনা হাপচিল্লে। মণি য়াইরংচান মহাকপু অমৃত লৈহৌসুঙ থীকনা হীদাক মন্ত্র চৈরোম্ননা পার্থ থমোয় লৈকাহুংদা চঙহল্লে। শ্রীঅথোইবনা তিল্লবা কৃষ্ণ য়াওরা মখোঞ্জেন নীংথিবনা ফুয়না ফুয়না অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবা নঙবু করিগী লানফম মাল্লেম লৈদা তানা লৈরিবনো হোরো হোরো হায়না হন্না হন্না লাউর-বগী কৃষ্ণ থৌজান মরনকুগা অমৃত শিদহীবু চৈরোয়নবগা ধনঞ্জয় পাংগনবদি তাঙ্জা লুরেন তাইনা ইহুং খোমলেন তূমকল্লুবগী চেংলৌ মমিং পাঙলকপগুম মতম থঙনৌদনা হৌখৎলকলে হায়দবরা? নারায়ণ কৃষ্ণ অথোইবনা অমরক অমৃত লৈহীবু নৌনা বৃষকেতু মপারিবুসুঙ য়াইবী থরায় হিংলকপবু সভা লেংনা তিনবা পূমনমকনা চেংলৌ মিংথিংলবগী পুকনীং হরাউ থোইনা পাওমেম্নখিয়ে। হুংঙাই মতৌ অসিগুম্বদি থায়না লহান মাঙদা মিংয়েং শানথৈথিববু পূমনা লৈখিদরিয়ে হায়না নমু কনা ওইবা অমনা নৃত্য চুকোই শারে। নমু কনানা অশৈ হুংওন শকএ। নমু কনা অমনা মোইবুং থিনকাম খোংএ। নমু কনা অমনা পেরে শিঙ্গা মনিন নাইনা খোংএ। য়াংলেন পুংয়াম য়ৈবগী তেংগোল মরাঙ হোরে। হে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি হরি রাম রাম হায়না য়াওরা খোঞ্জেন লাউনরে। রারম অস্নুম ওইরিঙৈ বৃষকেতু পাংগনবদি হয়েন লান শোক্লবদা তাংজা কোক

---

লেংনা তিনবা—মীয়াম তিনবা। চেংলৌ মিংথিংলবগী—উরবগী। পুকনীং হরাউথোইনা—থবায় হুংঙাইনা। পাওমেম্নখি—হায়নখি। মিংয়েং শান-থৈথিববু পূমনা লৈখিদরিয়ে—করিঙঘদা থক উথিদরি। নৃত্য—(সং) জগোয়। চুকোই—জগোয়। অশৈ হুংওন শকএ—ঈশৈ হুংশিবা শকএ।

ঐ কানা তুরমলুবদগী য়াইবী থরায় হিংনা হোগৎলকপা থাচিকলবগী চেংলৌ মমিৎ পাণ্ডবগা চৈরোয়ননা বভ্রুবাহন কৌবা নণ্ডবু ঙাইরম্লখিও। হৌজিক য়ায়রা ইতেনচাদা য়াঙনা নোংমহনগে হায়না চেংলৌ মমিৎ ঙাঙনা চেনশিনখিববু অথৌ লিচা হেপ্পা পাংগন মথোকলকপা পুম্নমকনা থৌরম মথোঙ খঙনা উনবী পুকনীং তপহল্লে। থৌরম অসি মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ লাই মরুনা পাওমেল্লকএ। হে তাংজা লিন নিংথৌও লাংগোই শগোল শামু শামী লানমী অকন অথৌ থৈবিকসুঙ লীরুং থুংশু তেকনা য়ায়রা তেনচীন কায়রবা তিমেন খাঙতপ শম্নবনা লানকম মাল্লেম লৈদা তানা লৈরবা পুম্নমকপু তাংজা নঙগী মণি য়াইরংচান অমৃত শিদহীবু থীকপিরো হায়না পাওমেল্লবগী নোংলেন মথোঙ ফুয়না চুবগুম মায়কৈ চিংথেক মরিমক্তা অমৃত পুমনা চাইরগী লানকম লৈদা তাবা থৈবিকতো ঙমনা য়াইবী থরায় হিংনা হোথৎলকলে। লীরুং মথুংশু য়ায়রা মতেনচা, তিমেন মহুংচঙ পুমনা তাইশিন শমশিন্নববু চেংলৌ মিংথিংলবদা লানকম তেংগোনহুংদগী নমু মীপুম য়াম্বা থৈবিক্তো হুংঙাই হুংপঙ চঙনা উনবী পুকনীং ঙকলে। থুবম তমথীবদগী কৃষ্ণ শিদবনা য়াইবী থরায় হিংনা পুমনা লানবিরে হায়না তুন্দুভি মরুজ মৃদঙ্গ কৌববু য়াংলেন পুংয়াম য়ৈ শেনবুং থোঙ্গেন মনিন নাইনা নৃত্য চুকোই শারে। কোরৌ নোংমদোল্দগী চীংঙ্ লেংনা-ভিনবা থৈবিকনসুঙ শীংলেন লৈরীক নোংচুনরে। গন্ধর্ব্ব অশৈ

---

য়াংলেন—পুং। মরাঙ হোরে—ঈরাঙ লাঙেঙ। তুরমলুবদগী—তুখিরবদগী। ঙাইরখিও—ঙাইখো। নোংমনহনগে—শিহনগে। অথৌ লিচা হেপ্পা—লান্দা থৌবা। তিমেন—তা। খাঙতপ—চবুক, ময়াম। তাংজা—লিন। শিদহীবু—শিদনবা মহীবু। নোংলেন মথোঙ ফুয়না চুবগুম—নোং কয়া তাবগুম। ঙমনা—লোইনা। হুংঙাই হুংপঙ চঙনা—হুংঙাইবনা জান মান তাদবা মথৈ। দুন্দুভি—য়েনবা যন্ত্র মথল অমা। মৃদঙ্গ—পুং। কোরৌ নোংমদোল্দগী—স্বর্গদগী, লাইরেম্বাকপী। চীংঙ্ লেংনা ভিনবা—লাইয়াম লতানা। শীংলেন লৈরীক নোংচুনরে—লৈ নোং চুবগুম থিকথয়কলে।

শকপনা অশৈ সুংওন শকএ। বিদ্যাধরী চুকোই শাবীনসুঙ চুকোই খুৎথেক নৌনা শারে হায়না য়াওরা খোঞ্জেন মনিন নাইনা শোন্নরে। মণিপুর মরৈপাক্তা লৈঙম্বা পূন্নমকসুঙ হরাউ মখে লৈতরে। ছুরেন লানশোকফমদা কৃষ্ণ থোইথোইবগা ভীম পাংগনবগা অনীমকপু চেংলৌ মিংথীংলবগী বৃষকেতু মথোকললকপগা য়াঙনা খুরুমলুরবগা মবেন কুন্তী অচুম্বীসুঙ শ্রীযশোদা দৈবকী অনীমকপুসুঙ তাংজা লুদা থোংনা খুরুমজরে। অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবসুঙ ঈশ্বর মপুরেম্নচিংনা নমু মীপুম খৈবিকপু য়োয়না পূরুমজরবগা পার্থ শমু মখুৎ লোন্না কৃষ্ণ সনা মথোঙ থাদা য়াথং লৈশী লৈথোঞ্জখিয়ে। হে ইবুংঙো ব্রজ শাগৈ পূন্নমকী লোইদাম থা নিংথৌবু ওইরিবা-ও, হে যদুরাজ অথোইবা-ও নঙবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। হে প্রভু কোয়ৌ ইনোংথৌ চর্তুভূজ পাম্বোম মরি পানবা ও কংস হিংচাববু পাংগন ময়াই থেকনা নোইহৎপা হে গো-পালজি থোইথোইবা-ও নঙবু খুরুমজবনে। রাবণ নিংথৌ হিংচাববু য়াইবী থরায় হাৎনা য়োয়বু সীতা লাইরৈমাবু লৌথৎলুবা হীরণ্য হিং-চাববুসুঙ শমু খুৎঙমথিনা ভক্ত ব্রহ্মা লৌশিংববু য়াইবী থরায় ঙাকপিবা হে নরসিংহ মপুরেন নঙবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। হে বামন নমু মী মনেম অনেম্ববু ওইনা লৌনম নথৌরাঙনা বলি নিংথৌরেনবু মাঙহনবা, শমু নথোঙ অহুম পানবা হে লক্ষ্মীনাথ অরোইবা নঙবু খুরুমজবনে। অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড মশীং লাকঙমদবা পূন্নমক্কী মবুংঙো শিদবা মপুরেন পূন্নমকী অথোইবা-ও গোবর্দ্ধন চীংশা নাপোম ১০০৩ গুববু গোকুল লৈপাক সুংঙাইবদা পুশিল্লবগা গোপ গোপী পূন্নমকপু ঙাইরোয়ননা ফাওরেন শনয়াম শেনবা-ও নঙবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। তাইবঙ অপোক অশি

---

লৈঙবা—লৈরবা। নমু মীপুম খিবিকপু—মী মন্নাম্নু। লৈশী লৈথোঞ্জখিয়ে—মস্তিক মগুণ থাডনা লায়রখি। ব্রজ—বৃন্দাবন। যদুরাজ অথোইবা—যদু শাগৈগী নিংথৌ অথোইবা। প্রভু—ইবুংঙো। কোয়ৌ ইনিংথৌ—ঐগী ইবুংঙো। চতুর্ভুজ—পাম্বোম মরি পানবা। কংস—মথুরাগী নিংথৌ।

লাইদব্য থৌজান মপুরেন অথোইবা তনবা নিপারক্তগী পুরান পুরস অরিবা নতীক সমুদ্র ইরেন পূংগুম্বা নচু নোংলেন ঈনৌ হোৌগুম্বদা চোয়নৌ সনা ফীগেনা চীংস্নুং নোংথাঙ কৃপকুম তগুপ তরেং নীংথিবা, চীংঙু কুচু শংবাম্নবা খোইমোম লেংনতিনবা খৈবিক্কী চীংঙু লাইনিংথৌবু ওইহ্নিবা বিধি নোংদম মথক্কী হে বিধাতা রায়েন মপুরেন শংশঙবা-ও নারায়ন ব্রহ্মা মথক্কী পরংব্রহ্ম মপুরেন অরোইবা-ও হায়না অর্জ্জুন ময়া নাপী চীক, চৈরৈ ঙক্তা য়েৎনা কৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা হন্না হন্না য়াথং লৈশী-লৈথোঙরবদা কৃষ্ণ উনবী পূকনীং পেনবিরবগী দেবহরি অথোইবা মহাকনা হে পার্থ লোয়না ইপাতাউ হুংচানবা-ও নঙবু কম্বী মকম খৈবিক্তা য়াইফা মথোই তোংববু লেপনা ওইরো। কৃষ্ণ বন্ধু লোয়না অচেৎপবু নঙবু হেন্না কনা লৈবনো হায়না অর্জ্জুন শমু মহাকসাংবু হকসাং পূমনা চেৎনা কোনবীরে হায়দবরা? বভ্রুবাহন অকনবস্নুঙ সভা লেংনতিনবা পূম্নমকস্নুঙ হুংঙাই মথোই তোংলে। নাগরাজ তাংজা লিন নিংথৌবুস্নুঙ হে পাতালপুর লৈমাবা নঙনা অমৃত শিদহী মনিয়াই ময়োনবু পুরকপগী অর্জ্জুন বৃষকেতু অনীমকনচিংনা লাংগোই শগোল শামু য়াওনা থরায় নিংসা পাল্লিবা খৈবিকস্নুঙ খুৎশূ মশক খোক্তরবা পোলোই মশক মাঙলবা পূম্নমকস্নুম ঙমনা চেংলৌ মশক মাঙলবা পূম্নমকস্নু ঙমনা চেংলৌ মশক লেপনা ফহল্লে। থৌরম মতৌ অসিগুম্বদি থান্নবা কদৌনোং উথোক্তরিয়ে। কৃষ্ণ থৌজান ওস্থোকপস্নুঙ হায়ঙমলরোইএ। চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমাস্নুঙ স্বামী মপু অরোইবনা থৌরম মতৌ চেৎনা ঙাকচঙস্বা থোকলে। নারায়ণ

---

গোপালজি—শ্রীকৃষ্ণ। রাবণ—লঙ্কাগী নিংথৌ। চোয়নৌ—সনা। চীংস্নুং নোংথাঙ কুপ্পা—নোংথাঙ কুপ্পা। খোইমোম লেংনতিনবা খিবিক্কী—লাই ময়ামগী। লাইনিংথৌ—লাইরিংথৌ। বিধাতা—ব্রহ্মা, লৈশেম্বা লাই। চৈরৈ ঙক্তা য়েৎনা—মঙক্তা মকি য়েৎতুনা। লোয়না ইপাতাউ হুংচানবা—ঐগী চামরবা মরূপ। হুংঙাই মথোই তোংলে—য়ামনা হয়াঙরে। নাগরাজ—লিন নিংথৌ। পাতালপুর লৈমাবা—পাতাল লৈবাক্কী নিংথৌ। থাম্নবা

খৌজান নরনকুদগী বভ্রুবাহন পাংগনবসুংও পম্নৌ য়াইবী থল্লায় মাঙলবা মহাক্তা অমরক থল্লায় য়োয়ওই ঙমজববু থোকহল্লে হায়না সভা লেংনা তিনবা খৈবিক্লো হরাউ মথোই তোংলে। জয় মুনিরেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও থৌরম অসুম তৌনা খুবম তমথীবদগী ধনঞ্জয় য়াইফা অরান ফংএ। পম্নৌ মপা মচাগী হুয়েন লানশোক লোমনরে। পম্নৌ য়াইবী থল্লায় হাৎপগী পাপ থৌরম অল্লম্বসুং দেব হরি মপুরেন্না পুকনীং থল্লা লৈভনা কোকপিরে ॥

## শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী লোয়ননা মণিপুর সনা কোনুংদা লেঙশিনবা

বভ্রুবাহন লৌশিংবনা শমূ মখূৎ লোন্নরা হায়জখিয়ে। হে জগন্নাথ মপুরেন অরোইবা নঙগী খৌজান নরনকুনা পাপ লাইজা ইরেনপুংগুম্বসুং কোকপিরে। শ্রী অথোইবনা তিল্লবা কৃষ্ণ সনা খুয়ারেনবু নিংথৌ য়োয়কোনসুংদা তাপীরো হায়না পাওমেঞ্জরবগী কৃষ্ণ থোইখোইবনা পুকনীং হরাউ চঙনা পাওমেল্লকএ। পম্নৌ নপা অর্জ্জুন তেলহৈববু ভক্তি নতৌ অমেঙবনা য়ারম থাঙ্গেশেংনা খঙ-হল্লুরো। পলেম পম্নৌ অনীমকনা উনবী পুকনীং পেনবিরবশিংদো কৃষ্ণ ঐগী পুকনীং মথোইতোংনা পেল্লবা অহুনে হায়না পাওমেল্লবদা বভ্রুবাহন পাংগনবনা অর্জ্জুন মপা অপোকপবু শমু মখূৎ লোন্না য়ারম মতৌ খঙহল্লুরবগী পার্থ তেনহৈবদি কৃষ্ণ সনা উনকোয়সুংদা বভ্রুবাহন-য়োয় কোসুংদা চৎপিনীংববু হান্না য়ারম পান্দম খঙলবগী বভ্রুবাহন

---

কদৌনোং—মমাঙৈঙদা, কন্বিগুবা খুমিৎতা। উথোক্তব্বিয়ে—উখিদরি। স্বামী—মপুরোইবা। নারায়ণ—শ্রীকৃষ্ণ। নরনকুদগী—নখৌজান্দগী। সভা লেংনা তিনবা—মী মন্নাম তিনবা। লানশোক লোমনরে—লান শোকনবা লোইনরে। শমূ মখূৎ লোন্নরা—মখূৎ জুর তৌহুনা। জগন্নাথ—তাইবঙ-পানবগী মপু। পাপ লাইজা ইরেন পুংগুম্বসুং—পাপকী মপৈ খৈবিকসু। নিংথৌরোয় কোসুংদা তাপীরো—সনা কোনুংদা লেঙশিনবিয়ো।· শমু মখূৎ

কোন্নোয় ময়াথং অসিদো অকা মথোই তোংবা মহাকনে হায়না পাণ্ড-মেনবিগুমলবগী কৃষ্ণ শিদবদি অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবনচিংলিবা লানমী লোংন-তিনবা পূন্নমকপু থাইরোয়ননা মণিপুরয়োয় কোম্নুংদা চণ্ডখিরে। মীয়াম লানমী খোঙথাংনা মালেম লৈপাক লৈমা মহাকপু নীকলুএ। মণিপুর য়াংদৌ লমদাংইন শমু খোঙথাফম্বু লৈতনা চৎখিবদো বভ্রুবাহন নিংথৌয়েনগী শীংলেন লৈগী উমং অমবু চেংলৌ মাগুদা থানা উরুরে। উমং নীংথিবদো পামেন উশা খূদিংদা মহৈ চূন্না য়ান্নে। খোংনাং উখোঙ খৈবিক্তসুঙ সনা মৈখাঙ কোন্না মালেম লৈপূং ওইনা থোন্নবগী চেংলৌ মিৎপু লংনা উনবী পূকনীং হুয়এ। শীংলেন লৈগী উমং চাউকোইন্নুংদা পুন্নুং ইংখোনলেন সুংঙাই মীপূক হুবা অমা লৈএ। চামলৌ লারাক কুইনা পুন্নুং লাহৈ চূমনা য়াল্লে। লাংগোই মোইশায়া শামু মচুম তাবগী পাংগল ময়াই কাবা মহাকনা লাংগোই মফম ওইনা নীংএ। পুখ্রী লাইজা ঈয়োককোম অকুইবা মনম সুংশিথোইবা অমা লৈএ। লাইজা ঈপাকথক্তা থম্বাল লৈসুংশি থরো লৈওম্বোক শীংলেন ঙৌনা শাৎপা, লৈরাং ঙাঙনা ঙৌনা শংনা হেনবনা পুখ্রী ঈমায় চোন্নয়ে। শীংলেন লৈকা খূদিংদা খোইমু লাবা অমোম পূন্নমকনা খোঞ্জেন সুংনৌ থোকনা খোংনা য়াকানয়ে। কাংঙা চাক্তানা ঙাসু চাকথোকপা থান্না পোংপৈববু লীতৎ নাইদনা ঈথক নানৌ চৈরোয়ননা পোনবী চূমনা তিন্না য়াকানয়ে। পুখ্রী লৈরাই চাংজৌ থক্তা শীংলেন কেতুরৈ, কেন্না লৈ সুংওন গুমলতা উরীরৈ, যাতি যুতি লবঙ্গ শ্যামলতা চম্পক লৈহাউ লৈসুংশি নাগেশ্বর লৈ ওম্বোক অসিনচিংনা শীংলেন লৈরম পূন্নমকসুঙ

---

লোন্না—খুৎ লোন্নহনা। উনকোয়সুংদা—পূকনীংদা। যোরকোন্নুংদা—লনা কোন্নুংদা। পাণ্ডব খগুলবগী—ইথিং উরবগী। য়াংলৌ লমদাংইন—অদী মতুং ইন্না। শীংলেন—লৈ। মীপূক হুবা—মীগী পূকনীং ওহুৎপা। চামলৌ —লা। পুহুং লাহৈ—অকোয়। লাংগোই মোইশায়া—শায়। লাইজা ঈয়োককোম—পুখ্রী। লাইদা ঈপাকথক্তা—ঈশিংদা। লৈওম্বোক—ওম্বোক ওম্বোকপা লৈ। খোঞ্জেন সুংনৌ থোকনা—খোঞ্জেন সুংশিনা।

তাউজীং হৈনৌ থুমখোইবা থৈবোঙ কিংনাই নানৌবা নারঙ্গ সমংত্রাই হৈরাংচান শ্রীবোন হৈরাঙচান তাউজীং হৈখাগোক কপোই হৈ মচা য়াম্বা হৈরাঙ চানা হোঙবা তাউজীং থুমনা পানবা থৈবিকসুঙ পামেন মরেং হৌববু নীংখি পুকনীং হুয়ে। তল্লা উতোনথক্তা কোকিল চেকনিংথৌন-চিংনা চীংশোং লমলৈমা পোনবী তেনোই লোক্তিন্নবা চেকলা লোন-থোকপা পুন্নমকনা খোঙ্গেন হুংশি থোকনা খোংথৈনয়ে। পামেন উরক-মুংদা কাইবীয়েক শওম পানবা কৈয়েকলা থাংলৌ ওকলাবা কাওরেন শস্থৌ লমশন মানবী থোইকাপাক চিত্রকেতু লাইরেন হকচাউবা খ্বা কক-য়োংনাউ য়িমশা লমশা পুন্নমকপু উমং লমকোন নিন্না য়াকানয়ে। পর্ব্বত চীংলেন পল্লংলাগী মলয়া নোংশীৎ অচীকপনা তোংলেন তপনা শিৎ-চিনবগী উনবী পুকনীং চীকনা হুংঙাইবা কুঞ্জ উমংলেন অহুদা দেবহরি মপুরেন্না চঙখিরবগা সভা লেংনা তিন্না সনা ফান্দেং থানা ফমফমলে। তাংজা লিনগী মরূপসুঙ মুনি ঋষি পুন্নমকসুঙ ফমফম লান্নদনা নমু মীয়াম তিনবদা গরুড় চেকনিংথৌবু তাংজা লিনগী মরূপনা ইশ্বর মপু-রেনবু লৈরবগী পুকনীং শোংকি চঙববু পুমনা লৈতরে। গরুড় চেক নিংথৌনসুঙ পোনবী মচীঞ্জাকনি নীংদরে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগা বৃষকেতু প্রত্নমী অহুম্মক্তি ফম্বী মফম অমত্তদা ফমমিন্নরে। নিংথৌ লেংনতিনবা পুন্নমকসুঙ মরূপ মরেং য়ামনা ফমফমলবদা শ্রীকৃষ্ণ থোই-খোইবনা হে আনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌও নঙগী থৌরম মরম অচেৎপনা অফা মথোই তোংহল্লে। রারম মতৌ অমসুঙ অর্জ্জুন

---

চাংজো থক্তা—লৈয়াই মথক্তা। শীংলেন কেতুরৈ—লৈরাং কেতকী। চম্পক—লৈহাউ। হৈয়াংচান—হৈ। তাউজীং—হৈ। তল্লা উতোন থক্তা—উ মথক্তা, উথক্তা। চীংশোং লমলৈমা—চীংখুন্ন, লমখুন্ন। খোংথৈনয়ে—খোংঙে। কাইবী—শওম। পানবা—কৈ। হকচাউবা—মশা চাউবা। পর্ব্বত—চীংজাউ। চীংলেন পল্লংজা—চীং অবাংবা। তোংলেং—মুংশীৎ। দেবহরি—শ্রীকৃষ্ণ। ফান্দেং—ফান। প্রত্নমী—প্রদ্যুম্ন, শ্রীকৃষ্ণগী মচা নিপা কামদেব। ফম্বী মফম অমত্তদা ফমমিন্নরে—ফমফম অমত্তদা পুন্না ফমলে।

তেনহৈবনা মপারিগী শমু মথুৎপাক্তা নোংমল্লবা অসিদো থায়না লহান মাঙদা গঙ্গা মীচৈথোনগীনে। হে পার্থ লোয়না ইপাতাউ-ও নঙস্তু তোঙান মীচাপোক্কী শমু মথুৎপাক্তবু নত্তনা নপারিগী শমু মথুৎপাক্তা নোংমল্লবা অসিদো পূকনীং হুংঙাইভববু লৈরগনো। রারম মতৌ অমস্তুঙ পল্লেম মমা সতী অচুম্বীবু বেশ্যা হাম্বোইবীনে হায়না য়াথং ইনথোকলুবগী মতৌ অয়োনববু লৈঙমলে। থৌরম অমা অমা ওইরবস্তুঙ সভা নঙখোয় পূম্নমকপু য়াইফা অরান ফংলে। বভ্রুবাহন পাংগনবা অসিনা নঙগী য়াইবী থরায় হিংনবা পাতালপুর মরৈপাক্তা চঙনা অমৃত য়াই ময়োনবু লৌরুবা অসিস্তুঙ অরা মথৈ লৈতবা খুবম তমথীবা অহুনে। য়াইফা কোল্লোয় মমিংলেনস্তুঙ কোরৌ নোংমতোন মাল্লেম লৈখারোন তাইবঙ নোংসাপান মরোন অহুম্মকতা লৈরৌরঙৈনে। তাংজা লিন লৈপাকপু থৌরাঙ খুৎথুমচন্না ঙমলুবা অসিবু ওস্থোকএ হায়না পাওমেল্লবদা পাতালপুর লৈমাবস্তুঙ হে প্রভু কোরৌ ইনিংথৌও য়াথং অমরক করি হায়হৌসিবনো কৃষ্ণ সনা নখোঙ খাদহুম পূকনীং শোংকি চঙবনে। খোইমোম লাই তাইবঙ মী কনানা তাংজা ইরৈপাক্তা চঙঙমদববু বভ্রুবাহন পাংগনবদি তিল থোয়দিং মথায় মরমদবু পূকনীং অকি লৈতনা লিল্লা ইরৈপাকপু শমু খুৎথুম চম্না মঙমলয়ে হায়না অসুম পাওমেনববু নাতারবদা ধনঞ্জয় পাংগনবদি তাংজা মরু লূকনা খিজিক্তংবু পূকনীং ইকাই চঙলুএ। থৌরম অসি মতুংদা বভ্রুবাহন লৌশিংবনা পম্বৌ শমু মখোঙখাদা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিয়ে। হে পম্বৌ ইপা ইবুংঙো-ও কৃষ্ণ থৌজান মরনকুনদি

---

নিংথৌ লেংনতিনবা—নিংথৌ ময়াম তিনবা। অকা মখোই তোংহন্ন— য়াম্না হেন্না ফহল্লে। নোংমল্লবা অসিদো—শিরিবাস। গঙ্গা মীচৈথোনগীনে —গঙ্গা দেবীগী শাপননি। লোয়না ইপাতাউ—ঐগী চান্নবা মরূপ। মীচাপোক—অতোপ্পা মমলানবা মী। অয়োনববু—দোষ, মরাব। লৈঙমলে— লৈরমলে। লৈরৌরঙৈনে—লৈহৌরগনি। পূকনীং খোংকি চঙবা—পূকনীংঙা কিবা পোকপা। খোইমোম—লাই। তাংজা ইরৈপাক্তা—লিন ঐগী লৈবাক্তা।

য়াইফা মথোইতোংনা লানবিরবসুড পম্খৌ তাংজা লুরেন ককপগী পাপ ক্ষমী ওইবা কোল্লোয় মিংলেন থীবদি মরৈরিএ। পাপ থৌরম অরাম্বনা লৈতেংফিশেৎ ওইনরবা অসিবু তাইবঙ নোংশাপান অসিদা কম্বি য়াইবী থরায় হিংনা লৈরশিবনো। খাম্বী মৈরিন্নুংদা চঙনা নোংমল্লগে। পম্খৌ কোল্লোয় নয়াথংবু পীনরো। হে ঈশ্বর ভগবন্ত থোইখোইবা নঙসুঙ নদাইরেম ঐনা য়াথং লম্নিজবা অসিদা পুকনীং অপন্ লৈহল্লগুনো হায়না শমু মথূৎ লোন চেংলৌ মিৎপান ওন য়াথং হুংশি চৈরোয়ননা পাণ্ডবেঙ্গরবদা শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা হে বভ্রুবাহন পাংগনবা-ও নতোম য়াইবী থরায় মাঙহনগে হায়না পাওমেল্লিবা অসিবু মহাপাপ অচৌবা মথক্কী তামাসি, পাপ থোইনা চাউরবা অহুনে। নতোম শংলৌ নথৌরাঙনা য়াইবী থরায় মাঙনবা তৌরুগুনো হায়রবদা হোয় হে প্রভু জগন্নাথ মপুরেন-ও রাম্নম লঙজববু লৈতনা পঙনা নোংমনখিবহুম মতোম য়াইবী থরায় হাৎপা কৌএ। পম্খৌ তাংজা লুরেন ককপগী থৌরম লঙজা লৈবা নিগিনা ইতোম য়াইবী থরায় হাৎচবগী তামাসি পাপ অরাম্বদি ওইররোইএ হায়না নীংথজরে। অসুম পাণ্ডবেঙ্গরবগা শ্রীকৃষ্ণ সনা খূয়ারেনবু খুরুমজরমলবগা অমন খমলৈ কুমগে হায়না য়াঙনা হৌগৎপবু শমু পাংগল থেকবা কনা থোখাম ঙমদরবদা শ্রীবাসুদেব থোখোইবনা হে ভীমসেন পাংগনবা-ও

---

তিল—(সং) থোয়দিং। লিন্না—লিন। ধনঞ্জয়—অর্জ্জুন। ময়নকু—থোজান। পম্খৌ তাংজা লুরেন ককপগী—ইপাগী মঙক ককপগী। কোল্লোয় মিংলেন থীবদি—মিংচৎ ফজদবদি। খাম্বী মৈরীন্নুংদা চঙনা—মৈনুংদা চোংশিনহুনা। নোংমল্লগে—থরায় থারগে। নতোম—নথন্দা। তৌরুগুনো—তৌরুনু। জগন্নাথ—জগৎকী মপু, শ্রীকৃষ্ণ। লঙজববু লৈতনা—দোষ য়াওদনা, মরাল লৈতনা। নোংমনখিবহুম—থরায় থাখিবহুম। লঙজা লৈবনিগিনা—দোষ লৈবনিনা। অমন খমলৈ কুমগে হায়না—শিরগে হায়হুনা। কনা থোখাম ঙমদ্রবদা—কনাগুম্বা মী অমত্তনা খাৎবা ঙমদ্রবদা। বাসুদেব—বসুদেবগী মচা কৃষ্ণ। অচেন খংলৈ য়াঙনা—য়ামনা থুনা চেন্না

করি পূকনীং অশুক চগুলিবনো বভ্রুবাহন পাংগনবা অসিবু য়াগুনা থৌথাবজিল্লুও খাম্বী মৈদা চগুনা মতোম নোমনগে তৌববু লগুজা মজীক ওইদে হায়না পাওমেল্লবগা ভীম পাংগনবনা অচেন খংলে য়াগুনা বভ্রুবাহন শামু মথূৎচেং লাকনা থামলুরে। হে ইপারি সুং-চাম্পা-ও মরম করিগী খাম্বী মৈদা চগুনা নোংমল্লুগবনো পায়মা নংগী উমগোয়মুংদা ইতৌ অয়োনবনে হায়না নীংখল্লুগুনো শ্রীকৃষ্ণ থোই-থোইবনা নতৌ-অয়োনববু পূমনা লৈতে, খোইমোম লাইগী নোংদমনা থোকলবনে হায়না কৃষ্ণ সনা ময়াথংনা পাওমেনবিরবা নত্তবরা ? রারম অসি খগুনা থৌরম মতৌ করম্ববু নহাননোং লব কুশ অনীমকনা পম্থৌ য়াইবী থরায় হাৎলুবনো হায়রবদি পল্লেম মমা সীতা লাইরৈমাবু মতৌ অয়োন খগুদনা মুনি খোয়মা নাপীরক্তা রাম পূকনীং থেংকোই নীকনা ইম্থোকথিরবগী বাল্মীক মুনি মরান লোনয়িময়ায়দা রাম মপাব্রিবু নাউনোক্লরে। পম্থৌ মপা মচা চেংলৌ শক খগুনদনা চীংগু রামচন্দ্র থোইখোইবদি শানৌ মচীনমনাউ ভাইরোয়ননা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌগে হায়বগী লাংগোই শগোল থানা লৈপাক লৈপাক খুঙ্গং কোয়রকপদা বাল্মাক মুনি ইংখোল লেন্দা চগুখিরবগী রাম মশানৌ শত্রুঘ্ন অতোনবনা হাম্না লানমী লানপূম অমগা হুয়েন লান শোক্ল-রুবদা লব কুশ অনীমকনা পাংগন শীংথানদনা শত্রুঘ্ন য়াইবী থরায় হাৎলবগী অমরক মশাবি লক্ষ্মন লানপূম্মগা লানফম শোক্লরুবসুগু লবকুশ অনীমকনা রায়রা তেন্না মককলবগী ভরত চীংখোং য়ায়মবনা মরূপ লানপূম্মগা হুয়েন লান শোক্লরুবসুগু পূকনীং চিংনা লৈতনা মহাৎলবগী চীংগু রামচন্দ্র থোইখোইবা মহাকনা রায়রা মথূৎশূবু

---

চেন্না চত্তুনা। খোইমোম লাইগী নোংদমনা—লাইনা তমতুনা, চীংগু নোংদম-থোক্লা। নহান নোং—থায়না। পম্থৌ য়াইবী থরায় হাৎলুবা—মপা হাৎলুবা। অয়োন খগুদনা—মরান খগুদনা। খোয়মা নাপীরক্তা— নাপী মরক্তা। মরান লোনয়িম য়ায়দা—ময়ুমদা। মপাব্রিবু নাউনোক্লরে—মচা পোকলুরে। ভাইরোয়ননা—লোয়ননা। মশানৌ—মনাও নিপা। রায়রা মথূৎশূবু—লীচিং

লৗচিং নাকোং ফংমা সন্ধান মিংয়েংচুম তেনবী নোংচুননা লানফম মায়য়োক য়াবসুঙ মপারি লবকুশ অনীমকনা লানশোক হেলা থৌওইদনা রাম হুয়েন লান লোয়নরকপা শওম য়োংনাউ নমু মীহিংচা নিংথৌ লৈকোয় ফংবা পূমনমকসুঙ চীংঙু রাম নামুংবা মহাকনচিংনা লানশোক মমাঙ থাঙদনা ঙমনা য়াইবী থরায় হাংলবদা বাল্মীক মুনিরেম্না রারম পাউরেন তারবগী চেংলৌ মিংকুপ মরুমদা য়াঙনা মুনি মন্ত্র চৈরোয়ননা রাম শানৌ মচীন মনাউ মরিমকসুঙ লানফম লৈদা তানা নোংমল্লবশিংবু ঙমনা য়াইবী থরায় হিংহল্লে। মাঙওই থৌরম অহানবদা রাম নামুংবা মহাকনা মতৌ অসুম তৌখিয়ে। হে অর্জুন রায়রা তেনহৈবা-ও ঊনবী পূকনীং তপনা না-তা-ও। নতৌ নরমচং পূমনমকপু নমু মী ওইবা খৈবিকনা পাংগন নতীক থাগৎনরিবা অহুনে। হুয়েন লানশোক অরুবদা হেমালয় ঊনগী চীংবু ঙমজবা লানফম শোকনা খুদিংগী খুংশূহৈব পূম্নমক্তা গুরু লাই ওইনরিবা অহুনে। অতৈ ক্ষেত্রি পাংগন মথৌ লৈবা খৈবিক্তি খুংশূ নঙনা শিন্দম্বিবা সেবোক মতম মানগুম্বা অহুনে। নঙথোয় চন্দ্রবংশ শাগৈ নরমচংপু থৌরম মতৌ অসুম লৈরিয়ে। শাগৈ নরানা ···রেন খৈবিরুসুঙ পাংকন্ মথৌ খৈবিকপু পূমনা চাওখৎলকপা অদূনে। রারম পানতম্নবা অমদি লোইদাম থাশি নোংদগী হৌনা কোরৌ নোংজা খুদিং থাজা মপূং ফানা চাউখৎলকপা অহুগুম্ববু চন্দ্রবংশ শাগৈ নরমচংনে হায়না খঙও। রারম মতৌ অমসুঙ তাইবঙ নমু পোং ওইবা অসিদো য়াইবী কনহৌনীকপনা থৌরম মতৌ

---

নাকোং ফংবা—মাগী খুংশূ তেন অহু লীরী মনাকোং য়ৌনা চিংলগা। তেনবী —তেন। হুয়েন লান লোয়নরকপা—সান লাকপদা লাকমিম্নবা। লৈকোয় ফম্বা—নিংথৌ। লানশোক মমাঙ থাঙদনা—লান শোকুবদা মমাঙদা লেপ্লা ঙমদনা, মাপা লাম্বা পাবা ঙমদনা। মন্ত্র চৈরোয়ননা—মন্ত্র শোন্দুনা। নোংমল্লবশিংবু শিয়বা মরাম অহুবু। ঙমনা—লোইনমক। নমু মীওইবা খৈবিকনা—মী মরামনা। শিন্দম্বিবা—হৈনদবা তাকপিবা। সেবোক—পন্নবা।

মাওনয়ে। য়োয়মন্নাই তাউদনবা মহাকনা সুমিৎ মঙাল লেমদবা অহুনে। পৌষ পোয়সু থাদদি চীংঙু লাইরৈপাকলমদা সুমিৎ তরানীথোই থোকপগী মঙান মতীকমরন্থু শারুএ। মাঘ ল্লাকচীং থাবু—য়ৌহিকলবদি সুমিৎ মঙান হনখৎলকএ। ফাল্গুণ লোইদাম ফাইরেন থাদদি তাইবঙ নোংসাপান্দা সু মিৎ মঙান চঙথোল্লে। চৈত্র লমদা ফাও না মঙান মৈশা কন্না শাখৎলকলে। বৈশাখ লোইদাম শচীফোয় থাদদি মৈশা মঙান য়ামনা মথোইল্লিচকএ। জ্যেষ্ঠ কালেন থাবু য়োরবদি থাজা তরানীথোইমক্কী মশা মতীক চঙথোল্লে। আষাঢ় লোইদাম ইঙা থাবু য়োরবদদি থোইমোম লাইরৈপাকলমদা সুমিৎ মঙান অমরক হঞ্জিনখিরে। তাইবঙ নমু পোংওন্‌বরমদি মৈশা মঙান ল্লাৎশিল্লকলে। শ্রাবণ ইঙেন থাদদি সুমিৎ মঙান হঞ্জিনখিরে। ভাদ্র লোইদাম থরান থাদদি মৈশা ময়েং তাশিনখিরে। আশ্বিন লাংবন থাবু য়োরবদি রোয়ময়াই তাউদনবগী নোংশা মঙান চোনচিন হৌরকলে। লোইদাম কার্ত্তিক মেরা থাদি তাইবঙ নোংশাপান্দা মৈশা মঙান হৌরকলে। লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থাদি সুমিৎ মমায় ওনচিল্লে। তাউদনবা সুমিৎ মহোশাদি অহিং ইনুংমগুম চেংলৌ মিৎথোঙমন্থদি পূম্না লৈতবা অহুনে। হে পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবা ও য়োয়ামন্নাই তাউদনবা মহাক্কনসুঙ মৈশা মঙান মথং মনাউ নাইএ। নঙদি লানশোক থুবম থীবা অমত্তুংদসু নপারিগী শমু মখূৎপাত্তা শিররবগী নতীক পাংগন নপ্নেং তাবনু করি লৈরিবনো হায়না পাওমেল্লবদা শ্রীকৃষ্ণ সনা মথোঙখাদা অর্জ্জুন শামু মখূৎ লোম্না রাহমজথিয়ে। থঙলে থঙলে হে ইবুংঙু ত্রিভুবন মরোন অহুম্মকপু ঙাম্না নোংশা পীরিবা অহুগী ঈশ্বর নোংদম নপুরেনবু ওইরিবসুঙ নঙনে কোল্লোয়

---

লোইদাম থাশি নোংদগী— থাশি হুমিত্তগী। কোয়ৌ নোংজা খুদিং— হুমিৎ খুদিংগী, নিত্তিগী। ল্লাইবী কনহৌনিকপনা— শাউবনা। য়োয়মন্নাই তাউদনবা— হুমিৎ। য়ৌহিকলবদি—য়োয়বদি। নোংশা মঙাল— ভুংশা। তাউদনবা— হুমিৎ। চেংলৌ মিথথোং মম্বা— মিৎনা য়েংবদা উদবা।

মিংলেন চৎপা মিংথী য়াঁরৈচেনববু ওইরিবসুং কৃষ্ণসেবক নদাইরেমনে হায়ববু নমু পোং ওইবা খৈবিকনা পূমনা মথঙলিবা অহুনে। ঈশ্বর নঙবু হেন্না ঐগী পাংগন চৈশৌ ওইনববু লৈতরে। শ্রীকৃষ্ণ সনা নখোঙখাদা য়াথংভক্তি তৌজবা অসিনা অয়া মথৈ লৈতবা, খুবম তমথীবা খৈবিক্তা মরানবিরিবা অহুনে। ভীমসেন পাংগনবনসুঙ বভ্রুবাহন মপারিবু কোল্লোয় য়াথং থেমনা পুশিল্লকলে। পনথৌ মপামচানে হায়ববু খঙনা লমচৎ মতৌ থোকনা মিংকোয় লাইজা ঈফমতাউ খৌজান লাইজা হুংশি লীয়েৎননা কোয়ববু চেংলৌ মিংথিংলবগী তাইবঙ নমু পোংওইবা পূমনমকনা কৃষ্ণ সনা মখোঙখাবু নকনা তান-ফংজরবগী খৌরম মহৈ অচুম্ববু করম ওইহনবনো হায়না য়াইফা মত্তীক থাগৎনরে। পল্লেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনীমকনা হরাউ পূকনীং চঙলে। মতৌ অসুম তৌনা বভ্রুবাহন পাংগনবদি চীঙাক হাউথোই থুমখোইববু কৃষ্ণ সনা মখোঙখাদা য়াঙনা কচ্চরবগা ঈশ্বর মপুরেম্না অর্জ্জুন মপাতাউগা সনা ফান্দেংমদা ফমমন্ননা থামান্নরবদা নিংথৌ লৈকোয়ফম্বা খৈবিকসুঙ লানমী অথৌলিচা হেম্না পূমনমকসুঙ ঙমনা উনবী পূকনীং পেম্না খঙহল্লবগা লাংগোই শগোল শামু খৈবিকসুঙ শজীক নানৌ চৈরোয়ননা লাইজা ঈথকলে। শ্রীকৃষ্ণশিদ বদগী হোনা কর্পুর মনম হুংশিবগা পানা কা পুংবুরেমনা চৈরৈ ফীরোল নীংথিবগা নমু মীপূমমাবু শেন্দনা মাল্লৌ লনহোংহল্লে হায়দবরা?

---

বাহমজখি—বাহায়জখি। ত্রিভুবন—ময়োন অহুম, স্বর্গ, মর্ত্ত্য পাতাল। কোল্লোয় মিংলেন চৎপা—মমিং চৎপা, অফাওবা। মিংথী যাঁরৈচেনবা—মিংচৎ কতবা। নদাইরেম—ননাই। পূমনা—লোইনা। তানফংজরবগী—ফংজরবগী। হরাউপূকনীং চঙলে—মপূকনীং নুংঙাইরে। চীঙাক হাউথোই থুমখোইবা—অহাউবা চীঙাক। মপাতাউগা—মরূপকা। ফান্দেংমদা—কাল অমত্তদা। শজীক নানৌ চৈরোয়মনা—শজীক অনৌবগা লোয়ননা। লাইজা ঈথকলে—ঈশিং থকলে। মীপূমবু শেন্দনা—মী অমত্তা চিথদনা। মাল্লৌলনহোং হল্লে—মকী ময়োন হোংহল্লে। ইন্দ্রানখিয়ো—য়ৌনবা চংখ্রে।

অনন্তশেষ তাংজা লিন নিংথৌবুস্নুঙ লিল্লা মতীক ওকনা লাংচরবদা শ্রীকৃষ্ণ খোইখোইবনা হে তাংজা লিন নিংথৌও নওগী থৌরম নতীক ওক্লবা অর্জুন য়াইফখোইববু খোকলরে। লিল্লা নরৈপাকপু পাতালপুর হুংঙাইববু য়াঙনা ইন্দানখিরো হায়না কৃষ্ণ সনা ময়াথংবু তানফং-জরবগী তাংজা লিন লৈপাক্তা অমৃত য়াই মহীবু পুনা চঙখিরে। জগন্নাথ মপুরেন্না হে অর্জুন তেনহৈবা-ও ঐনা মণিপুর লৈপাক অসিদা ইন্দাল্লকঙৈগী মথৈবু নশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্দি পূকনীং অন্না চঙলরিঙৈনে। থৌরম মতৌ অসিগী ভীমসেন পাংগনববু পল্লেম ইমা শ্রীযশোদা দৈবকী অনীমক্কা নপন কুন্তী অচুম্বীগা ঙাই-রোয়ননা ন্নারম পাউরেন তানবা য়াঙনা হনন্নাইহনখিহনসে হায়না পাওমেল্লবগা ভীম পাংগনববু কৌনা কৃষ্ণ সনা ময়াথংবু বিদাই ন্নাথং থারবগী চেংলৌ মিংকুপ মরমদা গরুড়চেক নিংথৌনা চেকলা থক্তা পুনা হস্তিনা লৈপাক হুংঙাইবদা য়াঙনা থমলুরে।

---

ইন্দাল্লকঙৈগী মথৈ—লাকঙৈগী মথৈ। নশাবি—নয়াম্বুং। পূকনীং অন্না চঙলরিঙৈনে—পূকনীং ন্নারন্নিগনি। নপন—নমা। ন্নাঙনা হনন্নাইহন-খিহনসে—থুনা চংহনখিসে। চেংলৌ মিংকুপ মরমদা—মিংনা কুপ্পদা। চেকলা থক্তা পুনা—উচেক মথক্তা হাপ্তুনা।

লোইরবা

# বাহৈগী অর্থ

## অ

অঙাং নাউরা অপঙবা — জ্ঞান রাৎলিবা অঙাং।

অচেন থংলৈ'য়াঙনা—খূৎলৈ থুনা।

অতাম্বা—অরাপ্পা, অথাপ্পা।

অতিংঙা — অতিয়া, কান্নদবা, অরেম্বা।

অতোন নোংম্নায়—থূমন।

অথৌ লৌচা হেপ্পা—অথৌবা।

অধ্যায়—(সং) তাংকক।

অন্যায়— (সং) চুমদবা।

অপমান—ইকাইবা নংবা।

অভিমন্যু মনোংয়ায়—অভিমন্যুগী মশূ নিপা।

অমন থমলৈ কূম্বা—শিবা।

অমরক—অমুক হম্না।

অর্দ্ধচন্দ্র (সং)—থা মচেৎ।

অলঙ্কার—লৈতেং।

অরাবা মথৈ লৈতনা—হায়নিঙাই লৈতবা মথৈ রাহুনা।

অরা হুয়রাং শোনগুনো—অরাবা থিগনো।

অশৈ—ঈশৈ।

অসিকোয়ৌ হুমিৎ—ঙসি।

অহেনবী—অথোইবী।

অয়োনবা—অরানবা, লঙজবা।

## আ

আশা কায়না—নীংবা কান্নমা।

আসন—(সং) ফমফম।

## ই

ইখোয়—ঐখোয়।

ইতেনচা—ঐহাক্কী তেন।

ইতোম্মা— ইখন্দা, ইতোমদা।

ইথোকলকপা — মথোক কাখৎ-লকলিবা ঐহাক।

ইনুংসিয়োমনুং— গর্ভ পূক।

ইন্দাঙখিবা— ফংননবা চৎচখিবা।

ইনুংথোমলেন মঙলানচান— ইমঙ, মঙ।

ইন্তানখিবা— য়োননবা চৎখিবা।

ইনুংশোয়বা— অহিংচুপ্পা, অহিং-নোংশোয়বা।

ইপাতোন—পাবুংতোন।

ইপারি—ইচানিপা।

ইফমলেন—ঐগী ফমফম।

ইমোম—ইচা হুপী।

ইরানখাক—লান্দা ঐনা ঙমখ্রবা ইথুংখাক।

ইয়ু—ইবুধৌ।

## ঈ

ঈখিনতৈ—ঈশিং খিনবা।

ঈখৌলাংলবগা—ঈশিং খৌরাংলবগা।

ঈঙাঙ—অঙাঙবা ঈ।

ঈঙাঙ ফাফেম্নরবদা—ঈনা ঙাংশংঙাঙনা তৈরবদা।

ঈথক্লবা—ঈশিং থক্লবা।

ঈরাৎ পুরুমজবা—খুরুমজবা।

ঈশ্বর—(সং) লাই।

## উ

উনবী পূকনীং।

উনবী চৈরৎ লৈতনা—পূকনীং হনবা তৌদনা।

উনবী পূকথোক কায়না—পূকনীংদা নীংবা কায়না।

উনবী পূকনীং ইরৈচম্না—জ্ঞান মান তাদনা।

উনবী পূকনীং চেৎনা—পূকনীং চঙনা।

উনবী পূকনীং তপ্পা—মপূক ঈংবা।

উনবী পূকনীং লেপ্পী—মপূকচেন চেৎপী।

উনবী পূকমাম্লনা—পূকচেন খোয়জেল তিম্লনা।

উনবী লাঙতক্লনা—পূকনীং ঈরাঙ লাঙনা।

উনবী লিতিম্লনা—পূকচেল খোয়জেল তিম্লনা।

উনবী লৈখন লনবা—রাখল মপুং ফাদবা।

উপী থারোন—শীং মপৈ মপৈ।

একাদশী—তরামাথোইনি পানবা মাকমৈ।

ওইহিকপা—ওইবা।

ঔরস—(সং) মচানিপা, বীর্য্য।

## ক

কদোনোং—করিগুম্বা মতম, করিগুম্বা মুমিৎ।

কপ্পাও মথিনাই কপ্পী মথৈফং—মৈ হৌবমখৈ শাউরহুনা।

কপ্পাও মৈরাহৌ—মৈ হৌনা শাউহুনা।

ক৷কচীন—ক্কাক মচীন।

করিহিকনো—করি মরমপ্পীনো।

কাওবী সুমলোইতাউ—তুরেলগী কাওশীং।

কাংখং কাংচাইতমনা—পুমতোই তোইনা।

কাপখিহিকপসু—কাপখিবসু।

কাপথেকখোন্না—কাপখিবগী খোঞ্জেন্না।

কামদেব—শ্রীকৃষ্ণগী মচানিপা।

কুন্তী অচুম্বী—পাণ্ডব মঙাগী মমা কুন্তী সতী।

কৃষ্ণ ধর্ম্ম অনীমক্কী—শ্রীকৃষ্ণগা যুধিষ্ঠির মহারাজগা অনীগী।

কৈউন—কৈ মউন।

কোঙয়াং য়ায়িখেৎ—ৱাচেৎকী কলম।

কোরৌ—হুমিৎ।

কোরৌ অহু নোংচামগী—হুমিৎ অহুগী।

কোরৌ অসি নোংজামদা—ঙসি হুমিত্তা।

কোরৌ থমনোংখোংবা—নোংখোংবা।

কোরৌ হুমিৎ য়ুংখাকপা—হুমিৎ য়ুংবা মতম।

কোরৌ নোংখাকখোন—নোংখাকপগী খোঞ্জেন।

কোরৌ নোংজা খুদিং—হুমিৎ খুদিং, নিতিগী।

কোরৌ নোংখাঙমতুপমদা—অতিংঙা লমখাঙমদা।

কোরৌ নোংবুখোন মালেম লৈবু উপ্পগুম—স্বর্গ মর্ত্ত অনীমক শীনবা থুংনা।

কোরৌ নোংমদোন—অতিয়া।

কোরৌ নোংলাউখোনগুম—নোংখোংবগুম।

কোরৌ নোং লৈপাক—লাইরৈবাক, স্বর্গ।

কোরৌ নোংলোন—অতিয়া।

কোরৌ নোং শগোল—শগোল।

কোরৌ নোং শীংজঙ—বজ্র।

কোরৌ লনশাফম—লাইনীংফম।

কোল্লোয়—মিং, য়াথং।

কোল্লোয় পাউনাইদনা—ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা।

কোল্লোয় মিংচৎথোইবা—মমিং য়ামনা চৎপা।

কোল্লোয় মিংচৎপা—মমিং চৎপা।

কোল্লোয় মিংথোংদি—মমিংদি।

## খ

খজাই লেংঙন চুপ—খজাই চুপ্পা।

থমমুং—যম।

খয়োয়রোন—খুমন য়েকওইবা য়ুম-নাকী নিংঙোন।

খ্বা—য়োং।

খ্বা য়োংশক শাবা—য়োং মশক য়েকপা।

খাঙচা ঙমলক্তরে—খাঙহুনা লৈবা ঙম্মক্তরে।

খাঙতপলাকনা—ময়ায়দা পায়হুনা

খাম্বী—মৈ।

খাম্বী মৈত্রেং—মৈ।

খারঙ হাইহুচেক—খুমু খরঙ।

খারী—অয়াকপা।

খুকলু—খুকউ।

খুমু—নৌ।

খুরানবা—হুরানবা।

খুৎতম—খুদম।

খুৎশূ চৈথাখোন—খুৎলাইনা থাবগী মখোন।

খুত্তা শূ—খুত্তা পায়হুনা।

খুৎপাক তিল্লাইমেন—খুবাক্তা তিল থাক্নুনা।

খুয়া লৈখোংখা—খুয়া খা।

খেনলেন—অফবা মতম।

খেল্লাই থোঙ—লাইবক।

খোইমোম—লাই।

খোইমোম নোংদমখোন চেনফ-দবনা—চেনবা য়াত্রবা লাইগী নোংদমনা।

খোইমোম লেংনতিনবা লাইয়াম সভা।

খোয়ম—লাই।

খোংখৈনবা—খোংবা।

খোঙলোয় থৌশীমী—হুত।

খোয়মা—নাপী।

খোয়মা ইমায় ওন্দনা—ইমায় লৈদনা।

খোয়ম নোংদম্বা—বিধি, ব্রহ্মা।

খোমলেন মঙলান চান—মঙ।

## গ

গঙ্গাদাস সেন—ষষ্ঠীবর সেনগী মচানিপা, খৃষ্টগী তরানীপান শুবা শতাব্দীদা মহাক্লা মহাভারত ইখি।

গঙ্গা মীচৈ অক্লম্বা — গঙ্গাগী অকনবা শাপ।

গন্ধারী—দুর্য্যোধনগী মমা।

গাণ্ডীব—অর্জ্জুনগী তেন।

গোবিন্দ—শ্রীকৃষ্ণগী মিং অম (শ্রীকৃষ্ণনা চহী তরেৎ গুরকপদা কার্ত্তিক থাদা গোবর্দ্ধন ধারণ তৌরবদা ইন্দ্রগা সুরভিগনা শ্রীকৃষ্ণদা গোবিন্দ হায়বা মিং অসি কৎখি)।

ঘীকু—ঘী চন্থু।

## ঙ

ঙমচনাইদন্নবগী—ঙমদন্নবগী।

ঙমজথৌ—ঙমগদবা মন্নম।

ঙাইথম ঙম্বা—ঙাইত্থুনা লৈরম্বা।

ঙাইথম্বিও—ঙাইবিথো।

ঙাইনোক্লবা—নোক্লবা।

ঙাইরোয়ননা—লোয়ননা।

ঙাকলৌ ঙমদরবা—ঙাকপা ঙম-দ্রবা।

ঙাংঙোই—মোইরাং।

কৌবা মপু নিংথৌশূ—কৌব্রুশূ, মোইরাং অনোবা য়েক ওইবা মী।

## চ

চকমোম—মৈ।

চকমোম থাম্বী মৈরাম্লুংদা—মৈরা-ম্লুংদা।

চঙখি ঙমদে—চঙখিবা ঙমদে।

চংখি হলরাইথৌ—হন্দুনা চংখি-নবা থৌরাঙ।

চন্থু—নিংঙোল।

চরিত্র (সং)—লমচং।

চরে—ফি।

চহৈ—চহী।

চাউথোইবা—য়াম্মনা হেন্না চাউবা।

চাকহেন—ব্রত।

চান্দ্বা—থাকন, থকখন।

চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোয়গী—চিত্রাঙ্গদাগী গর্ভদা নাউপুত্থনা পোকপা।

চিলিমুখ (সং)—উমাইবী মচীন।

চীংঙু—লাই।

চীংঙু নোংথৌ সোরারেন—লাই-নিংথৌ সোরারেন।

চীংঙু নোংদমথোন—লাইনা তম্বা।

চীংঙু নোংদম মথৌথানা—নোংদম-থোম্না, লাইনা তমখিবনা।

চীংঙু লাইবক ফনা—লাইবক ফত্থনা।

চীংঙু লাইবক ফবী—মরাইবক ফবী।

চীরোমচাগা—চীয়োম মচাগা।

চীংঙু লাইবক ফবা—লাইবক ফবা।

চীংখোঙ থৌগন—সনা থৌগন।

চুকোই—জগোই।

চেকলা—উচেক।

চেংলৌ—শক, মিং।

চেংলৌ মাগী শকপানথোঙ—মাগী মশক মতৌ।

চেংলৌ মিকুপময়ুম—মিকুপ অম-রোম।

চেংলৌ মিংথিংলবা - উরবা।

চেংলৌ মিংপু লংনা—মিং ইরং-লংনা।

চেংলৌ শকোয় হেনবা— মশক ফজবা।

চেংলৌ শকোয় হেনবী— মশক মতৌ ফজবী।

চেংলৌ শকপাবথোং—মশক মতৌ।

চৈরং নাইনদে—লেপ্প নাইদে।

চৈরং লৈতনা—অরেপ্পা লৈতনা।

চৈরৈ—ফি।

চৈরৈ গুক্তা য়েং—গুক্তা মফি য়েস্তুনা

চৈরৈ ফীরান—ফিনা শেম্ব ফীরান।

চৈরোয়ননা—লোয়ননা।

চৈহৎপা—চৈ-থাংবা।

ছায়া—মমি।

জন্মেজয়—পরীক্ষিত নিংথৌগী মচানিপা।

জ্বালালৈমা—নীলধ্বজ নিংথৌগী মহারাণী, লান্দা অর্জুন্না মচানিপা প্রবীর হাৎথিবগী মৈচাকনা মুংশাইতহনা ভাগীরথি গঙ্গাদা চোংথহনা মথরায় থাখি।

তন্না—ঙীলনা।

তমলেনথোম্বা—মৈতৈ নিংথৌ মধুচন্দ্র মহারাজ (খৃঃ ১৮০১-১৮০৩)

তরা—চেঙ, চাক।

তরা চাকহেন—ব্রত।

তল্লা—উ।

তাইবং নম্ন পোং ওইবা—মীওইবা।

তাইবং নোংশাপাল—সংসার।

তাউজিং—হৈ।

তাংজা—কোক, লিন, ইকাইবা।

তাংকা মীরুভোন লাংগোই মকোক তোনরাঙা—মী মকোক শগোল মকোক।

তাংজা লুদা থোংনা—মকোক্তা হাপ্তুনা।

তাংজা লিল্লা—লিন।

তাংজা লিল্লা চন্নু—লিন নিংঙোন।

তাংজা লুরেন তোন—কোক মথক

তাদরাগী—তাদবদগী।

তানচপ—পাম্বোম ফাবী, পাম্বোমদা শিনবা লৈত্তেং।

তানফংলবা—ফংলবা।

তামলকপা—রাংলকপা।

তাল্লোয় মরুম—মতু।

তিমেন— তা।

তুকুমলে—মতৌ অহুঙমশে।

তেংগোল মনিল নাইবা—তেংগোলগী মীয়াম মরাঙ হোবা।

তেংনৌ—য়োং।

তেনওঙ—তেনগী মশক মওঙ।

তেনচীন মৈ—মৈরি থোকপা তেন।

তেনবী—তেনজৈ।

তেনরাই—তেনকাপ।

তেনরাইরকপা—তেন কাপলকপা।

তোংচেংকাইনৌ—থরানমিচাক।

তোংজেং—হি।

তোমথিন—নায়তোম।

তৌইগুম—তৌইগুম্বসুং।

তৌশিকলা—তৌরবরা।

তৌহিকএ—তৌএ।

ত্রিজগৎ—মরোল অহুম।

ত্রিভুবণ—মরোল অহুম।

ত্রিলোক—মরোল অহুম।

থরায় অপকমাগী—থরায় পুন্নমক্কী।

থরায় ইমিরেন—ঐগী ইথরায়।

থরায় নোংমনখিবা—শিখিবা।

থরায় মমিরেন মুংখিরে—মথরায় থাখরে।

থরায় লাইথংননা — মিপাই থবাইনা।

থরায় শিনফম্ন থোক্লবস্নু—থরায় মাঙবা তারবস্নু।

থাঙলেন—থাঙশাং।

থাঙয়ি—চেংলৈ শলাই।

থা মচেৎ শাবা তেন—অর্দ্ধ চন্দ্র শাবা তেন।

থায়না লহান মাঙদা—থায়না মমাঙঙৈদা।

থিকলেন থাবু কুনা—মথবাক্তা থুহুমনা শুহুনা।

থেঙ্গু—গদা।

থেঙ্গু মথুৎশূ—মাগী থুৎশূ গদা।

থোইখোইবা—অথোইবা।

থৌওই মীথা লৈতনা—মী থানদনা।

থৌকাউরবা—নীংশিংত্রবা, কাউরবা।

থৌজা লনকু হৈবা—থৌজান হৈবা।

থৌজান লানগোন হৈবা—থৌজান হৈবা।

থৌহু নুঙ্গল অকনবা—নুং অকনবা।

থৌহু লেঙদা—লেঙদবা নুংগুম।

থৌরম—মতৌ।

থৌরম সৈ মতুংদা—থৌদোক অসিগী মতুংদা।

দয়া (সং)—থৌজান।

দুরাচার (সং)—লমচৎ কত্তবা।

দুলাই শাথৌচিনখিরবগা—দোলাই থৌজিনখ্রগা।

দ্রুপদ—পঞ্চাল লৈবাক্কী নিংথৌ।

ধন ( সং )—লল।

ধনঞ্জয়—অর্জ্জুন।

ধ্বজ ( সং )—ফীরান।

ধর্ম্ম নিংথৌরেন—যুধিষ্ঠির মহারাজ।

ধ্যান ( সং )—লাইনীং।

## ন

নথোকললকপা—মথোক কাখৎলকলিবা।

নপাওমেন—নরাহৈ, নহাক্কী রাহৈ।

নপাতাউ—নহাক্কী মরূপ।

নপাতাম্বা—পাবিনবা নপা লৈতবা।

নপারি—নচা নিপা।

নপুর—খোঙদা শিবা লৈত্তেং।

নবিঙঙা—নথোয় অনী।

নমদা হুন্না—তুংলোমদা থনমলগা।

নমু—মী।

নমু কনা অমত্তনা—কনাগুম্বা মী অমত্তনা।

নমু পোং ওইবা—মীওইবা।

নমু মীপুম খুদিং—মী খুদিং।

নমু মীমচম—ইচম চম্বা মী।

নরানলোনরিময়ায়—নয়ুম।

নরায়েন—নহাক্কী রায়েন।

নহৌশারা—নঙগী হৌনবরা।

নাউনৌবা—পোকপা।

নাউরা—অঙাং।

নাউরা মকারকৌঙৈদা—অঙাং মথোক কারকঙৈদা।

নাউয়োকপা—অঙাং য়োকপা।

নাতারবদা—নাকোংনা তারবদা।

নায়ান—নাদা য়ান্নবা লৈত্তেং।

নিংথৌ সনা চোঙলেন থানবা—নিংথৌ অচৌবা।

নিম্মাঙ—পানখৎলকপা থা।

নীংখনঙম্বা—খল্লম্ব'।

নীংখনবা—রাখল তৌবা।

নুংচানপী—লুনা তৌবী।

নুংচানবা—অচানবা।

## প

পদ্ম ( সং )—থম্বাল।

পনজীং থংবা—মমাঙ থংবা।

পন্থৌ—মপা।

পন্থৌ ঈহুনবিবা—মরা হুনবিবা ইপা।

পন্থৌ শাৎমাবা—মপা অপোকপা।

পরেং থিনা—মথং মনাউ-নাইনা।

পলেম পীথাঙশিনবী—মমা শরুবী।

পলেম নমা পোকমাবী—নওবু পোকপা নমা ।

প্রদীপ (সং)- থাউমৈ ।

প্রুমলবগা—খুরুমলগা ।

পাউহংখিবা—রা হংখিবা ।

পাওমেনবা--হায়বা ।

পাংগন মথোকলকপা—নাহা ঈনথৎলকপা ।

পাংগন মপা তাম্বা - কনবদা লাম্বা লৈতবা ।

পাংগন মরুম খাদা—মরুম থুপনা ।

পাণ্ডু পাংগনবা মপারি—মপাংগন কল্লবা পাণ্ডু নিংথৌগী মচানিপা ।

পাদ (সং)—খোঙ ।

পাদ পদ্ম—(সং) খূয়া থম্বাল ।

পানফরিঙৈ—হুংঙাইনা পাল্লিঙৈ ।

পানমন্নবা—লৈমিন্নবা ।

পায়মা—লৌশিং ।

পায়মা উনগোইহুংদগী—গর্ভদগী, মপুক্তগী ।

পার্থ—অর্জ্জুন ।

পিরেম ঈচেম্ননা—মপি ঈরা চেম্না ।

পিরেম ঈচেন চৈরোয়ননা—মমিত্তা মপি তানা ।

পিরেম ঈফম তাউমিৎকোম

লাইজা মরাঙ হোৌনা—মিত্তা মপি ঈরা চেম্না ।

পীবূকমহুংদা—পূকহুংদা ।

পুংবুরেম থেনমায় লাংনা—মপৈ মপৈ পৈত্থনা ।

পুনশি চেঙজেন কুইরবগী—চহী য়ামনা পুনশিরবগী ।

পুনশি মতম রাৎনা নোংমনবা—মতম চাদনা শিবা ।

পুনেম্বা—খুরুম্বা ।

পুরুম্বা—খুরুম্বা ।

পূকমান্নবা—পূকচেন থোয়জেন তিন্নবা ।

পোনবী—উচেক । .

## ফ

ফমফম ঙম্বা—ফমত্থনা লৈরম্বা ।

ফম্বীরেন—অথোইবা মফম ।

ফাঙমলবা—ফারমলবা ।

ফেন্থরকপা—তারকপা ।

ফেন্দিন—খুৎলাঈ মথল অমা ।

ফৈরা মতান পাক্তগী—মহাক্কী মতম্বাক্তগী ।

## ব

বংশ (সং)—শাগৈ ·

বাণ (সং)—তেন।

বাল্মীক বন উমংলেন—বাল্মীক মুনিগী বন।

বালী—কিষ্কিন্ধ্যা লৈবাক্কী নিংথৌ।

বায়ু (সং)—নুংশীৎ।

বিধি—নোংদম্বা লাই।

বিধি নরায়েন—বিধি নঙগী নোংদম্ব।

বিভীষণ—লঙ্কাগী নিংথৌ।

বৃষকেতু—কর্ণগী মচানিপা।

বৃষসেন—বৃষকেতু।

বেশ্যা শীংলেন তাইজবী—ওক্তবী নুপী।

ব্রজচান্দ—ব্রজগী থা, কৃষ্ণ।

ব্রহ্মা লাইম্নিংথৌ—নোংদম্বা লাই।

ভক্তি পূকনীং চৈরোয়ননা—ভক্তি তৌনা।

ভগবন্ত (সং)—ভগবান, ঈশ্বর।

ভগবান (সং)—ঈশ্বর।

ভবাণী—দুর্গা।

ভীমসেন—অর্জ্জুনগী ময়াম্বুং য়ায়মা ভীম।

ম

মকাইফম—লৈফম, মফম।

মকিং নাইহন্দে—মপূক শেংদবা তৌহন্দে।

মকোই পূকথোঙ হাঙবা—জ্ঞান

মতিক চানা লৈত্রিবা, রাথল লনবা।

মথূনেৎ—মাগী শাদোং।

মঙম শা—যজ্ঞগী শগোল।

মঙান চাউনা—মগুণ চাউনা।

মচেঙ—ধারা।

মণিপুর লৈমাবা—মণিপুর নিংথৌ।

মতোম—মথন্দা।

মতোম মতোম—মথন মথন্দা।

মথন্নগী—মতোমতগী।

মথোকলকপা—ঈনখৎলকপা।

মথোঙ খঙদনা—মফম মরাং খঙদনা।

মদাইরেম—মনাই।

মধুসুদন—শ্রীকৃষ্ণ।

মনাউয়োক—পুরোহিত।

মনাশি—মাগী নাদা চিন্নবা লৈতেং।

মনোংয়ায়—মশূ।

মপারি মমোম—মচা নিপা নুপী।

মমোম—মচানুপী।

মরনকু—থৌজান।

মরান লুহোং খোংদোংবা—
লুহোংবা।

মশানৌ—মতু।
মমু—মবুধৌ।
মাকলৌরেম—মস্থাক জিপা।
মাম্লং—সুংশীৎ, নোংশীৎ।
মালেম তাইবংপানবা—সংসার।
মালেম লৈদা—লৈপাক্তা।
মাল্লে চীংওল্লবা—অহল ওইরবা।
মিংথোংবা—মমিং কৌবা।
মিংমাইবা—মমিং চৎপা।
মিংথোঙ মম্বা—য়েংবদা উদবা।
মিংন্রেং শানথৈরবা—উরবা।

মীচে—শাপ।
মুখ (সং)—চীন।
মুরুলী—বাশী।
মূকহৈ নারিন শোনবা—লাইরিক
ইবা।

মেঘ বর্ণ—ভীমগী মচানিপা
ঘটোৎকচগী মচা।

মেঙরা—থোৎপা।
মৈত্রেং—মৈ।
মৈদিংঙু জয়সিংহ—ভাগ্যচন্দ্র
মহারাজ।

## য

যজ্ঞ মণ্ডপ শা—যজ্ঞগী শগোল।
যাত্রা থোঙশান্নকপা—যাত্রা
তৌরক্পা।

## র

রক্ত (সং)—ঈ।
রাজ্য (সং)—লৈবাক।
রাক্ষস (সং)—হিংচাবা।

## ল

লকা—থম্মোয়, থজীন।
লজ্জা—অয়োন অন্নান।
লনউনপোৎ—অউনপোৎ।
লমকেৎপা—লমহেনবা।
লমখাঙদা—লম্বীদা।
লমলেন—লমদম।
লহাননোং—মমাঙৈঙদা।
লহান নোং হয়িঙৈদো—থায়না
মমাঙৈঙদো।
লাইজা ঈরিক লাই—ঈশিং
মরিক।
লাইজা ঈরেন পুং—সমুদ্র।
লাইজা ঈহুনবিবা—মরু
হুনবিবা।
লাংগোই ভাংজা লুরেনতোন—
শামু মকোক।

লাংগোই—শগোল, শামু।

লাংগোই মোইশাম্বা—শামু।

লাঙতক্লবা—পূকনীং ইরাঙ লাঙবা।

লাঙদ্যা—লাঙজা।

লাংহৈ—চহী, কুম।

লাংহৈ কুমশীং—চহী।

লানফম তমথীবা—অকনবা লান শোক্লফম।

লানফম তেংগোনয়ায়দা—লান শোক্লফম ময়ায়দা।

লানফম হুকচেন্নখিরে—লানফমদা তৌফম খঙদ্রে।

লারকপা—লাকপা।

লিকলাই মপারি মজা ইবুংঙো

লিনকোয়—পূক, গর্ভ।

লীশূহৈবা—তেনহৈবা।

লুরেন—কোক।

লুরেনতোন—কোক।

লুরোংজমচা, ম্যাংজম মচা।

লেংনতিনবা - ময়াম তিনবা।

লেংলমলৈ—লেংলম্বা ঈশৈ।

লেমলৈ—ঙা।

লৈ—লৈপাক।

লৈকোয় ফম্বা—ময়ায় লেপ্পা, নিংথৌ।

লৈঙম্বা—লৈরম্বা।

লৈবাক কোইবা—লৈবাক্কী অঙম্বা।

লৈময়োন—লৈপাক।

লৈমাবা - নিংথৌ, লৈবাক্কী মপু।

লৈমা মশানৌ - মহাক্কী মহারানী।

লৈমায় থক্তা—লৈপাক মথক্তা।

লৈরাং অতিংঙা—অরেম্বা, কাম্নদবা।

লোইদাম থাজা—থা।

লোইদাম—থা।

লোইদাম থাজা পাখংবা—থা।

লোইদাম থানিংথৌ—থাজা, থ।

লোইহা পুরুমপোৎ—মায়োক থাফম য়ানবা অথেন পোৎ।

লোয়ন মপাতাউ--চান্নব মরূপ।

লৌরাই কোয়রেন থক—মকোক মথক, লৌরাই লুতোন।

লৌশিং নাত-লকপ —মহৈ মশিং তমখৎলকপা।

লৌশিং মিৎথোঙ মন্নব—জ্ঞান মপুং ফান্নবা।

## ৱ

ৱাই থুংবা—য়ৌবা, থুংবা।

ৱাকচ্চবা—হায়জবা।

ৱাকয়ৈ—হি।

ৱাকাউদনা—কাউবা লৈতনা।

ৱাংলেন—পুং।

ৱাংলেন পুংজামরুম—পুং অমম্নোম।

ন্নাংলেন পুংয়াম—পুং ময়াম।

ন্নারম কন্নিগী দমকনো—কন্নি মরম গীনো।

ন্নারম খণ্ডফাংমান্দনা—ন্না মরোন মুন্না খণ্ডদনা।

ন্নারম পরেং শীন্না—ন্না মথং মনাউ নাইনা।

ন্নারম শাংতাননা—ন্না মথা তান্ননা।

ন্নাহম্বা—ন্না হায়বা।

ন্নাহোংতুনা—ন্নাহোং মতুনা।

ন্নায়ন্না—তেন।

ন্নায়ন্না ইতেঙ্খাদা—ঐগী তেন্দা।

ন্নায়ন্না চৈথাখোন—তেন্না পানবগী চৈনাখোন

ন্নায়ন্না তেনপুম্মনা—তেনবী অমনা।

ন্নায়ন্না তেনন্নাইব—তেন কাপ্প

ন্নায়ন্না তেনন্নাই লৎপিখিবা—তেন কাপ্পা লেপ্পিখিবা।

ন্নায়ন্না মথুৎশূ—মাগী খুৎশূ তেন।

ন্নায়ন্না শিংথেৎ শাবা—শমকোক-থাঙ মওঙ মানবা তেন।

## শ

শকপানথোং—মায়থোং।

শকহেনবা—শক ফজবা।

শঙ্খ—(সং) মোইবুং

শংলৌ থৌরাঙ পনগুনো—থৌরাং তৌবা লেপকন্নু।

শংশঙ তাঙনা খঙবা—তশেংনা খঙবা।

শমলাং—শম।

শমু খুৎনা ফংনা—খুৎনা হকথেংননা।

শমু—হকচাং।

শরী—রাশক।

শম্মেং—পাম্বোম।

শাগৈ লেংন তিনবরক্তা—শাগৈ ময়ামগী মন্নুংদা।

শাংমাব—মপ অপোকপা।

শানখঙদবগী—খঙদবগী।

শনশেমলম্বা—শেমলম্বা।

শারেন—শা অথোইবা, শাগী নিংথৌ।

শিংথেৎ—শমকোক থাঙ।

শিব—মহাদেব।

শীংবী থরোন পৈগুম—শীং মপৈ মপৈ পৈবগুম।

শীংলেন—লৈ।

শীংলেন তাইজবী নটীগী—গুক্তবী নূপী।

শুভদ্রা—অভিমন্যুগী মমা।

শেকপিন—ছত্র।
শেন্নেং নমহৌয়াই মরু—মুর্দ্দিং।
শোংকিবা—কিবা।
শোয়নদে—থেন্নদে।

## স

সতী রাচুমশুবা মপারিনিগিমা—সতীগী মচানিপানিনা।
সনা ভেম্পোং—নিংথৌগী ভেম্পোং
সনা মথোঙথাদা—সনা থুয়াদা।
সনা লৈকোয় কথা—নিংথৌ ওইবা।
সনায়োম কোন্নুং—সনা কোন্নুং।
সব্যসাচী—অর্জ্জুন।
স্বর্গ—লাইরৈপাক।
স্বামী—(সং) মপুরোইবা।
স্বামী কোয়ৌ মনোংথৌগী—মপুরোইবগী।
স্মরণ—(সং) নীংশিংবা।
সিংহ—(সং) নোংশা।
সুগ্রীব—বালা মিংথৌগী মনাউ নিপ—
স্ত্রী—(সং) নুপী।
সেনা—লানমী।
সেনাপতি—লাক্সিংলেন।
সেবোক মপারি—পরুন্নান।
ষষ্ঠীবর সেনগী মপারি—ষষ্ঠীবর সেনগী মচা নিপা।

## হ

হংস—(সং) কাংঙা।
হকচাউবা—মশা চাউবা।
হকথেং কংনা—হকচাংগা হকচাংগা থেংনহনা মশা মশা শোক্লহনা, হকথেংনবা
হন্দকনোং—হন্দকী মতম।
হনরাইরকপা—হন্নকপ।
হনুমন্ত—হনুমান।
হরাউ চুকোই শাব—মুংঙাইনা জগোই শাবা।
হাইহৎ লৈফাই তুবা—লৈপাক্তা বোম বোম তুবা।
হাওকাপ—হুই অমা।
হাওশি ওমগচিংনা—লুচিংহনা।
হাকনা নোংমনহনবা—য়ামনা শিহনবা।
হাম্বোইবী—ওক্তবী।
হায়রঙৈনে—হায়রগনি।
হায়হিকলবমু—হায়রবমু।
হায়হৌঙাই—হায়নিঙাই।
হিংখিঙমলয়োই—হিংখিবা ওমজয়োই।
হুয়েন—লান।

ছুয়েন লানশোককম—লানকম।
ছুয়েন—অকনবা ছু।
হেম্না লেইবী—কাক।
হৈলা মছুংথাং—মছুংদা লৈবা।
হৈরাঙ—হৈ
হৈরাঙ মচা য়ানবা—গর্ভ লৈবা, মাউ পূবা, মহক থেংপা।
হৌয়েন—হোয়েন।
ক্ষমা—(সং) ভাকশীবা
যজ্ঞ মণ্ডলশা—যজ্ঞগী শগোল।
যাত্রা খোঙশাত্রকপা—যাত্রা তৌরকপা।

## য়

য়াইথী খুত্তম—ক্তবা খুদম, অমঙলগী খুদম।
য়াইথী য়াইকা য়া—মায়থীবা অমসুং মায় পাকপা
য়াইক থিংলেন—থিংচং অকবা
য়াইবী—থয়ায়।

য়াইবী কলহৌ নীকপা—মথয়ায় প্রোক প্রোক চাকনা শাউবা।
য়াইবী থয়ায় হিংনা লৈরিঙৈদস্সু—চঙলিঙৈদস্সু।
য়াইবী থয়ায় হিংবা অমন খমলৈ কুম্বা—শিবা চঙবা।
য়াওয়ৌ—শা।
য়াওয়া—খোজেল, লল
য়াওয়া খোজেন য়াংমা—খোজেন হৌনা।
য়াওআ থানিম নোং—পূর্ণিমা সুমিং।
য়াঙনা—থুনা, থীন্দনা।
য়াংলৌ—লম্বী, লমজাউ।
য়েন্নাং ঙমদস্বীবা—ময়ম শীনবিবা।
য়োয়ময়াই লাইয়েন তাউদনবা—সুমিং।
য়োইহৈ লেংমা তিনবয়রুগী—নূপী ময়াম অহুগী ময়রুপী।
য়োন্দনা—ভঙাই ফদনা।

# অরানবা চুমথোকপা

| লা | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ৫ | ১৩ | কপিয়ত্তিনরাম | কপিস্তরাম ( গোবিন্দরাম ) |
| ৭ | ১৬ | হিচাবা | হিংচাবা |
| ৯ | ১৭ | লাইরেম্মগী | লাইরেম্মগী |
| ১৭ | ৯ | কৃর্তশব্দ | কৃত্তিব্রহ্ম |
| ১৯ | ১৮ | থোকাউরবনো | থৌকাউরবনো |
| ২০ | ২ | পুন্য | পুণ্য |
| ২৫ | ৫ | পুস্পা | পুষ্পা |
| ২৫ | ২৪ | ,, | ,, |
| ২৮ | ১৯ | কওপী | কাওপী |
| ২৯ | ১০ | খোইমেম | খোইমোম |
| ৩০ | ১৯ | শা চক | শাচেক |
| ৩৪ | ২২ | কেরৌ | কোরৌ |
| ৪১ | ৬ | ঙমজরবপী | ঙমজরবগী |
| ৪১ | ২৪ | ষষ্টিবর | ষষ্ঠীবর |
| ৪৫ | ১ | য়োষনা | য়োয়না |
| ৫৩ | ১৬ | কয়না | কুয়না |
| ৭৮ | ৫ | অচেম | অচেন |
| ৮৯ | ৮ | অমা | আথা |
| ৯২ | ১৪ | পতালপুর | পাতালপুর |
| ৯৩ | ৫ | দাশ | দশ |
| ১০৭ | ৬ | চেকমিংথৌ | চেকনিংথৌ |
| ১২১ | ৩ | খুরুমলমনবগা | খুরুমলমলবগা |
| ১৩২ | ২ | মিংথিংনবগী | মিংথিংলবগী |
| ১৩৪ | ৪ | সোয়ারেম্মচিংনস্নুত | সোয়ারেম্মচিংবনস্নুত |
| ১৩৭ | ১৩ | খঙনোদনা | খঙলোদনা |
| ১৪৩ | ১৪ | ইশ্বর | ঈশ্বর |

## মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙ্বা

## অরিবা লাইরিকশিং

১। পাম্হৈপী খোম্লুল্
২। খোংজোমনুপী নোঙ্কারোল্
৩। লৈথক লৈখারোল্
৪। লাংলোন্
৫। চৈথারোল্ কুম্বাবা
৬। থাহিঙবা
৭। চরাইরোংবা থুনুংগুম্
৮। শগোল থাবা
অসিনচিংবা।

---

ফংফম্
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল।